# মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারেং খরা

---

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

M. Rosni Devi
Sagolband
1995.

# মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারেং খরা

( সাহিত্যগী নৈনবা ৱারেংশিং )

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ



রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

MANIPURI SAHITYAGI WARENG KHARA
[A collection of critical essays on Manipuri Literature by Dr. N. Tombi Singh. Published by Sandhyarani Devi on behalf of the Writers' Forum, Imphal, 1994.]



অহানবা ফোঙবা : ফেব্রুৱারী, ১৯৯৪

ফোঙবা : রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগী মায়কৈদগী সন্ধ্যারাণী দেবীনা ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা পুথোকপা। কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল, ৭৯৫০০১

মথুম : বিরেন্দ্রজিৎ নাউরেম

মমল : লুপা ৪৫

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

# নঙগীদমক

নঙনা ঐবু য়াম্না হিংতনখি।
নঙনা ঐবু য়াম্না ইহনখি।
অহুনা নঙগীদমক নঙগীদমক।

# ৱাহৈ খরা

লাইরিক অসিদা য়াওবিবা নৈনবা ৱারেংশিং অসি ফোঙথ্রবা অমদি ফোঙদ্রিবা ৱারেংশিং খোমজিল্লগা পুথোকপনি। ফোঙথ্রবা ৱাবে খরা অসিস্থু নোহৈানা অমুক হাপতোপ হাপচিন তৌদুনা শেমদোক্লে। ফোঙথ্রবা ৱাবেংশিংবু লাইরিকসিদা য়াওহনবা য়াহনবিবগীদমক্তা মরী লৈনবশিং পূম্নমক্তা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি। অদুগা শ্রীএস. ঐচ. গোপাল শর্ম্মানা লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেঙ কয়া পাংবিবগীদমক্তা থাগৎচরি।

—অইবা

## রামাঙ য়ানবা

ইং ১৯৮৮ দগী ঙসি ফাওবদা ফোরমগী পান্দম মখাদা মেম্বর ৩০ দা লাইরিক ফোঙনবা শেলগী মতেং পীতুনা হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ২৪ ফোংখ্রে। লাইরিক ৪ না হৌজিক প্রেসতা লৈরি। চহী খরগী মতম অসিদা পুন্না লাইরিক ২৪ খক মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনবা ঙমজরে।

অইবা অমবু ময়াম চঙহুনা মতেঙ পাংবা অমস্তুং মগুণ লৈবা লাইরিক ফোঙবনা ফোরমগী মরু ওইবা পান্দম্নি। শেন্দোং তানবগী রাখল লৈতে। মতম পুন্নমক্তা অইবশিংনা মায়যোক্নরিবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবগী সমস্যা অসি খরগী মখৈ মতেঙ পাংবা ঙমগদ্রা হায়হুনা অইবশিংগী মকপ (রাইটরস ফোরম) অসি অইবশিং অমস্তুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুন্দুনা লিংখৎখিবনি।

ডাঃ এন. তোম্বী সিংহনা ইবা "মণিপুরী সাহিত্যগী রারেং-খরা" কৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী নৈনবা লাইরিক অসি ফোরমগী পান্দমদা পুথোকপা ২৫ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী খুক্তা শীন্নজরি।

দিলিপ ময়েংবম
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল ২০। ২। ৯৪ ইং

# য়াওফম

# মহাকবি অঙাংহলগী 'জহেরা' দা উৎলিবা অরাংবা নুংশিবগী মশক

(অঙাংহলদি নুংশিবগী কবিনি) মহাকবি কালিদাসকুন্না মহাক্না নুংশিবগী তোয়খায়ববা শক্লোন কয়াবু শৈথারম্মী) মানা ইরম্বা লাইৎরিক অযাম্বা নুংশিবগী মরমদা ইবনি। 'খম্ব-থোইবী শৈরেং' দা (খম্বগা থোইবীগা), 'শিঙেঙল ইন্দু' দা (গোপালগা ইন্দুগা); 'য়াইথিং কোন্নু' দা (হাওবগা কোন্নুগা), 'থম্বাল' দা (থম্বালগা খোইমুগা) নুংশিবগী শক্লোন কয়া উৎলি। (মাগী 'জহেরা' হায়বা উপন্যাস অসিদসু মৈতৈ পাথং কুঞ্জোগা পাঙন চনু জহেবাগা নুংশিনবগী মশক উৎলি। অতৈগা 'জহেবা' গা খেন্নবা অমনা কুঞ্জোগা জহেবাগা থুংনখিদে, কুঞ্জোনা জহেবাবু হাত্তুনা অরা-পোলোই (ট্রেজেদি) অমা ওইনা লোইশিল্লি।

(নুংশিবগী খোঙহৌসু অয়াম্বনা মান্নৈ-অহানবা উন্নবদা নুংশিনবা হায়বত্থনি। নোংমা কুঞ্জোনা মমা নাবগী ৎিদাক থিবা লাকই। আমীবগী ইংখোলদা অহানবা ওইনা জহেবাবু উখি। নুমিৎ অসিদা, উন্নবা মিংকুপতা মবান্নি নুংশিনখি হায়বসি অঙাংহলনা য়াম্না ফজনা, রোমান্টিক ওইবা মওংদা উৎলি। "জহেবা অসি কবিনো মঙগুম হাগুম খল্লে। ···· অনীনা নুমিৎ অতুদা মঙগুম্না ইথোক থোক্নরে" (লাঃ ১০) অহানবা উন্নবদা পোকখিবা ইঙাও ঙাওবা, জ্ঞান মাঙবা, ভাব তানদবা মতৌ অসি য়াম্না ফজনা উৎলি) মবান্নিগী রোমান্টিক ওইবা নুংশিবসি সেক্সপিয়ারগী লোন্দা হায়রগা "Youth to youth, beauty to beauty, oidour to ordour" হায়বত্থনি। (অসিগুম্বা নুপা-নুপীগী অপাম-নুংশিগী রাখল অসি

মথং মথং মমুন ফাহন্দুনা অঙা হনবা জহেরাগী মফমদা ন্নুংশিবগী অরাংবা মশক অমা শাগংলকই। অতুনা থুনবনা পোলোই ওইবা নত্তবা ন্নুংশিবদগী খেন্না রাংবা অমস্তুং ফজবা 'নিংবগী' মশক অমা পুথোকলকই। মসিনা মমৈদা অরাংবা দমনগী শক্তম লৌরকই। জহেরাগী মরন্নাই ওইবা বাংদগী বশ্বগী ওইবা রাখলগী থাক্তা কাখৎহন্দুনা 'নিংনবগী' অপাকপা মাংগৈ অমস্তুং রাখল্লোন অমা উৎলকই। অদুনা 'জহেরা' দা উৎলিবা ন্নুংশিবগী মশক অসি অঙাংহলগী অতৈ খুৎইশিংদগী খেন্নবা লৈরিবা অরাংবগী ন্নুংশিবগী মশক অমনি।

মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা অখণ্ড-অহৈ অয়াম্বনা জহেরাগী ন্নুংশিবা অসি অরাংবা থাক্কানি ঢায়বা অসি য়াই। অহুম্নদি ওইবগা করম্বা মখলগী অরাংবা থাক্তা ন্নুংশিবগী মশক্তো হায়বহৌদি শেংবা তাকহনমদগুম তৌই। অশুগা, উপন্যাস অসি চাং তিন্নদবা, ধর্ম মান্নদবা, অমাং অশেংগী সমস্যাদা য়াম্না মরু ওইনা শাগৎপা রারী অমা ওইবা মরম্না, জহেরাদা উৎলিবা ন্নুংশিবগা সমাজগী সমস্যাগা মুন্নবা অসিনা মপুং ওই হায়না লৌথিনদগী জহেরাগী ন্নুংশিবা অসি জাংখেন্নবগী চৎনবীনা নমহন্তুনা থমখিবনি হায়না লৌই। অদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা খ্বায়দগী রাথোক ওইরিবা উপন্যাসশুক্তা পোলোই অসিদা ওনথোক্লা খেন্নরবা মোত কয়া থোরকই। কনানা হায়—
"ফল তাবা ভমদ্রহুনা অইবনা জহেরাবু নমহুনা হাংপনি।" "ধর্মগী অখিংবা, সমাজগী চৎনবাগী লীপুন্না কনমনখিবনা অঙাংহলগী কলম মচিন ফাবকই, থৈনফম লোইশিল্লবদা, উনগদবা মিকুপ পনথুং য়োরগদবা তাঙ্গাদা, ধর্ম তিন্নদবগী থৌরবা থাভনা জহেরাবু হাংখি। অঙাংহলগী থমোইদা খল ওল্লকপদা, ধর্মগী খুরবা মীৎয়েংদা খায়বুং তাহুনা লৈরিবা সমাজ শেংদোকপবুদি, ধর্ম অমদি চৎনবীনা হেন্না লুমথবক্তুনা মশামক্তা পামজনা য়েকখিবা শক্তম মুৎথৎপা তাখি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্মনা খাজিল্লিবা লৈইগী কোর মন্নুংদা ধর্ম তিন্নদবা

কনামতা পুশিনবা য়াদবনা জহেবাদা নুংশিবগী অৱাংবা আদর্শ চংনহল্লি, থুংনববুদি নীংনবনা হেন্না ৱাংনা খনবী ওইহল্লি।" ১ মসিদা জহেবগী 'নংনাগী' অৱাংবা ৱাখল অসি নমতুনা পুশিল্লকপনি হায়বগী লোন ফোঙলোকই। অহুবু জহেবাগী নুংশিবগী মশক অসি অৱাংবা অমনি হায়বসিদি মহাকস্থু যাই— "ৱাঙোগী অমাংবা থোক্কদবা লৈবকদি মতুনসিদা তুমুন পাল্লবোই হায়বা ফিরেপ অসি লৌহন্দুনা মীওইবগী ওইনা নুংশি নুঙ ওনবগী থাক্তগী লেংহল্লকই।" মসিনা তাকপদি— জহেবাগী নুংশিবগী ৱাখল অসি মীওইবগী নুপা-নুপীগী নুংশিনবিবা থাক অসিদগী হেন্না ৱাংই হায়বনি।

জহেবাগা কুঞ্জোগা নুংশিনবাগী মতাংদা ডা. ই, দীননণিনা হায়— "নীংবদা থোবা অনীনি খেৎফম সুকহন হল্লোক্লদে। হন্দোক্কে হায়বগী ৱাখল ফাওবা খনগে নাংনদ্রে— অমনা অমগী খনবদা অমনা অমবু নুংশিবনা মথৱাযগী পোনথা থানবাক্ল। থৱাই পাম্মুবক্তবে। থৱাইবু পন্নোযনা ওমথবে। হিংলিবা জীবনা থৱাই পাম্নবক্তবদি মথা লৈবা লৌনদবে। কুঞ্জ-জহেগী অপাম নুংশি শেংলবা কবিগুণা মখলগী পেংগান মাওদ্রবা নুংশিবনি।" ২ অসিগুম্বা ফজথ্রবা শেংলবা নুংশিবগী মশক অসিদা কুঞ্জোনা জহেবাব মাগী ওইদবা যাদে হায়হনা জহেবাব হাংলিবসি অৱাংবা দর্শন নত্তে হায়বসি মখেক শেংনা দীননণিনা ফেংদোকই— "নুংশিবসু শোয়দনা লোগনি য়াদ্রগা মাংহনগনি হায়বগী মওং হনসিনা জহেবাবু পাংপা তাবগদি কুঞ্জবিহারীগী দর্শন ৱাংবা নত্তে। শ্যামসুন্দরবু ফংবা নত্তে।" (লাঃ ২৭২) মসিনা তাকপদি কুঞ্জোগী নুংশিবা অসি অবাংবা থাক্কী নত্তে হায়বনি। অদুগা অমবোমদা জহেরানা কুঞ্জোবু তশেংনা নুংশিবদগী "হান্না নুংশিবগী নুংশিবা নাংনবগী নানবা নীংনদুনা তোঙান তোঙান লৈসি" হায়রিবা ৱাখল অসিব দীননণিনা অৱাংবা থাৱী নুংশিবনি হায়না শৈথারি। অতুনা জহেবাগী নুংশিবগী মরমদা

হায়— "ফজদবা ৱাংদবা ৱাখল অমদি শম্না, দর্শন নত্তে। তমজনফমগী থাক্তা লৈবা মুংশিবনি।" (লাঃ ১১৮) শম্না হায়ৰবদা, জহেবাগী মুংশিবদি তমজনফমগী মশক ওইববা, অৱাংবা থাক্তা লৈৰা দর্শন অমনি হায়বনি) অসিগুম্বা জহেৱাগী অৱাংবা থাক্তী মুংশিবগী মশক অসি করিনো? অঙাংহলনা মসিবু উপন্যাস অসিদা করম্না শাগৎপগে?

মুংশিবগী অৱাংবা মশক উৎনবা অঙাংহলনা উপন্যাস অসিদা যাম্না মরু ওইববা ৱাফম (কনসেপ্ট) খবা পুশিল্লকই। মখোয়দি— 'মুংশিবা', 'অপাম্বা' অমসুং 'নীংনবা'। উপন্যাস অসি মপান্দনা মৈতৈ (হিন্দু) গা পান্নেগা জাৎ তিন্নদবা অনী মুংশিনবদগী থোরকপা সমস্যা নৈননবনি। অহুগা মু দা উৎলিবা সমস্যানা মুংশিবা অমসুং নীংনবগী অনীগী ৱাখল্লোনগী মূরুবা অসিনি। সমস্যা অনী অসি তোঙানবদি নত্তে, মপানগী সমস্যাদা যুম্ফম ওইবগ মুংগী সমস্যা অসি উৎনবা হোৎনবনি। খেন্নবা মচু অনীনা মহৈ মহৈ থৌগৎনবগুম কুপ্নো অমসুং জহেবাগী মান্নদবা মুংশিবগী ৱাখল্লোন (দর্শন) অসিনা মবাম্নিগী মুংশিবগী অনেম-অৱাংবু মশক শেংনা থাকলি। উপন্যাসকী প্লোটসিসু যাম্না ফজনা, মুংশিবগী মশক অসিবু মযেক শেংনা উৎনবা হোৎনবদা মপুং ওইনা পুখৎলকই। অবিবা খুৎইগী থৌনব শংনা শাংনা ইবগী মওং থেংনববসু উপন্যাস অসিগী থৌদোক খুদিংমক জহেবা-কুপ্নোগী মবমদা, মবাম্নিগী মুংশিবগী মবমদা ওইহল্লি। থৌদোক খুদিংমক মবাম্নিগী ৱাথোক ঙাক্তনি। মবাম্নিনা ধোবা ওইরগা উৎতুনা চেনবা থৌদোকশিংনি। উপন্যাস অসিদা জহেবাগা কুপ্নোগা যাম্না তোয়না উন্নবা থেংনদে। অদুবু মবাম্নিনা ময়াযদা লৈবা শক্তি ওইবগা অতৈনা মবাম্নিগী মরুমদা লৈবা ঙাক্তা ওইনা উৎলি। মসিগী মথক্তা, মবাম্নিগী লিংজেল, থৌনা, মচিং, নীংবদা হোৎদৰা, অথাঙকনৰা চপ মান্নে। অহুনা

কুঞ্জোগী অপাম্বগা ( থুংনবগা, লৌন-লৈনবগা ) জহেরাগী থুংনদনা নীংনবগা অনীসি অরোয়বা খোঙফম ফাওবা মুরুহুনা লৈখি।

মমৈথংদা মচিং-মশোই নাইবা কুঞ্জোনা ( মহাক তুমিন তুমিন লৈগল্লি, নোংয়াইদা তা জামিনিগোয়দা ৱাবী শাবা চৎলি, ফুক হৌগত্নুনা সদিয়াদা চংকে তৌই, মতোমতা থৌবান্দা চংলি, জামি-নীনা মাবু 'ঙাওহুনা চংনবনি' হায়না তোয়না শোল্লি ) জহেরাবু থাঙনা থিন্দুনা হাংখি। অঙম্বনা অকনবা শকখি। তশেংবদি, মহু কুঞ্জোগী মাযথিবনি। জহেরাগীনা মায়পাকপনি। মবমদি, "থুংনগে হাযবগীদমক্তা নীংনবিবনি", "জহেরাগী থরায মাঙবা যাদে", "জহেরা মশাম্ব ফংদবা যাদে"— হায়না চপ যুংনা নীংজবিবা কুঞ্জোনা জহেরা হাৎলবদা মানা নীংলিবা পুম্নমক অমত্তা ফংবা ঙমখিদ্রে। কুঞ্জোনা "হৌবদগী নুংশিনা পাম্মী লোইরবফাওবা পাম্না নুংশিখি।" অহুবু অপাম্বহুদি ফংখিদে। অমবোমদা, জহেরাগীদি, মানা নীংজ-বিবা পুন্সীগী, পাদম, ফিবেপ, ৱাখল অহু কবি অমত্তা অকায়বা লৈখিদে। জহেরানা খনখি – "নীংজবু মযেং তাগদবগী শকপুদি পুন্সী অসিগী অপাম-নুংশি কৌবদা থুংনজগ্ররোই।" জহেরানা নীংজরিবা অসি থুংবা ফংখি। জহেরাদি শিবা কিদে। "জহেরাদি শিববুদি নীংনবগুম নুংশি।" অহুনা, অঙাংহলনা জহেরাগী নুংশিবগী অরাংবা মশক অনি তাকুবা হাযহুনা "নীংনবা" হাযবা ৱাফম অসি পুশিল্লকপনি। জহেরাগী 'নীংনবদি' থুংনদ্রবস্থ যাই। মাগী নীংনবদি থরায়দগী হেল্লি শিরবস্থ যাই। চৃম্নগী নুংশিবা অমস্থং থুংনবদগী জহেরাগী 'নীংনবনা' য়াম্না ৱাংবা হেল্লি, মমলস্থ লৈবা হেল্লি।

জহেরাদা লাকলিবা "নীংনবগী" অরাংবা ৱাখল অসি, 'মাধবী' দা 'স্বার্থত্যাগ' গী ৱাখলবু হেক্তা হাপচিনবগুম উপন্যাসকী লোইরম-দাইদা নংত্রগা তাঙ্গা চাবা মতাং অমদা হেক্তা পুশিল্লকপা নত্তে।

কুঞ্জোবু মুংশিবদগী যাম্না ঈংনা, তপ্পা, ভাব তানা অমস্তুং রানা শাগংলকপা অচেংপা রাখল অমনি। কুঞ্জোবু অহানবা লেক উব-মক্তদা মুংশিবনা হানখি। কবি অমত্তু খনথনা ভমখিদে, অতোপা মুংশিবগী শক্লোন অমনি। মইমথংদা খঙনকই মবানি ভাং তিন্নদে, লৌন-লৈনবা য়াদে। সমাজগী চংনবীনা মবান্নিবু পন রাংনা খাহ্না থম্মী। বাখল অসিমক্তনা মচু লোত্তুনা কুঞ্জোব লন্না লেম্না মুংশি-রকখি। মাগী মুংশিবদা মগৌ শংনাকখি। উপন্যাস অসিদা, কবিগুম্বা মিংকপ অমত্তফাওবা জহেবানা কুঞ্জোব খন্দনা লৈবা যাওখিদে। অনা, অসিগুম্বা মুংশিবা অসি মযেং তাকিদনবা জহেবানা য়াম্না মুংবা খল্লবা মংদা মপুন্সিংগী মযুম পাল্লবোই হায়বা অকনবা ফিরেপ অমি লৌখিবনি। কুঞ্জোব যোনবা মুংশিবদগী, মাগী যাম্না খনবদগী লৌবা না ‘যুম পাল্লবোই’ হায়বা রাখেপ অসি লৌখিবনি। মশক-মওং, বাশি-গুন রাংনবা, লোম্না নিযানা, যাম্না পামজনা, মহাবানীগুম থমগে, লুহোংগে হায়নসিদা হায়নবিযু হায়জনা লৈবিবা, হেবানা, ঈশ্বরনা পীবন্রব যুম পানবগী চংনবী অমত্তুং খোদাং অমি থাদোকপা তাখি। জহেবানা ‘যুম পাল্লবোই’ হায়বা ফিরেপ অসি যাম্না শেংনা অমস্তুং ত্যাগকা কোন্নবা অবাংবা মুংশিবগী রাখল অমগা লোয়ননা লৌখিবা পুন্সীগী মস্থু হুনজনবা রখলদগী থোরকপা ফিরেপ অমনি। ১১ শুবা মতাংদা, ফতিমানা হংবদা জহেবানা ‘ঐদি যুম পা্ ল্লাগনে ইচে’ হায়না থুমখি। মসি কুঞ্জোগা অহানবা শরখঙনবগী মতাঙদনি। ইবেমচাগা গোপাল-গনা মাগী অশেংবা পূরিগীবা হংবা মতমদা জহেবাগী অচেংপা ফিরেপ খঙহনখি — ‘ঐদি যুম পাঞ্জবোই হায়হুনা নহাক্না হায়বিবা অহুনি, যাবক হন্না হায়জখো হায়বগে।” ( লাঃ ১০৪ ) জহেবাগী ফিরেপ শিবমদাইগী অবোযবা মতাঙ ফাউবদা হোংখিদে। কুঞ্জোনা মমুংদা চংনসি হায়না কন্না তকশিন্নক্রবা মকনদা মানা শায়খি —

"ইবুংঙো ঐবু চৎলো হায়বিযু ঐগী থাদোকপিযু। নখোঃ হামদুনা সেবা তৌবদি এ ঙমজরোই, নঙগীদমক মাঙখ্রো হায়বগা মাঙজ-খ্রগে, ইবুংঙো ঐবু থাদোকপিযু।" (লাঃ ২৭৭) জহেৱানা চেংনা থাজে—মুপা মুপী থুংনবা, লৌন-লৈনবনা মুংশিবগী অরোয়বা নত্তে। থম্মোয়দা 'নীংনবগী' শেংলবা ৱাখল লৈবিবমখৈ মুংশিবগী মশক মাঙগদবা নত্তে।

অদুবু 'নীংনবা' হায়বা অসি তৱাইবা থবক অমদি নত্তে। মসিদি অশেংবা থম্মোয়গী ত্যাগ ভক্তি অমসুং সাধনা লৈৱবা থম্মোয়দা ফংবা চম্মা। জহেবাদা হায়রবা গুণশিং অসি লৈখি। কুঞ্জোগী মফমদা লৈবিবা জহেবাগী অশেংবা থম্মোয় কবিসু চৌংনিংঙাই লৈতে। জহেবানা 'নীংনবগী' দমক্তা মথরায় ত্যাগ তৌবা ঙমখি। বুংগী মথুঙা শিখি। জহেবাগী ভক্তি অমসুং সাধনা অঙকপনি। কুঞ্জোবু মুংশকবগীদমক মাগী পুন্সীদা অৱাবা, ইকাইবা, শাথিরবা দধা কয়া নংখি। মাগী জাতিনা ইনথোকপিখি। মুংশিনবা মকপ-মপাং কযাগা কায়নখি। মযুমদগী তানথোকপীখি। মরৈবাক থাদোকুনা সদযাদা সাইদাংখি। মাগী পুন্সীদা মুংঙাইবা মিৎকুপ অমফাওবা ফংখিদে। অমুক ৱানা কপ্পুনতা লেনখিবা জহেবাগী অৱা পুন্সী ন। অদুবু প্রেমমক জহেৱানা থাঙখি, কুঞ্জোগীদমক অৱাবা নংখি। অদুনা জহেবাগী 'নীংনবগী' ৱাখল অসি ত্যাগ, ভক্তি অমসুং সাধনাগা শাগোম্নবা শাগৎলকপা বৈষ্ণব দর্শনগী 'প্রেম' গী শক্লোন অমা লৌখকই।

বৈষ্ণব দর্শনগী মতুংইন্না মীওইবগী মশাদা কাম অমসুং প্রেম অনীমক পূন্না লৈমিন্নে হায়না লৌই। কামদি পুক্লিং অমসুং হকচাংগী অপাম্বগী নথা পোল্লি। কামদি খক পেনবা নাইদে অমসুং মাঙবা তাকপা নাই। মপানগী ওইবা পোৎশক্তা, হোং নাইরিবা অচম্বা পোৎ পাম্বদা লাঙতক্লদুনা লৈ। অদুগা প্রেমদি মতম

পূন্নমক্তা লেঙদনা লৈরগদবা কৈদৌঙৈদস্ু তংন-থানবা য়াররোইদবা, করিগুম্বদা মশক হোংবা লৈত্রবা অহুগুম্বা বিষয়দা নুংঙাইবা ( নিত্য -আনন্দ ) অহুবু প্রেম কৌই। প্রেমদি অমাঙ-অতা লৈতে। জহেরাগী 'নীংনবগী' হ্বাখল অসি প্রেমগী মশক্তি। জহেরাদা কামগী শরুক য়াওবা উদে। ফজবদা ঙাওজবা অঙাংহলনা জহেরাগী ফজবা শাবান-মূর্ত্তিবু চুন্না শৈথাজবনি। নহা ওইরিবা আমীরদা কিজনা ইকাইথুন্নরিবা, ইবেমচা অমস্ুং গোপালগী মমাঙদা জ্ঞান মাঙহনা হ্বানথগে তৌবিবা, কুঞ্জোনা মখোঙ শোকখিবদা পাপ লংজবে হায়হনা হ্বাজখিবা, মতৈগী হেনজিল্লকপা লমচওগী লাপথোক্লবা হোৎনবিবা পূন্নমক অসি উরগা জহেরাদা কামগী হ্বাখল লৈতে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মাগী 'নীংনব দ' অপাম্বা অমস্ুং কাম য়াওদনা মশক অমনি। মসিগী হ্বাখল অসি উপন্যাসকী অবোযবা মতাঙদা যাম্না মযেক শেংনা ফোঙদোকই। জহেরানা হাযখি— "নীংনবদি কাযনবা লৈতে। থুংনবদি অকাযবা লৈ হাযবা খনবিনবা?" মখা তানা অমুক হাইবকই - "নাংজববু মযেং তগদবগী শরুকপুদি পুন্সা অসিমগী অপাম-নুংশি কৌবদা থুংজগ্রবোই।" ( লা. ২৭০ ) মতম পূন্নমক্তা কায়নবা লৈত্রবা, ময়েং তাগদবা লৈত্রবা অমাঙ অতা য়াওদ্রবা 'প্রেম' গী মশক ওইববা জহেরাগী 'নীংনবগী' মশক্তি।

অসিগুম্বা অচেৎপা অমস্ুং অহ্বাংবা হ্বাখল অসি হাপচিনবা যানবগীদমক্তা অঙাংহলনা জহেরাবু হিন্দু ওনহল্লি। অঙাংহলনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম পামজকবা হ্বাখন্না লমজিংহনা জহেরাবু হিন্দু ওনহনবা নত্তে। অঙাংহলনা মতীক চাবা, অহ্বাংবা হ্বাখল চেনবা অহিংসা পামজবা, মীনুংশি লৈবা নুপী অমনি হায়বসি মযেকশেংনা উৎননবা জহেরাগী চরিত্র শাগৎলকপদা হাপচিল্লকপা গুণ অমনি। অহুনা উপন্যাস অসিদা জহেরানা হিন্দু ওনবা পামজবা অসি কুঞ্জোগা থেংনরবা মতুংদগী ওইহন্দে। হেক পোকলকপদগী পামজরক্লবা

থম্মোয়গী মশক অমা ওইনা উংলি।

৪শুবা মতাঙদা তোমমিয়াগা ফত্তিমাগনা রারী শাবগী মতাংদা জহেবার্দি কুঞ্জোগা থেংনদ্রিবৈদগী হিন্দুগী লমচৎ-শাজৎ অসি চৎলে হায়বা খঙবা ঙম্মী। ফত্তিমানা হায— "ঐখোযগী মোত অসি মাদি ইপাম পামদবনি। হিন্দু ওনগে হায়রিবরা করিনো খংদে। ঐখোয়গী চিঙ্গাক শাসে মাদি স্নুকচা ম্লাদে, য়েকম ফাওবা পায়দে। হুমিং থুদিং ঈকজবা, ঙকত্রে করিনো ? মাগীসে মথরায়না য়াদ্রবা হায়বা অতু ওইবমান্নে, মমাবু ইকংদে হাংবা অসিগী হেক খৎনবনা মানা হেক খংলকপদগী অম্মুক য়াম্বা চাক-ঈশিং চানবসে অমত্তা য়াওদেদো।" (লাঃ ১৪) মসিদগী খঙবা ঙম্মী— জহেরানা হেক খঙলকপদগী হিন্দুগী শাজৎ-লীচৎ চৎলক্রবনি। অতুগা মসি 'মথরায়না য়াদ্রবা হাযবা' অতুনি। ভশেংনমক জহেবানা হিন্দু ওংবা অসি কনা অমত্তগী থৌইনশিন নত্তে— মশানা য়াম্না শেংনা পামজবা, থম্মোয়গী থৌইনশিন অননি। 'রামায়ণ' দা ঐখোয়না মন্দদবী, সবমা, ত্রিজতানচিংবা কয়ানা হিংচাবগী নৈবাক্তা হিংচাবীগী লমচৎ, শাজৎ-লীচৎ, চাবচা যুথক চত্তুনা বামগী ভক্ত ওইবগুম পাঙন চম্নু জহেরানা মশানা পামজবদগী হিন্দুগী লীচৎ-শাজৎ চৎচবনি। অতুবু, পোকপদগী হিন্দু ওইবা পামজবক্লবা জহেবানা হিন্দু পাখঙ কুঞ্জোগা নুংশিনববা মতমদদি মহাক মশামক মানা পামজবিবা হিন্দুদা মযুম পানগে হায়বদি খনখিদে। মহাক মশাগী অপাম্বতু অরাংবা দর্শন অমগীদমক্তা থাদোকখি। চৎনবীগী মতুংইন্না পোক-পদগী হিন্দু ওইরক্লবা কুঞ্জোদগী হেন্না মতোমতা হিন্দু ওইজববা জহেরানা মীওইবনা শেম্বা জাৎ-বিজাৎ খেন্নরবা থুংশেম অসিবুদি থুগায়বা ঙমলে। মরন্নাইগী নুংগী মীংয়েংদা য়েংলগদি— মশাগী খুংশেম্না হিন্দু ওইজববা হিন্দু হুপী জহেরাগা হান্নমা হিন্দু ওইতুনা লাক্লবা হিন্দু কুঞ্জোগা নুংশিনবনি। ফোঙনা সমাজদা খুদম অমা

পীনবগীদমক্তা কুঞ্জোগা অমুক থুংনবগী অর্থ লৈত্রে হায়না খল্লি। অঙাংহলগী উপন্যাস অসিদি ফোঙনা সমাজগী চংনবীবু শীংনবা পাম্বা নত্তে— নুংগী আন্দোলনম্নি, থম্মোয়গী লান্নি সমাজগী লান্নি। সমাজগী মায়োক্তা লৈবা মাগী নীংজবা অমদি পাঙথোকপা ঙম্নবনিনা জহেরানা কুঞ্জোগী মনাক নক্লা লৈত্রবসু য়ারে। বিপ্লবী ওইবগী অকনবা থম্মোয়গী ঈহুল লৈবদগী অসিগুম্বা অচৌবা ত্যাগ অসি তৌবা ঙমখিবনি।

ভশেংনমক জহেরাদি বিপ্লবী অমনি। সমাজগী চংনবীবু শীংনবা ঙম্বী নুপী অমনি! অদুনা, ঐখোয়না অঙাংহলবু জাৎবিজাৎ খায়বগী মায়োক্তা খুং থাবা ঙমদবা অইবা অমনি হায়না উবা লানগনি। ৱাফম অসি/জহেরাগী চরিত্র নৈনরগা খঙবা ঙম্মী। জহেরা য়াম্না শোনবী, চম্বী, পাঙ্গন শোল্লবী নুপীমচা অমা ওইনা উই। সংসার অসিদা মমা লুপ্লাবী মবানিদনি, কনা অমত্তা লৈজদে। অকনবা নুংশিংবী শউমদা ঙাল্লিবা পোদোনগী মৈরিনি। অদুবু মাগী থম্মোয়দি নুংদগীসু হেন্না কল্লি। অরোয়বা মতাংদা জহেরানা কুঞ্জোদা হায়খি— “জহেরা হায়বী অসি পাংগন শোনবী নুপী অমনি। অদুগা মানা লেপখিবা পুক্নিংগী মায়কৈ অদুদগী হোংদে হায়বদি নংদি খঙজিরোইদো ?” মনি অচুম্বনি। মরম অসিনা মানা য়াম্না ওর্থোদোকস ওইরবা ইসমাল ধর্মগী মায়োক্তা কাফির অমা ওইনা লেপ্পা ঙমখি। মহাক হিন্দু ওইখি। মসিগী মরমদগী মহাকপু মুসলিম সমাজদগী তানথোকখি। মহুগী চৈনা, অৱাবা খাঙখি। মহাক মতোমতা হিন্দু ওনবা অমসুং ইসলাম ধর্মবু শীংনবদা নত্তনা মাগী থম্মোয়গী কাচিন্দগী থোরকপা ভশেংবা অনীংবা অমসুং অপাম্বা অমা শাগোম্নবা মরম্না মাগী মমাবুসু ঈরু-জহনবা ঙম্মী, ইচে ইবেমচাদা নমহুনা চন্দন থিনবা তম্বিহল্লি। মাগী অশেংবা মতৌদা পুকচেল চাউরবা আমীরনা জহেরাগী

অহিংসাগী পুকচেলবু ময়ামগী মমাঙদা ফোঙনা থাগংখি, শা-ঙা চাবা থিংখি। সদিয়াদা মতৈ দর্জি অহৱুস্থু হিন্দুগী লীচং খরা চংহনবা ঙমখি। অনীস্থুবা লানজাও মমাঙদা লুখ্রাবী মচা পাঙন চন্নু অমনা মুসলিম সমাজগী চংনবী অমস্থুং ধম্মবু শীংনতুনা লেপ্পা ঙমহল্লিবা অসি ৱাখলদফাও লাম্বা ফংদে। অতুবু মসিগী থৌনা, শক্তি, শীংনবা ঙম্বগী পাঙ্গল অসি অঙাংহলগী মফমদা লৈখি। ইসলাম ধর্ম্মবু ফোঙনা শীংনবা ঙম্লিবা অঙাংহলনা উপন্যাস অসিদা জাং তিন্নদ্রবা জহেবা অমস্থুং কুঞ্জো অনীবু থুংনহনবা ঙমলমলোই হায়না নীংলুবা লানগনি। অঙাংহলনা থুংনবুদগী হেন্না ৱাংবা, থুংনদ্রবস্থু য়ারবা নুংশিবগী মশক অমা উৎনবা হোংনবনি। কুঞ্জোগী থুংনবনা লোইবা, য়াম্না মেটারিয়েলিষ্টিক ওইবা নুংশিবগী দর্শনগা জহেরাগী অৱাংবা, মনুং হুনজিনবা, দর্শনিক ওইবা নুংশিবগী মশক্কা অনীগী মশক অসি উৎনবা হোংনবনি।

জহেবাদি চুনগী নুংশিবদগী হেন্না ৱাংবা দর্শন অমগীদমক মথরায় থাখিবনি। ( Jahera dies for a philosophy-higher than love ) জহেবাবু হাংথ্রবা মতুংদা, মহাক্কী মথরায় বলিদান লৌথ্রবা মতুংদা, মানা শাগচরম্বা দর্শনদি অমর ওইদুনা লৈহৌই। কুঞ্জোনা জহেবা শিবগী মরম, উপায় ( কোজ, এজেণ্ট ) ওইরুবগী ৱাতনি। মীওইবগী পুন্সীগী মরুওইবা দর্শনদি ৱাখল ( আইদিয়া ) অমু হিংলৌবা অমস্থুং মীয়াম্না লৌখিবা অসিনি। সেক্সপিয়রগী জুলিয়স সিজরদা সিজরবু হাংথ্রবস্থু সিজরগী স্পিরিট ( ৱাখল, সিজরিজম ) হিংদুনা লৈহৌবগুম জহেরাবু কুঞ্জোনা হাৎলবস্থু জহেরাগী নুংশিবগী দর্শনদি হিংদুনা লৈহৌই। শিবনা পুন্সীগী অরোয়বা বিচার ওইবা য়াদে। জহেরা শিবনা উপন্যাসকী অচুম-অৱান বিচার লেপকদবা নত্তে। জহেরা শিথ্রবা মতুংদা, জহেরানা থনজরিবা ৱাখল, মীৎয়েং, পুন্সীগী ফিরেপ অমু মাঙবা তাকখিবা

লৈতে। অহোইনত্তুম হেন্না ময়েক শেংলকই, ফজরকই। মহাক্না শিরবা মতুংদা হিন্দু পাঙন অনীমক্না মাগী অরাংবা মুংশিবগী মশক, ত্যাগপু মশক খঙলকই। য়াম্না পামমুরকই, মুংশিরকই অমসুং মীংঙম্মক্কে। অহুনা মুসলমান মখৈনা হায়— "শেংদনা শেংবা শাবা মৈতৈনবু ঐখোয় পাঙনবু হংগোইনবনি। অঙাং অনী থিসি, সনানা য়োমহনা য়োক্কনি, মরাইবক্কী থোকঅবনি করম তৌগনি, ঐখোয় লৈরি হাযহনা খুঙ্গাও অসিমা হুপ্পা পাম্বোম তিংঙে।" (লাঃ ২৭৪) অরোয়বা মতাঙদা, "লিচিং অমতা ওইবা", "জাতি তোঙানববু ওনথোকপনি খনবা", "মৈতৈগা পাঙনগা মুংশিবগী মুমিৎ",— ৱাফমশিং অসি ময়েক শেংনা পুশিল্লকই। অহুনা ডা. পি. নবচন্দ্রনা হায়—"জহেরাগী পোলোইদি হিংমিন্নবা অমসুং চান্নবনি। মসিগী-দমক হৌগংখিবা যজ্ঞ অহুনা থম্মোয় অনীমক কংথোকখিবনি।"৩ হিংমিন্নবা অমসুং চান্নবগী ৱাখল অসি য়াম্না কন্না, চেৎনা, মওং তানা অরাংবা ৱাখল্লোন্দা পুখংলক্লিবা অসি জহেবানি, জহেরাগী ত্যাগ অমসুং প্রেমনি। পুন্নমক ফজবে, অহুবু উপন্যাসকী পোলোইদা মুংঙাইতবা অমত্তংদি— অঙাংহলনা কুঞ্জোবুসু শিজল্লমদবা অসিনি। জহেরাবু হাৎলবা মতুংদা কুঞ্জো মশাসু থাঙনা থিন্দুনা শিজরম্লবদি অমুক্কা হেন্না ফজরমগনি নীংই। অহুবু, ঐনা খনবদা, জহেবা শিববা মতুংদা কুঞ্জোনা হিংহনা লৈবা ঙমগনি হায়বসি থাজবা ঙমদে। অঙাংহলনা য়াম্না চ্যেকশিন্না লোৎশিন্দুনা ঈঙ্গিৎ ওইনা কুঞ্জোসু মথরায় থাজগদবা থৌরাং তৌই হায়বসি অরোয়বা পরেংশিংনা তাকই—"কুঞ্জোনা থাংদগী ঈ অহু মখুৎ ওইগী খুবাক্তা নানথোকই, জহেরাদা য়েংবোই য়েংদবোই থাং অহুদা য়েংই, মমাই অহু সুন্দা হাইগৎলকই, অঙাওবদৌনা নোককেৎ তৌই। মচিন অহু লেংই, মখোন্দি থোক্কে য়েংবদা ৱা ঙাংবা মাল্লি, য়াতোন খরা খরা উই।

চপ লেপই ।" শোয়দবনি, কুজো শোয়দনা শিরগনি। মবান্নিগী আত্মানা স্বর্গদা তিন্নরগনি।

---

য়েংবিগদবা : রাবেং অসিদা য়াওবিবা লাইরিক্তগী লৌথোক্লিবশিং অসি 'জহেরা' অহুমশুবা খুৎনম, ১৯৯১ দগীনি।

১ ) ডা. নহাকপম অরুনা, 'সামাজিক সমস্যা নৈনবা উপন্যাস অমা ওইনা মহাকবিগী জহেরা', সেপ্তেম্বর ১১–১২, ১৯৯২। ফোঙদ্রিবা পেপর।

২ ) ডা. ই. দীনমণি, "অঙাংহল : সমাজ অমদি সংস্কৃতি", ১৯৯২, লা: ২২৮–২৯।

৩ ) ডা. পি. নবচন্দ্র সিংহ "রাবেং ( উপন্যাস অমসুং রচনা )" নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী খন্ন-নৈনবদা ( ৩১/৫/৯২ ) প্রথোকখিবা চে।

# মীনকেতনগী ৱারেং-সাহিত্য

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ ( ১৯০৬— ) যুগ পুবা অইবনি। মৈতৈ পুয়াদা য়াউবা লুৱাং গুক পুন্সীবগুম ( "মীরম ওংনা লাইরম চাক্তাবা তাইবং মমান্নবশিংনা লাইনি হায়না শীংথাবা" ) মণিপুরী সাহিত্যগী অরি-অনৌ লংদাইদা লেপ্লিবা, হৌজিক মতমদা পৌরানিক চরিত্র ( Puranic figure ) অমা ওইরবা, সাহিত্য শুবা মীশক অমনি। শৈরেং, ৱারেং, নিবন্ধ, নাটক, পুন্সী ৱারী, অনুবাদ, অঙাংগী সাহিত্য, ভাষা বিজ্ঞান আলোচনা— অসিনচিংবা সাহিত্যগী লৈচল অমম্বুং খুৎই কযাদা মপূ ফানা খুদোল তৌরিবা অইবনি। সংস্কৃত, বাংলা, ইংরেজী লোন-অশুম তুনা খঙই। মসিগী মথক্তা, অরিবা মণিপুরী সাহিত্য অমম্বুং কৃষ্টিশু মখোঙ শেংনা খঙই। ভাতে অমম্বুং মণিপুরগী অরিবা সাহিত্য অমম্বুং সংস্কৃতি পরম্পরা অর্নগী ঈচেল পুয়া তিল্লবা পণ্ডিত অমম্বুনি। লাইনীংগী মতাঙদা তান্ত্রিক সাধনা অমম্বুং বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নীংথিব জ্ঞান লৈ। মখামক গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চেৎনা চংলিবা বৈষ্ণব অমনি। মাগী সাহিত্যদি ঈরোঙ কয়া ফাংলবা ঈচেলগুম্বনি। মাগী সাহিত্য নৈনবদি অচৌবা কিশা অমগী মনুংদা চঙবগুম্বনি। মাগী ওইবা লোনগী মফোঙদোক অমম্বুং খুৎই ষ্টাইল অমা হৌদোক্লুনা, অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা 'মীনকেতনগী লোন,' 'মীনকেতনগী খুৎই,' 'মীনকেতনগী ষ্টাইল'— হায়বা অমা হৌদোক্লিবা অনৌবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী লুচিংবা অমম্বুনি। খুৎমাবা অইবশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়ারবা অইবা অমনি।

ৱারেং ( এসে, নিবন্ধনচিংবা ) সাহিত্যগী মরু ওইরবা লৈচল ( genre ) অমনি। শৈরেংনা মীওইবগী মুংগী অপুম্বা অমম্বুং ফজবা

খিবনি। ( man's inner life, his psychic reality, a greatness of life, beauty and harmony. ) ড্রামা-উপন্যাসনচিংবনা— পুন্সীগী অচৌবা মশক, পুন্সীগী অরুবা মীৎয়েং উৎলি। ( the serious view of life, a grandeur and more dignified aspects of life. ) এসেদি মরুওইনা মপানগী পুন্সাদা য়েংই। কবিগুম্বা হীবম অমদা মওং তানা ইবনি। পাউতাক পীবা, পাউ তম্বা, ৱাৱী লীবা ঙাক্তনা এসে ওইদে। পুক্নিংগী ঈহুল, ইমোসন, কল্পনা উৎপা ঙাক্তনস্থ য়াদে। ফজবা নিবন্ধদি লৈতারবা, ৱাখল চেল্লবা মীওইবগী খোম্থোকনি। লৈতারবা লৌশিংগী মপুংফাববা অনুভূতিগী পোথোকনি। মীওইবগী থুপ্লবা, লুথনা লৈবিবা ভাব, ৱাংলবা ৱাখলবু লোন মীংথিনা শুবা হৈবা মীনা মওং-মবীন নাইনা, কলাগী ফজবা খুৎশেম অমা ওইনা ফোঙ-দোকপনি। অহুনা, সংস্কৃত আলংকার হায়— "গন্তং কর্বানাং নিকষং বদন্তি।" ৱারেং শুবল্লবা, ইরক্লবতদা কবিশিংগী ( অইবশিংগী ) মগুণ খঙনৈ। ৱাবেংনা কবিগী মগুণ চাংয়েংনৈ।

মীনকেতন ৱারেং ফজনা শুবা হৈবা অইবা অমনি। মাগী ৱারেংদি আদর্শ অমস্থং রোমান্টিক ওইবা খুৎইগী মওংনি। মাগী অতেনবা অমস্থং অশাংবা ৱারেংশিংদা লিরিকেল অমস্থং ড্রামাটিক ওইবা মচাক য়াম্না য়াওবা থেংনৈ। থম্মোয় ঈহুল অমস্থং ইমোশন মরাঙ কায়না উৎপা য়াম্না য়াওই। অহুবু, মশাগী তোপ-তোপ্পা ষ্টাইল চেৎনা লৈ। হায়নবা লৈ— ৱারেংদি মানা উৎলিবা, নৈনৱিবা হীরমগী অফ-ফত্ত উৎপদা থোইনা লৈতে। মক ওইৱিবদি— ৱাবেং ইবহুনা হীরমহু মতৌ কবম্না শেমশাহ্না উৎপগে অমস্থং ফোঙদোক-পগে হায়বহুনি। কৱিগুম্বা হীরম অমবু হেক্তা মুংঙাইহন্না, ফজহন্না অমস্থং কলাগী মওং তানা ইরবদি মহু এসে ওইরে। মসিগী লাম্থোকপগী হৈশিংবা, লৈতেং হাপ্তনা ফজহনবগী মগুণ অসি

মীনকেতনদা শোয়দনা লৈ। মসিদা, শৈবেংগী মহাও য়াওবা, লৈবোং য়াম্না হকপা, থওইনা শেম্বা লোনগী খুৎশেম য়াওবা— "আর্টিফি-সিয়েল ষ্টাইল" ( Artificial Style ) অমা চোঙথোক্লকই। মসিনা মী অতৈগা মান্নদবা, ঙকহন্না থোকহনবা মওং অমা ওই। মীনকেতননা মাগী 'আর্টিফিসিয়েল ষ্টাইল' অসি মাগী ৱারেং ইবগী টেকনিক ওইনা শীজিন্নে।

অতুগা, নোংচুপকী সাহিত্যগী এসে ইবশিংদা লৈরিবা, মবন্নাইগী পেন্দবা ফোঙদোক্লনা পুন্সাবু আলোচনা তৌবগী মওং অঁতুদি মীনকেতনদা লৈতে। ইংরেজী সাহিত্যগী এসে ইবশিংদি পুন্সীগী নীংবা কায়বা, পেন্দবা, শাউনিংবা কয়া ফোঙদোক্লনা ই। ইচম চম্বা অযুক নুমিদাংগী থৌদোক্লস্তু খুৎথাই। চন্না তৌবা ফাগী অমসুং চন্না উৎপা পুন্সী থৌদোক অমস্তু য়াওই। মীনকেতনদ পুন্সীবু তাথিবা, শাউশিংবা য়াওদে। ফাগী তৌবস্তু তৈতে। মাগী দি— থায়নগী অ'দর্শ ওইরবা পুন্সীগী ফজবা মশক, ফিদম্লিংডাই ওইববা অৱাংবা ৱাথল, ইতিহাস অমসুং পুবানদা য়াওবিবা ফজবা ভেন্নাশিং উৎনবা হোৎনবনি। মসিগী ফজবা মশক নৈনবা, পুথোক্নবা হোৎনবনা মপুং ওই।

মণিপুৰী এসেগী লময়ানবা ওইরিবা খ্বাইবাকপম চাউবগা মীনকেতনগা রোমান্টিক ওইবা শাগৈদা পুন্নবস্তু ৱারেং ইবা অনীগী থেন্নবা মশক অতুম উবা ফংই। চাউবগী খুৎই, মফোঙদোক অমসুং মীৎযেংদা কাহেন্না বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব তাই। মাগী এসে থরদি 'কবি,' 'ঈশ্বর ভক্তি' অসিনচিংবা কালিপ্রসন্নঘোষকী ( ১৮৪৩–১৯১০ ) নিবন্ধদগী ( 'নিরব কবি,' 'ঈশ্বরে ভক্তি' ) মণিপুৰী লোন্দা ইথোকপা, শোমদোকপনি। চাউবনা পাউতাক পীবা, নীতিজ্ঞান তাকপদা পুক্লিং চঙই। বুদ্ধি অমসুং জ্ঞান ফোঙদোক্লনা ইবা 'রিফ্লেকটিভ এসে' ( Reflective Essay ) ইবদা চাউবগী মপা






লৈতে। প্রমাণ-পাম্বে শীজিন্নবা, চীংলেম্বা লোন ওইহনবা অমসুং উচন চেৎনা ফোঙদোকপদা চাউবনা হেল্লি। মানা মণিপুরী সাহিত্যদা চপচাবা এসেগী মশক ( নিবন্ধ, অতেনবা ৱাবেং ) অমা শাগৎলম্মী। মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী কালিপ্রসন্ন ঘোষনি হায়না শীংথানবা ৱাই।

পার্সেনেল এসে ওইনা তৌবা 'নেরেটিফ এসে' ( Narrative Essay ) ইবদা মীনকেতনদি থোইদোক্না হৈ শিংবা অইবনি। চাউবদৌনা মঙোন্দা বাংলা সাহিত্যগী মমি থোইনা তাবা থেংনদে। ( বাংলা কবি কয়াগী শৈবেংদি লৌথোক্লুনা হাপ্লি। ) মশাগী ওইবা থুংই অমসুং মফোঙদোক্না অয়াম্বনি। চাউবদৌনা পাউতাক পীগন্দে। অহুগা, মতমগী য়াওন্দা হোংলক্লিবা মশক, কায়থরক্লিবা পুন্সি, মাঙথরক্লিবা ভেল্যু কয়াগী মরমদদি তঙনা ন্নুংঙাইতবা, ন্নুংনাংবা ফোঙদোকই। বাংলাগী ৱাবেং সাহিত্যদা য়াম্না ম্যাজিকেল অমসুং লিরিকেল ওইবা ৱারেংগী মওং পুৎকথিবা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগা ( ১৮২০- ৮৯১ ) মীনকেতনগা নকশিন্না থম্বা য়াই। চাউবা অমসুং মীনকেতন অমীমক লৈতেং অমসুং মকে শেম্বদা হৈ-শিংলবা অইবা ঙাক্তনি। অহুগা মকে শেম্বগী মওংদি থেন্নৈ। চাউবনা— প্রমাণ পাম্বে, উপমা, অকনবা বুদ্ধিগী মরৈ, মীতোন্দগী লৌথোক্লকপা কো-টেশন কয়ানা ঐখোয়বু থাজহন্নবা, পূক্লিং চীংশিন্নবা হোৎনৈ। মীনকেতননা লিরিকেল ওইবা মহাও হাপ্পুনা, পোইটিক ভিজন অমা পীনবা হোৎনৈ। হৈশিংনা লীবা ৱাবীনা ঐখোয়বু শুমহৎনবা হোৎনৈ। ইবেনবোক্কী ন্নুংঙাইববা ফুঙ্গা ৱারীনা ঐখোয়বু শুমহৎ-পগুম্বনি।

## মীনকেতনগী ৱারেং মখলশিং :

মীনকেতননা হৌজিক ফাউবদা ৱারেংদা ইবা লাইরিক মাপন (৯) ছাপা তৌহনা ফোঙলে। মাগী লাইরিকশিং অসি নৈনবদা

মুংঙাইনবা চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মখোয়দি— ১) নেরেটিভ এ.স (ৱারী ওইনা ইবা ৱাবেং), ২) পুন্সি-ৱারী (মীগী অমসুং মগানা ইজবা পুন্সী-ৱারী) অমসুং ৩) ক্রিটিকেল এসে (আলোচনা, নৈনবা)।

## নেরেটিভ এসে :

মীনকেতনগী নেবেটিভ এসেশিং অসি 'ঙাঙ্গোয়-পরেং', (১৯৪৯), 'ভাবত চনু' (লাবোল ১-৪, ১৯৫২), 'ৱামায়ণগী ৱারী খরা (১৯৫২), 'অঙাংগী বামায়ণ', 'মৈতৈ লাঈরোল' (১৯৫২) অসিদা মরাঙ কায়না য়াওবা থেংনৈ। লাইবিকশিং অসিনী মনুংদা শীংথানবা য়াবদি 'ঙাঙ্গোয়-পবেং' তনি। 'ঙাঙ্গোয়-পরেং' মণিপুবী সাসিত্যদা অনৌবা মহাও অমসুং অনৌবা য়াওন পুরকখিবা লাইবিক্লি। 'ঙাঙ্গোয় পবেং' থোক্লকপদগী 'ঙাঙ্গোয়-পবেং শিবা লোন' হাযত্নুনা অতোপ্পা লোন য়ানশিন্দবা, থায়নগী অশেংবা লোন শীভিন্নহনা ইবা ঈহৌ অসি খঙনবা হৌরকখি।

মীনকেতননা কবিগীদমক মণিপুবী সাহিত্যদা 'ঙাঙ্গোয়-পবেং শিবা লোন' হৌদোকখ্রিবনো? মসিগী শাংলবা ৱাবী লিখুন অমা লৈ। খৃঃ কুঃ ১৯৩০ গী মতম্লি। মতমসিদা মহাক মণিপুব ইষ্টিট্যু-শনদা (হৌজিক্কী সি. সি. হায়ব সেকেন্দরী স্কুল) ওঝা ওইরি। পরীক্ষাগী ৱাহং অমা শেম্মী— নরৈকাইগী নত্রগা নখুনগংগী মরমদা রচনা ইয়ু হায়না। ৱাহং অসি শেম্বদা থম্মোয়দা পোকখি— "পোক্ল-ভম নরৈকাই শক খঙদবা, মশক কৌবা সুকখঙ খঙদবা নংনা ৱাহং অসি হংভম থোকপরা, খঙ্গনি, যেংগনি কর্রম্না নুংবংনখি থম্মোয়, ওইখি অরাবা অচৌবা অমা; হোনখি খঙহৌদে অরাবা সোন্নু অমা। ............মসি বিধাতাগী শাপ অমনি।" ('পুনশিগী শক্তম', লারোল ১, ১৯৮০, লাঃ ১৭-১৮)। মসিদগী মরৈবাক অমসুং

মমালোন হুংশিনগী ৱাথল অমা ফাওখি। মসিগী ৱাথল অসি খৃ. কুঃ ১৯৪৯ গী জানুৱারী তাং ১০ দা চপচানা মওফাউনরে। মাগী মমিং চংলবা 'নোংগুম্নকখোদা' হায়বা শৈরেং অসি 'ইমাগী থোজান্দগী, ইমাগী মরোল, ইমাগী স্নুর'দা ইখিবনি। ('পুনসিগী শক্তম,, লারোল অনী, ১৯৮৩, লাঃ ১৪২)। মতম অসি মহাক জোনষ্টোন স্কুলদা ওবা ওইরি। অতৈ লোনগী মতেঙ য়াউদনা ইবা শৈরেং অসি পাকবদা কবি চাউবনা য়াম্না থাগৎখি। ('ৱাথল,' অহানবা মশীং, ১৯৬৮, 'অশম্বা পুন্সি ৱারী ঃ শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ'— নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ।) মতম অসিরাইদা অশেঙবা মৈতৈলোন্দা ইবা ৱারেং-শৈরেং কয়া মথং মথং ইরকখি।

অতুনা 'ভাঙ্গোয়-পরেং' (১৯৪৯) গী ৱাথৌদোক্তা হায়রি— বাংলা, সংস্কৃত, মৈথিলীনচিংবা লোন কয়াগী মফমদা চেঙজরুরে। অহুবু, থম্মোয়গী অস্নুবা, অয়ৌবা, অথেংবা, অপানবা লোন্দি মৈতৈ লোন্না ওইরম্মে। অইবনা শৈথারি ঃ—

খোল্লাল অমা ওইবমদরে, শৈরেং অমা নৎলমদরে,
মৈতৈলোন্নি ইমারোল, মৈতৈ ঐগী হুংশিবী ইরোল,
স্নুববা মরোল, মিববা খোঞ্জেল, হুংশিরবা ছৈরোল,
হায়বকই—"মৈতৈ ঐগীনি, ঐদনা নংগীনি"
অহানবা 'ইমা লৈ' কৌনখিবা নমা ঐনি মৈতৈরোল।

'ভাঙ্গোয় পরেং'দা য়াওরিবা কংলৈ লোনগী নীংথিরবা, হুংশিরবা ৱারী মঙা অসি (পুনম চীং, অন্দ্রোগী মৈ, পোৎশংবম খোংনাং, ভাঙোম ফুরা, খোংনাং চোগায়বী) ইতিহাসকা শম্নবা অমস্নুং মরা লৈনবা ৱারী ওইরবস্নু, থৌদোক-ৱাথোক শেম্বদা কল্পনাগী শরুক য়াম্না হাপচিনবনা থায়নগী অরিবা ৱারী— লেজেন্দগী (legend) শক্তম লৌরি। থৌজিক মতমগী অকাউবগী লৈরোম্নুংদা লূপগ্রবা, গুপ্তগী নীংশিংবগী মমিফাউবা লৈত্রবা, মৈতৈগী থায়নদগী লৈরক্লবা

রারীশিংবু নৌংহৌনা মাযথুম হাংদোক্লকপনি।

ইবিবা রাবীশিং অসি পাবদা নুংঙাইহল্লি। লিবিকেল ওইবা অমসুং কল্পনা যাম্না শীজিন্নবা লোন্নি। রাবী রাতায অমসুং ড্রামাটিক ওইবা মচাক য়াম্না যাউই। মবক মবক্তা শৈবেং হাপচিল্লি। য়াম্না তেন্না ফোঙদোকপা মতাংদা লোনগী ফজবা থেংনৈ—"অন্দ্রো নোংমাইজিং ওংবা খুল অমনি। খুনফম অসিদা মৈফম অমা লৈ। মৈ অমা তত্তনা চাক্লি।" (অন্দ্রোগী মৈ, লা. ১৬)। মমাঙতৈদা শাগৈ কয়া তওনা খোংগ্রেং হানৈ (লান শোক্লৈ) হাযবসি ফজবা কল্পনাগী রাহৈসিনা তাক্লি—"ক'লৈ-ওংবা তুবেল অমত্তা ভৌনা চেঞ্জবা ঙম্লমদে। অমুক সাথীনা পাল্লমী লমদম-সী।" রাহৈ খবংনা মীওই লমচং ফজনা যেকপা ঙম্মী। চবাইবোংবনা পূকচেল হোংখিবগী মতাঙদা ইবি—'মী-চবাইবোংবা নিংথৌ-চবাইরোংবগী পোইবৈ ইল্লে। নিথো ঙম্বা অঙম্বগী রাবক-ভুইগং থাংলে। মশানৌ লৌশিনবা য়াদ্রে, মপাবী কোন্সিনবা ঙমদ্রে। মী অসি উনা উনা ঐঃ মহায়বি।" (খোংনাং হোগাযরা, লাঃ ৭৩)। অইবগী খুংহ স্টাইল অমনা— বারীগী মতাং মতাংদা অইবা মশা চোংথাক্লক্লুনা হেক হেক রা ডাঙই, ব্যাখ্যা তৌই, অফ-ফত্তগী মোত কযা ফোঙদোকই।

'ডাঙ্গোয়-পরেংগী রাবী অয়াম্বা থাযনগী পুন্সি, থাযনগী ভেন্মুংগা মরী লৈনবা পৌরানিক অমসুং ঐতিহাসিক কল্পনা কয়া শীজিন্নহুনা ঐখোযবু থাযনগী মঙলান্দা চিংহুনা পুই। 'ডাঙ্গোয-পরেং দি লোনগী যজবা লীলানি।

'ভারত চন্দ্র'দি ফিদমনিংঙাই ওইবী ভারতকী নুপীশিংগী চরিত্র খবা খঙ্গংলগা নুপীমচাশিংগীদমক্তা চম্না, লায়না ইবা রারীশিংনি। মসিদা যাওবি— পদ্মিনী, লালবাই, সবদাবরাই, চিন্তামনি, সীতা, তরা, পদ্মাবতী, ক্ষমাবতী, দমযন্তী, দ্রৌপতী, শকুন্তলা অসিনচিংবা।

চম্না, লায়না ইবা অঙাংগী সাহিত্যগী ফজরবা থুংই অমনি। মসিদসু মীনকেতনগী মমিদি লোংপা য়াদনা অতুম তাবা থেংনৈ। থুদম ওইনা— "খঙজরে, মশাগী অখেংবা থৌনা পদ্মিনীগী অঈংবা থৌনাগী মফমদা মমায় থুরে; উজরে, মশাগী অমম্বা নাপন পদ্মিনীগী অঙানবা নাপনগী মফমদা মমায থীরে; পল্লে, মশাগী ঙকচাউ থেকপা পুকচেল পদ্মিনীগী হুরক্রবা থম্মোইনা মমু য়্বৈথেক্লে! অসিদগী ক্ষেন্না মায়খুবা অতৈ কবি লৈরি!" (পদ্মিনী, লাঃ ১৫)। 'রামায়ণগী ৱারী খর দসু রাম চরিত্রগী মক ওইবা লক্ষণ খরা লৌথত্তুনা ইবনি। 'মৈতৈ লাঈবোল'না লামায অমা, অমা মথায়দা য়াম্না তের্ন্না ইবা মৈতৈগী লাইতিন, থবান হুমিং থানচিংবগী ৱারী শিংবুলি। মপুংফাবা, মওং তানা শেন্বা ৱারেং থোইনা য়াওদে।

## পুন্সি-ৱারী:

পুন্সি-ৱারীদা শকক অনী থোক্লা খায়দোকপা যাই— ১) মীপী পুন্সি-ৱারী। মসিদা লৈরি— 'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব' (১৯৮৬); ২) মশানা ইজবা পুন্সি-ৱারী (অটোবায়োগ্রাফি)। মসিদা লৈরি— 'পুনশিগী শক্তম' (লাবোল অমা, ১৯৮০) অমসুং 'পুনশিগী শক্তম' (লাবোল অনী, ১৯৮৩)।

'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব' পীকতক তৌবা পন্দুপ ১৮না শাবা, বৈষ্ণবকী লাইরিক কয়াদা য়ুমফম ওইরগা ইবা, চৈতন্যদেবগী নীংথিরবা পুন্সি-ৱারী অমনি। লাইবিক অসি চুম্নগী পুন্সি-ৱারী ঙাক ইবা নত্ত্রি, বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং দর্শন, অকুবা তত্ত্ব কয়া ইবা মমল য়াম্নবা ধর্ম্মগী লাইরিক অমসু ওইরি। মতাঙ চানা চানা শাস্ত্র কয়াদগী লৌথোক্লকপা শ্লোক কয়া হাপ্পি।

ইরিবা ৱারেংগী ষ্টাইল অসি মীনকেতনগী কাব্যদোনা ইবা থুংই মওং অতুনি। শৈরেংগী মহাও পীনবা ৱাহৈপরেং অয়াম্বা ভর্ব (ক্রিয়া) না হৌবা য়াম্না থেংনৈ— শক্লে অতুনোং, চংলি অতু

অর্থ, পাল্লি অতুম মিংফম. ... লাকখি অতিথি অমা, . সেম্লে লুক ,
চারে শচী , অকনবা মীচৈ ..., চৎলে কীর্ত্তন কাণ্ডীগী মকান তম ...
অসিনচিংবা কয়া কয়া। থম্মোয় ঈহুল ফোঙদোকপা মতাঙ
নত্তুনদি থুংই অসি হনজিন হনচিন শীজিন্নবা মরম্না তম্বা অমা
পোকহল্লি। পাবা মুংঙাইরক্কবা য়াওই। অমাৱোমদনা, চুম্নগী
ৱারেংদা তেন্না ফোঙদোক্লুনা ইবা ৱাহৈপাবেংশিংদা য়াম্না ফজবস্লু
থেংনৈ। খুদম ওইনা— চৈতন্য ভক্ত ভকপা অঙাং ওইখি নবদ্বীপ
পুম্বদা। ....মশক ভক্ত নুংশিনা ফঞ্জে। .. ঙাওবে ঙাওনা বুদ্ধিদদি
বৃহস্পতিনি। ...অসিনচিংবা। অহানবা মাগী নুপী লক্ষ্মী শিখিবদা
চৈতন্যদেবগী থম্মোয়দা ৱাখল হোংলকপা অমসুং ত্যাগকী মমি
তাখিবগী মতাঙ অহু অইবনা ফজনা ফোঙদোক্লি— "তাবগুম তৌখি
পুনশি-লীলা চাংকক্‌মগী অবোইবা ফিজঙ। নোংৱান্থাদা তত্তুনা
হেক হেক ঈহৌ ঈঙাওকপা তুরেন্না শরত্তা লিরি খোইরি চেল্লবগুম
নিমাইগী কঙাওনবা পুনশি লক্ষ্মী লেতবগা লোয়ননা লোইখিবগুম
তৌখি, ফাওখিবগুম তৌখি মথম্মোইদা ধর্ম্মগী ৱাখলগী মঙাল
অমা। লাক্লবরা খঙদে মশক ফোঙবা মতম। "( লা. ৩১ )।
লম্বোইনবগীদমক মযুম থাদোক্লুনা চৎখিবগী মতাঙদা মীনকেতননা
ইরি—" .. শচীগী বাৎসল্য প্রেম বিষ্ণুপ্রিয়াগী মধুরপ্রেম— কত্রং
লংলম অনীনা ভমলুগনি পুনবা মাবু কয়া কুই। ...অহিংদো
জগৎকীদি খঙদে, নোংদম থীবী অনীগীদি অমুক ঙাল্লু তমদ্রবা
অহিংনি। লীৱী তম্লি গঙ্গাগী নিকদয় ঘাটনা অৱাবা মপাউ।
( লাঃ ৪১ ) ফজদবা নত্তে মাগী ৱারেং। নীংথিজে মাগী থুংফোঙ-
দোক। অহুবু, মরু-মরাঙ হেন্না থাকপসু থেংনবদা নত্তে অহুনোং।

মীনকেতনগী ৱারেংগী ফজবা, চীংলেম্বা মশক্তি মাগী মশানা
ইজবা পুনশি ৱারীদা উবা ফংই। মণিপুরী সাহিত্যদা 'মশানা
ইজবা পুন্সি ৱারী' ( অত্মাকথা ) য়াম্না তাঙনা থোক্লিবা সাহিত্যগী

লৈচল অমনি। মাগী মমাঙদা ৮এল ইবুংঙোহলনা মাগী 'জীবন চরিত' (১৯৭৫) ফোঙখি। অহুবু, সাহিত্যগী মহাও য়াওহনবা ঙমদবনা মহু অফবা অত্মাকথা ওইবা ঙমখিদে। মীনকেতনগী 'পুনশিগী শক্তম' (লাবোল অমা অমসুং অনীশুবা) অসিদি সাহিত্যগী মহাও চেল্লব, মণিপুরী সাহিত্যদা শীংথানবা য়ারবা দান অমা ওইরে।

অত্মাকথা ইবা হায়বসি য়াম্না লুবা কলা অমনি। ওব্জেক্টিভ ওইনা পূকচেল শেংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবনি। অইবগী পার্সোনেলিটিনা হেক হেক মরায় কাঙখৎলক্কে তৌবদা মমথহুনা থম্লগা, মাগী মতম অমসুং পুন্সিবু মীনম্বা তৌদনা, অইবগী ৱাখলগী মায়ওন, পুক্নিংগী ঈহৌ, পামজরিবা পুন্সিগী ফিদমশিং, পুন্সিগী মায়-পাকপা অমসুং মায়থিবা, অফবা অমসুং ফত্তবা থৌদোক কয়াবু য়াম্নমক পূকচেল শেংনা পাউদমগদবনি। অসিগুম্বা গুণ অসি লৈবদগী মহাত্মা গান্ধী, নেহরু, নিরাদ সি চৌধুরী, প্রকাশ তন্দন, চরচিল, রসেলনচিংবগী অত্মাকথাশিং অসি মমিং চংশিবনি। অত্মাকথা ইবশিংনা মখোয়গী মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সিদা থম্লিবা মীৎয়েং, মখোযগী ইতোপ-তোপ্পা এক্সপিরিয়েন্স অমসুং মীগা মীগা লৈনবা মরীশিংবু ফজনা কলাগী মওংদা ফোঙদোক্লুনা মীয়াম্না পাবা য়াবা পোৎ অমা ওইনা পুথোক্লকপগীদমক্তা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনা লৌশিন্দুনা শীংথানরিবনি। মীনকেতনগী 'পুনশি শক্তম' অসিদসু অসিগুম্বা ফজরবা মচল খরদি উবা ফংই।

মীনকেতনগী 'পুনশিগী শক্তম' (লারোল অমা, ১৯৮০) দা করিগীদমক মশাগী পুন্সি ৱারী ইরিবনো হায়বগী মতাঙদা য়াম্না ময়েক শেংনা পল্লি। ৱাফমসি নৈনবদা কান্নগদবা অমা ওইবদগী খরা শাংনা লৌথোক্লুনা উৎচরি।— "..ইতিহাসদা কান্নগদবা, তাবদা নুংঙাইগদবা, খঙবদা কান্নগদবা ঙাক্তনি। .. উগনি পটভূমিদা

কাব্যসিগী জাতিগী চহী মরিফুগা মাপলগী পুনশি থোঙভম ; বিষয়বস্তুদা জাতিগী ইতিহাসনা খল্লোকপিরবা, ইতিহাস মশানা থঙবফাও খঙবিদ্রবা, করিম্নুংদা কৈদৌনুং খঙবিরবোইদবা, জাতিনসু অহুনোং থোইনা থৌশাবিদ্রবা মারীগী পরেং। ...মসদা য়েংভি মাংলোই ; বাদদা য়েংই তাবোই ; লীগনি মীতি নীতি কয়া ; শক্তনি তত্ব কয়া। ওইগনি শোয়রোই কাব্য অমদি নীংথিরপা, পিক্তকপা। ...অমুক অমরোমদা, মাবেংগা শৈবেংগা অনী পূল্লা চৎ তাগনি মমি হায়রপ কাব্যসিদা ঙাঙ্গোয় তক্ষা তনীগী অপূনবা মনীংশি, উপাল উরী অনীগী মর্কজ; "থোকনি ভাবুক্তা নীংথিরপা চম্পু কাব্য অমগুম পিক্তকপা...।" (মাহৌ) মথক্কী মাহৌ অসিদগী খঙবা ঙম্বদি মশানা মশাবু থাগংচবা অমা য়াওরি। মসি নাপলগী মশোং কাঙবগী মওংনি। অনৈরোমদা য়েংসি নেহকনা মশাগী অম্মাকথাগী মরমদা হায়বা— ঐগীসি মচেৎ ওইনা তৌবা, মপুং ফাদ্রবা, মমাঙগী হৌথ্রবা থৌদোক খরা পাউদমজবনি।

'পুনশিগী শক্তম' গী অহানবা লাবোলনা কল্লিবা মতমসি অইবনা পোকপা খৃঃ কু. ১৯০৬ তগী মশাগী চহী ৫/৬ শুরকপা ফাওবগী মতম অসিনি। মসি পন্দুপ ১৭ না শাই। পূল্লা শেরেং ২৭ য়াওই। মসিদা উংলিবা পুন্সিগী মকুওইবা থৌদোকশিংদি— অহানবা কৌবৌ মঙান উথিবা মাংথৈগী মরমদা শৈখাবা ; মণিপুর ইনষ্টিট্যুশনদা ওঝা ওইবগী থৌদোক, মপা পোকপা মপুবোক ফুবাহোংবগী পুন্সি, মহাক্না থোমজোন লান্দা সুবেদার ওইনা শরুক য়াখিবা অহুগা মমৈথংদা চহী ২৫ আন্দামান্দা মান্না পুন্সি লেল্লুববা মতুংদা মণিপুরদা থোক্লক্লগা শিখিবা ; মাবু পোকপা মপা জীবনগী অরা পুন্সি, মহাকথক্তা য়ুম মুংখিবা ; য়ুমশেংবা তুনিত্তা মমাগা মাগা য়াইস্কুলদা মথৌগীদা লৈখিবা ; য়াইস্কুলদা য়ুম হোংলক্লগা লৈনবা পুনশি মতেক উৎলগা লোয়শিল্লি।

থৌদোকশিংগী মনুংদা মপুবোক ফুরাহোংবগী ৱারী অসি য়াম্না নীংথিনা, মবীক চুন্না ইবা থেংনৈ। মহাক্না চহী ২৫ আন্দামান্দা লৈরুরবা মতুংদা মণিপুরদা থোক্লকুগা শিখিবগী মতাঙ অসি য়াম্না ফজনা উংলি। মহাক মশানা নুমিৎ ৫ নি শুবদা শিগনি হায় অহুগা মশামক্না লম্বোইবগী থৌবাং তৌজে। নুমিৎ শুবগা চপচানা তেংবান থাদোকখি। মতাংসিদা অইবনা হায়— "ঙকই উবদা জাতিগী অৱাংবা কৃষ্টি, সাধককী সাধন— মশানা খঙনা মতম খঙনা চংপা ঙম্বা অঙকপা সাধন।" (লাঃ ৩২) মীনাকেতন্না পোক্লবা মতুং শুগগী নুমিৎ ১১ দ. ৱাংথৈদা লৈবম্বনি। অহুগুম্বা মফমহুগী মৱমদা মানা ইরি – "...মপা হেক হেক যৌবকপদা, খঙদে হেক্ত য়েংনীংঙি, লেপ্পি, যেংঙি, পেঞ্জবদি পোক্তে থম্মোইদা খিত্তুফাও। · মাগী মতম্বাক্ত। তাকমল, নুমিৎ শীংবুম তবাগা নীথোইনি লৈখিমল— লম্মন অসীমদি অসুম তোন্দুনা চৎপা মতাবে— অবাবনি।" (লাঃ ১১) যাম্না ফজবা থুংই অমসুং মফোঙদোক তাননি। মান পোকপা মপা জীবননা মমাংবা ওইনাম তোম্বী কৌবা অমগী ঠিকাদা জামিন য়াকবদবগী ঠিকা মতুনা তুকান্দার অহুনা জামিন্দাব ওইবিবা মপাগী যুমদা এজেন্সি কোর্টনা ক্রোক চৎহুনা লৈজবা সম্পত্তি পূম্নমক লোয়না মংখি। পূম্নমক পূম্মৎ মৃংখি— লৈখা পৃমতা থাখি। মরাইবক থিববা, পুন্সিনা তাথিবিববা মপানা ইম্ফালদা অমুক খোঙদাববোই খন, চীংগী লম কাংপোকপিগী পি. ডব্লিউ ডি. ডিস্পেন্সরীদা থবক মচা অমা তৌহুনা পুনসি লেনখি। ইমুং-মনুং কাযনখি। অতোপ্পা মুপী অমা লৌহনা লৈখি। মরাইবক থিববা মপাগী মরমদা অইবনা হায়— "য়াইফনা পোকই ইপানা, হিংই পিদোন্না; পিদোন্না পে কই ঐনাঃ হিংই য়াইফনা।" মতাং কয়াদা, থৌদোক কয়াদা মওইবগী লাইবক পুন্সি, তমঙমদ্রবা থৌদোক, নীতিস্থানগী মৱমদা ব্যাখা তৌহুনা হায়। মসিদা শাস্ত্র

কয়াগী শ্লোক, কবি কয়াগী শৈরেং কয়া থেংচিল্লি। ৱারেংগী লৈতেংদা শমক্রু নমহুনা মকে শেন্নবা অমসুং ফজহন্নবা কন্না হোংনৈ।

য়াইস্কুলদা লৈরিবা মখোয়গী যুম-ইংখোলগী মরমদা শৈথাব্রিবা অসি উবদা মীনকেতন, য়াম্না কুপশিন্না উবা ঙম্বা অমসুং কল্পনাগী শক্তি লৈব্রবা অইবা অমনি হায়দবা ঙমদে। ইংখোলদা লৈরিবা ইখোঙ-লৈখোঙ, মাতিকুপ্পি, মধুমালতি, মোদোল্লৈ, তাইয়েল অচৌবা, পুথি, শুমাঙ গোবর্দ্ধন মচা অসিনচিংবা কয়া অসি য়াম্না কুপ্না থাই। মিত্তা শং শং উইল্লি। মসিগী মথক্তা মাগী পারী পুবী, নিংথৌগী মবী-মতাগী মরমদা কুপথনা ই। মসিগী মরমদা ইবস্তু য়াম্না পামজবা অইবা অমনি।

'ইমুংগী লোসচং' হায়বা পদুপ অসুদা, মৈতৈ ইমুংগী যুম্বাল-কৈবাল, লোনচং ফজনা যেকই। মসিদা লৈরিবা সংস্কৃতিগী ফজবা মশক পুথোকই। মসিগী ফজবা মশক অসি হৌজিক মাঙখিবদা তত্তনা মুংনাংবা, মুংঙাইতবা ফোঙদোকই। 'মুংঙাইবা কুম্মৈ অমা' হায়বা পন্দুপতনা নিংথৌমচাশিংনী কেবা, চাকচা ফিদান্নবা, কোন্নুংগী লৈমশিংগী থৌগল্লোন, কোন্নুংগী পুন্সি কুপ্না থাই। কাব মৈথু থোকপা য়েংবগী থৌদোক অহু নোক্লিংনা মুংঙাইহল্লি। মঙোন্দা হৌথ্রবা পুন্সিবু লাকশিন্দুনা চীংশিনবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মসিগী মথক্তা, গৌরলীলাদা 'গদাধর' শাবা, গৌরলীলা তম্বা, শান্নবা, ফিজেং-লৈতেং কয়াগী মরমদসু কুপথনা ইবা য়াওরি। চৈরাউবগী কুম্মৈ, মখোয়গী মযুম মৈ চাকখিবা, মতুদা মাগী শান্নপোং কয়া উংওনখিবগী থৌদোক অহু য়াম্না ফজনা ফোঙদোকই।

পুন্সি-ৱারীগা কোন্ন-কোন্ননা মীনকেতন্না লাইরিক অসিদা উৎলি—খোমজোন লামগী ৱারী, চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম, মণিপুরদা শিক্ষা তম্বা হৌরকপগী ইতিহাস, গৌরলীলা লাকপগী ৱারী-ৱাখোঙ কয়া কয়া। নেহকগী অস্নাকথা পারগা নেহকনা মার্ক্সবাদতা খোয়দ জবা

অমম্তুং বৈজ্ঞানীক ওইবা মীংয়েংদা চেংনা থাজব্বা লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্বগুম মানকেতনগী 'পুনশিগী শক্তম' অসি পারগা। মঙোন্দা লৈরিবা মজাতিগী অমম্তুং মমালোন মুংশিবগী ৱাখল, ওঝা অমা ওইবগী পূকচেল, থায়নগী চংনবী, পুন্সি অমম্তুং ৱাখলবু কয়াদা য়ৌনা পামজবগে হায়বসি ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মী। মাগী মতমগী সমাজবু অইবনা ময়েক শেংনা তাক্লি—"এখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ মতমহুগী সমাজদি মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তকীসি ইকায় কায়দা অতুম লৈবনি। .. সমাজগী লোনচং কবিমত্তা হোংঙ্ৰি। ৱাখন্দা খঙদে, মিংয়েংদা খঙদে, লৈব্রি কবিগুম্বা অহোং-বমত্তা। লেঙদ্রি থাজবা, কায়দ্রি মচেংমত্ত।" ( লাঃ ১১২-১১৩ ) অসিগুম্বা সমাজগী চংনবীদা, ভেম্লু সিটৈমদা চেংনা থাজবা, পূক্লিং লুপচবা অইবা অমনি হায়বসি ময়েক শেংনা উংলি।

'পুনশিগী শক্তম' ( লাইবোল অমা ) অসিগী ফজবা কয়া য়াওববসু, মুংঙাইতবা অমম্তুং অশোয়বা কয়া থেংনদবদি নত্তে। চহী ৫/৬ কা অঙং ওইবিবৈগী মতমগী পুন্সি ইরকপা মতমদা, কোন্না পনফম থোকপা মণিপুব ইনষ্টিট্যুশনদা ওঝা ওইবগী ৱাফম হান্না ইরিবসি মথং-মনাউ ওন্নবদৌনা তৌই। অতুগা, মপা জীবননা পীরকপা চিঠি নীংশিংবা অমম্তুং 'ঙক্ত ঙকপা অঙকপা অমা' হায়বা পন্দুপতা অইবনা ষণ শারিবৈদা মীশক অনী থেংনবগী থৌদোক অমা যাম্না শেংনা ইরিবহু থাজবদা ৱানা থোকই। লাইরিক তম্বা চৌরকপগী মতাঙদম্ম হনজিন ইবা খবা থেংনৈ। খোমজোন লান, শিক্ষাগী ইতিহাস, চন্দ্রকীর্ত্তিগী র ৱীনচিংবা ইরকপা মতমদা অইবগী পুন্সিগা শম্মনা, মরী লৈননা উংপা ঙমদে। তোথায়বা থৌদোক, ৱারী অমা ওইনা নপশিল্লকপদৌনা তৌই। মসি মাগী 'পুনশিগী শক্তম,' লাবোল অনীশুবদনা অমুক্কা হেন্না য়াওবা থেংনৈ।

পন্দুপ ৮ য়াওবা, শৈরেং ৬০ গী মথক্তা হাপ্পা 'পুনশিগী শক্তম' ( লারোল অনী, ১৯৮৩ ) অসিনা কোল্লিবা মতম্না মোইরাংখোম স্কুলদা উচ্চ প্রাইমারী কাবা, মশাগী চহী ৭/৮ শুবা মতম ফাউ-বনি। থোইদোক্লা দরকার লৈতবদা, অহানবা লারোলদা পনখ্রবা পুন্সি-ৱারী ইবগী পান্দম অহ্ অমুক হন্না লাইরিক অসিদসু পনবা থেংনৈ। লাইরিক অসিগী অহানবা, অচৌবা পন্দুপ অহুম, হায়বদি— ১ ) ঐখোয় মতমগী সমাজ, ২ ) সমাজগী মীথিৎ অমসুং থাক, অমসুং ৩ ) সমাজগী শিক্ষা দীক্ষা হায়রিবা অসি অইবগী পুনশিগা শম্নবা ঙমদনা, তোথায়বা ৱারেং ওইনা তাদুনা লৈবে। ৱারেং অহুম অসি মণিপুরগী সোসিয়েল হিষ্টোরীদা কান্নবা, মমল যান্নবা মচাক কয়া য়াওহুনসু পুন্সি ৱারীগা মরী লৈননা, শম্ননা উৎপা ঙমদবনা অয়াকথা ইবগী কলাদা অচৌবা অশোযবা অমনি হায়দবা ঙমদে। অনীশুবা লারোল অসিদা অইবগী পুন্সি-ৱারী শমথবা হৌরকপদি মরীশুবা পন্দুপকী 'ইশাগী শিক্ষা দীক্ষা' হায়বা অসিদগীনি হায়না লৌবা য়াই।

ৱাফম অসি ময়েক শেংনবা, জব'হরলাল নেহরুনা ইবা 'এন ওটোবায়োগ্রাফি' গী মতাং অমা পনবা য়াই। অয়াকথা অসিদা নেহরুনা 'ধর্ম্ম কদায়বু কৌবগে ?" ( What is Religion ? ) হায়বা তোথায়বা পন্দুপ অমা ইরি। মসি ধর্ম্মগী মরমদা নৈনহুনা ইবা তোথায়বা পন্দুপ অমা নত্তে। গান্ধীনা চবা হেল্লকপা অমসুং ধর্ম্মদা চেংনা থ জবকপা, রাজনীতিদা ধর্ম্মগী ৱাখল চঙলকপা, মসিনা মবম ওইহুনা নেহরুগী ৱাখল-মীংয়েংদা ফাওবকপা ৱাখল, মাগা গান্ধীগা লৈনবা মরীনা য়ুমফম ওইরগা ধর্ম্মদা য়েংলকপা মীংয়েং অহু উৎপনি। অয়াকথাদা য়াওরিবা ৱারী, থৌদোক-ৱাথোক পুম্নমক অইবা মশাগী পুন্সিগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা মরী থমগদবদনি। মিরাং কৌবা তিন্দুদগী মিরাং মরী পাক্লা শন্দোকখিবগুম অইবনা

কেন্দ্র ওইরগা পুন্নমক্কা মরী লৈনহনগদবনি। মতৌ অসুম্মা নিরাদ সি চৌধুরীগী মমিং চংলবা 'দ ওটোবাযোগ্রাফি ওফ এন অননোন ইন্দিয়ান' হায়বা অম্মাকথা অসুদা, মাগী পুন্সিগী মরমদা ইবা হৌড্রি-ডেদা, শাংলবা পন্দুপ মরীথক 'অর্লি এনভাইরনমেন্ট' হায়রুনা ইরি। অসুবু, কয়াদা ফজনা অইবগী পুন্সিগা মরী লৈননা মাগী সমাজগী মশক তাকপা ওল্লিবা।

অসুবু, মরীশুবা পন্দুপতগীদি অইবনা চহী ৫ চঙলকপা মতমদা লাইবিক তম্বা হৌবা, পেটিগ্রু স্কুলদা নিং চন্দুনা স্কুল কাবা হৌবা রাবী বয়া নীংথিজনা ইবা হৌরে। থোইদোরা মতমতুগী পেটিগ্রু স্কুলগী ফিবম, ওঝানা লাইবিক তম্বিবগী মওং য়াম্না ফজনা উংলি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অইবনা বৃন্দাবন চৎপগী খোঙচৎ য়াম্না ফজে। চীং লম্বীগী খোঙচৎ, ট্রেন তোংবা, কুঞ্জদা কুলচন্দ্র মহারাজগা উন্নবা, বৃন্দাবনদগী হল্লকপদা মমা লৈবাক মণি-পুরবু নুংশিবগী রাখল পোক্লকপা পুন্নমক অসি কাউডমদনা য়েক্লিবা থোদোকশিংনি। মসিদা অইবগী হৈশিংলবা খুৎই, ফজবা কল্পনা কয়া য়াওবা থেংনৈ।

অতুগা লাইবিক্কী লোয়শিন্নকপগী শকক্তা— মহাবলী উমং, মোইরাংখোম, তাইবংজাম্বা অচৌউবা, হলংকার শান্নবা, দোল পূর্ণিমা, হোলি, থাবল চোংবা, উচিরা অমস্তুং মৈবুল, য়াউশং কোয়বা, টাকা সনা, গুইড্রোম অমুবী, ভদ্রসিংহ, মযাস্কুলোন হৈনৌমখোঙ শাবা, জর্মন লান, চৈংঙাখম সনাজাউবা, বায়স্কোপ, সিনেমা চলচ্চিত্র—অসিনচিংবগী অসিগী মবমদা মতেক মতেক ওইনা ইবি। মসি অইবগী পুন্সিগা থোইনা মবী লৈনদে। খোদোক ময়াম অসি তাকপা এনোটেশনদোনা তৌই। মসিনা অম্মাকথা অসিগী ফজবা ময়েং তাহন্নবগী মরম ওই।

অম্মাকথা ইবা অমা ওইনা মীনকেতনগী অচৌবা অশোয়বদি পুন্সিগা মরী লৈনহনবা ঙমদনা থোদোক কয়া অমা হাপক্লিবা

হোংনবা অসিনি। মচাক ময়াম ফজনা লেংশিন্দুনা, কলাগী মওং তানবা শেম্বদা হৈশিংবা ৱাংনা থোকই। অদুবু, লাইরিক অসিগী শীংথানবা য়াবা মগুণদি— অনীশুবা লাঞ্জাউ মমাঙগী নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমগী মণিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সিগী ফজবা মশক অমা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্বা অসিনি। মসি উৎনবা হোৎনবদা অইবগী থম্মোয় ইভুল ঈবোয়নবা কল্পনাগী ফজবা মশক উবা ফংই। মাগী কূপশিন্না য়েংবা ঙম্বা অমসুং ফজবগী শক্লোন পুথোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ। অদুগা থাযনগী ভেলুদা চেৎনা থাজবা লৈৱিবা পুক্নিংগী ফিবমশিং অসি ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্মী।

## ক্রিটিকেল এসে :

মীনকেতনগী 'মৈতৈ উপন্যাস' (খোৱিবোল হুঙ্গোইবা, লাবোল অহানবা, ১৯৫০) অসি মণিপুরী সাহিত্যগী খ্বাইদগী অহানবা অমসুং মওং তাবা আলোচনাগী লাইরিক অমনি। লাই রিক অসিদা ডা. কমলগী 'মাধবী', চাউবগী 'লবঙ্গলতা', শীতলজিৎকী 'থাদোকপা', 'ইমা' অমসুং 'বোহিনী' অদুগা মুতুম কোইরেংগী 'কপাল কুণ্ডলা' গী অনুবাদসু নৈনৈ। নৈনবগী মওংনা— 'মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী উৎপত্তি অমসুং বিকাশ' কৌবা ৱামাংয়ানবা ৱারেং অমনা রাহৌদোক ওইনা থম্মি। মসিদা মণিপুরী উপন্যাসদা বাংলা উপন্যাসকী প্রভাব তারিবা অদু ময়েক শেংনা পুথোক্লুনা উৎলি। অদুগা উপন্যাস নৈনবগী মতাঙদনা কায়াৎ খরা থায়-দোক্লগা নৈনৈ— অইবগী মশক শন্না তাকপা, ইবা— ফোঙবা, মওং, উৎলিবা মরম, মীওং, লৌবা— মঙাল তাবা, মিংথোল, লোল, অমমম ওইনা চরিত্রশিং নৈনবা, অরোয়বদা অশোয়বা পুথোকপা অদুগা বিচারগী ফল হায়দোকপদৌনা ৱাহৈপরেং খরদা সাহিত্যগী থাক তাকই।

শ্রীমীনকেতননা উপন্যাস নৈনবদা চরিত্র, মিংথোল অমসুং

লোন্না মপুং ওইনা লৌখংলি। ডা, কমলগী 'মাধবী' নৈনবদা উৰিবৈবু য়াম্না রাংনা থাঙ্গংলি। মরম অহুনা উপন্যাস অসিগী মমিং 'উবিবৈ' কৌফম খোকই হায়না কন্না মোত ফোংদোকই। চাউবগী 'লবঙ্গলতা'বু ঐতিহাসিক উপন্যাস অমা ওইনা যাম্না কূপ্না নৈনবা থেংনৈ। অহুগা 'মেটৈ উপন্যাস'কী অহোম্না মশক অমনা শীতল-জিংকী উপন্যাসশিংবু পাক-শন্না নৈনবগা লোয়ননা মাবু রাংনা থাঙ্গংনবা হোংনবা অসিনি।

মীনকেতনগী আলোচনাগী থুংইদা চেনজিন্না হায়বা, শাংনা শাংনা ইবা মওং অসি তত্তনা থেনৈ। অইববু মশক তাকপগী মহুত্তা মশাগী মতীক মগুণ হেন্না উংনবা হোংনৈ। মসিগী মওং অসি "subjective violence over the artistic text" হায়বহুনি। মাগী আলোচনা যাম্না মেকানিকেল ওই। অইবগী রাথল-মীংযে, কলাগী যজবা মশক, artistic pleasure অহু যোনা পুথোকপা রাংলি। কৃতিক মীনকেতনগী হান্ননা যাতুনা থম্নবা সাহিত্যগী পান্দম অমনা, হায়বদি— যজবা নীতিজ্ঞান উংপা ভম্বা, অচুম-অরান অফ-ফত্ত তাকপা ওম্বা থুংই অহুতনা অফবা সাহিত্যনি হায়বনিনা নমজিংখিহনা মসিগী আদর্শ অসি উংপা ওমদবা লাংবিকপু অফবা লাইরিক নওে হায়না লৌখি। আর্দশ ওইববা কৃতিনি। আর্দশ ওইবব থুংই, মীংয়েং অহুবু অফবা সাহিত্যনি হায়না উংনবা কন্না হোংনখি। মাগী মীংয়েংদা ওবজেকটিব ওইবা থবা রাংলবসু, মীনকেতনগী 'মৈতৈ উপন্যাস' মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্যগী লমজিংবা, মক ওইবা লাইরিক অমনি।

মীনকেতনগী রাবেং সাহিত্যগী মপুং ওইবা দানদি— কাব্যগী মহাওপীবা, মগী লোনশেম্না শাগৎপা, মাগী ওইবা তোপ-তোপ্না রাবেংগী মশক অমা শাগৎপা অসিনি। থ্বাঃ চাউবগী মতুংদা মণিপুরী রাবেং শুবা হৈবা অইবদি মীনকেতন্নি। মানা মণিপুরী

সাহিত্যদা রারেংগী মশক সনী থুদোল চৌরি – অতৈ লোন য়ান-শিন্দবা অশেংবা মৈতৈলোনগী রাবেং অহুগা অথেওবা তাওকক্লনা – সংস্কৃত, বাংলা য়াল্লবা রাবেংগী মশক অমা। মণিপুরী রাবেংদা মীন-কেতনগী তুং ইনবা রানা থোক্কনি। মহাক্কি মতোমতা থোকপা অয়ুকী শজিককুম্বনি।

## মতেঙ লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ

১। **মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা,** নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, জী. আই. পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৮২, লাঃ ৯৪–৯৫

২। **সাহিত্য নৈনরোল,** সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং, ১৯৭৭, লাঃ ৯২–১০৪

৩। **'সাহিত্য',** ৬২/৬৩ শুবা মশীং, সেপটেম্বর, ১৯৮৬, লাঃ ৪০–৪৫

৪। **'সাহিত্য',** ৬৯/৭০ শুবা মশীং. ১৯৮৮, লাঃ ৬৩–৬২

৫। **History of Modern Bengali Literature** by Asit Kumar Bandopadhayay, Calcutta, 1986; 'Renaissance of Bengali Prose (P. 47-82)

৬। **Prose in Practice** by James Willian Johnson, 1971

৭। **English Prose Style** by Herber Read

৮। **The Modern Stylists** by Donald Hall

৯। **Romantic Poetry and Prose,** Ed. by Harold Bloom and Lionell Trilling. OUP, 1973.

# অঙীগুবা লানজাও মতুংগী মণিপুরী ৱারেং সাহিত্য

'ৱারেং' ( প্রোজ ) কদায়বু কৌবগে হায়বসিগী চপচাবা মশক তাকপা লুনা থোকই। অয়াম্বনা শৈরেংদা ইবা নত্তবা মখৈবু ৱারেং ওইফম থোকই হায়না লৌনৈ। অদুনা শৈরেংগা ৱারেংগা খেন্নবগী মশক মুন্না খঙলবতদা ঐখোয়না ৱারেংগী মশক লেপ্পা ঙমগনি।

**শৈরেং অমসুং ৱারেং :**

শৈরেংদি ছন্দ নাইবা মওং অমদা ই। শৈরেং ওইবা তারবদি "an inspired work in rhythm" ( ছন্দদা ওইনা ফোঙ-দোক্কবপা নুংফাউগী খুৎই ) অমা ওইগল্লি। শৈরেংগী হৌরকফমদি ঈশৈদগী ওইবা মবন্না ( হায়বদি করিগুম্বা থম্মোয়গী সুর, তান্না অমদগী ) ছন্দগী ওইবা মবমচৎ অমদি থাদোকপা য়াদনা ঈরোয়নৈ। শৈরেংদি থম্মোয়গী লমদমদা শাৎপা লৈরাং অমনি।

অদুগা ৱারেংদি চুম্নগী ৱারী-ৱাতায় শাবা অসিদগী হৌরক-খিবনি। মাদি তাইবঙ মীনা চুম্না ঙাঙনরিবা লোনবু ছন্দগী মথা পোননা ফোঙদোকপা খুৎই অমনি। অদুনা অপৌবা মীৎয়েংদা, ছন্দ, তাল নাইদবা খুৎই ( নন্ মিত্রিকেল ) খুদিংমক ৱারেংদা চীংই। করিগুম্বা হীরম অমদা মওং তানা, পরীং নাইনা ইরবদি খুৎই অদু ৱারেং ওইরে। অদুনা, ৱারেং সাহিত্য হায়রগা ( প্রোজ লিটরেচর ) শৈরেংদা ইবা নত্তবা খুৎই মখৈ ( হায়বদি উপন্যাস, ৱারীমচা, ড্রামা, এসে, লমকোয় ৱারী, পুন্সি ৱারী, আলোচনা অসি-নচিংবা ) লোয়না কোনশিনবা য়াই।

Herbert Read না হায়— 'Poetry is creative expression : prose is costructive expression." মসিনা

তাক্লিবদি ৱারেংদি ৱাহৈগী কমপোজিশন্না ( শেমগং–শাগংপা ) হেন্না মরু ওই হায়বনি। ৱাহৈ হায়বসি শৈরেং অমসুং ৱারেং অনীমক্তা শীজিন্নরবসু মখোয়গী মথৌ অমসুং থৌদাংদি খেন্নে। শৈরেংদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ অসিদি মওং অমনি। মাদি চুম্নগী অর্থদা শীজিন্নদে। অর্থ য়াম্না চেনবা, প্রমাণ–পান্থৈ ওইনা তৌবা, মেটা-ফোরিকেল অমসুং সিম্বোলিক ওইনা তৌবা ৱাহৈশিংনি। শৈরেংগী ৱাহৈগী মশাদা থম্মোয় ঈহুল য়াম্না য়াওই। অদুগা ৱারেংদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসিদি অর্থ শেংনা তাকপা অদুক্কী মতীক ময়েক শেংনা খণ্ডনবা হোৎনবা ৱাহৈশিংনি। অদুনা হায়নবা লৈ— শৈরেংনা ঈশিংনি, মহিনি অদুগা ৱারেংনা কংফালনি, মপঙনি। অদুমকপু শৈরেংগা ৱারেংগা য়াম্না মান্নবা, খেন্নবা মশক পুথোকপা ঙমদবা মতাঙ য়াম্না লাকই। ৱারেংদা শৈরেংগী মচাক, মহাও য়াম্না চঙবা কয়াসু লাকই। মখোয়বু 'পোইটিক- প্রোজ', 'প্রোজ-পোইম' ( শৈরেং লমচৎনবা ৱারেং ) হায়না খঙনৈ।

## ৱারেং নৈনবগী পান্দম ঃ

শৈরেং নৈনবগী মতাঙদা মখল–মখা কয়াগী কাঙলোন, উপায়, পান্থৈ, থিওরি, স্কুল কয়া মরাঙ কায়না লৈবগুম ৱারেং নৈনবগী মতাঙদা লৈত্রি হায়বা য়াই। তৌবমকসু শৈরেংগা চাংদম্নরুবদি ৱারেংগী ইতিহাস অসি কুইদ্রি হায়বা য়াই। ১৬শুবা শতাব্দীদা ফ্রান্সকী মোন্টেননা ( ১৫৩৩–১৫৮৯ ) এসেগী ( নিবন্ধ ) মওং অসি হৌদোকখিবনি। ভারতকী সাহিত্যদদি ৱারেং য়াম্না তাঙই। অয়াম্বনা কাব্যদা ইবা ঙাক্তনি। গদ্য ( ৱারেং ) হায়রিবা ৱাহৈ অসি মমাঙঙৈদদি কাব্যগী মখল অমা ওইনা শীজিন্নৈ। ১৯শুবা শতাব্দীদা ভারতকী সাহিত্যদা ৱারেংগী মওং অসি মওং ত না লাকপা হৌখি। মণিপুরী সাহিত্যদনা ২০শুবা শতাব্দী হৌরকপদা ৱারেং, মরু ওইনা এসে ( নিবন্ধ ) গী মশক অসি উৎলকখি। অদুনা ৱারেং

সাহিত্যগী নৈনবোল মচাক অসি হৌজিক ফাওবদা মওং তানা চাউ-খৎত্রিবা মবম্না হাঁরম অসিদা নৈনবশিংনা খুদোংথিবা অমদি তত্তনা মায়োকনবি।

হৌজিক ফাওবদা ৱাবেং সাহিত্য নৈনবদা থম্নিবা মকওইবা মীৎয়েং অমস্তুং খোঙজং অসি ৱাবেংগী শৈলী (প্রোজ ষ্টাইল) নৈন-বনা হেন্না মপুং ওই। নোংচুপ সাহিত্যদা— হববর্ট বেদ (ইংলিস প্রোজ ষ্টাইল), দোনাল্ড হোল (দি মোর্দন ষ্টাইললিষ্টস), বি বোববী (মোর্দন প্রোজ বিদম), ফ্রানকলিন বাউম (দি অদব হাবমোনি ওফ প্রোজ), মাবজোবি বাউলটন (দি এনাটোমি ওফ প্রোজ) অসিনচিংবা পণ্ডিতশিং অসিনা ৱাবেং নৈনবা মতমদা, ৱাবেংগী তোখায়বা শৈলীগী অকুপ্পা মশক কয়া নৈনবদা মকওইনা মীৎয়েং থম্মী। ভাবতদ ৱাবেং সাহিত্য নৈনবা লাইবিক যাম্না তাঙই (সাহিত্যগী ইতিহাসশিংদা থবা নৈনবা নত্তনা।) মণিপুরী সাহিত্যদদি নৈনবা হোৎলকপদা ঙাইহনি। ৱাবেং নৈনবদা চংনবিবা মপুং ওইবা পথাপতি— ৱাবেংগী অহানবা যুনিট ওইহনিবা ৱাহৈ নৈনবনি। মথংদা ৱাহৈপবেং অমদি পাবাগ্রাফ নৈনে। অহানদগী পাবাগ্রাফকা পন্দুপকা লৈনবা মবী লৈরে। অমুম্না লাই বক্কী নত্রগা খুৎইগী মপুং ওইবা মশক অহ্ নৈননবা হোৎনৈ।

## ৱাবেংগী শৈলী:

ৱাবেংগী শৈলীদি য়াম্না কুপ্পী। ৱাবেং ইবশিংনা হায়গিংলিবা নত্রগা উৎনিংলিবা (thought-content) অহানগা চান্নবা কবম্বা লোন শান্তিজিন্নগদগে হায়বসিনা ৱাবেংগী মপুং ওইবা মীৎয়েং ওই। ফজবা ৱাবেং অমা ইবদা চম্না ফোঙদোকপা, মযেক শেংহনবা অমস্তুং ফজনা পান্থোকপা হায়বিবা গুণ অহুম অসি চঙই। মসিবু চুং-ফিবাল ৮ না ফোঙদোকপা ঙম্লবদি 'ৱাবেংগী মাম্নবা' (হাবমোনি ওফ ৫_ ৯, আর্টিষ্টিক যুনিটি) হায়বহ্ ওইরে। মসি ফংবা অবায়বা

নত্তে। ফোঙদোক্লিবদুগা অর্থগা চান্নহনবা তাই। উৎনিংলিবা অচুম্বা মশক অদুগা ফোঙদোরে খল্লিবা পান্দমগী মরক্তা করি গুম্বা অহাঙবা, অহোবা অমত্তা লৈহন্দবা তাই। অদুনা, ফোঙদোক্লিবা ৱাখল্দু ময়েক য়াম্না শেংহনবগা লোয়ননা মতুগা চপ মান্নবা, চান্নবা, হেন্দোক্তবা রাহৈ শীজিন্নবা হায়বসি অফবা ৱারেংগী মগুণ অমনি। মসিদি অইবা অদুগী পূকচেল শেংবা, তৌশিন্নদবা, অশেংবা পূক-চেলদগী ওইরকই। Orwell না হায়— "The great enemy of clear language is insincerity." অদুগা Herbert Read না হায়বা ৱাফম অমসু কাউবা ঙমদে— "The only thing that is indispensible for the possession of a good style is personal sincerity."

## ৱারেংগী মখল :

চপচাবা ৱারেংগী য়ানরবা মখল লৈতে। অখঙ-অহৈশিংনা মাম মানা য়েংবা মীৎয়েং অমসুং নৈননদা খুদোংচাগদবা য়েংলগা মখল খায়দোকপা চৎনৈ। Marjorie Boulton না (দি এনাটোমি ওফ প্রোজ) ৱারেংনা পাঙথোক্লিবা থৌদাং য়েংলগা ৱারেংগী মখল মঙা থোক্না খায়দোকই। মখোয়দি :—

১ নেরেটিব (ৱারী লীবা ৱারেং) :— ৱারী অমা য়াওবা, প্লোট নাইব, চাংনত্র যাওহন্দুনা ইবা ৱারেংনি। উপন্যাস, পুন্সি ৱারী, ৱারীমচানচিংবা অসিনি।

২। অর্গিউমেনটেটিব (মরৈ ওইনা তৌবা ৱারেং)— অকুবা ভাব ফোঙদোকপা, অপাকপা পাবশিংদা করিগুম্বা অমা থাজনবা নত্রগা য়ানিংনবা অচুম-অরান বিচার তৌদুনা ইবা ৱারেংনি।

৩। ড্রামাটিক (ড্রামাগী ৱারেং) :— ড্রামাদা ইরিবা ৱারেংশিং।

৪। ইনফোর্মেটিব ( পাউ পীবা ৱারেং ) :— মরুওইনা পাউ পীনবা ওইবা ইবা ৱারেংশিংনি। বিজ্ঞানগী ওইবা খুৎইশিং, টেক্স-বুকশিং অসিনি। ফজবা ষ্টাইলগা কোন্নবা ইরবদি অফবা ৱারেং ওইবা ঙম্মী।

৫। কনটেমপ্লেটিব ( ৱাখল খল্লহনবা ৱারেং ) :— এসে নত্রগা নিবন্ধ হায়না খঙনরিবা ৱারেংশিং অসিনি। ৱাজনীতি নত্রগা ধর্মগী ওইবা অকবা ৱাখল ফোঙদোকপা ; ফানটাসিনচিংবা খুৎই-শিংস্থ মসিগী মতুংদা চল্লি।

## লানজাও মতুংগী ফিবম :

অনীশুবা লানজাও মতুংদা মণিপুরী পুন্সি নৌহৌনা অমুক হৌরকই। চুম্না তুমলুবদগী হৌগৎলকপা নত্তে— মতমগী ঈৱাং, নোংচুপকী শিক্ষা চুববা, অনৌবা মীংয়েং-ৱাখল অমগা লোয়ননা থোকলকপা মিংকপ অমনি। স্কুল, কোলেজ কয়া লিংখৎলকুনা মহৈ-মশিং তম্বা হেল্লকই। মসিগা লোয়ননা ঈরম কয়াদা মওং তানা নৈনবা, খিজিনবা হৌরকই। সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়া লিংখৎনবকুনা সাহিত্যগী লমদা চাউখৎনবা হোংনরকই। 'ঋতু', 'সাহিত্য' 'ৱাখল', 'মীংয়েং', 'মতমগী খোঙথাং' নচিংবা চেফোঙ কয়া ফোঙলকই। মুংতিগী ফোঙবা পাউজেন চে, চয়োল, থাথায় অমদি থাগী ওইবা চেফোঙ, মেগাজিন কয়াসু ফোঙনবকই। ভারত অমসুং পৃথিবীগী ঈৱাং, ৱাখল, সাহিত্যগী ঈশিং মুংশিং চপচানা য়ৌরে। ভারতকী অতৈ সাহিত্যগীশিংদগী কবিসু তাপ্রবা মণিপুরী সাহিত্য ওইরে। মণিপুরী পুন্সি অমসুং মণিপুরী সাহিত্য মতমগী ওইরে। হোংলক্লিবা ঈৱাং অমসুং ফিবমশিং অসিগা ঈরোয়ননা মণিপুরী ৱারেংসু মশা-মৱেং ফন্দুনা চাউখৎলকই। মশক নাইবা ৱারেং ইবা কয়া থোক্রকুনা মখল-মথাগী ৱারেং সাহিত্য শেমগৎ-লকই। অনীশুবা লানজাও মতুংদগী হৌজিক ফাওনগী চহী ৪৮

( ১৯৪৫–১৯৯৩ ) বোমগী মতম অসিদা মণিপুরী–রাবেং সাহিত্য অসি মপুং–মবৈ ফানা, যাম্না চাউখৎলে হায়না লৌবা য়াই।

লান মতুংদা ওইবক্লিবা মণিপুরী রাবেং সাহিত্য মখল-মখা কয়ানি। তোঙাযববা স্টাইল অমসুং খূৎই মওং কয়ানা শিল্পবা অচৌবা ঈচেল অমনি। মখল–মখা যাম্লবা রাবেংগী শকোনশিং অসি মখল খায়দোকপা হায়বসি অবাযবা থবক নত্তে। অদুবু, নৈনবদা মুংঙাইনবা অমসুং খুদোংচানবা মণিপুরী রাবেং সাহিত্য অসি মখল অহুম থোক্না খায়দোক্লনা নৈনজবি। মখোয়দি :—

১। রারী লীবা রাবেং ( নেরেটিব প্রোজ ). রারী যাওবা, হার্দ ওইনা লীবা অশংবা রাবেংশিং নি। মসিগী মনুংদা উপন্যাস, ড্রামা, রারীমচা রেডিও নাটক, পুন্সি-রারী. অত্মাকথা, খমকোয থারী অসিনচিংবা অসি চিংবা যাই।

২। নৈনবাল রাবেং ( ক্রিটিকেল রাইটিংস ).— মসিগী মনুংদা অশাংবা আলোচনাগী লাইরিক, রাবেং, লাইরিক মশক তাকপা, সাহিত্য নৈনবা রাবেং, ইতিহাসশিং, ধর্ম, দর্শন, রাজনীতিগী অরাংবা রাখল কয়া নৈনবা, মবৈ অমসুং পীবনা মপুং ওইবা রাবেং কয়াসু চিংবা. য়াই।

৩। এসে নত্রগা নিবন্ধ :— ইংরেজী সাহিত্যদা 'এসে' হায়না খঙনবিবা অতেনবা রাবেংশিং। এসেগী মখল কয়া পুম্নমক চিংবা য়াই।

## রারী লীবা রারেং :

মণিপুরী রাবেং সাহিত্যদা লৈরিবা 'রারী লীবা রাবেং' অসি য়াম্না পাক চাউই। মসি প্রোজ ফিকশন হায়বনি। লান মতুংদা থোক্লকপা শীংথানবা যাবব উপন্যাস অমসুং রারী মচা ইবা কয়ানি। উপন্যাস ইবশিংগী মনুংদা— শীতলজিৎ, খুমন্থেম ইবোহল, গুণ, বিনোদিনী, থোইবী, পাচা মীতৈ, তোকপম ইবোমচা, চিত্রেশ্বর শর্মা,

এ বীরেন বি. এম. মাইস্নাম্বা অসিনচিংবগী মিং লৌখৎপা য়াই। অহুগা ৱারীমচা ইনশিংগী মনুংদনা—কীর্তিলজিৎ, বিনোদিনী, কুঞ্জ-মোহন, প্রকাশ, রজনীকান্ত, নীলবীর, দীনমণি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, শ্রীবীরেন, বারুণি, ইবোমচা, শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা, প্রেমচান্দ, প্রিয়োকুমার, লনচেনবা মীতৈনচিংবা অসি শীংথানবা য়াই। ড্রামাদা— তোংব্রা, সমরেন্দ্র, তোমচৌ, বীরমঙ্গলনচিংবা লৌখৎপা য়াই। লমকোয় ৱারী ইবদা প্রমোদিনী, সোনামণি, বিনোদিনী, কুঞ্জমোহন অহুগা অম্বাকথা ইবদা মানকেতন লৈরি।

মথক্তা পনজখ্রিবা, শীংথানবা য়াবা ৱারেং ইবশিং অসিগী ষ্টাইল য়াম্না তোঙাল্লি। অইবা মশামক্কী থৃংই মনুংদগী তোঙান তোঙানবা ষ্টাইল কয়া য়াওবা অহুম থেংনৈ। মফমনিদা অইবশিং পুন্নমক্কী ষ্টাইলশিংবু অমমমতা ওইনা লৌখত্তুনা নৈনবগী খুদোংচাবা লৈতবনা য়াম্না মপুং ওইবা ৱারেংগী শৈলীগী মরুওইবা ১খল খরা পুখোরবা তোংনদ্রি। মচ ওইনা 'ৱারী লীবা ৱারেংদা লৈরিবা শৈলী অহুমথক লৌখৎপা য়াই। মথোয়দি—১। রোমান্টিক ওইবা ৱারেং, ২। রোমান্টিক অমসুং রিয়ালিষ্টিক অনী য়ান-শিন্নবা ৱারেং, অমসুং ৩। রিয়্যালিষ্টিক ওইবা ৱারেং।

## ১। রোমান্টিক ওইবা ৱারেং :

লান মতুংদা চংশনখ্রিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলগী মনুংদা রোমান্টিক ওইবা মশক অসি য়াম্না মপুং ওই। হৌজিক ফাওবদা রোমান্টিক ওইবা সাহিত্যগী পরম্পরা অসি কায়দনা অহুম চংথরি। লান মতুংদা ইরকপা, ফোঙলকপা, শৈরেং, উপন্যাস, ড্রামা, ৱারীমচা অমসুং ৱারেং কয়াদা লান মনাওগী রোমান্টিক ওইবা মরমচং অহু ঈরোয়ননা অহুম চংথবা থেংনৈ। অদুনা লান মতুংগী মণিপুরী ৱারেংদা রোমান্টিক ওইবা ৱারেংগী মশক অসি থাদোকপা য়াদবা য়াওরি।

Harold Bloom অমসুং Lionell Trilling না সম্পাদক ওইহুনা ইবা "রোমান্টিক প্রোজ এণ্ড পোইট্রি" ( ও য়ু. পি, ১৯৭৩ ) হায়বা লাইরিক অসিদা ইংরেজী সাহিত্যদা লৈরিবা রোমান্টিক প্রোজগী মশক অসি যাম্না ফজনা পুথোকুনা নৈনৈ। অসি মণিপুরী সাহিত্যদসু যাম্না চুননা থোকই। রোমান্টিক শৈরেং মশক তাকপদা শীজিন্নরিবা "The expression or embodiment of beautiful or elevated thought, imagination, or feeling in language adapted to stir the imagination and emotion" ( কল্পনা অমসুং থম্মোয় ঈহুল মিৎকপ থোকহন্নবা শীজীন্নবিবা ফজবা, অনাংবা রাখল ফোঙদোকপা লোন ) রাফম অসি রারেংদা হেক্তা পানশিনবদা চুননা থোকই হায। রাদিস রার্থকী "প্রিফেস টু লিরিকেল বালাদ" হায়বত্থু রারেংদা ইবনি। অহুবু, রোমান্টিক ফিলি অমসু ইমাজিনেশন পীবদদি কাব্যগী মহাওবগী কবিস্থু থেঙনা লৈতে হায। রাটব পীটরনা মাগী মমিং চংলবা 'ষ্টাইল' কৌবা এসেদসু 'ইমাজিনেটিব প্রোজ' হায়বা রাফম অমা পুথোক্রকই। মসিনা খঙনবিবনা 'impassioned prose' ( থম্মোয় ঈহুল যাকায়হনবা রারেং ) হায়বহুনি। মথল অসিগী রারেং ইবশিংনা উংলিবনা চুন্নগী অচুম্বা ( ফেক্ট ) অহুদা উৎপা নত্তে, মহু উংনবা হোংনবদা কল্পনানা যোমশিনবা, অকনবা থম্মোয় ঈহুল অমসুং মরম্মাইগীতা ওইবা মীৎযেং অমা ঈরোয়নবা উংলকপা অহুনি।

লান মতুংগী 'রারী লীবা রারেং' শুবিবা অইবশিংগী মদুংদা, রোমান্টিক ওইবা রারেংবু মওং তানা শীজিন্নবিবা অইবদি মীনকেতন অমসুং পাচা মীতৈনি। মীনকেতনগী 'পুনশিগী শক্তম' ( লারোল অমা, ১৯৮০, লাংরাল অনী, ১৯৮৩ ) মণিপুরী রারেং সাহিত্যদা শীংথানবা য়ারবা, রারেংগী ফজবা, চীংলেম্বা মশক মরাঙ কায়রনা য়াওরবা অম্মাকথা ( মশানা ইজবা পুন্সি রারী ) অমনি। মসি

ৱাবেংগা শৈবেংগা পুন্না ইবা চমপু কাব্যগী খুৎই মওং অমনি। মাগী ৱাবেংদি ক্লাসিকেল ষ্টাইলগী ফিবেপ লৌই। মানা সাহিত্যগী ওইবা তোখাযবা লোন অমা শেম্বা পাম্মী। মাগী ৱাবেংদা কাব্যগী অচেৎপা তাম্বা, সুব অমনা মথরায ওইহনা লৈ। ৱাবেংদা লৈতেং, লৈবোং অমসুং বিটৌবিক যান্না শীজিন্নহনা থম্মোয ঈহুল যাকায়-হন্নবা হোংনৈ। ' মাগী ৱাবেং যাম্না লিরিকেল অমসুং ম্যুজিকেল ওই। মঙোন্দা শেমজিন শাজিনবগী হৈশিংবা, লাহোকপগী ফজবা, লৈ.ং হাপ্পগী পকচবগী মওং অমা লৈ। মাগী তোপ-তোপ্পা ষ্টাইল অসিনা মাবু অতৈ ৱাবেং ইবশিংদগী তোঙান্না তাহন্দুনা লৈ‍। মাগী অথাকথাদা শীজিন্নবিবা লোনগী মতেক অমা য়েংবিযু— " মপা হেক হেক যৌবকপদা, খঙদে হেক্ক যেংনীংঙি, লেপ্পি, সেং‍ঙি, পেঞ্জবদি পোক্কে থম্মোযদা খিওফাও। ....মাগী মতম্বাক্ত। তাকনল, নুমিং শীংবুম তবাগা নীথে হনি লৈখিমল— লম্মন অশীমদি অম্নুম তে ন্দুনা চৎপা নতাবে— অবাবনি।" (লাঃ ১৭)। মাগী পোক্লফম লমদম ৱা'খৈবু শৈথাবা মতাং অমনি। "..যাইফ-। .পাকই ইপানা, হিংই পিদোন্না, পিদোন্না পোকই ঐনা, হিংই যাইফনা।" মাগা অপোকপগা খেন্নবা মশক তাকপা ৱাহৈপবেং অমনি। অতুগা মাগী 'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব' (১৯৮৬) দি মাগী অথাকথাগা চংদম্নবদা যাম্না নোপনা থোকই।

শর্মা মীতৈগী (পুন্না উপন্যাস ৮, ড্রামা ১ ফোঙপ্রে) রোমান্টিক ওইবনা ৱাবেংগী ষ্টাইল অমা লৈজে। মসি মাগী রোমান্টিক ওইবা অঙনবা মতমদা ফোঙবা উপন্যাসশিংদনা (হযাদ বেগম, হজ্জ, থানিল) হেন্না মযেক শেংনা য়াওবা থেংনৈ। অহুগা, মাগী মতমগী হিংবগী অকবা ৱাখল ফোঙদোকপা উপন্যাসশিংদসু রোমান্টিক ওইবা লোনগী মফোঙদোক অসিদি অঙম থাদোকপা ঙমদনা শীজিন্নবা থেনৈ। মাগী লোন পাবা নুনা থোকই, জব জব চক্কে। ৱাহৈ-পবেং শেম্বদা মপুং ফাদবা, ব্যাকরণ অমসুং সিন্টেক্সকা নিযম ইন্দবা,

মনিং-মখা তম্বগী মওং য়'ম্না য়াওই। ব্রেকেট, ইনভবটেদ কোমা, কোমা, ড্যাস, ব্রেকেট শীজিন্নদুনা রাহৈগী অর্থ হনবা, মপুং ফাবা কন্সট্রকশন য়াম্না য়াওই। থায়নগী অরিবা লোন মানবা রাহৈ-রাতা কয়া শীজিন্নবা পামহৈ। মশাগী লোনশেম কয়াসু পুথোক্লকই। মপুং ওইনা থম্মোয ঈন্তল, কাব্যগী মহাও অমা পীনবা হোৎনবা ষ্টাইলনি। মাগী অকোনবা ফোঙবা 'কালিমাই মমংদা লাইবক কৎপসু য়াওই কন্তবসু য়াওই' (১৯৯১) দগী মতেক অমা লৌ-থোকচবি— " . মনিদি 'মুংশিবগী খুদোল ওইগদবনি' অসুম্না খন-দুনা যেংবা নত্তুনা হেক হেকওম থংঙমখিদবা মতম, হৈসু, তেনরা খুংপু হৌন পাবক্লগা 'অমূনবা হৈনৌশিংহ্ হেকথখিকথবগী মহুং অমুনবা হৈনৌশিংসিনা চহী চুপ্পা তেনরা মখোয় খুংপু অসিতবু ইখৌ লাঙনা ঙাইনরক্লি মাম্রে, চীনচুপনজনহু অসুম খদুনা হেকথ-খীকথবগী মহুং মখোয় ঈথক হৌনবখিবা মতম, মুংশিবগী মমল লৈচিনগী মমল, মখোয়হ্ পূমতোন তোঙানবা মমল অমনি।" (লাঃ ১২) মসি পাবদা হেক ভাব তাবা ঙমদে। মুন্না পারগা মাগী রাহৈগী লোতুনা লৈরিবা ফজবদু থেংনবকই। রাবেং মতেক অসিদা ফোঙদোক্লিংলিবদি... অমুনবা হৈনৌশিংনা তেনরা শঙ্গু পাইরক্লুনা মখোযবু চাববা ঙাইদুনা লৈ। মসিগী রাখল খনবদা অমুনবা হৈনৌবু হেকপা ঙমজদবগী মুংশিববা মমল অমা লৈ হায়বনি।

## ২। রোমান্টিক অমসুং রিয়্যালিষ্টিক অনী য়াশিন্নবা রারেং :

রিয়্যালিষ্টিক ওইবা রারেং হায়বদি 'মযামগী ওইবা ষ্টাইল' (কমন ষ্টাইল) দা ইবা, কবিগুম্বা অচুম্বা অমবু ইতিং তিং ফোঙ-দোক্লবা হোৎনবা রাবেংগী ষ্টাইল অহুবু খঙনৈ। মসিদা নাতৈ চাদবা প্রমাণ পাম্থে, লৈত্তেং থোইনা হাপচিন্নবা হোৎনদে। অনীশুবা

লানজাও মতুংদা লাক্লিবা 'রারী লীবা রারেং' ইবশিংগী মনুংদা অইবা খরদি রিয়্যালিষ্টিক ওইবা রারেংদা মপুং ওইনা ইনবা হোংনরবস্থু, করিগুম্বদা রোমাণ্টিক ওইবা রারেংগী মহাও অসি থাদোকপা ঙমদনা শীজিন্নবা থেংনৈ। মখোয়গী রারেংদা রোমাণ্টিক অমস্থুং রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মশক অসি য়ানশিন্নহনা লৈ। মখোয়দি — শীতলজিৎ, প্রমোদিনী, বিনোদিনী, গুণ, থোইবী, নীলবীর, রজনীকান্ত, সোনামণি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, খুমন্থেম ইবোহল, শরতচন্দ্র নোংথোম্বা অসিনচিংবা অসিনি। অইবশিং অসিদা চাউবা-কমলগী প্রনাগ-পাইন্থনা য়োম্বা, শৈবেংগী মহাও য়াম্না য়াওহনবা রারেংগী ষ্টাইল অহুদগী অহেংবা মশক অমা উবা ফংই। রা কু. শীতলজিৎ রারেং ষ্টাইল অসিগী লময়ানবনি। মাগী উপন্যাসশিং ( ইমা, রোহিনী, থাদোকপা, নুংশি রাথৈবা ) অমস্থুং রারীমচাশিংদা ( লৈকোয়্মুংদা, লৈনুংশি ) য়াম্না চম্বা, অপুক নুমিদাং ঙাঙনরিবা লোন শীজিন্নহনা ফোঙদোকপা থেংনৈ। মাগী উপন্যাসনা অরাংবা ভাব, আদর্শ ওইববা মীংয়েং ফোঙদোক্লবস্থু মানা ইথোক্লকপা রারেংদদি য়াম্না চম্বা লোন্দা ফোঙদোকলকই। মাগী রারেং চমফুংতৌনা তৌই। চমফুংফাওবা মহাও অমা লৈজে। মাগী রারেং-চমফুওদি কলাগী মহাও হাপ্পা ঙমদে। টি. থোইবী দেবীগী রারেংস্থু শীতলজিৎকা য়াম্না নক্লে।

মথল অসিগী অইবশিংগী মনুংদা এম. কে. বিনোদিনীগী রারেং থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই। মাগী রারেং চম্না ফোঙদোকই, অযাম্বা মতমদা চম্না ই। কাহেন্না লৈতেং হাপতে। অহুবু, রাহৈগী মহাও, যাদু অমা য়াওহনবা ঙম্মী। পাবা মতমদা লুনা, ঈংনা চেহ্নবা ঈচেলগী তাংথক অমা থেংনবদৌনা তৌই। রোমাণ্টিক ওইবা পুক্লিংনদা অমা লৈবনা মাগী রারেংদা মতাঙচানা রোমাণ্টিক ওইবা ঈহুল হাপবা হোংনৈ। মসিনা মাগী রারেংগী ফজবা মগুণ অমা

ওই। মাগী রাহৈপরেং খবা যেংসি— "কুইরবগী তুংদা নোংমা শঙ্গায়সেনগী মতৌগুম লাক্লগা ঐগী পুন্সিদা দাবী পুম্নমক পুহুনা লেপ্লরি।" "...অহুবু ঐঙোন্দদি থোকখি, রাকুই মাগীদমক, কাউ-খিবসু য়াই মতমনা, অহুবু রাকুই মাগীদমক।" "ফুমিং অদা প্রকৃতিনা ঙাওজবনা মহানি।" ( মুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী ) হিজম গুণগী অঙনবা উপন্যাসশিংদা অনীমক্কী য়ানশিন্নবা মশক অসি মবাঙ কায়না থেংনৈ ( মাগী অকোনবা উপন্যাস 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড' তদি অহোংবা মশক লাকলে। ) মাগী রাবেংগী মপুং ওইবা মশক্তি— অরিবা রাহৈ শীজিন্নবা, প্রমাণ অমসুং লৈতেং হাপ্নবা হোৎনবা, কোইনা, শাংনা ফোঙদোকপা অসিনি। 'লমন' দগী মতেক অমা যেংবা য়াই— কোরৌ খোঙদোই হুল্লমদাই বোবাক খোংনুংদগী হৌবকপা ওইনামলোং চীংজিন্দা চাউকবা মালংবদি যৌরক্লে— খোবুম চীংমাই অসোমদা। ...পাখং মতুং ইম্নীঙবী চনিংনি; মওম অম্বক কুইবা ঙাইরকপা মাগী পারিনা চৎথ্রবদ্দা লৈমাইথক্তা লুনাহ-দবী ওইহুনা য়াংদৌ লৈদা চোংহৌরে।"

মথক্তা নৈনবিবা অসিদা খঙবা ঙম্বদি— অইবা কাঙবু অসিদা লৈবিবা রাবেংগী ষ্টাইল অসি রোমান্টিক অমসুং রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মচাক অনী যানশিন্নবনি। অযাম্বা মতমদা রিয়্যালিষ্টিক ওইবা অনক-নুমিদাংগী ইচন চম্বা লোন শীজিন্নববসু রোমান্টিক ওইবা ঈহুল অসি থাদোকপা ঙমদনা শাগোন্নবা থেংনৈ। মসি মণিপুরী সাহিত্যদা য়ান্ন পান্ন অমসুং খুংলোৎনা শীজিন্নরিবা রারেংগী ষ্টাইল অমনি।

## ৩। রিয়্যালিষ্টিক ওইবা রারেং :

রিয়্যালিষ্টিক ওইবা রাবেংগী শৈলীদা মপুং ওইনা চঙশিল্লিবা অইবা কয়া অনীশুবা লানজাও মতুংদা থোক্লকই। মখোয়গী মনুংদা— কুঞ্জমোহন, শ্রীবীরেন, প্রকাশ, বীরমণি, দীনমণি

ইবোমচা, লনচেনবা মীতৈনচিংবগী মিং পনবা য়াই। হায়রিবা অইবশিং অসিনা রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংদগী পুন্সিগী অশেংবা, অচুম্বা মশকপু ময়েক শেংনা, ইকোক কোকনা উৎননবা হোৎনবকই। মখোয়দা কাহেন্না শেমজিন শাজিনবা রাহৈগী লৈতেং অমত্তুং মফোঙ-দোক উবা ফংদে। মখোয়গী য়ারেংগী শৈলীদি— পুন্সিগী থাজবা য়াবা, ওইবা য়াবা মশকশিং, মখোয়গী খেন্নরবা মওং কয়া, অশেংবা তাইবঙমীগী মরমচং, সাইকোলোজিকেল ওইবা মুংগী অশেংবা মশক উৎনবা হোৎনবনি। মখোযনা অপুক-নুমিদাং ঙাঙনরিবা অচম্বা লোন শীজিন্নে। মসিদগী হেনজিনবা মওংদা নীংবা কায়রনা, কারেমনবা, অশাউবা ফোঙদোকপা সিম্বোলিক ওইবা লোন অমত্তুং ইমেজগী কয়াম্বু শীজিন্নবা থেংনৈ। ফজবা রাহৈ ঙাক্তা থিজিনা শীজিন্নবগী মহুত্তা মযম মতমগা হেন্না চান্নবা লোন থিজিনা ফোঙ-দোকই। অদুনা অকনবা, শক্তি লেংা রাহৈশিং (অকাম্বা বয়াম্বু য়াওনা) থাকপা লৈতনা শীজিন্নরকই।

খুদম ওইন রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মশক উৎনবা হোৎনবদা শীজিন্নবা বীরমণিগী রাহৈ খরা যেংবা যাই— " মুগী মথৈ পদ্র ক পদ্রাক তাদুনা লৈ।" "মতম অসিনা ঐখোযদা হায়রি ; হিংদুনা লৈবা পান্নবদি শা ওত্র, শাতিং চাও, ঈ থকউ।" শ্রীবীরেননা পুন্সিগী ইকোক-কোকপা মশক উৎনবা হোৎনবদা অকায়া, হঙ্গোইবা রাহৈ কয়া শীজিন্নরকই। ইবোমচাগী রিয়্যালিষ্টিক ওইবা য়ারেংগী ষ্টাইলদা পোইটিক ওইবা ভিজন অমত্তুং য়োনা, খেংনা উৎপা ঙম্বা অচুম্বা মশক অন মক য়াওবা থেংনৈ। মাগী রারীমচান্দা য়াওবা "খ্বাইরমবন্দ কৈথেল তপ্পা তপ্পা উইথজনা তুমথরে।" "মফম অমত্তং। ঙহাক্তং স্বর্গ চনং তানা হোনবা ফদগবা, হিংগদবা মানবা মফম।" —অসিন-চিংবা মফোঙদোক কয়া অসি প্রোসোদিগী মখা পোন্দবা, সাইকো-লোজিকেল ওইবা মুংগী অচুম্বা মশক উৎনবা হোৎনবা ষ্টাইল অমনি।

হায়রিবা অইবশিংগী মঙ্গুংদা খরা তোপ্পা লৈবদি জি. সি. তোংব্রা অমসুং দীনমণিনি। তোংব্রাদি মশাগী তোপ তোপ্পা ষ্টাইল লৈজবা অইবনি। মাগী ড্রামাশিং, 'লৈরম্মী মীনৌ, নোকরা শান্নবা অমা' (অত্মাকথা, 'সাহিত্য'দা মথং মথং ফোঙলিবা) মসিদা মাগী, পাবদা খরা রাবপ থোকপা, ৱাহৈ কয়া পরেং লেং-শিনবা, মচেং ওইনা মতেঙ্গা যৈহনা ইঙ্গিং ওইনা ফোঙদোকপা, নোক্লিংবা ৱাহৈ-ৱাতা, এলিগোরী কয়া শীজিন্নবা ৱারেংগী ষ্টাইল অসি উবা ফংই। নোক্লিংবা লোন্‌শেম, কবেন্নবা অমসুং ফাগি শীজিন্নবদা য়াম্না হৈশিংই। দীনমণিগীসু ফাগী পুবা লোন্নি। মাগীনা সাহিত্যগী ওইবা নত্তবা ইমুং মন্নুংদা ঙাওনবা, মকক মকক ওইনা তৌবা লোনগী মফোঙদোক অমনি। মতুগা অবাম্বম সমরেন্দ্রগী লোনগী ষ্টাইল অসিসু রিয়ালিষ্টিক ওইবা মশক অমনি। মানা লাইরিক-লাইশু হৈববা, ময়ায় ওইবা থাক্কী মীওইশিংনা ঙাঙন-গদবা, (ইংরেজী ৱাহৈনচিংবা কয়া য়ানবা), অকনবা মরৈ য়েংপদা শীজিন্নগদবা লোনগী ষ্টাইল অমা খুদোল তৌরি।

## ২। নৈনবা ৱারেং (ক্রিটিকেল রাইটিংস):

আলোচনা অসি সাহিত্যগী খুৎই মন্নুং চল্লি। মরমদি চুম্না অফ-ফত্ত উত্তুনা নৈনবা, অচুম-অরান তাকপা, অকুপ্পা বিচার তৌবগী মথক্তা আলোকচশিংগী ষ্টাইল অমসুং শেমজিন শাজিনবগী কলা অমা য়াওরি। অসিগুম্বা আলোচনাগী ওইবা নৈনরোল-ৱারেং অসি মরুওইনা অনীশুবা লানজাও মতুংদা লাকপা সাহিত্যগী লৈচল অমনি। লাইরিক-লাইশু হৈবা মীশক য়ামথৎলকপা, রিসার্চ অমসুং নৈনবগী মায়কৈদা খুমাং চাওশিল্লকপদগী আলোচনা সাহিত্যনা মপান ফনা চাওখৎলকপগী মরম অমনি। মীনকেতন, খেলচন্দ্র, নীলকান্ত, মনিঙ্গ শাস্ত্রী, গৌরদাস, এ. চন্দ্রমণি, দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা, আই, আর.

বাবু, দীনমণি, এন. তোম্বী, এল জয়চন্দ্র, এস. ব্রজেশ্বর, ও. ভোগেশ্বর, রা. কু. স্নাহল সিংহ অসিনচিংবা অসি মখল অসিগী রারেংদা খুৎথ রিবা অইবশিংনি। মখোয়গী মনুংদা মীনকেতননা খুৎমাবনি। মাগী 'মৈতৈ উপন্যাস' (১৯৫০) আলোচনাগী অহানবা লাইরিক অমনি। সাহিত্যগী আলোচনাগী মায়কৈদা মপূংফারবা লাইরিক ইতুনা খুদোল তৌবিবা অইবশিং খরদি— দীনমণি সিংহ (খ্বাঃ চাউবা, ডা. কমল পুন্সি অমসুং সাহিত্য, অঙাংহলঃ সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি); খেলচন্দ্র (অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস), এ. চন্দ্রমণি (সাহিত্যগী নৈ বা রারেং খরা), মণিস্না শাস্ত্রী (সাহিত্য দর্শন), দ্বিজমণি দেব শর্মা (সাহিত্য মীমাংসা), ডা. আই. আর. বাবু সিংহ (কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল), নীলকান্ত (অচাইবা লৈ, মতমগী রাখল, সংস্কৃতিগী শক্লোন), এন. তোম্বী (মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীংযেং অমা), এন. ব্রজেশ্বর (অনৌবা মণিপুরী কবিতাগী শক্লোন) অসিনচিংবনি।

সাহিত্যগী ওইবা হীরমদা নত্তবা অতৈ বিষয়দা নৈনবা রারেং কয়াস্ু লৈরি। মখোয়গী মনুংদা— অতোম্বাপু শর্মা (অনুবাদ নত্তবা ধম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা নৈনবা লাইরিকশিং), ও. ভোগেশ্বর সিংহ (অরিবা সাহিত্য নৈনবা লাইরিকশিং), রা. কু. স্নাহল সিংহ (অনুবাদ নত্তবা নৈনবা লাইরিক কয়া), এস. কৃষ্ণমোহন (মহাত্মা গান্ধী অমসুং গান্ধী তত্ত্ব), কালাচান্দ শাস্ত্রী (গীতা, মহাভারতকী টিকাশিং), অরিবম ব্রজবিহারী শর্মা (ঈশ্বরবাদ, বৈষ্ণব ইতিহাস), আনন্দমোহন সিংহ (রারেং মরি), মণিস্না শাস্ত্রী (গান্ধী দর্শন, শৈবদর্শন), স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি (ভক্তিগী লম্বী, কর্মগী লম্বী, জ্ঞানগী লম্বী অসিনচিংবা), সুরচান্দ শর্মা (মৈতৈ জগোই), মুতুরা বাহাদুর (মণিপুরী আর্টকী রারী শিংবুল) অসিনচিংবা।

নৈনবোল ৱারেংদা খুংথাবিব অইবশিং অনিগী খুংই, নৈনবগী মওং, মীৎয়েং অমসুং ষ্টাইল য়াম্না তোঙাল্লি। পুন্নক মফমনিদা লোয়না নৈনবা ওইথোক্কে। মপুং ওইনা হায়নিংবা ৱাফমদি— অইবশিং অনিনা অকুপ্পা বুদ্ধি অমসুং বিচারগী লৈনিংবা উত্তুনা মশাগী ষ্টাইল অমগা লোয়নননা ফজববা ৱারেং ওইনা ইবকপদি য়াম্না তাঙনা থোকই। অয়াম্বনা মচাক ময়াম খোনজিন্দুনা পাউদম্বা ওইনা তৌই। ক্রিটিকেল ৱাইটিংদা দরকার ওইরিবদি— অকুপ্পা মবৈগী থাঙপাং অমসুং চুঙ্গোয় অহৎ মযেক শেংনা থাজহনবগা লোয়নননা মরীক চম্বা, ফজনা ভাব তাহনবা লোন্দা ফোঙদোকপগা লোয়নননা তঙাইফদনা ৱারেংগী ষ্টাইল অমদি য়াওবা তাই। শম্না হায়ববদা ক্রিটিক অমা ওইবগী মথক্তা অইবা অমসু ওইবা তাই। মসি মণিপুরী ক্রিটিকেল রাইটিংসগী মতাংদদি য়াম্না তাঙনা থোকই। অহুম ওইংমক শ্রীবীনকেতন, নীলকান্ত অমসুং দীনমণিগী খুংইশিংদা মশাগী ষ্টাইল অমা লাকপদি উই।

## ৩। এসে (নিবন্ধ):

ৱারেংগী চাচাবা মশক অমসুং মগুণদি ইংরেজী সাহিত্যদা এসে (নিবন্ধ) হায়রিবনিদা উবা ফংই। 'ৱারী লীবা ৱারেং' দা লৈরিবা ৱারেংগী মশক অনিনা চপচাবা ৱারেংগী মগুণ লেপ্পদা ৱানা থোকপা য়াই। মবমদি— ফিকশনদদি অইবগী এক্সপিরিয়েন্স উৎপনা হেন্না মক ওই। মসিনা অইবন পুন্সিগী অচৌবা, অপাকপা, অরুবা মীৎয়েং অমা উৎননা হোংনৈ। ড্রামাদনা উৎননবা অমসুং শান্ননবা হোংনবদা পুক্নিং থম্মী। কবিতানা কবিগী থম্মোয় ঈহুন, ফিলিং উৎপনা মপুং ওই। শৈরেংনা নুংগী অতুম্বা, ফজবা থিবনি। অতুগা নৈনবা ৱারেংসু অয়াম্বনা কল্লা য়াওনব, ৱারেং (নন্-আর্টিস্টিক, নন্ লিটেরেরী এসে) ওইগল্লি। মরমদি, মখোয়গী মথৌদি মকওইনা নৈনবা অমসুং পাউদরন মপুং ওইথি। এসেদদি মপানগী

ফুন্সিবু কূপ্না যেংলগা অইবা মশানা অপাবশিংদা হাকথেংননা পাউ-দম্বগী মওং অমা য়াওই। য়াম্না পার্সনেল অমসুং সবজেক্তিব ওইবা হেল্লি। মবমদি এসে হায়বসিদি — লৈতারবা, ৱাখল চেল্লবা মীওইবগী খোন্থোকনি। লৈতারবা লৌশিংগী মপুংফারবা অনুভূতিগী পোথোকনি। মসিদা ফোঙদোক্লিবা ষ্টাইল অমসুং ফোঙ-দোকদৌবিবা ৱাখল অনীমক্কী থোং মান্নবা, চুং-ফিবাল চাবা অমা চঙই। এসেগী মশক তাক্লহনা Prof. Asit Bandopadhyay-না হায়—"An essay should be more creative than critical, more suggestive than informative and more subjective than objective. A perfect essay assimilates the elements of lyrical introspection, dramatic stunt, narrative interest, romantic beauty, philosophical detachment and a tolerant attitude to life and the world. Sometimes it gives the impression of lyric in prose, sometimes a short story and sometimes a friendly chat. The essayist should establish an intimate emotional communication with the reader" (History of Modern Bengali Literature, pp. 109-110, 1986).

অনীশুবা লানজাও মতুংদা, 'এসে' হায়রিবা ৱাৱেংগী মওং অসিদা খুং থারিবা অইবশিংগী মমুংদা মিং পনবা য়াবদি— মীন-কেতন, সিনাম কৃষ্ণমোহন, তোংব্রা, নীলকান্ত, দ্বিজমণি শর্মা, সি. এচ. পিশক, মনিম্না শাস্ত্রী, বিনোদিনী, প্রমোদিনী, সমরেন্দ্র, আই. আর বাবু অসিনচিংবনি। এসে ইবশিং অসিনা খুং থারিবা হীবমশিং য়েংলগা মখাদা উংলিবা মখলশিং অসি খাযদোকুনা নৈনরি।

## ক) নেরেটিব এসে ( রারী লীবা এসে ):

রারী লীবা এসেদা য়াম্না মওং তানা ইরিবা রারেং ইবশিংদি— মীনকেতন, নীলকান্ত, তোংব্রা, বিনোদিনী, এস. বরমণি, মণিপ্পা শাস্ত্রীনচিংবশিংনি। মখোয়গী মনুংদা মীনকেতন থোইদোক্না শীংখানবা য়াই। মাগী ভাঙ্গোয়-পরেং, ( ১৯৪৯ ), ভারত চনু ( লারোন ১-৪, ১৯৫২ ), রামায়ণগী রারী খরা ( ১৯৫২ ), অঙাংগী রামায়ণ অসিনচিংবদা রারী লীবা এসেগী ফজরবা ষ্টাইল উবা ফংই। ময়াম অসিগী মনুংদা 'ভাঙ্গোয়-পরেং' থোইদোক্না শীংথানবা য়াই। 'ভাঙ্গোয়-পরেং'দি কংলৈলোনগী মুংশিরবা রারীবু কল্পনাগী শরুক য়াম্না হাপচিন্দুনা লেজেন্দগী শক্তম লৌরবা, লোনয়ান চঙত্রিবা অশেংবা মৈতৈলোন্দা ইবা রারা লীবা এসেশিংনি। ইরিবা রারীশিং পাবদা নুংঙাইহল্লি। লিরিকেল ওইবা, বল্লনা অমসুং লৈতেংনা য়োম্বা লোন্নি। রিটোরিক ষ্টাইল তায়বহুনি। রারা-রাওয় অমসুং ড্রামাটিক ওইবা মচাক য়াম্না য়াওই। নীলকান্তগী 'শ্রীমা সরদা দেবী', 'শ্রীরাম কৃষ্ণ পরমহংস', 'শ্রীঅরবিন্দ' ( অচাইবা লৈ. ১৯৫৭ ) ফনা মখিং চৎপা নেরেটিব এসেশিংনি। মাগী ষ্টাইলদি শাগৎপা লোইড্রিবা মূর্তিগী মশক্নি। রাখন্দা ফাওরকপা ঈথক ঈপোমশিংগী মচেৎ অমা খোৎচিনহৌবা, জর্নেলিষ্টিক ষ্টাইলগী মওং অমনি। লোনগী মফোঙদোক্না থোংপা, মেঙবা, ফজবা মহাও অমা য়াওই। রারী লীবা এসেগী মথনসিদা বিনোদিনীগী 'রবীন্দ্র-নাথ ঠাকুর', তোংব্রাগী 'জর্জ্জ বর্নাদ শো' পনবা য়াই। মশাগী ষ্টাইল অমগা লোয়ননা ইবা নিবন্ধশিংনি। মণিপ্পা শাস্ত্রীগী 'মহাভারতকী মণি রত্ন' ( ১৯৬০ ) সু লুথনা অমসুং কুপশিন্না লমচৎ য়েকপনা মপুং ওইবা ফজরবা নেরেটিব এসেগী লাইরিক অমনি।

## খ) রিফ্লেক্টিব এসে ( নৈনবা মথলগী এসে ):

খ্বা. চাউবনা অনীশুবা লানজাও মমাঙদা রিফ্লেক্টিব এসেগী

য়াম্না ফজববা পরম্পরা অমা শাগৎলম্মী। অহোবা, মযায, নৈনবা অমম্মুং বাবোয় হান্নহুন লৈবির নৈনবা মথলগী নিবন্ধগী বাযাং অসিদা চাউবনা অবাংবা, অকনা রাখলবু চীংলেম্বা লোম্না মবেপ যৌনা ফোঙদে কপা ওম্বা, মতাঙচানা মথন-মথা কপাগী পমাণ-পাইনা লৈবোং ওইনা থেংচিনবা, মপুং ওইনা লমজিং-লম তাক, পাউতাক পীবা বিষযদা নয়া খুংথাখিব, মওংগী লৈবোং লেখেৎনা থন লুয়া শানন চৌবা মাগী রাবেংগী সাহিত্যদগী বন, ওম্বা রাবেং ইবা অমত্তনা নমহৎনা হাযগৎলকপা ঙমদ্রি হায়বা যাদ্রি। অদুবু, খ্বা. চাউবনা থাবম্বা নৈনবা মথলগী নিবন্ধগী কেৎদামদা অনৌবা অইবা কয সু মতুং ইন্দুনা যোল্লকই। মথোংগী মন্দা সিনাম কৃষ্ণমোহন, নালবান্ত, মণিয়া শাম্মী, চিংঙাখম পিশক, দ্বিজমণি শর্মা, আই অব. বাবু হবাইবম বণবাবনচিংবগী মনিং পাবা যাই।

সিনাম কৃষ্ণমোহনগী 'রবেং-নাচোম', 'পাউমন-তবা' (১৯৮৫) নী থিজববা নৈনবা রাবেং কযা যাওব লাইরিক্কি। কৃষ্ণ-মোহনগী চাবপাম্না কুপ্প, মীংযম পাকই, আদম ওই। মাগী লোন। অকম্বা অমম্মুং চীংলেম্বা মশক যাম্না ৰেংনৈ। মাগী 'থ্না' 'ধম্ম', 'লেবাক মীযাম' যাম্না ফজবা এসেশিংনি। নাকাতিংগী নৈনবা মথলগী রাবেং * দি (অইবা লৈ,মতমগী রাখল, সংস্কৃতি শা শ্রানদা যাওবিবা) য়াম্না বুপতে, ইপো পৌই। নৈনরিবা বিষয়দা মথুং যৌবা চঙশিনবগী মহত্তা মপানগী কুবাংপাদা ফজবা মচু অমা তৈশিন্দুনা থম্বদোনা তৌই। মাগী সাহিত্যগী আলোচনাসু, পূরাংদা পানবা রাফম খবদমক থনগৎলগা ইবা, অকুপ্পা এনালিসিস অমম্মুং রিঙবি কয়া থৌশাদবা, ইমপ্রেশনিষ্টিক ক্রিটিসিজম (Impressionistic criticism) গী মওংনি। আই. আর. বাবুগীনা (কৃষ্ণচূড়াগা অঙা শাপাল, ১৯৭৭) নোংচুপকী সাহিত্য নৈনবোলগী মীৎ-য়েংদগী লেংলাকপা, নৈনরিবা হীবমদা যাম্না চেৎশিনবা অমম্মুং নৈনবদা তাবনপগী ফল অমা মযেক শেংনা উৎনবা হোৎনবা রারেংশিংনি।

অদুগা দ্বিজমণি দেব শর্মানা সংস্কৃতকী আলঙ্কার শাস্ত্রদগী বিচার চৈ তুনা নৈনৱিবা ৱাফমতু ময়েক শেংনা উংনবা হোংনৈ। মণিম্না শর্মানা চাউবগী মতৌগুম্না অরুবা ভাব, ৱাখল ( এবসত্রেক্ট আইদিয়া ) নৈননদা পৃক্লিং চঙই। সি. ঐচ. পিশক অমসুং ঐচ. ৱণবীরনা ফিলোসোফিকেল ওইবা লোন অমসুং মফোঙদোক কয়া শীক্তিন্নতুনা নৈনবা ৱারেংগী মশক্তা তোথায়বা মহ্যাও অমা হাপলি।

## গ) পার্সনেল এসে ( মশাগী ওইবা ৱারেং ) ঃ

অনৌশুবা লানজাও মতুংদা লাকপা মণিপুবী ৱারেংদা থ্বাইদগী শীংথানবা য়াবদি 'পার্সনেল এসে' হায়বিবা ৱারেংগী মথল অসিনি। 'লিটেরেরী এসে' হায়রগনু খঙনবা ৱারেং মথল অসি ইমোসনেল এসেগী মওংনি। গদ্যকাব্যগা য়াম্না নকশিন্নৈ। মথল অসিগী ৱারেং ইবশিংনা, ৱারেংগী নিয়মনা ফাজিন পুনশিনবা অহুদগী নাম্থোক্তুনা মরম্নাইগী ওইবা অনৌবা অমা, মৌখা পোন্দবা মবম্নাইগী খুংই মওং অমদা ইচম চম্না ফোঙদোকুবা হোংনৈ। মখোয় য়াম্না মনীঙ মথা তম্মী। মরাঙ কায়না স্বর হোনবা পাম্মী। মখোয়না মবম্নাইগী ৱা পাউদমবা; মরম্নাইগী মীৎয়েং, ৱাখল; মরম্নাইগী অৱা-অনা, অনৌবা কয়া হায়নবা হোৎনবনা মপুং ওই। মরম্নাইগী পাউদমগা অপাবগা হাকথেংননা পাউ ফাওনতুনা, অইবা অমসুং অপাবা অনীগী মবক্তা য়াম্না নকশিন্নবা মরী থম্নবা হোংনরকই। অমুক য়াম্না নীংঙনগ্রবা মরক অসিদা গইবশিং অসিনা মরম্নাইগী শক্তম অমসুং মহাও অমদি য়াম্না ময়েক শেংনা উংনবা হোংনৈ। অইবগী থম্মোয়গী আঃ থম্মোয়নুংদা লোতুনা লৈরিবা থম্মোয়, অাম্না ( পার্সনেলিটি ) অতু ফজবা মওং অমদা ফোঙদোক্লকই। ৱারেংনা মরম্নাইগী ওইবা শঙম্নাকপা মওং অসি অম্মুন অম্মুম লোকপগা লোৎননা 'অনৌবা ৱারেং' ( মেডর্ন প্রোজ ) হায়বতু ওইরকই। হৌজিক্তা মণিপুরী ৱারেংদা অনৌবা ৱারেংনা শাইওন লৌহুনা মওং

তাববা অনৌবা ৱাবেংগী মশক অমা লৈরে। নীলকান্ত, বিনোদিনী, প্রমোদিনী, তোংব্রা, সমরেন্দ্র, সোনামণি, আই. আর. বাবুনচিংবা অসি মখল অসিগী এসেদা শুং থারিবা শীংথানবা য়ারবা অইবশিংনি।

মরু ওইনা অনীশুবা লানজাও মতুংদা মশক উংলক্লিবা পার্সনেল এসেগী মওং অসি খ্বা. চাউবগী য়ায়া তাঙনা থোক্লবা এসে খরদগী হৌনা থোঙ্গুল লীবা য়াই। চাউবগী 'মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক,' 'মোইরাং থোইবী', 'পুকচেল চাউরবা অলক্রেড' অসিনচিংবা এসেশিং অসিদা থম্মোয় ঈথক হৌহনবা থুংই ষ্টাইল অমা য়াওবা থেনৈ। পার্সনেল এসেগী মমি খরদি তাবা হৌরে হায়না লৌবা য়াই। অহুবু চপচাবা মশক্তি লান মতুংগী অইবশিং অসিদগী থোক্লকপনি। লমকোয় ৱারী কয়া ইল্লরকপদগী মসিগী মশক অসি অমুক্তা হেন্না মপুংফানা শাগংলকপা হৌখি।

নীলকান্তগী 'অচাইবা লৈ' (১৯৫৭) দা য়াওরিবা রম্য রচনা (বেলে-লেটরস) অসি (নসত্তনা কৌববদা, হন্না য়েংথোকশিবদা, মার্বাক জগোই) অনৌবা ৱারেংগী মশক লৌরবা পার্সনেল এসেগী মওং তারবা ৱাবেংশিংনি। বেলে লেটরস ("delightful writings, a kind of light personal essay, traveloque, light conversational style of writing") হায়রিবা বাংলা সাহিত্যদা খ্. কু. ১৯৩৫ গী মতমদা বুদ্ধদেব বসুনা হৌদোকপ্রবা থুংই মওং অসি অহানবা ওইনা নীলকান্তনা মণিপুরী ৱারেং সাহিত্যদা হৌদোক্লুনা অনৌবা মথেল ওইনা ওসিফাওবা চংথরি। 'অচাইবা লৈ'গী মথংদা কোঙলকপা লাইরিকশিং 'মতমগী ৱাথল' অমসুং 'সংস্কৃতিগী শক্রোন' অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং (আগষ্ট ১৫, বিনোবাগী আশ্রমদা মীংকুপ থরদং, রাজকুমার সনাহল: নীংশিংবা থৱা অমদি খবর-চেফোংশিংদা মতম মতমগী ওইনা

কোঙবা ৱারেংশিং। অসি জর্নেলিষ্টিক ষ্টাইলদা হেন্না নকশিনবা, তেস্তক তৌবা, পুক্লিংগী প।মজবা ৱাফম অমা কবিতাগী কুয়োম্না য়োমহুনা থম্বা অহুগা মরম্নাইগী ওইবা মীৎয়েং অমদি চেংনা থাগোম্নবা খুংই অমা পুথোক্লকই। উৎলিবা ৱাফমশিং অসি কল্লবা লোজিক্কী লৌ উৎপা নত্তে অমসুং মবেপ লুখনা করিগুম্বা জ্ঞানগী মশক অমা মরীক চূম্না নৈনহুনা উংনবা হোৎনবসু নত্তে। মাগীদি প্রতিভানা লমজিংহুনা মঙোন্দা ৰ্তাঙ শোক্না ফাওরকপা ৱাখল অমা, ভাব অমা নম্রগা থম্মোয়দা পানবা, ফজে হায়না খনবা মীৎয়েং অহু য়াম্না চম্বা লোন্দা ফোঙদোকপনি। কবি অমনা কবি অমদা য়েংবা মীংয়েংগুম্বনি। আলোচনাগী কল্লবা মবৈ থাদোক্লুনা মানা হায়— "ছিদ্র পুথোকপা হাল্লেংদ্রবা সমালোচক পুম্নমক ! ঙাইহাক্কো তুমিন্না লৈবিসু। পি অমুক্তা ৈংখোকচখিগে।" ( মাধবী অমুক পাকবদা ) অালোচনা তৌবদা থম্মে য় ঈহুল লৌথোক্কদবনি হায়বহুগী ওন্ন-তৈনবদা থম্মোয় ঈহুম্না য়োম্বা খুংই অমনি। মহৈ তম্বা লোইরগা গৌহাটিদগী থোক্লকপদা ফাওবকপা ৱাখল ফোঙ-দোক্লুনা ইবা 'বসন্তনা কৌরবদা' হায়বা রম্য রচনা অহুদা ইরি— "পুন্সিগী বীণা অসিদা অতৎপা লৈতনা থোরকপা অনৌবা সুর, অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা অক্ষর অসিবু জীবন কৌই। মতমগী ঈচেল, তুরেলগী ঈচেল, পুন্সিগী ঈচেল লেপ্পা লৈতে।"

নীলকান্তগী মতুংদা লমকোয় ৱারী ইবদি থাইদেম প্রমোদিনী দেবীনি। 'অচাইবা লৈ' গী মতুংদা চহী অমা লৈরগা ফোঙলকপা মাগী 'পুন্সী মৈরা' ( ১৯৫৮ ) দা ( অইবীনা ৱারী মচা ৫ গী লাই-রিক্লি হায়। অহুবু 'চেরা লমনুংশি' হায়বা অসিদি ৱারীমচা নত্তে, লমকোয় ৱারীনি। আসামদা লৈবা 'চেরাপুঞ্জি'দা নোংমগী ওইনা পিকনিক চৎলুবগী খোঙচৎ অহু ইবনি। অহুগা, মাগী কোন্না ফোঙলকপা লমকোয় ৱারীগী লাইরিক 'ইক্রিসাটকী কুসী মুসী'

( ১৯৯১ ) অসিদা হায়রিবা ৱারেং অসিমক খরা অমুক শেমদোক্লগা 'খম্মোইগী কোম্বুংনা চেবা' হায়ভুনা অমুক ফোঙলকই । ) য়াওরিবা 'চরা লমনুংশি' থারগা মথংদা ফোঙলকপা লাইরিক অনী ( 'ইক্রিসাটকী কুলী মুপী, ১৯৯১, পুন্না ৱারেং ৭, তোরবুংগী তেবা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল', ১৯৯৩, পুন্না ৱারেং ১০ ) অসিদা য়াওরিবা লমকোয় ৱারীশিং অসি পূনশিল্লবদি পুন্না ৱারেং ১৮ শুরে। মশীংদা য়েংউরবসু খ্বায়দগী মশীং য়াম্না লমকোয় ৱারী ইবী অমনি হায়না লৌবা য়াই।

প্রমোদিনীগী লমকোয় ৱারী ইবগী খুংই ষ্টাইল অসি অচম্বা লোন্দা পূক্নিংগী ঈহুল চন্না ফোঙদোকুবা হোংনবনি। কাহেন্না লৈতেং শীজিন্নদে। 'চেরা লমম্বুংশি'দা থম্বাল, তোম্বী, লৈরিক, ইভেনলৈ মখোয়না চেরাপুঞ্জি য়েংবা চৎপগী খোঙচৎ মসিদা থেংনবা থৌদোক অমসুং পূক্নিংনা ফাওরকপা মহৌশাগী ফজবা কয়া শৈথাই। শুকুংদা চঙলা অমসুং খোন্থোক্তবী তুরেলগী মরমদা শৈথাবদা থম্মোয় ঈহুল অমসুং ফজবা কল্পনা শীজিন্নবা থেংনৈ। খোন্থোক্তবী তুবেলগী মরমদা অইবীনা শৈথারি— "... খোন্থোক্তবী তুরেলনা অহুম নোক খেহুনা লাকলম্বদগী খঙহৌদনা চীংনুং তমনা মখোল খোক্তুনা চেন্থ্রি। খোন্থোক্তবী তুরেলগী লোইফম কনানসু খঙদে। চীংনুং কয়া ফাওহুনা অরাবা কয়া খাঙলগা করি লমদমদা তুরেল মানা থোরকপা মহুসু খঙদে। পুন্সিদা নীংবা আশা থুংদবা মওংগুম কনাদসু হন্না য়েংলমদনা পুক্নীংগী অরাবা ফোঙদোকলম্বসু তৌদ, চেন্থ্রি।"

'ইক্রিসাটকী কুলী মুপী'দা য়াওরিবা ইক্রিসাটকী কুলী মুপী, ইমা খুল্লাকপীগী নোঙ্গাং হৈদো, লিংজেন থাবী কন্যা কুমারী হায়রিবা লমকোয় ৱারীশিং অসি শীংথানবা য়াই। থোইদোক্না প্রমোদিনীগী 'ইমা খুল্লাকপীগী নোঙ্গাং হৈদো' হায়বা অসিগা এম.

কে. বিনোদিনীগী 'অহোঙ যুম্ন' হায়রি' হায়বসিগা চাংদম্নবা য়াই। অইবী অনীমক্কী তমেংলোংগী খোঙচৎনি। লমকোয় ৱারী অনী অসিদা প্রমোদিনীনা খুম্নাকপীগা মাগা লৈনবা মমা মচাগী ওইবা হুংশিবা মরী অমা উৎপগা লোযননা নোংগাং হৈ:কোলবু কাউঙমদ্রবা চরিত্র অমা ওইনা য়েকপা ঙম্মী। বিনোদিনীনা অহোঙ য়ুমবু কাউঙমদ্রবা অশিংবা জীব অমা ওইহল্লকই। অহুগা প্রমোদিনীগী 'তোর্ব্বুংগী তেরা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল' অসিদা য়াওরিবা য়োংচাক পাম্বী, ইবেন মায়োগী লৈ পরেং, তোর্ব্বুংগী তেরা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল অনিনচিংবা ৱারেংশিং অসিমু পাবা নুংঙাই। মরু ওইনা চীংমুং-মানুং, লৱাই-খৱায় কয়াদা থেংনরকপা লমদমশিং অহুগী থাজনবী চংনবী, কাউঙমদ্রবা থৌদোকশিংগী মরমদা হাকথেংনরক-পশিং অতু পাউদহনি।

জি. সি. তোংব্রাদি অতৈদগী খরা তোপ্পা লৈবা অইবা অমনি। মাগী 'আকাশবানীদৈ ফোঙথ্রবা', 'ৱারেং মথল খরা', 'আকাশবানীদৈ তাথ্রবা খরা', 'শৈরেং ৱাবেং শিংজু অমদি অতৈ চেফোঙশিংদা হাপথ্রবা ৱারেং কয়াদা মশাগী খুংই ষ্টাইল অমগা শাগোন্নববা পার্স-নেল এসে কয়া থেংনৈ। মাগী ৱাবেংশিংগী মনুংদা— রথ যাত্রা, মিংর্ব পি, কাও নিংথৌ, পুন্সিদ তাৎ মচা মচাই চন্নফম, নিংথম-থাগী অবুক্ত মংকুপ খর, চফুগা উরানগা, নীংশিংলগা ইবা, পূক্লিংদা নুংঙাইনবা পানৈ, এনা মায়থীনবা লাইৱা মঙা, লাইবক অমসুং জুৱার, ক্লাস মনুং দা লোরিংবা, খ্বাইদৈ পামজবা নিপাদুগী শক্তম, নুপীনা ফি ফি কাপ্পা ( Smits and Snubs of women ), চিরোনসি মহৈবা অনিনচিংবা অসি মশাগী তোপ-তোপ্পা ষ্টাইল অমগা লোয়ননা ইবা, মরম্নাইগী শক্তম চেনজবা এসেশিংনি। জি. কে. চেসটরটননা 'এ পিচ ওফ চোক'কী মরমদা য়াম্না নুংঙাইরবা এসে অমা ইরম, লোংব্রানা মরম্নাইগী মফোংদোক অমসুং মহায়

অমদা, ফাগিগী মচল হাপ্তুনা হৌজিক্কী পুন্সিগী অচুম্বা মশক খরা ময়েক শেংনা উংনবা হোংনৈ অমসুং মরম্নাই থেংনবা এক্সপিরিয়েন্স অচু সাহিত্যগী মহাও অমা হাপ্তুনা মীওইবগী মরল ওনহনবা ঙম্মী। তোংব্রানা মাগী এসেশিংদা উংনবা হোৎনরিবদি— হৌজিক্কী পুন্সিদা ওইরিবা তৌশিন্নবা তাং, শেনজা থুমজা, মীওইবগী অপঙবা অমসুং অশোনবা ময়াম অসিনি। ইতিহাস, পুরাণ, অনৌবা সাহিত্য— থেংনরুবা পূম্নমক, পীরকপা খুদম লোয়নমক হৌজিক্কী মতমগী পুন্সি অমসুং হিংবগী সমস্যাদা লোয়না ওনশিল্লকুনা উংপা ঙমই। পূম্নমক অসিবু ফাগিগী মচল অমা শেমদুনা নোক্নবা হোংনবা মাগী ৱারেংগী খুৎই অসি মনিপুরী ৱারেং সাহিত্যদা ইতোপ-তোপ্পা মওং অমা ওইরি। করিগুম্বা হীরম অমদা তোংব্রাগী কলমনা থেংখিবদা মদু তোংব্রাগী ওইবা মচু অমা শঙদুনা হেক্তা পুথোকলবই। অনৌবা লোন-শেম কয়া মতাং চানা চানা শেমদুনা, হনজিনবা খুদম মথং মথং লেং-শিনদুনা, অইবা কয়াদগী কোটেশন কয়া লৌথোক্তুনা মানা ইরিবা পূম্নমক অসি হৌজিক্কী মতমগী অচুম্বা মশক ( reality of modern existerce ) অসি মীংয়েং কয়াদগী, মওং কয়াদগী, ষ্টাইল কয়াদগী তোথায় তোথায়না উংনবা হোংনৈ। 'রথ যাত্রা'গী মরমদা ইরবন্সু হৌজিক মতমদা ওইরিবা তৌশিন্নবা তাং, মীব নমথনবা হোংনরিবা, অচুম্বা চঙবা ময়াম অসি জগন্নাথকী অকিবগী মশক ওইরবা মূর্ত্তি অমদি কক্লগা শৌবা রাবন মকোক্তা পানশিন্দুনা উংলকই। 'নিংথমথাগী অয়ুক্ত মীংকপ খরদা অইবগী ৱাখলদা ফাউরকপা শম্নদবা পরীং ময়াম অসুম খল্লকপদা মতমসিগী পুন্সিগী অয়ৌবা ৱাখলশিং— ঙাইবগী সমস্যা, মতমগী অয়াঙবা খোঙজেনগী মরমদা লুথনা খল্লুই অমসুং য়াম্না ফজবা ফাগি অমা ওইনা জি. বি. শো, চেপলিনগুম্বা মীওই কয়। মৈতৈ লৈবাক্তা পোকহন্নবা চাংয়েং অমা থাঙ্গৎলকই। ইচম চম্না নোক্লিংবা 'চকুগা ইৱানগা' হায়বা

ৱারেংদসু মণি-মমৌ খংনবগী ষ্টাইলদা চফুগা ইৱানগা খংনহন্দুনা "মতমগী চংনবা প্রোপেগন্দা ৱাঙাং"গী ফাগি উত্তুনা মীতোপকী সমস্যাবু (foreigner's issue) করেম্নরি। ৱারেং অসিদা, তোংৱানা চাকখুমদা চাক থোংবগী দৃশ্য মতেক অমা থারিবসি য়াম্না নোক্নিংনা নাতৈ চানা উংপা ঙম্মী। মসিনা জেরোম দে জেরোমগী ৱারেংশিং নীংশিংহল্লি।

এম. কে. বিনোদিনীদি পার্সনেল এসে ইবদা য়াম্না চূননা থোকই অমসুং মাগী লমকোয় ৱারীনা মপুংওইবা এসেশিং অসিদা মাগী মরম্নাইগী ওইবা এক্সপিরিয়েন্স অহু তোপ-তোপ্না ফজরবা লোনগী থুংশেম অমগা লোয়নননা য়াম্না নকশিন্না পাউদমলকপা ঙম্মী। চেফোংশিংদা ফোঙপ্রবা মাগী মরুওইবা ৱারেংশিং— দার্জিলিং চংলৈঙদা, চংলুরবা উখ্রুল, অহোঙ য়ুম্না হায়বি, নুপীগী ৱাকৎ, থোইদীঙদা ৱাবৌচৌইদা, হো মেক্সিকো, হো মেক্সিকো অসিনচিংবা অসিদা প্রকৃতি অমসুং থৌদোক কয়াবু কুপ শিন্না য়েংনা ঙম্বা, য়াম্না রোমান্টিক ওইরবা কল্পনাগী মশকশিং উংপা থেংনৈ। মেক্সিকো চংলুবগী মতাঙ অমদা মানা ইরি— "চুমই, চৈনা অমা ক্ষংদ্রবদি মীংকপ থোক্নবা মী য়াম্না লৈ। অদুগী মরক্তা এসু অমনি। অহুনা—

হো মেক্সিকো!<br>
চৈনা ফংলে ঙসিদি<br>
অহুনা লীরিবনি ৱারী।" (হো মেক্সিকো মেক্সিকো)।

অতোপ্পা ৱারেং অমদা অইবীনা হিমালয় য়েংবা চংপগী খোঙচং ইরি। হিমালায় উবদা মডোন্দা পোক্লকপা ৱাখল অসি অচুম-অরানগী বুদ্ধিগী নে-তারবা ৱাখল অহু নত্তে, য়াম্না মথুম-মরাং হৌরবা থম্মোয়গী ঈথিল অহুনি। মানা ইরি— "মুমিংতুদা খঙলক্লে করি-গীনো মীওইবনা হিমালয়দা ঙাওরিবা, করিগী মুনি-ঋষিশিংনা

হিমালয় কাহ্নুনা উনগী লাইনীং লৌরিবা, করিগীদমক হিমালয়না শিল্পী কয়াগী থম্মোয় হুরিবা, কবি কয়াগী থম্মোইদা ইথিল-ইনোং হাপলিবা।" (দার্জিলিং চৎথৈদা) মাগী লোন অমসুং মফোঙ-দোক্কি তোপ-তোপ্পা মশক অমনা মুপীগী ওইবা থোংনা-মেঙনা পাউদম্বা, মুপীগী ওইবা মরমংৎকী মতৌ অমা য়াওহনবা ঙম্বা অসিনি। অয়াম্বা মতমদা মশাবু ইকাউ কাউথোকপা ঙমদে, মশাবু ময়ামগী মমাঙদা ময়েক শেংনা অমসুং মাঙজিন থানা উৎনবা হোৎনৈ। রাহৈনা য়োমহনা শাগৎপা মাগী রাহৈগী মূর্ত্তিশিং, থঞ্জিক্তংনা মীওই-লমচৎপু কাচিন য়োনা ভিংপা ঙম্বা খুৎইগী ষ্টাইল অসি মণিপুরী সাহিত্যদা শীংথানবা য়াই।

কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী পার্সনেল এসে ইবদা তোপ-তোপ্পা মহাও অমা পীবা ঙমী। মাগী চাংদা মান্দা, উথ্রুল ডাইরি, জিবি ডাইবি, টেক্সবুক তাসকবুক অমদি থবব চেফোংনটিংবা ফোঙলিবা ৱাবেংশিং অসিদা মশাগী খুৎইষ্টাইল অমগা লোয়ননা মানা খেঙন-ৱকপা এক্সপিরিয়েন্স কয়াবু কবেন্নবা অমসুং ফাগিগী মহাও খাঙনা উৎথোকলকপা ঙমী। চম্না ই, চম্না নুংঙাইহল্লি। আই. আর. বাবুগী (বানি) এসেশিং (কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল, যাত্রীকা থেংনকবা, কাছাড়দগী হল্লকপা, বৃন্দাবনগী লম্বীদা, নংবুনে বসন্তগী কোকিল অসিনচিংবা) অসিদা মপানগী থৌদোক থাবগা লোয়ননা অইবগী নুংদা ফাউরকপা থম্মোয়গী মপাউ অমা পাউদম্নবা য়াম্না কন্না হোৎনবা থেংনৈ। মাগী লোন্দা রোমান্টিক ওইনবা হোৎনবগী মমি এাই। এলাংবম সোনামনিগী 'রোমকুদা শিকার' অমদি 'মংশং তানবা' দা য়াওবিবা লমকোয় ৱারীশিংদা চীংগী লমগী চৎনবী, থাজনবা, রিচুয়েল, পুন্সিগী মশক কয়া ময়েক শেংনা উৎলকই। অইবনা থেংনরকপা, উবকপা কয়াহু ফজনা পাউদম্বা ঙম্মী। মাগী খোঙচত্তা অরিবা ইতিহাসকা শাগোম্নবা মশক অমা খিবা য়াওই।

কুঞ্জমোহনগী অশাংবা লমকোয় ৱারীগী লাইরিক অনীদসু (সোভিয়েটকী লৈবাক্তা, জি. ডি. আর. ডাইরি) অইবনা চৎলুবা লমদমশিং অতুগী পুন্সি, সমাজগী ফিবম য়াম্না কুপা উৎপা ঙম্মী।

মথক্তা লৌখৎলিবা অইবশিং অসি নত্তবা হৌরম অসিদা খুৎ থাৱিবা অইবশিং খরসু লৈরি। মখোয়গী মনুংদা টি. থোইবী দেবী, ইবোতোম্বী (বৈকাল, ১৯৮১), লামাবম বীরমণিগী (উখ্রুলদৈ) মমিং পনবা য়াই। অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা লাক্লিবা ৱারেং সাহিত্য অসি নোংম-নোংমগী পাক-চাউথোকপা হেঙ্গৎলক্লি। চেফোংও অমসুং খবরশিংদা ইবা জর্নেলিষ্টিকী ষ্টাইলদা ইবা এসে মওং কয়াসু থোরকই। সেমিনার কয়ানা পুথোকখিবা নৈনবা ৱারেং কয়াসু লাইবিক ওইনা ফোঙনরকই। মথল-মথেল শুরবা, ইনাক খুল্লবা, নোংম নোংমগী চাউখৎলক্লিবা মণিপুরী ৱারেং সাহিত্যগী লৈকোন্নি।

## মতেঙ লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


১। **Prose in Practice** by James William Johnson. 2971

২। **English Prose Style** by Herbert Read

৩। **The Modern Stylists** by Donald Hale

৪। **Romantic Poetry and Prose, Ed.** by Harold Bloom and Lionell Trilling, 1973

৫। **Modern Prose Style** by B. Dobree, 1964

৬। **The Anatomy of Prose** by Marjorie Boulson, 1989

## "খম্বা থোইবী শৈরেং'দা উৎলিবা দর্শন

### ( মৈতৈ অমসুং হিন্দু অনীগী পূনশিন্নবা রাখল্লোন )

### কাব্যদা দর্শন ঃ

কবিদি কবিনি, দার্শনীক নত্তে। দার্শনীক অমগী মতৌগুম্বা কবিনা মাগী কাব্যদা, নিয়ম নাইনা অকক্নবা থিওরী অমগা লোয়ননা শাগৎপা কবিগুম্বা দর্শন অমা ফোঙদোক্নবা তৌদে। কবিনা মাগী মবন্নাইগী ওইবা এক্সপিরিয়েন্স অহূ চুম্না, লোনগী মতেঙনা সাহিত্যগী ফজবা মহাওগা কোম্না অপাবশিং অমসুং ভাবোক্তা পাউদমবনি। অহুম ওইনমক, কবিগীসু তাইবং পুন্সিগী ওইবা অরাংবা রাখল, অপাকপা মীৎযেং অমা লৈজে। মাগী মীৎযেং অসি মফম-মতম নাইদনা তাইবংমীওই পুম্নমক্তা পানশিনবা যাবা মশক অমদা পাকথোক চাউথোকহল্লকুনা, কবিগী ওইবা দর্শনগী শক্তম অমা লৌবকই। মসিবু নি কবিগী দর্শন হায়বিবসি। কবিগী এক্সপিরিয়েন্সদা তীনশন্নকখিবা দর্শনগী ওইবা মচাকশিং অহূ কবিগী পুন্সিগী দর্শননি। কবিগী দর্শন অসি, কাব্যগী ফজববা, মহাও চেল্লবা লোন, বাবি অমসুং শৈলীদা অমূক ফোঙদোকলক্কুনা মীযামগী পুক্নিংদা লায়না চংবা ঙমহল্লি, নুংঙাইহল্লি অমসুং হিংহল্লি। অমবোমদা, মসিনা নিয়ম নাইনা ইবা দর্শনগী অকবা লাইরিকশিংদগী য়াম্না হেন্না নুঙাইবা, পায়বা হেল্লি।

### খম্বা থোইবী শৈরেংদা দর্শন ঃ

হৌজিক ছাপা তৌথোক্লবা লাইরিক ওইনা ফংলিবা, মহাকবি অঙাংহলগী 'খম্বা থোইবী শৈরেং' অসি সাহিত্যগী মহাও য়াওরবা, অরাবা কল্পনাগী খুংশেন কয়া শাগোন্নরবা মহাকাব্য অমা ওইনা

৩/৪ চঙনা অঙাংহল্লনা পৃথিবীগী অনীশুবা লাম্বাউ মমাঙদা ইখিবনি। (১) রাবীনা শন-সেনবদগী হৌবগা খম্বা থোইবী লুহোংবা ফাওবনি। অঙাংহল্লনা মহাকাবা ওইনা লাচনদ্রিঙৈগী মমাঙদা, খম্বা থোইবী গী রারী অসি অহানবা ওইনা পেনাগী শৈশক ওইনা শক্কবা হৌরকখিবদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা (১৮৫৪-১৮৮৬) গী নতমদগীনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিনা দরবার চঙনা মতমদা মেইরাংব লেবোন অসি অহানবা ওইনা পেনাদা শকপা হৌখি। (২) মতম অসিদা খম্বা থোইবীগী রারী অসি পেনা শকপা ওঝাশিংনা মঙং তানা অমগুং মপুং ফানব শেমগং-শাগ-লম্বা যাবগী প্রমাণ ফংই। কাও ফাবা, খম্বনা কাংলা চটুন খো নুংজুদা উন্নবগী মতাঙ অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদা হাপচিনখিবনি হায়বনা লৌনবা। কংলৈবোনগী রারীনা পেনাগী শৈশক ওইবরবা মতমদা মাম্না পাক শন্না মীয়ামদা শংলোকপা হৌরকখিবনি। মসিদা রাহ অমা লাবই— চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমাঙদা খম্বা থোইবী গী রারী অসি লৈরমদবরা? পেনা শকপা ওঝাশিংনা শেম্মী হায়বিদ রারীশিং অসি হান্না লৈরমদবা রারী অমা পৃমনৌ লৌনা অমুক লেপ্পবা? পাউ-খুমদি— খম্বা থোইবী রারী অসি যাম্না চনবা মতমদগী অপীকপা রারী অমা ওইনা কবিগুরু মঙং অমদা লিনহনা নত্রগা শক্রহনা লাক্ই। মৈতৈগী রারী-লাইরিক, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতি অসি লাইরিক লাইশু পাবা, নৈনবা পণ্ডিতশিং, অশৈনশিংদি শন্নহনা অহুম লাকই। শন্নবা হায়বসি হান্না লৈরবা ট্রেদিশন অমগা শন্নবনি হায়রিবা ট্রেদিশন অসিনা যুমফম ওইবগা, কোন্না লাকপা অশৈন-শিংনা লৌহৌনা খবা হাপচিল্লগা শেম্মনি। যাম্না মঙং তারা, অচৌবা রারী অমা ওইনা লৈরমদবা য়াই। অহবু, যাংলেন শকদি লেঙদনা লৈ।

মেইরাং কংলৈবোন, চৈথারোল কুম্বাবা, নিংথৌরোল লম্বুবা, খুমনলোন, শাগৈ শলাইবোল, লোইকুম্বা, লম্মিৎলোননচিংবা অরিবা

পুয়াশিংদা খন্বা থোইবীগী রারী অসি পরীং নাইবা রাবী অমা ওইনা পল্লমদ্রবস্থু, রাবী অসিগা মরী লৈনবা থৌদোক-রাথোকশিং, মীওইশিং, লম্মিং তুমিংকী মরমদা পনবা থেংনৈ। খুদম ওইনা, 'মোইবাং কংলৈবোল' দা থোইবী অসি চীংথু য়াইমা তেলচৈবগী মচানুপী নি হায়না ই। মশক য়াম্না ফজে হায়না শৈথাই। অতুগা, থোইবেম্বাকপী লম্মিংলোন্থারকপদা — নোংবানবু (কোওয়ানবা) কেনা নথরায় লৌখিবা অতুগা খন্বনা কৈ হাংখিবগী রাফম পল্লি। চাউবা, থোংলেনগী মমিংস্থু য়াওরি। (৩) অতুগা পণ্ডিত ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্রগী 'মোইবাং কংলৈবোন'দা খন্বা-নোংবান লৈ-লাংবা অমস্থু খন্বা থোইবী থাংজিং লাইমাংদা জগোই শাই হায়বগী রাফম য়াওরি। লোকখুনা থৌদোক মচা অসিদগী চন্নাগী শক্তি লৈববা পেনা শকপা অশৈবশিংনা কৈ ফাবগী অচৌবা থোদোক অমা শাগংদা দান্না লায়না থোকনি। মতৌ অমুন্না, অঙাংহলগী মহাকাব অসিদা য়াওরিবা রারী অমস্থুং থৌদোকশিং— শন সেনবা. কাং শান্নবা, ইনচিংবা, কাংজে, লৈ চেকপা, লৈ লাংবা, জগোই, লমজেল, কাও ফাবা, উকায় কাপ্পা, তোবুং শাদানবা, লোই থাবা, কৈ ফাবানচিংবা অসি মোইবাংগী (পুন্না মৈতৈগী) রারী-লাইরিক, ইতিহাস, মিথোলোজি, লোক সাহিত্যদা করিগুম্বা মওং অমদা ওইনা যাওবা ঙাক্তনি মসিগী মথক্তা, মহাকাব্য অসিদা য়াওরিবা লাইনীং-লাইশোল, থাজনবী, ফোক্ বিলিফ (folk belief), চংনবী শয়া (মাইবা-মাইবী, লাই হরাউবা, তেসরা পাম্বী, থাংজিং, তান্ত্রিককী সাধনা অমস্থং যুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা লৈনবা মরীশিং অসি শাংলবা মৈতৈগী পরম্পরা অমগী মনুংচনবা মচাক, পোংশক ঙাক্তনি। মোইবাংগী সংস্কৃতিদা 'তেসরা পাম্বী'বু লাইদৌনা খন্দুনা লুনা-কিনা তৌবগী রাফম য়াম্না থেংনৈ। রাথোঙ শেংবগী রিচুয়েল, বাবু পুনা শৌবা, মচা মশু পোক্তবদা রা পূজা তৌতুনা যৌনিজবগী

ৱারী কযা পেংনৈ। খন্বা থোইবীগী ৱারীগা পূন্নমক অসি।। শাগোন্নবদা, থাদোয়বা যাদনা মরী লৈনবকই। করিগুম্বা নোনা শেন্বা খুংশেম কযা যাওববসু মহু মৈতৈগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী পরম্পরাগী মনুংচন্না শেন্বা ঙাক্তনি।

## হিন্দুগী ৱাখল্লোন অমসুং দর্শন :

তৌক্তিক ফংলিবা মহাকাব্য অসি, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ অমসুং মাগী মমাঙদগী চংথরকপা হিন্দু ধর্ম্মগী পরম্পরা অদু কায়দনা লৈরবা, অচেংবা বৈষ্ণব সমাজ অমা ওইরবা চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা ইরা ইরম্না মতম অদুগী সমাজগী মমি কন্না তারদ নত্তবা হিন্দু ধর্মগী ওইবা ভাব-ৱাখল মীংথেংলে থৌদোক, ৱাহৈ-ৱাতা কয়া মরাঙ শাযনা যাওবা থে নৈ। অদুগী মশামক্তু মণিপুরী বৈষ্ণব অমা ওইবা মরম্না, মহাকাব্য অসি ইবা মতমদা বান্না নেংনক্লা ভক্তিগা লোয়নবা চঙই। কবিনা খন্বু শ্রীকৃষ্ণগী শাইথন ওইনা পোক-পিহনা লীলা শারনবনি হায়না লৌজে। অদুগা খন্বা মহাপ্রভু (অচৌবা লৌই) গী মখোঙদা চঙজে। (১) খন্বা থোইবীগী ৱারী অসি শিবনা শান্নবা লীলানি হায়না পল্লি অদুগা খন্বা থোইবীবুনা শিবা-দুর্গাগী শক্তিওন্নি হায়না শৈথাকই। ইংগাবা পান্দম্না ধর্ম্মগী চয়। মসিগা লোয়নবা বিধিগী নোংদম অমসুং কমকনা পুশিল্লকই। মহাকাব্য অসিগী লৈতা অমসুং পৌদোক কযাদা হিন্দুগী লইশিং কয়াগী মমিং পল্লি। কবিনা শৈথারকপা কয়াদা, ৱাহৈ-ৱাতা কয়া শীজিন্নরকপদা হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ৱাহম কয়া পুশিল্লকই। খুদম ওইনা মহাকাব্য অসিদা যাওরি — বিষ্ণু খুকম্বা, হরিনাম শোনবা, বিষ্ণু কৃপা, ভক্তি, বৈষ্ণব, ভোজন, বাজোন, চন্দোন থিনবা, লুহোংবা মণ্ড, বাঁশি, নাসিবা, কংশা, কর্ত্তান, দক্ষিণা পীবা, হর যাত্রা, কৈলাসদা লৈবা হর-গৌরী, মহাবীর অর্জ্জুন, বান-ৱাবোন।। নান, স্বর্গদা লাইযাম্না পরিজাং লৈ চাইথরকপা, বাশান

মগুক কক পা, বিশ্বপিতা, প্রকৃতি লীলা, যোগীগী ব্রত, প্রান, মন্ত্র, জীব, ক্ষেত্রিমচা, হরি কৃপা, বৈকুণ্ঠ, জোয় পোবা জোয়, পাপ-পুন্য, শাপ তৌবা, বর পীবা, চেক্রা চক্রবাক, সতী, রাজ দণ্ড, বিচার, মূর্খ, চণ্ডাল, প্রতিজ্ঞা, ইন্দ্র শৌবা লাই, যোম, দুহার, খুবাক ঈশৈ, অসিনচিংবা মখা কয়া।

পূন্নমক মসি চন্দ্রকীর্তি মহারাজদগী চূড়াচান্দ মহারাজ ফাওবগী মতমদা ওরে। মণিপুরী হিন্দুশিংনা চেংনা থাজবা হিন্দুগী ৱাখল্লোন অহুম মহাকাব্য অসিদা হাপচিন্নবা হোংনখিনি। মৈতৈগী হান্না লৈজরম্ব লাই থুদিংনক হিন্দুগী লাইশিংদা নোইনা থৌনশিনখিবা মতম ওইদনা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাখংবা ইবীবু শিবা-দুর্গা ওইনা লৌবা, থাংজিংবু বিষ্ণুগা মান্নে হায়না খনবা মতমগী চেংনা থাজনবা মীচম অমনি। মরমদি, মহাকাব্য অসিদা হায়না তানা খম্বা-থোইবীগী শর্মা অসি নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাখংবাগী শাইওন্নি হায়। থাংজিংগী লীলানি হায়রসি অসুং মথক্তা ওইনা ইবি। অহুম অমুক, পাখংবা অসি লানগী লাই ঈশ্বর দুর্গা ওই হল্লকই। পূর্ব শৈবাবন্নিবা অসি, হান্না লৈবক্তা অনদা বোন্না হাপচিল্লকপা নত্রগা য়ানশিনখিবদগী ওইরকপনি।

অহুগা, মহাভারতনা ভারত জাতিগী ফিদন্নিঙাই ওইরবা মহাকাব্য অমা ওইনা লৈবা অমসুং মণিপুরদা রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী পরম্পরা অসি লৈরকপা মরম্না, খম্বা থোইবীগী ৱারী অসি শাগংলকপা মতমদা মহাভারতকী মওং কয়া পাননশিংবা হোংনখি। ভারতকী মহাকাব্যগী মকওইবা পান্দম মরী— ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ অসিগী দার্শনীক ওইবা ৱাখল্লোন অসি খম্বা থোইবী শৈরেংদা হাপচিল্লকবা হোংনখি। অহুনা, হিন্দু দর্শনগী মণক ওইনা মহাকাব্য অসিদা ফংলিবদি— লীলাবাদ, অবতারবাদ, কর্মফল, সতীগী ৱাখল, মথংগী মপেক, ধর্ম্মগী অচুম-অরান অসিন-নচিংবা অসিনি। অহুনা, ঐখোয়গী কবি খ্বা. চাউবনা মণিপুরী

আলোচনা সাহিত্যদা ইহান হানবা ওইনা, খম্বা থোইবীগী ৱারী অসি মহাকাব্য অমনি হায়না পুখৎলম্বগা লোয়ননা, কাব্যগী ফজবদা অমসুং উৎসিবা অৱাংবা নীতিদা মহাভারতগী কবিশু তাদে হায়না অচেৎপা মোত ফোঙদোকলমী। মানা হায় — "...অসুম্না থোইবেম্বাক্কী লময়াইদা খম্বা নোংবানগী মহাভারত থোকখি। ...অসুয়া ধর্মগী জয় অসি ককক্ষেত্রগী লানফমদা উৎখিবগুম্না থোইবেম্বাক্কী লময়াইদসু উৎখি। অনীমক্কী ৱাংলবা নীতি, চোদোক খুদিংদা চপ মান্না তাকই— যথা ধর্ম তথা জয়।"

## মহাকাব্য অসিনা মৈতৈ অৱাংবা ৱাথল্লোন :

মথক্তা নৈনখ্রে, খম্বা থোইবীগী শৈরেং অসি মণিপুরী জাতিগী মহাকাব্য ওইবে অমসুং মসিদা হিন্দুগী অৱাংবা দর্শনগী কুবোয়্না যোনশিনখিদনা মড লোকখ্রে। মতাংসিদা ঐখোনা নৈনগদৌ-বিবদি — মহাকাব্য অসিদা মৈতৈগী অবিদা ৱাথোলন, অৱাংবা নীতিজ্ঞান, সোসিয়েল ভেল্যুজনচিংবা কয়া যাওবিবা অদু পুথোক-পনি। তশেংবমক, মহাকাব্য অসিদা মৈতৈগী ঈ-থাংদা পক্না লৈখ্রবা, থাদোক্রবা যাদনা লোয়নরুবা ফোক ট্রেদিশন, অৱাংবা নীতি, ফজববা ভেল্যুজ কয়া মচি ওইনা লোত্তুনা য়াওরি। মসিনা মবম ওইদুনা, মহাকাব্য অসিনা মৈতৈগী থম্মোয়বু হুবা ঙম্লিবনি। মৈতৈগী ইথোজগা য়াম্না নকশিন্নবা মহাকাব্য অমা ওইরিবনি। মথাদা, অঙাংহলগী মহাকাব্য অসিদা য়াওবা, মৈতৈগী অৱাংবা ৱাথল্লোন, নীতিজ্ঞান, চংনবী থাজনবী থরা লৌখত্তুনা নৈনজবি।

## ১) শাইওন, লাংওন ( অবতার ) :

মহাকাব্য অসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং অসি লাইগী শাইওন ঙাক্কনি হায়না ইরি। অঙাংহলনা হায়—

হন্দক মোইরাং লৈপাক্তা পোক্লরিবা খম্বদি

ইবি হায়নৈ পুবান্দা চুমৈ মোইরাং নত্তেদি।
চিংউ লাইগী ছাইওন্নি শিব মাগী শক্তিনি॥
সিগী লাম্বা ওইবিবা কেগে নোংবান কোংযানবা
ছুম্ব মোইরাং নত্তেদো খোযুম লাইগী লাংওন্নি॥
থোইবী ভাযবী সতীদো দুর্গা শক্তি লৈবিনি।
মাহম অমা লাওনদে লাইগী লাংওন মক্তনি।
থাংজিং মানা শিল্লিদো হন্দক, লীলা অসিবু।
চুমৈ সিবু যংবি খোযুম অতৈ অতৈনা॥
ভাবোক্তগী লেইবনা কুমৈ অসি তৌবগুম,
শক্তি লক্তে অথোইবা থোইবী খম্বে লীলানি।
শান্নবম্ব লাই-চাক্লি ভাবোক্তম্ব লাই-চাক্লি।

—লমজেল, লা. ৩০৭

অত্তগা, মশা কয়া অমদনা থোইবীবু পান্থোইবাগী লাইওন্নি হায অমা লমা পান্থোইবীনা মাবু শেন্নহুনা লৈ। খম্বনা নোংপোক নিংথৌগী লাইওন্নি হায়না শৈথাই। মনিগী মথক্তা, থাংগোন অগৈ ব, সেনু অমম্ভ ভাইবংগী নম্ভবা কাণ্ড, কৈ অসিযাওবা লাইগী লাইওন্নি হাযনা শৈথাবি।

মহাকাব্য অসিদা সেনুবু থোইথোক্লা শক্তি লৈবা লাইগী লাই-ওন্নি হাযন শৈথাই। থোইবীনা কবোদগী লাক্লবা মতুংদা, সেন্নুনা থোইবীগী যুমদা পোং মযাম পুবকপহু মীযাম্না ওকনৈ। 'শামু-খেংবী মওংচদা সেনুগী মরমদা শৈথাবি—"লাইগী মচা ওইরবা নুবা সেনু কেলিনী" (লা. ৩৭৭) মহাকাব্য অসিদা (লা. ১৯৭-১০৮) কাণ্ডগী হৌগ্রবা লাংওনগী মরমদা পল্লি। লাইগী শক্তিনা লাংওনবা কাণ্ড অমনি হাযনা উংলি। শ্রীহৈস্নাম মাঙ্গোলজাউ সিংহনা (খম্বা থোইবী পুন্সিরাবী, অনীশুবা শকক, ১৯৮১) কাণ্ডগী মরমদা হায— পাথংবনা ওনখিবা ষণ (কাণ্ড) নি। গুরুনা

ষণ ওইনা অতুগা লৈমরেন্না ষণবী ওইনা শাইওন তৌই, মচা অহুম পোকই। মোইরাংগী লীলাগীদমক লৈমরেন্না লাংনুবী ওইরে অতুগা মোইবাংদা চংখি। পাখংবনা যন্নাও ওইখি। মোইরাংদা পুরেম্বনা ফাতুনা অউনষণ ওইখি। কৈগী মতাঙদা মহাকাব্য অসিগী 'খম্বা-নোংবান অনীনা কৈ ফাবা কুম্মকপা' হায়বা অহুদা অসুম্না শৈথারী— "মরেৎ্বা খুহুপ মঙা, মযুংনা খুহুপ তুরুক.... । মচা-ঙাং-য়েক্নি, কোরি চেল্লি। ময়াংলেন্দা, মাসিনা নিংথৌ শাগৈনি হায়বি। মমৈ চামোব তাংই মসি নুরাংনি। মঙাংগী মখোং মরি তাংবনি। মবুক তাংই মসিনা অঙোম্নি। মরাইবক তাংই মসিনা খুমন্নি।"

শাইওনগী ৱাখল্লোন অসি মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য অমসুং লাইনীং-লাইশোন্দা লৈবম্নবা ৱাফম অমনি। শাইওনগী ৱাখনগা থাদোক্নবা য়াদনা মরী লৌনবিবা ৱাফমদি— তাইবংবু শেম্বিবা, পূম্নমক্কুগী হেন্না ৱাংনা লৈবা শকউদবা লাই— তাইবং মপু অমা লৈ হায়না থাজবা অসিনি। লৈথক লৈখারোল, পুদিল, লাংলোন, নুংলিচং শাজংনচিংবা লাইরিক্কা ৱাফম অসি পল্লি। থাংজিং অসি নোং-বাবেনগী শাইওন্নি হায়বসি 'মোইবাং নিংথৌরেল লম্বুবা'দা হায়রি— "হে খোইয়ম চীংঙু লাই ওইবা নহাক্না অওরা বা নোংমদোন্দগী চীংঙু নশক হোংলগা শাইওন তৌরক্লুনা মোইরাং কৌবা লমদম অসিগী মমুংদা লৈবা থাংজিং চীংজাউ মতুংইন্না লাকপিরগা মোইরাং লমদম অসিগী ঙানথা খুন খুনন্নায় খায়না খুন্দাখি।" (অনৌবা লোন্দা হন্দোক্লবা অর্থ্থনি।) (৬) অতুনা, চীংঙু লাইনা শাইওন তৌহনা তাইবং কুম্মে শান্নে হায়বসি অরিবা মৈতৈ লাইনীংগী ৱাখল্লোন অমনি। অতুনা মহাকাব্যগী অরোইবদা অসুম্না শৈথারি—

খোয়ুম ময়াম ফম্বদা-থাংজিং লাইনা চিংবনা
পুমপেন ওইনা পেনখরে— "থাংজিং ঐনা শিনবদি
লৌলা সংদিং ওইজরে"— লাওথোকখরে লাইয়ামদা।

লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎখ্রে।
খম্বা থোইবী অনীগী মপুং ফাখ্রে লাংওনদো॥

## ২) লাইগী লীলা ঃ

মথক্তা নৈনখ্রিবা শাইওনগা লাইগী লীলা হায়বসিগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মহাকাব্য অসিগী মতাং কয়াদা, থৌদোক কয়াদা থাংজিংগী নীংথৌ, লাইনা শীনবা, ওইহনবা থৌদোকশিংনি হায়বনি উৎলি। য়াৱাগী থৌদোক-ৱাথোক কয়াদা, লাইনা মতেং পাংবা, খুৎ থিংজিনবা, লাই য়াওনা শান্নবা লীলানি হায়বসি ময়েক শেংনা ৎওনা ওঙ্মী। মহাকাব্যগী মতাং অমদা হায়—"খুমন মাগী মীচংদি চিংউ মানা মীচংনি।" অহুগা অমুকন্থু নৈথারি—"লাইনা শেম্বনি/লাইনা শেম্বা নএগা সুম্লাংনবা করম্বা/হিদাক মন্ত্র অনক শিজিন্নবা লৈবরা?/" মকওইনা অতুম্বা, অফবা, লন্দবা, ধর্মগী মশক ওন্দন খম্বা অমসুং থোইবী মায়কৈদা, মীচংদা মাইশিংনা নেপ্পী মখোয়গী ওওনা ভাকশেল্লি অমসুং মতেং কয়া পাংই। লীলা অসি লাইশিংগা মথুত্তা, মখোয়গী মখা পোন্না লৈ।

'শমুখোংগী মতাংদা— খম্বগী মথৱায় কন্নবা লাইয়াম ময়াম ভাম্নববদা, পান্থোইবী চোংথোকলক্লুনা থোইবীগী মমংদা মমাংতোন ওইনা লাক্লুনা পাউমদলৈ অমসুং থোইবীবু হৌদোকলৈ। থোইবীনা চোবী লংঙক্লুনা নোংবানগী মথৱায় কনখি— নাইন ওইন ককহল্লি। থাংজিংনা খম্বগী খোইদৌদা মন্ত্র থিংঙামহনা খোইদৌ ফাই। থাংজিংনা চরিত্র কয়াগী লৈতোন্দা তোংহনা ৱা ঙাঙহল্লি। থোইবীনা কবোদা কাং শান্নবগী মতাংদা, পান্থোইবীগা ৱান্নরেনগা লাক্লুনা কাং পাংলৈ -- চনিংখোম্বীগা খংনহল্লি। থোইবীগী চপথৎলবা ফি অতু পান্থোইবীগী মতেংনা খুদক্তা শম্বা ঙমহল্লি। খম্বগা ফৈরোই-

জাম্বগা তুম্বা কায়গনি হায়দুনা লাইনা কবো পুম্নমক শুমখি, নুমিং থোকহনখিদে। লৈহেকপগী মতাঙদা কোইরেল লৈমনা হাউনুর্বা শাদুনা লাক্লগা লৈ শাংফম তাকলম্মী। থাংজিংনা মুংশিং মথল শিংলকই। ফিরাইবগী মতাঙদসু খম্নুগী মঙদা লাক্লুনা থোংলেন-গীদা পুবেম্বগী চবৈ অমনবা থনম্বনি হায়বসি তাকলৈ। খম্বনা লৈ কংপদা থাংজিংনা নোংথাং কুপলকই। চীংখুবনা খম্ববু হাংলগে হায়দুনা তেন কাপলকপদা (উকায়দা) থাংজিংনা খম্বগী মথরায় কনখি। অসিনচিংবা কয়া কয়া।

মসিগা লোয়নননা মঙদা লাক্লুনা লাইনা তাক্লবা, পাউদম্লবা থৌদোক কয়া অমসু য়াওবি। মসিগী থৌদোকপু Oneiromancy কৌই, ফোক বিলিফকী মশক অমনি। অরিবা জাতি খুদিংগী ফোক লিটেরেচরদা ফংবা মরমচং অমনি। অসিগুম্বা লাইগী লীলা ওইনা শান্নবা, লীলাদা লাইশিংনা শরুক য়াবা অসি পৃথিবীগী অতৈ মহাকাব্যদসু য়াওবা থেংনৈ। মসিগী ৱাখল্লোন অসি হিন্দুগী নত্ত্রগা মৈতৈগী ডাক নত্তে, মীওইবা জাতিগী থাজনবী, অরিবা ৱাখল্লোনগী মশক অমনি। মসি মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য, ট্রেদিশনদা মরাঙ কায়না উবা ফংই।

### ৩) থৱায়না অমুক পোকপা (Transmigration of the Soul):

মহাকাব্য অসিদা, থৱায়না জীব অতৈদা অমুক হন্না চঙদুনা পোকপগী ৱাফম য়াওরি। মরুওইনা মসি 'কাণ্ড'গী মতাঙদা থেংনৈ। কাওনা শিরমদাইদা হায়— "...থৱাই মরি অসিদি খোইরেল তাক্ল চংকনি/পাম্ব ওনগে লৈরগে/ইচাই লমন শিংলনগে।" হৌজিক লাক্লিবা ৱাফমসিগী মরূদি— থৱায় হায়বসি শিবা নাইদে হায়বা ৱাখল্লোন অসিদগী লাকপনি। মসিগী মতাঙদা ডা. এম. কীর্তিনা হায়বা ৱাফম অমা নীংশিংবা য়াই—

"It is the deep-rooted conviction of the Meiteis to hold that the soul survives the body and does not perish along with the body in the pre-Vaishnavism as well as Vaishnavism" (9)

মৈতৈগী অৱিবা পুয়াদা থৱায়গী মরমদা নৈনবা, পল্লম্বা কয়া থেংনৈ। মথোয়গী মনুংদা পনবা য়াবদি— খংমোই য়ামোই শেকনিং, পাখংবা ফম্বান, পাখংবা লাংয়েনশৈ, পোনবীলাং, পোম্বীরেল, সংকোক লমলেন অসিনচিংবনি। মপুং ওইবা ৱাফমদি — থৱায় হায়বা অসি শিবা নাইদে, শিববা মতুংদা মপুদা তিল্লি অসিনি। মসিগী মথক্তা, য়াইবিগা য়াইবিরেনগা খেন্নবা, থৱায়গী মশীং, অৱান খুভম ফংবগী ৱাফমসু নৈনৈ। 'খল্লাং পরাৱী অহুইরোন'দা তাইবং মীওইবনা শিবগা তাংহবা শেম্বা মপুদা তিল্লি চায়বনিময়েক শেংনা পল্লি। মসিগী মতাংদা পুয়াসিদা হায়রি— "নমু মীকোক অতাওবা অসিগুম্বশি দি তাইবং নোংশা পান্দা উনবী চাবি কুই, নুংঙাই মরাং কা না পাল্লম্নগা থবায মনিরেন্না খোইযুম লাইফাও মৱমলেনগী য়াইবী খুভম অবেপ্পন্দা পুক্নিং নৈরাং মশক ওই, য়াইবী তানফজিংয়ে।" ( খল্লাং পরাৱী, অহুইরোন, শ্রীএস. গৌবচন্দ্র সিংহ, ১৯৭৭ ) মৈতৈগী অৱিবা সাহিত্যগী লাইরিক 'চোথে থঙরাই পাখংবা' অমসুং 'নুংপান পোম্বী লুৱাউবা' দা মীগী পুন্সি লোইরহুনা থোংঙারেন্না থৱায কৌথোকপগী ৱা পল্লি।

মসিগা মরী নৈনবা ৱাফম অমনা থৱায় মিরেন কৌবনি। ( Recalling of the Soul ) মহাকাব্য অসিদা সলাং মাইবনা মতাংঅনীদা ( শামু খোংয়েংপা অমসুং কৈ ফাবা ) থম্বা অমসুং নোংবানগী মথৱায় মমি কৌহুনা অমুক হিঙ্গংহনখি। মৈতৈগী অৱিবা লাইবিক 'মিকৌরোন', 'স্না লমওক' নচিংবা পুয়াশিংদা মিকোন থাকোনবগী ৱা পল্লি। য়াম্না হৈবা মাইবা-মাইবীশিংনা

থৱায় মিরেন কৌবা ঊম্মী হায়না থাজনৈ। সলাং মাইবা, পুরেম্বা, থোংলেন্না অসিগুম্বা মহৈ অসি গুরু অমত্তদগী তমলক্পী হায়না মহাকাব্য অসিদা পল্লি।

অতুগা, থৱায়না অতোপ্পা জীব অমা ওনবা ( transformation ) অসিগী থৌদোক খরম্তু মহাকাব্য অসিদা য়াওরি। কৈ ফাবগী মতাঙদা, থোংলেন্না খম্বগী চাংয়েং তৌবা ওইনা, কৈ ওন্দুনা শুমাঙদা চৈগপ চোংই— কৈ ফাবা তম্বী। অমুম্না মৈতৈগী ফুঙ্গা ৱারী, লাই-তীনগী ৱারী, শন্স্রেম্বী চাইশ্রা, কৈবু কৈওইবদা অতোপ্পা জীব ওনবগী ৱারী মীয়াম্না খঙনরি। মসিদি মৈতৈগী অরিবা ফোক বিলিফ অমনি। অদুগী জাতিদম্তু মসিগী থাজনবী অসি লৈ।

## ৪। তান্ত্রিককী শক্তি:

মহাকাব্য অসিদা যন্ত্র-মন্ত্র থাজবা, লাইপাউবু অচুম্বনি হায়না লৌবা, মীগী তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈ হায়না লৌবা থৌদোক কয়া য়াওরি। মসি তান্ত্রিক সাধনা অমসুং তান্ত্রিককী শক্তিগা মরী লৈনৈ। মহাকাব্য অসিদা, থোংলেনগী ভোজন ( ধ্যান ) দা ঊবা ঙম্বী শক্তি লৈ হায়বসি য়াওরি। থোংলেন্না ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা, খুমন প্রজানা লাংইবা অসি ঊবা ঙম্মী অতুগ। নোংবান শিবা তারে হায়বসিসু ঊখি। ('কাও'গী মতাঙদা)। সলাং মাইবসু ধ্যান তৌরগা ঊবা ঙম্মী। ("সলাং মিং ঊইশিনখ্রে॥ সলাং মানা হংবদা—"নচাদি .শাকসু শোকতে, অশোকপদি নোংবাননি" হায়না খুমই।" —খম্বনা নোংবান পোতুনা পন্নুংদগী থোরকপা।) মখোয় থৱায় হাপ্পা, চীংথোকপা ঙম্মী। থোংলেন্না কাও অমসুং কৈগী ফান-য়াই, পুম্ন-য়াই মন্ত্র)খঙই। 'খম্বনা কবোদা কোইবগী ৱাথোক অমসুং বিচার'গী মতাঙদা থোংলেননা ভোজন তৌদুনা য়েংই, শামী-লাম্মী ঊদে হায়। হিনা খোংদুনা এনসম চরাং চারক্লবদা থম্লুনা মন্ত্র শোন্দুনা হিরুবাক্তা য়াল্লি, ঈ থোকই। ফিজি শেগায়দুনা

মেল্লি। পুন্নমক অসি মৈতৈগী অরিবা তান্ত্রিক সাধনা, লাইনীং-লাইশোনগী মশক ঙাক্তনি। থোইদোক্রস্তু অরিবা মৈতৈ লাইনীং অমস্তুং সংস্কৃতি অসিদা তান্ত্রিককী ৱাখল্লোন য়াম্না য়াওই। মৈতৈগী অমাইবা, অমাইবী, মাইচৌ কয়া ( খোংনাংথাবা, লাঙ্গোই লুখোই, লুৱাং গুরু পুন্সিবা অসিনচিংবা ) অসিগুম্বা শক্তি লৈ হায়না থাজনৈ।

অতুগা খবায় পান্দবা পোং-চৈ, খুজুং-খুংলাইশিং ( থাঙ, তা, তেন ) অসিদসু থোইদোকপা শক্তি লৈ হায়বসি মহাকাব্য অসিদা য়াওরি। থোংলেন, পুবেম্বনা শীজিন্নরিবা খুজু খুংলাইশিং অসি থোইদোকপা শক্তি লৈ হায়বসি শৈথারী। চৌংখুবগী তেনসু শক্তি লৈবনি। খম্বনা কাও ফাবদা শীজিন্নরিবা কৱং থৌরি, কৈ ফাবদা পায়বিবা তা শক্তি লৈবা ঙাক্তনি হায়বসি উংলি। মসিগী ৱাখল্লোন অসি এনিমিজমগী মশক অমনি। পোং খুদিংদা থরায় লৈ হায়না থাজবা অরিবা ৱাখল্লোন অমনি। মমাঙতৈগী অকন-অথৌশিংনা খুজুং-খুংলাইশিং অসিনা খুদম চাংদম পীবা ঙম্মী হায়না থাজদুনা লুনা পূজা তৌনৈ। অরিবা পরম্পরাদা, খাগেম্বগী থাঙ খৌবোম্বা, খাংস্তুনহা তাগী ৱারী লৈরি। 'তুতেংলোন'দা কাকয়েন মীঙম্বা হাংলিবা তাওথিংমাংগী তেন অমস্তুং থাঙ অতু অচম্বা নত্তে। 'নুমিৎ কাপ্পা'দা য়াওরিবা খ্বাই নুংজেং পীবাগী তেন অতু লাইগী শক্তি লৈবা খুংলাইনি। তন্ত্র সাধনাদা মীওইবগী হকচাংগী শক্তিদা কন্না থাজবা, মন্ত্র-যন্ত্রবু ঈশ্বরগী শক্তিমক্তি হায়না লৌবা ৱাখল অসি মৈতৈগী অরিবা পুয়াশিং— খাগেম্বা য়ুমলেপ, হকলোন, পোনবী লাংনচিংবদা শন্দোক্লা নৈনৈ।

## ৫ ) লাইগী ৱায়েন অমস্তুং খুদম চাংদম ( Ordeal ) :

ফোকলোরগী ডিক্সনারীদা Ordeal বু অস্তুম্না অর্থ হল্লি— "An appeal to the judgement of the gods, God,

on the supernatural : a form of trial by pain, poison, fire, water, combact, divination, etc. after involving the death of the suspect ( on his accuser ). Orde... tests the authenticity of the outh. ( Standard Dictionary of Folklore, Mythology, and Legend by Mario Leach, 1950 ) মহাকাব্য অসিদা য়াওব্রিবা কাও ফাবা কৈ ফাবা, কবোদা চনিংখোম্বীগা ফি শাবা তান্নবা অসিনচিংবা অসি লাইগী রায়েন, লাইগী চাংয়েং ভাক্তনি। খম্বা-নোংবান অনী খংনবগী বিচার তৌবা ডমদ্রহুন। মোইরাং নিংথৌনা লাইগী রায়েন ওইনা লাউথোকই— খোইরেম্ভাকতা খম্বা-নোংবান অনী কৈ ফ্রাবা কুমগনি। কৈ তানবদা অশোকপনা শোকলে, পাম্বা ফাবা নিপানা থোইবী ফংগনি। মখোয় লাইগী রায়েন্নি। থোইবীনা কবোদা লৈরিউেদা, চনিংখোম্বগা খংনরক্লবদা ফি শাবা তান্নহনখি— "নখোয় 'নিগী বিচারদা লাইগী সাখী য়েংলসি'ফী শাবা তান্নরো', অহেনবনা চুমগনি।" থোইবীনা কবোদা চৎপা মতমদা লাইগী সাক্ষি য়েংহনা রাগা লাগা থাই—খুদক্তা রা পাম্বী, লা পাম্বী হৌখি। হেক য়াল্লুবদা মীশি-মীনা থোকহনবা ওম্বা তেসরা পাম্বী য়াল্দুনা, খম্বনা থোইবীদা পী। খম্বা কৈস্মু তৌখিদে— লাইগী থোজাল ফংঙে হায়বা থাজখি। অসিনচিংবা।

অসিগুম্বা লাইগী রায়েন, খুদম-চাংদম অসিদি মৈতৈগী অরিবা পুয়া, ফোক ট্রেদিশনদা নীংথিজনা য়াওবা থেংনৈ। ইরুপ্পা তান্নবা, চেং ফুৎপা, ফিরাল তুবা তুদবা য়েংবা, লাইগী ফাংখোঙ পায়নবা, সনা মচুম লুপা মচুম ... পা, শামু থাদোক্তুনা নিংথৌ থিবা অসিনচিংবা অসি চৎনবী অমসুং থাজনবী অমা ওইনা লাকই।

৬) চায়নরোল ঃ

মহাকাব্য অসিগী লোইশিল্লকপা 'কংলা বিচার'গী মতাঙদা

খম্বা নোংবান অনী চায়নবগী রাফম পল্লি। থোইবীনা করোদগী লোই কাবকপদা, কুম্বী তেবা খাদগী নোংবানগী মখূত্তগী লাংথোক্লরগা খম্বগী মযুমদা থুংখি। মসিগী মতাঙদা নোংবান অমম্তুং অঙোম শাগৈনা হৌবক্লুনা অচৌবা রাথোক অমা ওইখি অমম্তুং মসিগী রাহৌদগী কংলা বিচাব তৌখি। বিচারদা খম্বা নোংবান চায়নবা হায়না লেপ্লবে—

চাইনবুং থোন্দুনা চাইনবা তারে অনীসি
মতিক চাবা লৈপাক্কী মীনা লমশিং ওন্দুনা
চাইনবু বু থোনখরে খম্বা নোংবান অনীগী ॥
মখুং চাবা তা–তুবু খম্বা নোংবান পাযনবে।
চাইন পুংদা কানবে লৈপাক কুম্মৈ য়েংলক্রে।

—কংলা বিচাব, লাঃ ৩৯১

চায়নবা হাযবা অসি মৈতৈগী য়াম্না লিরবা, ফজববা অকন-অথৌগী শিবা বিদবগী থৌনা উংপা অমম্তুং অচুম্বা লাইগী রায়েল পাম্বগী মমৈক লাবনা খুদম্নি। চায়নবগী ফজরবা নিয়ম অমম্তুং লেনবী লৈ। চাবন দ্রইভগী মমাঙদা চামিন-থকমিন্নবা চংনৈ। চায়নববা মতুংদা অঙম্বা নিপাহুনা মাযথিববা মীশক অতুগী অপাম্বা মতুংইন্না অকপা মংকাক্লুনা ফুম্বা নম্ভ্রগা মরী-মশাগা পীবা চংনৈ। মসিগী অকুপ্পা মবোল শ্রীএন. খেলচন্দ্র সিংহনা ইবা 'চায়নবোল'দা ( ১৯৬৮ ) মনেক শেংনা ইবা যেংনৈ। শ্রীখেলচন্দ্রনা হায়—"মমাঙঙদা মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈবম্বা মৈতৈ, মোইরাং, খুমন, হৈবেম খুঙ্গান, থাঙঙা কম্বোং, খেন্দে চাইবেন অসিনচিংবা লমদা পোকপা অমম্তুং লৈবম্বা মীশিংনা মজাতি অমদি মিংচৎকীদমক মথ্নায় ফাওবা থাবা কিদবা অকল-অথৌশিংনা মখোয় মখোয়গী মতীক মথৌনা উৎনবা চায়নবা অসি চংনরম্মী। ( রাহৌদোক )

চৎনরকপা অমম্তুং থাজনবীগী মতুংইন্না মোইবাংগী অথৌবা

থোংলেনসু চায়নবদা মপুন্সি লোমখি হায়না লৌনৈ। মসিগী মতাঙদা 'খম্বা থোইবীগী অহানবা পুন্সি ৱারী', ( অহানবা শরুক ১৯৭১ ) ৱাহৌদোক্লা হৈস্নাম মাঙ্গোলজাউ সিংহনা হায়— থোংলেনগী লাংওন মরীনি, কংলৈচানি, নিংথৌখোংজমনি অমসুং মহাক খুমন মচা থোকপা কৌবা অমগা তা চায়নবদা মথৱায় থাখি। থোংলেন্না লোক্তাক্তা কোয়রকপদা থোকপগা থেংনবনি, পুন্সি লোম্লগে খল্লবা মতাঙনি। থোকপদা তা হান্না হুনজৌ হায়না হুনবদা, থোঙবীদা পাল্লে। চায়নবগী চৎনরোল মতুংইন্না— থোংলেনগী লুয়েল কক্লুনা হাংখি। ( লাঃ ২৪ )

চায়নবগী অরাংবা পান্দমদি— হাংনবা নত্তে, য়েক্নবগী ৱাখল নত্তে। মীনা তম্বা ঙমদ্রবা ৱায়েল অমখক লাইগী মখুত্তা শীন্নবনি। অচুম্বা থিবদা মথৱায় পাম্মুদবনি। খেলচন্দ্রনা হায়— "The motto of the then peoples was like this— the law of man is not inevitable like God's law; man has to submit himself both to nature's law where there is not court of appeal and also to man-made laws for which there is appeal. They preferred obeying Divine law or decision to man-made laws."

মৈতৈগী চায়নরোল ফজরবা পরম্পরা অসি মহাকাবা অসিদা য়াওরি। খম্বগী লমচৎ শাগৎপদা চায়নরোলগী ethical values কয়া য়াওবা থেংনৈ। খম্বনা নোংবানবু কৈদৌঙৈদসু য়েক্নবা ওইনা খন্দুনা লমন খুম্লবা হোংনখিদে। নোংবান্না কয়ারক লানখি। অমসুং খম্বনা কয়ারক ঙাকপীখি। খম্বনা নোংবানবু মায়থিবা পীবা য়াবা, হাংপা য়াবা মতাঙ কয়ারক ফংখি —। অহুবু খম্বগী মীনুং-শিনা, মাগী থম্মোয়বু শাগৎলক্লিবা ethical values অহুনা

তত্তনা খামখি। কৈনা শোক্রবা মতাউ নোংবানবু ঈশিং পীথকপা, মমিত্তগী পি শিন্থতুনা সেবা তৌবা খম্বগী অতাওবা থম্মোয়গী মশক্কি। শিরগদবা নোংবান্না মতাউ খম্বগী মফমদা— মচা-মনাই) শীন্নবা, শেন্নবিরক্লবা হায়জবা তশেংনমক থম্মোয় শোকনিঙাইনি। মসিদা উৎলিবা থম্মোয়গী মশক, খম্বগী মীনুংশি, মানবতা অসি— চায়ন-রোলগী ট্রেদিশনদগী শাগৎপনি। হিন্দু ধর্ম্মগী লাইরিক্তা উৎলিবা spiritual humanism (মীনুংশি নত্তবা মীবু শেম্লিবা ঈশ্বর অতুদা চঙজবা, মাবু নুংশিবা, মেটাফিজিকেল ওইবা মশক) অতু নত্তে, মসি খম্বগী মীনুংশিদা য়াওবা থেংনদে। খম্বগীদি— মীওইববু নুংশিবনি (human love), লাইবু নুংশিবা (divine love) নত্তে।

## ৭) নুপীবু খুদোল ওইনা পীবা অমসুং নুপীবু মীনাই ওইনা উনবা :

মহাকাব্য অসিদা চীংখুবগী মনোম্লোই থোইবীবু খম্বদা হন্না হন্না খুদোল ওইনা পীবগী মতাঙ কয়া ৱাওরি— লমজেন্দা, কাওগী মতাঙদা খম্বদা পীথোকই। অতুগা, পুরেম্বগী নুপী ঙাংখলৈমবু মোইরাং নিংথৌনা লৌখিবা— নিংথৌদা কংখিবগী ৱারী লৈরি। মসি মোইরাংগী চৎনবী পরম্পরা অমনি হায়না লৌবা য়া-। অতুগা নুপীবু (মচা, মচন, মাগী লোয়নবী) খুদোল ওইনা পীথোকপা হায়বসি— অয়াম্বদা নিংথৌ, অচৌবা ফমনাইবশিংদা পীবনি— খ্বায়দগী মমল য়াম্লবা, পোৎশক অমনি হায়না লৌতুনা নুপীবু খুদোল তৌবনি। অতুগা পীনিংবা মওংদা— নুপীবু হেক্তা হৈ-লৈদৌনা পীবদি নত্তে।

মহাকাব্য অসিদা সেম্নু অসি— থোইবীগী মীনাইনি। নুপীবু মীনাই ওইনা উনবা অসি চৎনরকই। (সেম্নু ৱাঙ্গোন নিংথৌগী ঈনি, ৱাঙ্গোল নিংথৌগী মীনাই নুপীদা লোম্না মীংয়েং তারুবদগী পোকপনি।) নুপীবু মীনাই ওইনা উনবগী চৎনবী অসি 'পান্থোইবী'

খাংগুল'দসু ফংই। পাম্খোইবী লুহোংবগী মতাংদা মান। হায়—
"....তাইয়ম নাইশমশাংবু লল উনপিকনো" (মীনাই শম শাংবীবু মীনাই ওইনা উনবিগনু হায়বনি। অনৌশুবা খুৎনম ১৯৭২, লাঃ ৩৮)

গ্রীক্কী ইতিহাসতসু নুপীবু খুদোলপোং ওইনা পীবগী চৎনবা অসি লৈ। হোমরগী মমিংচৎলবা এপিক 'Illiad' দা মীনাই নুপী মুন্নবগী চাউরবা ৱাথোক অমা য়াওরি। Briseis হায়বী নুপী অসি লানফানি, Bresa হায়বা লমগী নুপীনি। মাবু লানগী খুদোলপোং ওইনা Achilles দা পীখি। অদুবু Agamemnon না মাঙোন্দা পীগদবনি হায়না খৎনখি। Agamemnon না হায়—
"As for this trouble about Briseis, tell Achilles that I will give seven Lesbean women down, and I promise him that, we take Troy, he can pick out twenty Trojan women, only twenty excluding Helen"

মথক্তা নৈনরিবা অসিদগী খঙবা ঙম্মী— মহাকাব্য অসিদা মৈতৈগী অরিবা চৎনবী, থাজনবী, ফোক বিলিফ, ফোক ট্রেদিশনগী মচাক কয়া য়াওব্রে। লিশাংশিংনা লাক্লিবা ট্রেদিশন অসিদগী মচাক কয়া লৌহুনা মহাকাব্যগী মথরায় শাগৎখিবনি। অরিবা লাইনীং-লাইশোন অমসুং ফোক ট্রেদিশননা যুমফম ওইরগা মহাকাব্য অসিদা মৈতৈগী অরাংবা এথিকেল ভেল্যুজ কয়া শাগৎলকই। মসিনা মহাকাব্য অসি চীংখৎলকই, ৱাংখৎলকই অমসুং অরাংবা ৱাখল্লোন য়াওরবা সাহিত্যগী খুং শম অমা ওইবি। মসিগী অথিকেল ভেল্যুজ অদু মথাদা নৈনরি।

## মহাকাব্য অসিদা এথিকেল ভেল্যুজ :

মহাকাব্য অসিদা ফজববা, অরাংবা ভেল্যুজ কয়া য়াওরি— খম্বা থোইবীগী অরাংবা নুংশিবা, থোংলেন, চাউবা, পুরেম্বা অমসুং সলাং মাইবগী মকপ ওইবগী নুংশিনবা মশক; খম্বা-খয়ু মচিন-

মোপ্‌ৱাগী ন্নুংশিনবা ; খম্বগী লৈবাক-নিংথৌবু ন্নুংশিবা অমস্তুং অচুম্বা ধর্ম্ম চৎপা ; মীনাইগা (সেম্ম) মপুগা (থোইবী) ন্নুংশিনবা; পুরেম্বা, থোংলেন অমস্তুং খম্বগী থৌনা-লিংজেল; প্রকৃতি অমস্তুং জীবদা (কাও ; ন্নুংশিবগী মশক অসিনচিংবা কয়া। পুন্নমক অসিদগী হেন্না ৱাংনা উৎলকই— লান্দবা, অচুম্বা চৎপা, ধর্ম্মনা জয় ওই। অতুনা মহাকাব্য অসিদা উৎলিবা মপুং ওইবা মশক্তি— মোরেল ট্রুথ ( Moral Truth ), মোরেল জসটিষ্ট ( Moral Justice ) নি হায়না লৌবা য়াই। মসিগী মশক অসি খম্ব-থোইবীগী চরিত্রদা শাগৎতুনা উৎলি।

খম্বদি অচুম্বা অমস্তুং ভক্তিগী সিম্বোলনি। খম্ববু কবিনা 'ধর্ম্মগী মচা খম্বা' হায়। কৈনা খম্বা চঙলকপা উবদা বৈষ্ণব লাকলে হায়। নোংবান্না শিরমদাইগী মতমদা খম্বদা হায়— "নংদি বৈষ্ণবনি, ঐদি মহামুর্খনি।" খম্বদা নীংথিরবা গুণ কয়া অমনস্তু লৈতেংই — নোল্লুকপা, ব্যবহার ফজবা, হৌন-লোমচৎ খঙবা, নিংথৌদা ভক্তি লৈবা, লৈবাক নিংথোনা হায়রদা চীংনবা লৈতনা মথরায় কৎথোকপা ঙম্বা, থৌনা ফবা, য়েক্লবা নোংবানবু ন্নুংশিবা ঙম্বা। মানা চেল্লিবা লমজেল, কাংজৈ শান্নরিবা, চীংথুবগী পুরুম শন শেল্লিবা, কাও ফারিবা, কৈ ফারিবা পুন্সিগী মতাঙ কয়াদা থেংনরিবা লাম্নেং খুদিংমক মরম্নাইগী কান্ননবা ওইজনবা, মশাগী অপাম্বা নীংবা থুংনবা তৌবা অমত্তা নত্তে। মানা হায়— ইচেমগীদমক (খম্ন) চেনবা লমজেন্নি। কাও ফাবস্তু মপা-মপুনা থনম্বা ওইবগী ফাবনি— "পম্বৈগী থোঙ্গুন লিবনা মচাগী ধর্ম্মনি।" অদুগা মাগী য়েক্লবা ওইরিবা নোংবানবু লমন থুম্নবা অমস্তুং মানা ন্নুংশিজরিবা থোইবীবু ফংনবা পাঙথোকখিবা থবক অমত্তস্তু নত্তে। কৈ ফাবগী মতাঙদা খম্বনা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা হায়খি—"...'তাওনা লেপ্প ফাসস্তু/ ননাই ইতাও নোংবান্না পাম্বা অসি ফারগা/সনা কোন্নুং য়োৱগা/খুমন

লাইর-শংদগী/ইবেম্মা লুহোংলগা কোংহুদা/ইতাও মরান-য়াইদা লেপ্ল য়োবা অসিদা চোরোন কৃপা তৌবিয়ু।"

খম্বা-খম্নু মচিন-মৌপ্যাগী মরী, মুংশিনবগী মশক অসি পৃথি-বীগী সাহিত্যদা অতাওবনি। মসি খম্বনা মচেমগী মফমদা মাগী থরায়, হুকচাং, অনীংবা, অপাম্বা, অফ-ফত্ত পূম্নমক কংথোকপা ওম্বা অসিদগী ওইরকপনি। খম্নুনা য়াদবা, মাগী অয়াবা য়াওদনা খম্বনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা শুকওম ওমদে। করিগুম্বা খম্নুনা থোইবী লৌগনু হায়রবদি খম্বনা থোইবী লৌবা ওমগনি হায়বসি থাজদে। খম্বগীদি "পলেম শেম্বি ইচেম-হল! ইচেল কৌরোই, ইনা!"— পলেম শকপী মচেগী অতাওবা সিরোলনি। মসিগী মতাওদা কবি খ্বা. চাওবনা হায়বা নীংশিংই – "মমা মপানা লৈত্রবদা মচে অমনা মপুরবু য়েংকপগী তেংবানবা অসিদা কনাগী মচে অমবু থাগংকে হায়রবদ খম্নুদগী কনা লেনবা ফংগনি? কনানা খম্নুবু কাব্যদা চিথবী, কপচেৎপা চন্নদবী হায়বগে? খওউ, খম্নুগী পিগী মরিক খুদিংনা খম্বগী চারিত্রগী অথোই অথোইবা পুন্নমক শাগৎখ্রবনি।"

থোইবীদা মুংশিবা, অচুম্বা, অখাওকনবা অমসুং থৌনা ফবা – ভেল্যু মরী অসিগী অপুনবা মশক অমা য়াওরি। থোইবীগী মুংশিবা অতাওবনি – অমকপা অমসুং কামগী ৱাখল অনক্তা য়াওদে। মহাক অচুম্বগীদমক্তা লেপ্পী। থৌনা ফে— মতম পুম্নমক্তা ছোরি অমা থাদে, হেক্তা মথরায় থানবা থোৱাঙ তৌহুনা লৈ। অখাও-কনবদা অতাওবনি। মওোন্দা মপানা হায়বা ইন্দবগী মঙক কনবা মতৌ অমা উরিবসি থোইবীগী মরান নত্তে— চীংখুবনা ওইহনবনি। মপাবুংনা অৱানবা, চুমদবগী মায়কৈদা লৈখিবা অন্থ, অচুম্বা পাম্বী থোইবীনা লাম্থেংননবা হোংনরকপদা ওইরকপনি। মওোন্দা থৌনা ফবা, কিবা খওদবগী মগুণ অমা হাপচিল্লক্রিবা অসি মৈতৈগী

পান্থোইবীনচিংবা পুযাদা য়াওবিবা মুপীশিংগী লমচৎতগী শাগৎলকখিবদগী ওইরকপনি। অদুনা থোইবীদা তোপ-তোপ্পা মশক অমা শাগোম্নহল্লি। মসিনা হিন্দুগী সতীশিংদগী তোপ-তোপ্পা তাবা, মৈতৈগী সতী অমা ওইনা হিংদুনা লৈহল্লি। খম্ব-থোইবীগী চরিত্র অসি, মৈতৈগী ঈ-তোংদা পক্লুনা লৈখ্রবা এথিকেল ভেল্যুজশিংদগী শাগৎখিবা মরম্না, মখোয়বু ঙসিফাওবা জাতিগী ফিদমনিংঙাই ওইববা, পূক্লিংনা য়াম্না পামজবা, থম্মোযনা খোযদাজবা চরিত্র ওইনা হিংলি। মসি নত্তবা, মহাকাব্য অসিদা য়াওরিবা অতৈ চরিত্রশিংদা অৱাংবা এথিকেল ভেল্যুজ উৎপা কয়া য়াওরি। থোংলেনগা, অমস্যুং চাউবগনা খম্ববু ন্নংশিবা অসি ethical values গী ফজরবা মশক অমনি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা অসিদগী খঙবা ঙম্মী— মহাকাব্য অসিদা মপূং ওইনা উৎলিবসি মৈতৈগী এথিকেল অমস্যুং সোসিয়েল ভেল্যুজনি। মসি জাতি অসিগী ইতিহাস অমস্যুং সংস্কৃতিগী পরম্পরানা ওইহল্লকপনি। পীক্লবা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা ঙাক্তনি। তত্তনা লাম্থেংনৈ। অদুনা প্রজাশিং থৌনা ফবা তাই— থৌনা ফবনা অথোইবা ভেল্যু অমা ওইরকই। অদুনা, খম্ব-নোংবান অনীমক লৈবাক্কী থৱায়নি, নিংথৌগী পাম্বোম অনীনি হায়না লৌই। মবৈবাক ন্নংশিবা, নিংথৌদা ভক্তি লৈবা, লৈবাক্কী ৱায়েলদা থাজবা থমদ্রবদি লৈবাক হিংদুনা পানবা ঙমদবনা, লৈবাক-নিংথৌবু খ্বায়দগী মরু ওইবা ভেল্যু অমা ওইনা লৌনবকখি। মহাকাব্য অসিদা খম্বনা লৈবাক নিংথৌগী মফমদা য়োনা ভক্তি লৈবা উৎলি। ফম্নাইবা খুদিংমক্তা লৈবাক-নিংথৌবু কিনা লুনা তৌই। অদুনা, কংলা বিচার অসি অচৌবা থৌদোক অমা ওইবকই। (চীংখুবা অমস্যুং নোংবান্দি অৱানবা, ওইদবা, অধর্মগী মশক ওইনা উৎপা মরম্না, খরা হেম্না ইকাই খঙহন্দবা, লৈবাক নিংথৌনা হায়বা ইন্দবা, মরাল্পনা মপোক

ফাজনবা উৎপনা হেল্লি।) অচুম্বা লম্বী চতুনা, অচুম্বা নীতি ইন্দুনা, মতীক চাবা, অফবা মরম ওকপা মী অমা ওইবা হায়বসি মৈতৈ এথিকেল ভেল্যুজনি। মৈতৈগী এথিকেল ভেল্যুজ অসি হিন্দুগা খেন্নবা খরা লৈ। থোইদোক্না গ্রীক্কী এথিকেল ভেল্যুজগা মান্নবা মওং থেংনৈ।

## গ্রীক্কী এথিকেল ভেল্যুজগা মৈতৈগা মান্নবা :

খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী ঈথিল থোয়না ফংদ্রিদৈদা শাগৎখিবা গ্রীক্কী এথিকেল ভেল্যুজদা ( মরু ওইনা সোক্রিটিস, প্লেটো, এরিষ্টোটলনা ইবম্বশিংদগী ) সমাজগী অফবা তৌবা, অফবা লমচৎ-শাজৎ চংপদা হেন্না থাজৈ। মখোয়না পাম্লিবসি অফবা নাগরিকনি। মখোয়না লৈবাক্কী ৱায়েনবু কিনা চৎলি। সোক্রিটিসবু অবানবা বিচারদা জেলদা থমখি অমস্তুং হু পীজহনা হাৎনবা ৱায় তাখি। মহু সোক্রি-টিস মশানস্মু খঙসি অদুগা মাবু হুংশিবা মীশিংনা লোন্না চেন্নবা হায়বদা সোক্রিটিসনা হায়খি— অৱানবা বিচার ওইরবস্মু এনা লৈবাক্কী হুকুম্বুদি ইকাইখুম্নগনি। অদুগ াফত্তবা, অৱানবা তৌববু দণ্ডি পীবা, অচুম্বা তৌববু মনা পীবা— মোরেল জস্‌টিষ্ট অসিনি! গ্রীকশিংনা থৱায় শিদে হায়না থাজৈ— "Man is a soul im-prisioned in a body." মসিদা থাজরিবা অসি আধ্যাত্মিক ওইবা ৱাখল য়াওদে, এথিকেল ভেল্যুজনি। থৱায় অহুবু থম্লিবা হকচাং ( তাইবং মী ) অহু য়াম্না শেংবা, অফবা মী অমা ওইগদ-বনি হায়বগী ৱাখল্লি। মৈতৈশিংস্মু অচুম্বা নীতি চৎপা, অফবা লমচৎ-শাজৎতা, লৈবাক্কী অফবা তৌবদা চেৎনা থাজৈ। গ্রীক-শিংনা "Know Thyself" হায়বগুম মৈতৈস্মু 'ঐ মশক খঙউ' হায়রম্মী। মসিগী ৱাখল্লোনদি— ঐঙোন্দা লৈরিবা থৱায় অসি মশক খঙহনা ঐ অসি অফবা মী অমা ওইয়ু হায়বনি। গ্রীক্কী মতৌগুম্না মৈতৈস্মু এথিকেল অমস্তুং সোসিয়েল ভেল্যুজদা চেৎনা

থাজৈ। 'শাকোক লমলেন'দা হায়— "পুক্লিং তপ্পা, অফবা ৱাখল খনবা, য়াথং চুম্বা, অফবা লিংজেল চেনবা, থৱায়বু ঙাকশেনবা, পুক্লিং লেপ্পা, লাইনিং কাউদবা কৌবা শাজং শাজেল অথোইবা ৭ বু থাদোক্রবদি লেপ্পমক অবান থুবম ফংবা ওম্মী।" (৯) মসি মৈতৈগী এথিকেল কোদনি ( Ethical code ) হায়না লৌবা য়াই। মসিদা মোরেল ভেল্যুবু মকওইনা লৌই। 'চায়নবোল' দা লুহোংবা চহী ফাদ্রিবা লৈমা নামুন খাম্বীনা, মপুরোইবগী মফমদা হৈরেম কাংবি শুগ চাবনবা চংশিখিগনু হায়জবদা চাখা মোইরেম্বনা হায়খি— "...অশিবগা ঈকাইবগা অনীমক্তি খমলাংপা ৱারী ইরেংপু ৱাবীদা হায়বদ্রে। অশিবনা মনাউনি ঈকাইবনা ময়াম্বনে হায়বদ্রে। ঐব মাই মৈচীন ওল্লবোইএ হায়না য়াদখিয়ে।" (১০) লৈবাক-নিংথৌ মমাঙদা 'তে য হায়তুনা য়াথোকপিবা মচু ঙাকপনা থৱায়দগী হেন্না মক ওই হায়না লৌই। ক্ষেত্রিয় মচানা লানফম মমায় লৈব তৌদনা মথরায় থাদোকপা ওম্নবদি লেপ্পমক স্বর্গ ফংই হায়বা হিন্দুগী ফিলোসোফি অসি চেংনা থাজবা মবন্না হিন্দুগী অকন-অথৌশিংনা মথরায় পাম্মুবা তৌদনা মথরায় বলিদান তৌবা ওম্মী। মতৌ অমুম্না, মৈতৈশিংনা লৈবাক্কীদমক্তা, অচুম্বগীদমক্তা, ইকাইববু কন্নবগীদমক্তা মথরায থাদোকপা অসি অৱাংবা ভেল্যু অমনি হায়না লৌই। মসিগী মথক্তা মতৈনা পুন্সিবোল অচৌবা, পুন্সিরোল মচা, মী মরু, মী মহেনদা থাজবগী ৱাখল্লোনস্তু লৈ।

## মৈতৈগী এথিকেল ভেল্যুজ অমসুং হিন্দুগী আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল : অনী য়ানশিন্নবা মশক :

মহাকবি অঙাংহলগী 'খম্ব-থোইবী শৈরেং'দা হৌজিক ফংলিবা দর্শনদি— মৈতৈগী অৱাংবা এথিকেল অমসুং সোসিয়েল ভেল্যুজদা হিন্দুগী আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল খরা য়ানশিন্নবা হোৎনবা অসিনি। মৈতৈগী

অরিবা দর্শন অমসুং এথিকেল ভেল্যুজ অসি অতুক হাক্না আধ্যাত্মিক ওইদে। অতুগা হিন্দুগী এথিকস অমসুং দর্শনদি য়াম্না আধ্যাত্মিক ওই। হিন্দুগী এথিকস অসি আধ্যাত্মিক ওইবা ৱাখল্লগী শাগৎপনি। পুম্নমকপু শেম্বিবা, অমত্তা ঙাইববা অচুম্বা, অথোইবা আত্মা—পরাত্মা (ৱান সুপ্রীম বিইং) অমখত্তনি হায়না লৌই। মাগী মশেক-মঙান, মমি পোৎখুদিংমক্তা, জীব খুদিংমক্তা লৈ হায়না থাজৈ—one common consciousness in all things, reflection of oneness and manifestation of oneness. মসিদগী অমত্তা ওইনা নুংশিবা, কোসমিক লভ্ (cosmic love) অসি লাকই। ঐখোয়না শা ঙা, জীব, নুপী অঙাং, লায়নবা, অত্তোনববু নুংশিবিবা অসি মখোয অচৌবা আত্মা (সুপ্রীম বিইং) অতুগী মমিনি হায়না নুংশিবনি। উপনিষদকী মতাঙ অমদা ঋসি যাজ্ঞবল্ক্যনা মাগী নুপী মৈত্রেয়ীদা হায়খি- নহাক্না নপুবোইবা ঐবু নুংশিবিবসি, ঐঙোন্দা লৈব্রিবা আত্মাবু নুংশিবদগী নপুবোইবা ওইনা নুংশিবনি। ("Behold, my dear, not indeed for the love of the husband is the husboand dear, for the love of self is the husdand dear") অতুনা, হিন্দুগী এথিকসনা আত্মাজ্ঞান ফংবগী লম্বীদা লাকই— 'Hindu ethics is self-realisation" (১১)

মহাকাব্য অসিদা হিন্দুগী দর্শন থরা হাপচিল্লক্লিবা অসি—থোইবীবু সতী ওইহনবা, শা-লান্দা মায় ওন্দনা ক্ষেত্রিয় মচানা শিরবদি (নোংবানদা) স্বর্গ কায হায়রবা, কর্মফল অমসুং মহৎংগী মপোক অতুগা মকওইনা— ধর্ম্মনা জয ওই হায়রবা অসিনি। পাম্বা কৈনা ৱাথোং লোন্দুনা শিবমদাইদা নোংবান্না থম্বগী মফমদা লাল্লে হায়না চঙজখি। শিবমদাইদা নোংবান্না হাযরিবা অসি ('অকোনবদা পন্নুং চংবা' মতাঙ) কৃপ্পা নৈনবদা মরুওইবা ৱাফম থরা অসি ফংই— ১) নোংবান্না লানবা ভাক্তনি হায়রুনা মশাগী মরান য়াজবা;

২ ) লাল্লি হায়বসি নোংবান মশানা খঙজে—খঙদবা নত্তে। মরমদি নোংবানগা খম্বগা শান্নগদবা লীলানি, কুম্মৈনি। মতুদা নোংবান্না য়েরুবা ওইনা শরুক য়াখিবা তাই ; ৩ ) অতুনা নোংবান্না খম্বগী মফমদা মাগী মরান ঙাকপীয়ু হায়না নীজে। স্বর্গদা চৎনবা লম্বী পীনবিয়ু হায়জে। শাফম-লানফম ( ক্ষেত্রিয় অমা ওইনা ) মায় ওল্লক্তবগী মহৈ ওইনা বৈকুণ্ঠদা ময়ুম ওইতুনা লৈজৌ হায়না বর পীনবিনবা খম্বদা হায়জে।

মহাকাব্য অসিদা য়াওরিবা নোংবানগী চরিত্র নৈনবদা, মহাক চপচাবা হিন্দুগী ক্ষেত্রিয় মচা অমগী থাক, মগুণ অতু য়ৌবা ঙমদে। দুর্য্যোধন, অভিমন্যু, কর্ণ. রাবন, কুম্ভকর্ণনচিংবদা লৈবা থৌনা, লিংজেল, অচুম্বা নীতি অতু নোংবানদা লৈবা উদে। লমজেন, কাওফাবা, কৈ ফাবগী মতাঙ কয়াদা নোংবান্না ওইদবা পাম্বৈ, নমথাক-লৌনম কয়া শীডিন্নখি। কাওনা হাৎকে তৌবদগী কিতুনা চেল্লবদা খম্বনা মাগী মথরায় কনবিখিবনি। অতৈ মফম কয়াদসু খম্বনা মাগী মথরায় কয়ারক কনবিখি। অতুনা দুর্য্যোধননা শিবদা মীনুংশি পোকপা অতুগুম্না নোংবান্না শিবদা মীনুংশি পোকপা ঙমদে। মহাভারতকী দুর্য্যোধননা শীরমদাইদা শ্রীকৃষ্ণবু য়াম্না শাথিনা চৈখি অতুবু অরোয়বা মিৎকুপ্তুদি পুম্নমক খঙজখি —"জানামি ধর্ম্মঃ ন চ মে প্রবৃত্তিঃ জানমি ধর্ম্মঃ ন চ মে নিবৃত্তিঃ ..." ( ধর্ম্মদা ঐগী প্রবৃত্তি ( অপাম্বা ) লৈতে খঙজি, অধর্মদসু ঐগী নিবৃত্তি ( হন্দোকপা ) লৈতে খজিঙ, থম্মোয়দা লৈবা হৃষিকেশ, নহাক্না অমুম্না শীনবদো অতুম্না ঐনা তৌবনি। ) দুর্য্যোধননা শ্রীকৃষ্ণগী লীলানি হায়বসি খঙজখি, মঙোন্দা চঙজখি, কৎথোকখি। অসিগুম্বা spiritual realisation খঙবদগী অৱান খুভম ফংখি। রামায়ণদা রাবননা অরোইবা তানফমদা নিপাথোক্না শ্রীরামগা লান্থেংনখি। নিপাথোক্না ক্ষেত্রিয়মচা অমগুম শিখি। অতুবু, শ্রীরাম হায়বসি বিষ্ণুগী

শাইওন্নি হায়বসি খঙজখি। অদুনা আধ্যাত্মিক্কী অয়েবা, অৱাংবা পন্দোম লোমনা কাখৎপা ঙমখি। অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইবা 'কংশবধ' কাব্যদা কংসনা শ্রীকৃষ্ণবু তাইবংপানবগী মপুনি হায়বসি অৱোয়বা মীৎকুপতা খঙজহনখি। অদুনা কংস লাইগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গ কাখি। মসিগী মতাঙদা শৈথারি— "লোইরমদাইদি অদুদা জ্ঞানগী লংজিন লাকুনা/খনখি হায়রে নিংথৌদো, ঙসি কৌবা মুমিত্তা'ঐগী পুন্সি লোইখরে তাইবং পানবা মপুনা। ঐগী থৱাই লৌনবা কৃষ্ণ ওইনা পোকপনি।" (লা. ২০৩) নোংবানগীদি চুম্না ফত্তবা মরূপ অমনা অফবা মরূপ অমদা লাপ্লে হায়না মশাগী মরাল খঙজবা নত্তনা, করিগুম্বা মওং অমদা, আধ্যাত্মিক্কী অৱাংবা ৱাখন্দা কাখৎলকপা ঙমদে। অঙাংহললনা খম্ববু 'মহাপ্রভু' (অচৌবা লাই) হায়না শৈথাজরবসু, মহাকাব্য অসিদা খম্বদা করিগুম্বা লাইগী ওইবা মতৌ (divine qualities) অমত্তা হাপ্পা ঙমদে। খম্ববু 'বৈষ্ণব' হায়না শৈথাজরবসু, বৈষ্ণব ধর্ম্মনা হায়বিবা-- ঈশ্বরগী মফমদা পুম্নমক কৎথোক্কুনা চঙজবগী ভাব অদু নত্তে, অচুম্বা চৎচবগী ভাবতা হায়বনি।

## ৱারোইশিন ঃ

মৈতৈগী মোর্‌্যালিটি, এথিকস অমসুং সোসিয়েল ভেল্যুজশিং অসি অৱাংবা থাক্কীনি। মসিনা ইশাবু অমসুং ঈশ্বরবু মশক খঙনবা অমসুং অচুম্বা ধর্ম্মগী লম্বী ওইনবা পাম্বৈ ওইরকই। অসিগুম্বা অৱাংবা ৱাখল্লোন অমসুং দর্শনগী যুম্নফমদা খম্বা থোইবীগী মহাকাব্য অসি মপুংওইনা শাগৎখিবনি হায়বসি মসিদা য়াওরিবা ৱারী, থৌদোকশিং, লমচৎশিং অমসুং তোথায় তোথায়বু ভেল্যুজশিং অসি নৈনবদগী খঙবা ঙম্মী। অদুগা মহাকাব্য অসিদা হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাবতগী হিন্দুগী ওইবা লাইশিং, ৱাখল অমসুং দর্শনগী মশক খরসু হাপচিন্নবা হোংনবসু থেংনৈ। মখোয় অদু চুম্না মথক্তা তাউদুনা লৈ। ৱারীগী

প্লোট, চরিত্র শেম্বদা হিন্দুগী আধ্যাত্মিক ওইবা ভাব-রাখল অসি মন্নুংয়োনা লুপশিন্দুনা চঙশিনহনবা, তীনশিনহনবা ঙমদে। মৈতৈগী হান্না লৈজরম্লবা রারী, থৌদোক, লাইশিংদা হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা রাহৈ-রাতা, প্রমাণ-পাহৈ, লাইশিং য়ানশিল্লকপা, তোংশিল্লকপা ওইনা তৌই। হিন্দুগী নত্তবা মোইরাংগী অরিবা, থায়নগী রারী অমদা, পূন্নমক হিন্দু ওন্নবা শেমলকপদা চাশিন্নদবা, মরীং-মরাংবা, পুনশিন্নবা য়াদবা, মহৈ মহৈ ককথোক-ককশিন তৌবা, চূনদবা কয়া থোকলকই। কনাগুম্বা মগুণ লৈবা অশৈবা নত্রগা কবি অমনা, হিন্দু ধর্ম্মগ মবা লৈনবা রাহৈ-রাতা, লাইতিন পূন্নমক লৌথোক্লবা থাংজিংগী কুম্মৈ ওইনা ইরকপদা অনৌবা খম্বা থোইবীগী মহাকাব্য অমা থোকলকপা য়ারি। খম্বা থোইবীগী রারী, মহাকাব্যগী খুংশেম অরোইবা ওইদ্রি। ঐখোয়না চন্দোন খিন্দবী, সনাগী নাসিকা হাপ্তবী ("থোইদিং মপান ঙমজবী নুরাই নাতোন নাকচিদা সনায় নাসিকা হাপলে।" 'লোয়কাবা' লাঃ ২৭৩) অশেংবা মৈতৈগী ওইবা মৈতৈ চন্নু থোইবীগা রারী শাবা পাম্মি।

## মতেঙ লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ

(পেপর অসি ইবদা শীজিন্নরিবা মহাকাব্য অসি 'খম্ব-থোইবী শৈরেং'— হিজম অঙাংহল সিংহ, অনীশুবা খুংনম— ১৯৮৬ অসিনি।)


১। 'খম্ব-থোইবী শৈরেং', হিজম অঙাংহল সিংহ, অনীশুবা খুংনম, ১৯৮৬, রাহৌদোক।

২। খম্বা থোইবী পুন্সি রারী, অহানবা শরুক, হৈস্নাম মাঙ্গোল-জাউ সিংহ, ১৯৭৩, রাহৌদোক, লাঃ ২১-২২

৩। মোইরাং কংলৈরোল, শ্রীমতী সবিতা দেবী, ১৯৮২, লাঃ ১৯-২৩

৪। 'খম্ব-থোইবী শৈরেং', অঙাংহল, ৱাহৈদোক ।

৫। "খম্ব-থোইবীগী ৱারী অমসুং মহাকাব্য", খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, ৱারেং অখোম্বা, ১৯৬৫, লাঃ ১–১৮

৬। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, অহানবা শকক, ওইনাম ভোগোশ্বর সিংহ, ১৯৮২, লা. ৪

৭। Religion and Culture, of Manipur, Dr. M. Kirti Singh, 1988, pp. 21

৮। অবিবা মণিপুরী শৈরেং : সংস্কৃতি অমসুং কাব্যগী মীংয়েংদা নৈনবা : অনীশুবা ভোলুম, 3. ওইনাম ইবোচৌবা সিংহ, (ফোঙদ্রিবা মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী পি. এচ. দি. থেসিস। মসিগী ৬শুবা পন্দুং—"লাইনীং লীচৎ অমসুং লাইনীং লোন")

৯। সাকোক লমলেন—(ডা ৱাই. ভাগ্য অমসুং সুন্দর মোক্-রাংচবা, খুনাইজ কুমারনা ইবদগী।)

১০। চায়নবোল, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ১৯৬৮, লা. ১৪

১১। All About Hinduism, Swami Sivananda, 1977, pp. 86-87

## মসি নত্তবা অতৈ লাইরিক খরা

12. Greek Ethics, P. Huby, Macmillan, 1969

13. The Mahabharata : A Literary Study, Krishna Chaitanya, 1985

14. The Ramayana Tradition in Asia, Ed. by V. Raghavan, 1980

15. Development of Moral Philosophy in India, Surama Dasgupta, 1961

# লমাবম বীরমণিগী রারীমচা

লমাবম বীবমণিবু ( পোঃ ১৯৫২ ) 'পিকনিক পিকনিক' ইবা হায়না খঙনৈ। লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিদ্রিদা ( ফোঙবাঃ ১৯৮০ ) রাবীমচা অসি য়াম্না মনিং চংখি। মণিপুরী রারীমচাগী ঈচেন্দা অনৌবা খুংই অমম্লুং মহাও পীবা ঙম্বা রাবীমচা ওইনা শীংথানখি। রারীমচাসিদা বীবমণিনা মীওইবগী মপান্থোংগী মরীশিগী মকুমদা লৈরিবা নুংগী ওইবা মশক অমা পুথোক্লকই। অইবনা তত্তনা থেংনরিবা সহরগী পুন্সি, ওফিসদা, থবক-ইনথাং তৌরিবা, লাইরিক-লাইশু হৈরবনি হায়না লৌনরবা মীওই কাঙবু— মখোয়গী অনৌবা মীৎয়েংদা য়াউবিবা হম্বা মীৎয়েং, ঈরাংদা ইতাউ তাউবা, মথৃং-লূপথদবা পুন্সি অমম্লুং মসিগা শাগোন্নরিবা মীনুংশি মাঙথরক্লবা মীৎয়েংগী মশক অমা সিম্বোলিক অমম্লুং লিরিকেল ওইনা উৎলি। লায়রবগী অরাবা অমম্লুং মীওইবগী মীনুংশিবু মমল য়াউদ্রবা শান্ন-কুম্মৈ ওইনা সিম্বোলিক ওইনা উৎলকপা অসি, হৌজিক্কী পুন্সিদা অহোংবা মশক অমা ওইনা লাক্লিবা, পুন্সিবু য়াম্না কোমথোক্লা য়েংবা অনৌবা মীৎয়েংগী মশক অমনি। লায়রবা মচিন-মনাউ অনীগী মরী অমম্লুং নুংশিববু পৈশাগী ময়ায়না শুমহৎখিহুন। ঈ যোকপামথৈ থরো থরো ওন্দুনা মুক্না শান্নহনবা হিংবগী মুক্না অমম্লুং হিংবগী ঈশৈ, অতুগা অমবোমদা পিকনিক লাকপা, য়ু ভাউরবা বেঙ্ককী কর্মচারী-শিংগী ঈরাং-ঈশৈ— মসিনা উৎলি মীওইবগী মমল মাঙথরক্লবা পুন্সিগী মশক অমম্লুং ফিবম অমা। অরাবা নুংগী ফিবম উৎনবা হোৎনবদা য়াম্নমু লিরিকেল ওইরকই— "পুম্নিল নিল্লি, পুমলাঙ্ লাঙ ই চীংমায়দু। থৌজিল থৌজিল্লগা হেনগৎলকই, থরো থরো ওল্লি চীংগী কল্লবা লৈমায়দুদা। মচী লেঙদে চীংমায়দি। লিরি

শিংলি নুংশিৎ, উনা লেংই, মউদি লেঙদে উপালগী। য়েংথখিবদা উগনি ওল্লবা, শুক্লবা লোক, অতাংদা চক্লখোক্কী লৌবুক।" চরাঙ্নবা মরক্তা ঈংনা তগ্না ঈথিল পীরিবা সুর অমনি।)

মথংদা, 'চেক্লা পাইথ্রবদা' (১৯৮১; লাইরিক অসিদা খৃ. কুঃ ১৯৮৪ গী ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী এৱার্ড ফংখি।) ফোঙলকপদা রোমান্টিক ওইজন্না লৈরবা মণিপুরী ভাবোক্তা ৱারীসিনা অমুক শুমহৎখ্রে। কনানা হায়— ৱারীসে নুংশিখ্রে, পাবদা কপ্‌ই। লোইশিনবা য়াম্না ফজৈ অসিনচিংবা। ঐনা চেৎনা খাজে— ৱারীসিগী মপুং ওইবা চরিত্র ওইরিবা নুংশিতোম্বীগী মীনুংশি মণিপুরী সাহিত্যদা তোপতোপ্পা মশক অমনি। মনেম-মকুনা য়াদবা অমদি মপুরোইবনা হুন্দোকপীরবা, অতুগা অমুক মীহৌচাউরবা এম, এ, এ, অহনজাউনা ওফিসতা লমচংনাইদবী, ওক্তব তাহন্দুনা থবক মচা অমা তৌজরগদগী লোক্‌হল্লক্লবা, নিংগা হায়বা জাং অসিবু তুক্কচরবা অমদি থাজবা ওমরবা, নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী মমাবু থাদোক্লমহুনা দিমাপুরদা ওক্কবী ওইনা বেজিক্কা হায়না মমিং ওন্দুনা লাকখিবী লৈখা তারবী নুপী অমনি নুংশিতোম্বী। নুংশিতোম্বীনা মীশোন, মীচেন ইবোতোম্বীগা যেংনখি। নুংশিতোম্বীনা ইবোতোম্বীবু মাগী হিংবদা নুংঙাইনবা, ("নুপানা শেন্বা সমাজসিদা হিংবদা অপন্বা লৈতনবা") মপাম্থোংদা মাগী মপুরোইবা শাননবা মরুম্বী অমা ওইনা থমখি। অহুবু ইবোতোম্বগী নুপী অমসুং মচানা মাবু খৌরাংনা ঙাইহুনা লৈরি হায়বসি খঙলকপদা নুংশিতোম্বীদা হায়ফম খঙদ্রবা মীনুংশি অমা ফাওরকখি। মাগী পুমকোক কোক্লবা পুন্সিসিদা অনৌবা য়েনিং চোংখৎলকখি। "পুন্সিগী অরোইবা য়েনিংনি! অমুক খুইথহল্লরোই।" নুংশিতোম্বীগী অচেৎপা ফিরেপ্পি— "ঐগী কাং-খোঙ্ চাইরবা পুন্সিগী ফিবম অসি কনাগুম্বা অমদা তাগদবা লৈরবদি মহু ঐ খাঙহুনা লৈথোকপা

ঙমলোই।" থম্মোযবু থম্মোয অমনা মশক খণ্ডলক্পনি। ওক্রুবী নু শিংতোম্বীসু থম্মোয পাল্লি— নুপীগী থম্মোয়দি নুপীতনা খঙই। অসিগুম্বা অকনবা মীনুংশি অমনা ইনশিল্লকপা অচেংপা থম্মোযগী এশেংবা ফিরেপ অমগা লোযননা নুংশিতোম্বীনা ইবোতোম্বীবু ফজনা থাদোকখি। (মীনুংশি য়াওদ্রবা থম্মোয়নি হায়না খন্দুনা নকববা নিপাগী থম্মোযদা মীনুংশিগী তাওলবা মশক অমা পোক্ল-দ্রবা মতমদা অশোপ্পা মীনুংশিগীদমক্তা মাগী নুংশিববু থাদোকখিবা অসি অইবনা নুংশিতোম্বীদা শাগংপা নুপী ওইবগী থম্মোয়গী মশক অমা তাক্লিবা ফজববা খুংশেম অমনি)। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈবিব। নুপিবগী শক্রোন পুবা অতৈ নুপীশিংদগী তোথাইনা লেপ্পুনা লেবি। কমলগী মাধবী ('মাধবী'), শ্রীবীরেনগী কবোক্রৈ (অকংবা লৈ), বিনোদিনীগী তম্পাক (যুমগী নুপা) অসিনচিংবা নুপাশিং তনিদগী বীরমণিগী নুংশিতোম্বীগী মীনুংশিনা তোথাইনা লাবি। ৱারী অসি নুপী অমগী থম্মোয কায়ববা, নুংশিবনা থল্লবা ৱারীমচা অমনি।

মথক্তা পনখ্রিবা ৱারীমচা অনী অসি বীরমণিগী লাইরিক অমমম দগী লৌথোক্লকপা খেন্নববা ৱারী মচা অমমমনি। ৱারীমচা অনী অসিনা বীরমণিগী মপুন্ন ওইবা মশক তাকপদি নত্তে অতানবগী ৱারী মচা 'পিকনিক পিকনিক' অসিদা মপুং ওইনা খুৎই অমম্বুং খুংলাম্মোক্লি মানবৈদা অনৌবা ষ্টাইল অমা চাংযেং তৌবনি। (মসিগী লোযননা হুইগী বচনা, হন্নবা অমম্বুং য়োংযাম, উচিশিংগী পুন্সি, লম্বী, টন হেন্না তাথবক্তি, মীথুংশঙ, অসিনচিংবা অসিদা এরিগোবিকেল, সিম্বোলিক, সেটাবিকেল ওইবা খুংইগী চাংয়েংনি।) অকোনবগী অসিনা রোমান্তিক ওইববা পরম্পরাদা শাগৎপা, মতমগী পুন্সি-মহিংগী ঈবাং য়াউরবা, নুপা-নুপীগী লৈনরিবা মরীদা নুপীগী থম্মোয়নুংগীত ওইবা নুপীগী থম্মোয় অমা ফজথ্রবা মানুংশি অমনা

য়োমশিন্দুনা উৎলকপুনি। ("লৈদ লৈগুম থোংনৌববা নুপীগী থম্মোয অসি কযাদা হৈনা লোৎশিল্লমলিবা।") অদুবু, (বীবমণি মশক তাল্লিবা বারীমচাশি দি— হৌজিক্কী হিংবগী পুন্সিগী লানফমদা ৱানা খাঙলিবা, হিংবদা ৱাববা তোল্ল-তাববা মীচমগী পুন্সি, থোইনা শেমজিন-শাজিনবা মানুব্রবা থৌদোক অমসুং পুন্সিগী ফিবম যেঙ্কপা ৱারীমচাশিংনি। অসিগুম্বা ৱারীমচাশিংদা মতমগী অশেংবা পুন্সি শক্তমনু যাম্না বিয্যালিষ্টিক ওইনা য়েকপা ঙমই অমসুং অপাবশিংদা মনমসিগী ওইবা সোসিয়েল বিয্যালিটি অমা মযেক-শেংনা উইনবা ঙমই।

(অসুক্কী মতৌক অচম্বা মীওই ওইবগা, অসুক্কী মতৌক অচম্বা থৌদোক অমসু বারী ওইবগা বীবমণিগী ৱারীমচাগী ফজবা মশক হেন্না হেন্না চোংথ ৱাকপ ওইন্নি। অসিগুম্বা বারীমচাশিং অসিদা যেক্লিবা চরিত্রশিং অসি অয-নু ঙাই, অচৌ-অশা অমত্তা নত্তে লাযববা, হিংননবগীদমক শবক শুজ-নোমজবা তোল্ল-তাববা, নৈচংশীববা, গতি-লৈত্রবা, অবানবা নিযম অমসুং অবানবা শক্তিং, চংনবী কযাদা বানা হাইনা শম্না খাঙলিবা, অশা, পামজবা মঙ হন্না হন্না কাযববা, মচেং-মতং তাববা মীওইশিং ঙাক্কনি। খুদম ওইনা পনবা তাববদা— পিকনিক পিকনিক লাইবিকসিদা যাউবিবা ৱারীমচাশিং:— পিকনিক পিকনিক' (ঙবাংদগী চাক চাবত্রবা, কাংচুপ্তা পিকনিক কপা কাঙবুদা শ যোন্দুনা, অবেম-অখাক চাহুনা হিংজবা নচিন-মনাউ), তুইগী বচনা' (মপুবাইবা শেংন-ববী, মশা শোল্লবী, কনা লৈজদ্রবী, মদোম হিংনবা হোংনজবিবা, মথাদগী মচা মুনবিখ্রবী মমা), 'হন্নবা অমসু যোংযাম' (মরাইবক থিববী, পুন্সিগী নুংঙাইবা ফংজদ্রবী, শাবমচং চংলু যাদবদগী যোং-যাম্না হাৎখিবা ফিদক যোনবী লৈহাউ।; 'লাই লমথোকপা' (লাযববী থামচা, মতুমচা থাকনি খঙদবা যু ঙাউবা মৱা, লৌবুক্তা

লৌ শুরিবী লাই হৱাউবগী ঈবাং চঙানা ) ; 'খুংগুমল' ( লাযরবা লৌমী য়াইমা, মচানুপী লুহোংজগে থনজবা ঙমদবা ) ; 'ৱাহং, ( গতি লৈত্রবা লাইরবা মমা মচা, থবক ফংদ্রবা, তৌফম খঙদ্রবা নহা, চা থক্লিংঙাই অমসুং থুম থাক্লিংঙাই ফাউনা লৈতবা লায়ববা ইমুং ) ; 'নাহেখোল' ( সবকাবগী চেং যোনফমদগী চেং লৌবগা মহু অমুক হুকান অমদা যোম্বোৱগা মহুদগী ফংলকপা শেন্দোং অহুনা চেং নত্ৰগা য়াম খবা হোঙবহ ৱাল্লগা নোংমগী চবা নোংথম্নগা দীবিবা লায়রবা ইমুং— ইবোম্বোম্বী অমসুং হজিবা শুবী মমা অহুগা হৌগৎ-কাঙখংপা ঙমদ্রবা মপা ), 'তকখাইরকপা' ( হাজিবা শুঙী থম্বাল, অনাবা মপুবোইবা অমসুং মচাশিং থাক্লিবা থম্বাল ) ; 'চেক্লা পাইথ্রবদা' য়াউবিশিং :— 'মণি মতুম' ( শিবগী মতম ঙাইহনা লৈববা অনাবা মচা অহুগা হা চাহনা হিংলিবা গতি লৈত্রবা, লাযববা মৈত-নাউ , 'অসুম পুন্সিদা' ( মেম সাহেব নখাগী ৱিক্সা থৌবা পাঙ্গন ), 'ক্বাক্কী মচা' দা য়াউবিনা—( 'অযুক অমসুং লুসিদাং' ( নালা শেংঙনা পুন্সি হিংলিবা শঙ্কর অমসুং আনন্দ ), 'সিম্বোই-ঙম্বী' ( বাবাদা, সিনেমা হোলদা অসোপ-অবেম খঙদ্রনা ব্লেক মার্কেট তৌবিবী লুপীশিং ) ; 'ক্বাক্কী মচা ক্বাক উবোক্পী মচা উবোক' ( লুথ্রাবী থবি য়োনবী ইবেনী ) অসিনচিংবা কয়া। ( মখোয় অৱাম্বা হোংনবা কল্লি, পুন্সিগী লানফমদা কন্না হিংনবা লাম্হেংনৈ। অহুবু, মখোয় অরাবা নংই, তত্তনা দথা তাই। লেঙ্ঙল-লেঙ্ঙলগা পুৎথবা খোঙফমদা লেপ্পা গতি লৈত্রবা মীওই ঙাক্তনি )

লৈত-লায়র, অবা-অনা, উপায় লৈত্রবা অৱা-ফিবম অমসুং পুন্সিগী মরমদা ৱারীমচা ইবসি বীরমণি মতোমত নত্তে। সমস্যা অসি অতৈ মতমসিগী ৱাবীমচা ইবশিংগীসু য়াম্না খোয়দাজববা হীরম্নি। কুঞ্জমোহনগী 'ইলিশা অমগী মহাও,' 'তাতোম্বা,' 'ৱাখল হোংবা' ; প্রকাশকী 'পুষ্পি মচা' ; ৱাজনীকান্তগী 'ডাক্তরদা লাই-

য়েংবা,' 'মীনাই তোম্বা'; শ্রীবীরেনগী 'য়াউশং মৈথাবা'; নীলবীর শাস্ত্রীগী 'তোম্বা'; গুণগী 'সরকারগী চাকরী'; শরৎচন্দ্র নোংথোমবমগী 'শেন্দোই' অমদি অতৈ ৱারীমচা কয়ানি মসিগী তোথায় তোথায়রবা পুন্সিগী মশক উত্তুনা ইবা ৱারীশিং। অদুবু, অরা-অনাগী পুন্সি উৎপগী মতাংদা বীরমণিগী ৱারীমচাশিংগা খেন্নবা মৈ অতৈ ৱারীমচা ইবশিংনা—মপান্থোংগী অরা-অনা উংনবা হোৎনবদা হেন্না পুক্কিং থমই। মহ য়েক্নবা হোৎনবদা হেন্না মান্নবা হোংনৈ, ময়েক শেংনবা হোংনৈ অহৌগা য়াম্না ওবজেক্টিভ ওইনা অরাবা পুন্সি অহ মাঙদা শং শং উৎনবা লাক্লে। শম্না হায়রবদা, মপান্থোংগী খুংযেত্তা অরা-পুন্সি অমা মান্নবা উংপনি। তৌইগুম্বমুং বীরমণিগী অরা-ৱারীশিং অসিদদি য়াম্না মনুং হুনজিন্না লৈরবা মীনুংশিগী মীৎয়েং অমা ( a dc r human sympathy ) ঈরোয়নবি। মসিগা লোয়নননা য়াম্না অর্থ চেল্লবা পুন্সিগী মীৎয়েং অমস্থু ফোঙদোক্তুনা উংনবা হোৎনরি। অদুনা, হেন্না লুথবা, হেন্না মনুং হুনজিনবা মীৎয়েং অমা য়াউবনা মাগী অরা-ৱারীশিং অসি হৌজিক্কী পুন্সিগী হিংবগী ফিবম উৎলকপা ওম্বা কলাগী খুৎশেম ওইরি।

বীরমণিনা পুন্সিদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি মুংঙাইবা নত্তে—অরাবনি। হৌজিক মতমগী সাহিত্যদা লৈরিবা 'মোদর্ন রিয়্যালিটি'গী মশক অমনা অমম্বা অমমুং আশা য়াউদ্রবা রিয়্যালিটিগী মশক অসিনি। বীরমণিগী চরিত্র অয়াম্বা পুন্সিগী খুদোংথিবা কয়া মায়োক্তুনা লাম্থেংনহল্লি, পুন্সিবু অঙম্বা শক্তিদা মায়রোং য়াহুনা লেপহল্লি। তৌইগুম্বমুং লাম্থেংনবদা মায় পাকপদি নত্তে—লাম্থেংনবনি, অশুম লাম্থেংনবনি। লাম্থেংনবসি পুন্সিনি, পুন্সি হায়বসিস্থু লাম্থেংনবনি, পুন্সি অমা হিংলি তাক্নবা। মরমদি হৌজিক্কী পুন্সিনা লানঙম ফিরাল থেত্তুনা মায় পাকপা হায়বহৌদি ওইথোক্তে। মসিগী মরমদি, হৌজিক্কী তোল্লবা, লায়ৱরবা, গতি লৈপ্রবা, মীচঙ

থাঙুই - ষন ৱাইনদুনা ঈহিং নাহিং শাবমখে।' 'হন্নুবা অমসুং য়োংয়াম'দা তোল্লবা মশু-মবেনগী অৱা-ৱারী অমা ফুঙ্গাৱারী।গী হন্নুবা-হন্নুবী পান থাবগা চাংদম্নহুনা সিম্বোলিক ওইনা উৎলি।' মশুৎগী মপান্থু চেক চনবনি। অশেংবা পাউ খওদনা চেক নীংখাই-বদা শিপ্রে হায়, মানা চহী ৮ শুবদা। মমা লায়রবী লুখ্রাবীনা কন্না হিংননবা হোংনৈ, কৈথেন্দা ফিদক য়োন্দুনা। হল্লকপদা য়োংয়াম্না শারমচৎ চৎলু য়াদবদগী ইজ্জৎ মাঙহনবিরগা মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা, হোগাই হোগাইদুনা হাৎতোক্লগা হুন্দাকপীবমই। অৱা-ৱাবী অসিগী মকুমদা বীরমণিনা উৎলি— সমাজনা তুহৎপীরবা লুখ্রা ওই-ৱবী মুপী অমা। বীরমণিনা হায়নিংলিবদি "শাগৈ ঙাই লৈজদবা, মীচং লৈজদবা, ইচা-ইমৌ লৈজদবা, ইবুবি-ইবৌশিং ৱাংলবা, শুজ নোমজরগা হুমাংমন্তুনা হিংজবা, মকু শোল্লবা কয়া থি-থিংনা মখোয়না ওংলি, তুহৎলি ..। মখোবনা উশিত্তে, তমথি, তমথিরবা ফাগি তৌহনা পুন্সিবু লাকৈ, করেম্নে।"

অসিগুম্বা শাবমচৎ অসিবু স্বর্গগী লমদমদা চৎনৱমগদ্রা? চৎনরমলোই। হৌজিকী সমাজ, হৌজিক্কী পুন্সিদদি মসি অচুম্বা অমা ওইরি। লায়রবা লুখ্রাবা মমাগী অৱাবা দথা অসি হৌজিক মতমগী অশেংবা দথা ওইরি।

মাগী 'লইরন থোকপা' হায়বা ফজবদা ৱারীমচা অসিদসু লায়রবী থামচাগী পুন্সি উৎলি। লায়রবা থামচা লৌবুক্তা লৌ শুরি। হরাউ-কুম্মে পামজথ্রবা মৈতৈ নুপীনি। অদুবু, থামচাদা লাই হরাউবগী ঈৱাং, ঈশৈ, পুংগী মখোল চওদে। শুরি, কন্না নোম্লি মু থকপা মরাসী অমসুং মবুক লাম্লবা মচাশিং থারুবা। অসোমদনা য়ুম্লোন্নবী তোল্লুপীজগী মশুমুপীনা জগোই শাগনি হায়দুনা ঈৱাং তৌরি, হরাউৰির, লাঙলি। মসিগী ঈৱাংগা কোন্নরি হরাউবগী জগোই, পুখোল, বাঁসি খোঙ্গেল, ঈশৈ অমসুং মীনিল। অইবনা—

স্নুব য়াউদ্রবা থামচাগী অৱাবা যিবম অহ্নগা অমখোনদা নুংঙাইৱবা ঈবাং— অনীগী খেন্নববা মশক অসি চাংদন্নহনা উৎলকপা মতাং অসি য়াম্না ফজে। নাক যেত্তা থোক্লিবা কল্লবা ঈবাংগী ঈসিন্না থামচাদা কন্না কন্না যৈশিনকই অহুবু কবি নাচুংদনা থামচানা খাঙজবি। মসিদা ঐখোয়না হংনিংই— থামচাগীসু মীৎকুপ অমত্তং ওইববসু হবাউ পুংখোল তাবা ঙম্নবা নাকোং অমতংদি। পানহনবিবমদ্রিবা কবিগীনো? 'খুংগুমল'দা লায়রবা লৌমী য়াইমনা মপুক্লিং চেৎনা খনজে— চাবা চাদবা লৌ হেক লোকপা লোইবগা মচান্নুপীসে লুহোংথে নিংগে। অদুব, ঙমখিদে, নীংবা কাযখি। থোক্লক্লিবা ফৌনা খজিত্তা, শিংগদোবনা কোকথোং অমা। মচানুপী লুহোংবগী ৱা য়াম্না লায়। লৈখবে। অহুবু, যাম্নমক ফজবিবদি—মাগী মমঙদা মচানুপী লুহোংবা উবমই। ওইদ্রবা, লাম্না ফংদ্রবা নঙ নত্তনা মখোযগী পুন্সিদা অশেংবা, ওইখোকপা হাযবহু ফজবিরা? মখোযনা পামজবিবা, অাগাহু ওইথোক্রবদা অইবনা মঙ ওইনা উৎলি—লায়-ৱবগী পুন্সিগী অাশাদি মঙনি, অচুম্বা নত্তে। অদুন্ন, হাজিবা শুনী থম্বালগী (তকখাযবকপা) অৱাবসি কবিনো? মসিনা নৈনিবা মপুবোইবগী অমদি চানিংঙাই লৈত্রবা মচাশিংগীদমক ইক্লাই-ইকি হুন্দোক্লনা হাজিবা শুই। ঈবাং থাংলবা মুহোসীনা খুদোংচাবা লৌগদবগী ঙাইবি। অবোয়বদা ইঙ্গিৎ ওইনা, যাম্না মকা ফোঙদনা উংলি— থম্বাল খাউ পাযহনা থোকখি। থম্বালগী নী হন্নবা লৈতবা, অকনবা লাম্থেংদা, ফিবম্না, হিংদবা য়াদবদগী ওইহল্লরিবা মওং অসিদা মীনুংশি অমা ফাউহনবা ঙমই। তশেংবমক, ঐখোয থম্বালবু নুংশি, মাগী নোংদম খিবা লাইবক্কীদমক ঐখোযনা নুংঙাইতবা পোকই। মাগী অতোপ্পা ৱারীম। অমদনা— অঙাং ওইরিবা ইবোতোম্বীনা (নাহংখোল) অশাউবা মৈবি থোক্লহনা নুংহুম অমা খুনগৎলগা মহাজন ওয়া লংশিল্লি—তুকানগী উপু মিংশেল কায়।

মতুনদি কৈদৌনি। মাবু ফাবিরে ফুবিরে তুকানগী পোৎচৈ লাক্লম্লিবনি হায়জিনবিতুনা। তশেংমক্তি মতু অমত্তা নত্তে। ইবোতোম্বী, ঙসাই অয়ুক্তগী সরকারগী চেঙ য়োনফমদগী চেঙ খরা লৌগনবগী ঙাইরিবনি। চেঙ তু লৌরগা অমুক য়োম্থোক্লগা শেম-দোংতুনা চাগদৌবিবনি। অতুগা মমানা হাজিরা শূবা চৎকদৌ-রিবনি। অমাবা মপানা মুম শঙ হৌবা। মী য়ামগ্রে, চেঙ ফংদ্রে। অহুবু, খঙন-চান্নবশিংদদি মহাজন্না লোন্না-লান্না অমুম পীখিবতু ইবোতোম্বীনা উই। লৌরিবা ঈরাংশিং অহু পীক্লিবা অঙাংমচাসিংগী মীত্তদি উরি। "পূম্নমক্ত মাবু লক্রবগুম উই। পূম্নমক্তা খঙই—তুকান্দারনা করম্না চেঙ য়েনবা, সরকারদগী করম্না লৌরকপা। অহুবু, মহাজন্না অহেনবা মমলদা চেঙ থারবসু, মখোয়গী চাকথুং পীবিদ্রবসু, ৱাংনবু পীরবসু, কনাসু হায়কবা ঙমদে। ... লায়রবা খুঙ্গংনি, কনা থোক্রক্কনি। অতুনা, উরবসু উদে, খঙলবসু খঙদে। মসিদা ইবোতোম্বীগুম্বা অঙাং অমনা করি তৌবা ঙমগনি। অহুবু, পূম্নমক্ত উকই।" থিংবা ঙমদ্রবা অশাউবা অমনা নুংহুম মচা অমা খুল্লগা থারকপনি। অঙাং গুইরিবা ইবোতোম্বীনা লিংজেন পান্না, নিপা থোক্না অরানবা পৌওংহু শীংনৈ মানা ঙম্বা শক্তিদা। অহুবু, মহাক মায় পাকপদি নত্তে— মায়খিখি। মাগী শীংনবা মচা অহু পীকপ্রবা ঈপোম মচা অমগুম্না করিগুম্বা নোংলৈনুংশিং অমত্তা হৌহনবা ঙমদনা তুমিন্না অতুম মাংখি। মাবু ফুবিরমই, মান্নসু কন্থি থোক্না ফুবমই। "অহুবু, মমাগী মনীৎ অনীগী পি অহুদি খাম্বা নাইদনা শিন্থরি।" ইবোতোম্বীগী মমানা শিন্থরিবা পি, হাজিরা শুবী থম্বালগী মপুরোইবনা শিন্থরিবা পিরাং, লৌউবায়াইমনা অকাম্বা ৱাহৈনা লাউরিবা— "থোরাইমচাগী নোং, থোরাইমচাগী নোং", লায়রবা মচিন-মনাউদা থৌজিল্লিবা— "অমুবা চুই/অঙৌবা চুই/চুই চুই চুই।", অচাপানবু লমপান ওইহনখিবগী তেংথাখেল—

পুম্নমক অসি পুন্সিগী লাহৈংদা মায়থিবগী থুদমনি, মায়থিরবা নাহে-খোন ওাক্তনি।

× "ৱাহং" দদি অৱাবা পুন্সিগী ফিবম অসিদা নুংগী ওইবা হক-চিনবা ৱাহং কয়া হংলি। মপাম্বোংগী অৱাবা শক্তম উংপগী মহুত্তা নুংগী ওইবা ৱাহং, পল্লেপফম ফংদ্রবা ফলগীদমক্তা হেন্না লাংতক্লবা, পিংবা কায়দা উংলি। যুম নোং থুববা, থুনফাউ থাক্লিংঙাই লৈত্রবা, নমা লুপাবা হন্থব না যেনশাং নাপী য়োন্দুনা লাইরিক হৈৱবা, য়ুনি-ভর্সিগী সার্টিফিকেট পায়রবা মচাবু ৱানা থাক্লি। লাইরৈ, মীচঙ লৈজদে, থবক ফংদে। ফিবমসিদা কাহেনা নীংবা কায়ৱকই—"এগী অশা করি। ঙাইবি করি খওদনা, চাইবি মনি নত্রা? সহিংবা শাতুনা চংলি, মীয়াম্না চংনবা পাউনা বোডকী অচীনবা মবক্তা, মন্দিগী হেনবা করি লৈরি।" অদুনা, মঙাল য়াউদ্রবা মাগী মমিত্তা উববই (লৌমী য়াইমনা মচান্নগী তুহো বা মওদা উবগুম) —মাহুশা শাক্ত চাদ্রবা মীশকশিং ঙাক্তা, (উহল্লিবা, থেংনহল্লিবা খোদোক খবনি দক্তে) তুবানবা অমনা নমথাক তেৌবিৱয়বা যানজদ্রে, পওজববা হন্থবা অমা থেনৈ। মহাক শগোল হৱাই খোল্লগা মনা হুপীগী ফোইপুব অমতংগা য়োংপাক অমপা লৈজগে চাবহুনা ইম্ফালদা কাবকপনি। মশক খওদবা তুবানবা অমনা পোং সমা পাশিনক্তা চেনখি, মাবু তুবানবা তাহনখি। পুলিসনা ফাতুনা শহীং অমা নমথিবদা কাদা থমথি। "তুবানবত্র হিংগ্রেদনা, পওজ-বগী হন্থবত্র চৈবাক বংহৌই।" অমুম্না থেংনৈ পৈশা নিবা, ববফ যানবা বদা কয়া। বাবমনিনা হায়—"চৈফমতনা পুন্সিসি পীক শল্লে। চৈফমশিং অদো এঙোন্দদি ৱাহংনি। খল্লোই য়াদে ৱাহং অমগী মথওদা অমা!" তশেংবমক, নীংবা কয়ববা মুৱ অমসুং ৱাহংতা চাইববা পুন্সিগী শক্তম অমনি।

অৱা-অনাগী ৱাবীশিং য়েকপদা পুন্সিগী য়াম্না মনুং হুনজিনবা

শক্তম অমা য়েক্লিবা য়ারীমচাদি 'অয়ুক অমসুং মুমিদাং' (কাকী মচা) ছায়রিবা য়ারীমচা অসিনি ; হৌজিকী পুন্সিবু তুংগী খনবা ওল্লিব্রা ? ওমদ্রে। কয়া য়াম্না শাংনা য়েংবা ওল্লিবগে ? য়েংবা ওমদ্রে। তুংগী করম্বা আশা, অপাম্বা কয়া তুঙশিন্দুনা থম্বা ওল্লিবগে ? থম্বা ওমদ্রে। অহুদি করম্না হিংলি ? মতম খরগী। মতম খরগীত নত্তে— নোংমগী। নোংমগীসু নত্তে— অয়ুক অমগী, মুমিদাং অমগী। চারা অমখত্তংগী। শুপ্নগী মিৎকুপ অমত্তংগী। অসুক পীকশিল্লবা, অসুক চপশিল্লবা, মুশি মুশিবা মৈরিতা ওাইরবা মঙান্দা হিংজরি— নালা শেংবা মীশক অনীখক— শঙ্কর অমসুং আনন্দ। মুংসিগী শঙ্কর অমসুং আনন্দ নালা শেংই— অমনা নালাগী অমোৎপা কোংখংলি অমনা মহৃদা য়াউরকপা পোংচৈ থি। মবান্নি দিমাপুরদগী ইম্ফালদা লাকুনা ভারা অমদা পূন্না লৈমিন্নখি। চহী মাপল মপুং ফারক্লে মফমসিদা মবান্নি লৈমিন্নরকপা। মবান্নি মশক খঙনদে— কনানা কনানো কদায়দগীনো। খঙলুবগীসু কান্নদে, অসুম লৈমিন্নৈ পাংন-শান্নবা — শিজ্রিঙৈগী মতম খরা। মবান্নি মশক খঙনদবা লমলানবা অনীনি। অহুবু, লৈমিন্নখি, খঙনখি, মফম খঙদবা লমদম অমদা পুন্না লৈখিন্নরি। পীক্লবা মবান্নিগী পুন্সিগী থৌদোকসু য়াম্না পীকই — নোংমগী নালা শেংবা, নেপালী মুপী কায়োনবী গৌরীগী হুকান্দগী কা লৈগনি, গোৎকনি, বেরি লৈগনি, মাগা য়ারী শাগনি, অশংবা মতমদা খবক অতৈ শুগনি। "নোংমগী চারা নালাগী অমোৎপা মরকসিদা লৈ।"

নোংমদি কাগী ভারা লুঃ ৪০ পীনিংঙাই লৈত্রদুনা অরাবা ওইরে। আনন্দসু মখুং শোক্তুনা লৈরে। মবান্নিনা খরা খরা তুঙশিনজবা শেনফু য়েংবদা লুঃ ৩০ দমক ঙাইরে, কোন্নদ্রে। শঙ্করনা শেনচোইশিং অহু গৌরীদা মপুম ওম্থোকপা চৎখিবদা পৈশা অহুনা য়ু থক্তুনা হল্লক্লে। আনন্দ শাউনিংবনা খাঙবা ওমদ্রে। য়ু ঙাউরবা

শঙ্কবনা আনন্দবুস্থ নমহুনা যু পীথক্লে। আনন্দ শাউবগা নেশাগা পাখে। পীক্লবা কা মচা অহুদা হুই চীক্রবগুম চীক্লবক্লে। ফুনবে, নম্নবে। পোংশিং ঈচাই চাইবে, ফক্লাংশিং থোক থোক নোমলে। ঈশিং হৈদোক্লে — ঈশিংনা কাহ্ পুনতাউ তাউবে। মশা পুম্বহুস্থ পুমইত ইতবে। অস্নুম্না নম্নবগী নম্নবগা চোকথবহুনা স্বর থবেং হোল্লহুনা নাকন নাকন্দা তাহুনা লৈনবে। হৌগংপা ঙম্নদে। নোং ঙাল্লে। "আনন্দ যাম্না নুংঙাইনা তুমহৌবি। মচীন ফাউবা শেংবা নন্দনা বেবচান মবেংবান্দা থোক্সংলহুনা শঙ্কব হোরে হোরে কাহুদগী থোকখি।" 'পিকনিক পিকনিক'তা লায়বনা মচিন-মনাউনা ষণ রাইনবি থবো থবো চন্দুনা ঈ থোকপমখৈ — হিংনবা, হিংনবগী উপায ওইনা মচিন মনাউগী মীনুংশি লিপুন কাউথোক্লবহুনা। খুবনা বা সিদনা শঙ্কব অমস্থ আনন্দ অনীনা যু ভাউবহুনা হুই চীক্রবগুম যুনংনবি— মীনুংশি যাউদনা শা-ঙাগুম। অহংগা অমুক হিংসি অহিংবা তাইবঙমীগুন। মখোয়গী হিংনগী পুন্সিদা ংংলোইদ্রবা, অচেৎপা মশী অমনা কপ্না পুনশিন্দুনা নে-তানা মঙাল অমস্থং য়াশা য়াউনা হিংবগা পুন্সি হায়বহুদি ওইদ্রে। অসিহস্থ আশা অমস্থং মঙাল য়াউদ্রবা, নিঙবা কায়বনা থল্লবা পীক্রব, পুন্সি মচা শিং অসিদা নুংঙাইবা, ফজবা হায়বহু শাগোন্নবা ফংদে, ফজবা স্থব তাবা ঙমদ্রে, অমম্বগী অনম্বা মশক ঙাক্তনি— শারমচৎ, চাগা ফংদবা, অরাবা অমস্থং নীবা কায়বা। বাংলা কবি শক্তি চট্টোপাধ্যাযগী শৈবেং মতেক অমা নীংশিংবা য়াই — "Conscience is now circumscribed,/Man is such to day that he will trample/heaped flowers under his feet and go away/To admire or to be found is out of court/today we limit ourselves to darkness ..।" ঙসিদি ঐখোয় অমম্বা মপৈদা লুপশিল্লে।

'বমণিগী মৈতৈ তনুপীদা য়েংলিবা মীৎয়েং অমসুং হৌচিক্কী মতমগী লমচৎ মাঙথবক্রবা নুপা-নুপীগী লৈনবিবা মরী, সেক্স অমসুং মোরেলিটিগী মবমদা নৈনবিবা সমস্যা অসি অতৈ ৱারীমচা ইবশিংদগী খেন্নবা, তোঙানবা মওং অমদা যেংবা থেংনৈ। বীৱমণিগী নুপীদি ওক্কবী নুপী নত্তে অদুগা লমচৎ মাংলবী, লৈখা তারবী শাবমচৎ চৎপী নুপীশিংসু ওইদে। বীবমণিনা মাগী নুপীশিং অসিদা য়াম্না নুংশিনা য়েংই। মপান্থোংগী ঈরাং অমসুং খোদোকশিং অসিগী মনুংদা নোক্লুনা নৈবিবা মীনুংশি, মখোযগী গি লৈত্রবা ফিবম অদু পুথোক্লবা হাংনৈ। মাগী নুপীশিং অসিনা ৱাবিবা, ওইবরিবা ফিবম পূন্নমক অসি সমাজনা থোকহনবা, সোসিয়েল সিষ্টেম অসিনা ওই-হনবা, মতমগী ফিবম্না তকথারকপা মশক অমনি হাযনা উংলি অসিগুম্বা তকথাবরিবা ফিবমদা নুপা থোক্না লাম্লেং-হনবা মবম্না মখোযনা অৱাবা তাবেবা মতমদা ঐখোযগী মীনুংশি লায়না চাংশিনন। ওমই। অদুনা, বীৱমণিগী নুপীশিংদা ঐখোযগী মীনুংশি ৱাত্তে। ঐখোয়না মখোযদু নুংশি। অমবোমদা, মাগী নুপীশিং অসি অশেংবা মৈতৈ নুপীনি। মাগী নুপীশিংনা মৱা-মপুরোহবা, মচাশিং থাক্লবা, মহৈ তম্বা হোংনবদা অৱা-অনা কয়া লাম্লেংনহুনা, ইকাই-ইকি খওদবমখৈ হিংনবগীদমক মখল-মখা কয়াগী হন্থবা, তোঙ্লবা থবক কয়া তৌই। মখোয় থবক কন্না ওই, নোম্বা কল্লি, পুন্সিগী লানফমদা অওম্বা শক্তিনা মায়রোং য়াদুনা চোংথোক্লক্লিবা নুপী ওাক্তনি। মাগী নুপী অয়াম্বা অচুম-অৱানগী ৱাখল য়াম্না চেল্লি, বুদ্ধি লৈ, অক-ফত্ত নাইনা চৎলি, ইজ্জৎ ওাকচবা পামজে। মাগী নুপী মৈতৈ নুপী ওাক্তনি। মথক্তা হায়রিবা ৱাফমসি মাগী নুপী-শিংগী লমচৎ নৈনবগা খওবা ওমই।

✝ ওক্কব নুপি শোধ্বাবু (চেক্লা পাইথ্রবদা) ঐখোয়না নুংশিবা ওমই। ফিবম্না, মতমা, হিংদবা য়াদবদগী মহাক ওক্কবী নুপী ওইখি,

লৈখা তাখি। অদুবু, মাগী থম্মোয়দা লৈবিবা মীনুংশিদি য়াম্না চাউই। মাগী থম্মোয়গী অকুবা মরেপ ঐখোয়না ওনবা ৱানা থোক্কনি। মহাক ওক্তুবানি হায়রবসি কাউরকই। (শরতচন্দ্রগী নুপীগী চরিত্রগা নকশিন্নবকই।) থম্বাল (তকখায়বকপা) হাক্তিবা শুবী নুপীনি। অনাবা মপুবোইবা অমদি মচাশিং থাকুবা নোংমদা নুপা ৫ দং ফংদুনা ৱানা থবক শুই। কবামচাউবা মোহবীনা মীংযেং চঙশিল্লকই, খুদোংচাবা লোৗগদবগী হোৎনরকই। অদুবু, থম্বাল যাদে। মপ্রাকংদা চেৎনা ৱাবকচে। "থম্বাল ৱাঙাং-শঙাংশিং অদু শাবগা শ্বাই শ্বাই ...। ইচে লাল্লিবদি ঐনি, ঐনা সিদা লাক্লম-দ্রস্দি মসি তাখিদ্রা ..? থম্বাল মশা নীক্রে। খঙই মখোয়না হায়রিবশিংদু .। ইনে নুপা পান্নবিবা নুপীনি ... ...। শেন্দু নাঙগে মাংদ্রবসনু, হয়েংদগী শুক্রাক লাক্লবোই।" অচেৎপা ৱাখলগা লোয়নননা মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্না চৎচবী থম্বালনি। ইবেনীমু (ককক্কী মচা ৱাক উপোঙ্কী মচা উবোক) তশেংবা মৈতৈ নুপীগী শক্তম অমনি। খবি যোনবী, লুথ্রাবী ইবেনীগী মপুবোইবা নোফমগী খৎনবদা নোংমৈন কাপ্পুনা হাংখি। মচা অনী যোক্লি। "যাইমাগী নুপী ইবেনী মপুবোইবগী পুকচেল খঙবা, খাঙবা কনা। চপচাবা মৈতৈ নুপীনি।" নোংমা ৱাববা পুন্সিগী তানফম অমদা যাইমানা হায়খি— "ঐঙেদা নৈদনা নঙ যাম্না ৱাবমাল্লে।" মহুদা ইবেনীনা খুমখি— "কনানা হানবিবা অস্তুক নুংঙাইবিবসিদি।" পুমঈং ঈংই, পুমংপেন পেন্নখি থম্মোয অনীমক পীকথ্রবা ৱাহৈ মচা অমমম তনা। মসিদা ইবেনীনা অবা-অনা, নুংঙাইতবা কয়াবু লোয়না থম্মোয়নুংদা ফা-জিন্দুনা থম্লগা নুংশিনা নোক্লমগদবা মায়থোঙদু মিত্তা শং শং উবকই। অমবোমদা এম, কে, বিনোদিনীনা থরোবু (নংগা উম্লবমদ্রবদি) মপি শিন্দুহল্লি অনালোয়রবা মপুবোইবগী সেবা তৌবদা অরোইবা পুন্সিগী খোঙফমদা। মপুরোইবা কুলনা য়াম্না শোন্না

খুমলকই— "থরো নং অসে ওস্থোক্লা ৱারেদকো .. ঐননিকো .. ।" থরোনা পুনা খুন্নকই— "হায়হৈদেদা. করিগী ৱারুদগে" হায়রগা লোন্না মপি তৈথোকই। নুংশিবা থৌদোক মচা অমনি। তৌই-গুম্বসুং মসিদা উৎলিবা নুপী অনীসিগী ফিবম অমসুং থম্মোয়গী মশক অসি খেন্নে। নুংশিরবা মচা অমসুং মন্না হুন্দোকলম্লগা থোইনা নুংশিদবা, মায়থাবা, অনমকন্‌বা নিপা অসিদা ময়ুম পাল্লকখিবী থরোগী অরাবদা ঐখোয়না য়েৌনা নুংশিরুবদি ওমদে।

রজনীকান্তগী 'করিনুংগী' অসি বীরমণিগী 'অতিথি'গা থিমদা মান্নরবসু (মপুরোইবা কায়নরবা মতুংদা মচা লুহোংবগী মতাঙদা মপুরোইবগী যুমদা লাকপা) বীরমণিগী ৱারীমচা অসিদদি ইবোহল অমসুং তমুবী অনীনা কায়নদ্রিবৈগী চহী তবা চুপ্পা থেংনরকপা থম্মোয় অনীগী লাঙ্গাউগী শাংলবা প্লোট অমা উতুনা তমুবীনা মপুরোইবগা কায়নখিবগী ৱারী অসি ময়েক শেংনা উংলি। বীরম-ণিনা উংলি— তমুবী মরাল লৈতবা নুপী অমনি, মপুরোইবগী হেন-জিনবা মীয়েংনা বিজয়গা মরী লৈনৈ হায়না চীংনবনি। তমুবীদা মরানগী নম্বো অমা থোঙ্গংপীবগা চংহনখিবনি। ইবোহলনা তমুবীগী থম্মোয় মশক খঙবা ওমখিদে। তমুবীনা কায়নরমদাইগী মতমদা তুমহনা লৈবিবা মচানুপীচুগী মরায়বক্তা অমুক্তং নাল্লমই। মরাল লৈত্রবী তমুবীনা চহী ১০ গী মতুংদা, কায়নববা মপুরোইবগী ময়ুমদা অতিথি ওইনা মচাগী লুহোংবা য়াউবা লাকপা মতুদা পোক্লকপা তমুবীগী থম্মোয় ঈহুলশিং অহু ঐখোয়গী থম্মোয়দা য়েৌনা য়ৈবা ওমই। ("চহী তবা চুপ্পা মতৈ-মনাও অনীগী মরক্তা থিঙ্গংলম্বা ৱা ঙাংনদবগী পল অহু ওসি মিংকুপ অমদা নমথাইদ্রে।") ঐখোয়না তমুবীগী লাঙ্গদবা থম্মোয় মশক খঙবনিনা মাগী লমচত্তা হেন্না ময়েক শেংলকই, হেন্না মপুংফারকই। রজনীকান্তগী থম্বালদি অতোপ্পা নুপীগা লোন্নবা পামজদবদগী 'নিপানা পাম্বীদ্রবা নুপী'নি

হায়্তুনা মতোমত চংচখিবনি। মাবু নমতুনা লানহনখিবা, মরাল শিবিখিবা লৈতে। ৱাৰীসিদা ৰজনীকান্তনা মপুং ওইনা উৎনিং-লিবদি— থম্বালগী হৌথ্রবা পুসিবু নোৌহোনা অমুক নীংশিংলকপা, মতুদা পোক্রকপা থম্মোয় ঈহুলশিং, ফিবমসিদা ওইৱিবা নুপীগী থম্মোয় অহুবু উংনবা হোৎনজবনি। য়াম্না ফজনম্ব উংলি। তৌবতবু বীরমণিনা লানজদ্রবা নুপীগী থম্মোয় অমা তত্তনা উংপা পামই।

অমংরোমদা, হৌজিক্কী মতমগী নুপীগী লমচৎপু য়াম্না কুপ্না নৈনৱিবা গুণ, প্রকাশ, কুঞ্জমোহন, শ্রীবীৰেন্দ্রসিংবা অতৈ ৱারীমচা ইবশিং কয়াস্থু লৈৱিা মখোয়না নুপীদা য়েংলিংবা মীৎয়েংগা বীরমণিগীগা চাংদম্নবা য়াই। অহানবদা রজনীকান্ত অমস্থুং গুণগী নুপীশিংগী লমচৎ নৈনবা য়াই। মবান্নিমক ট্রেডিশনেল মোরেলিটিদা চেৎনা থাজবা অইবশিংনি। অহুনা, রজনীকান্তনা মাগী 'মেরা থাবল' 'কালেন্থাগী লৈপাকলৈ', 'চীংগী ইমৌ' ৱাৰীমচাশিংদা থম্মোয় শেংলবা, অশাঙ-কনবী, থৌনা ফবী, মীনুংশি চাউবী, লমচং-ব্যবহাব ফজবী— আদর্শ ওইবী নুপীগী লমচৎ য়েকই। শন্না হায়ববদা নুপীগী যজবলা গুণ পুথোক্লনা শংথনবা হোৎনবনি। গুণস্থ (হৌজিক্কী লমচৎ মাঙথবক্লবা নুপীগী মশক খরা উৎলবস্থ) মহোন্দগী আদর্শ ওইবা মীয়েং অহুদি মাঙখিবা নত্তে। 'ভম্ফা থুদোপ যাইওইব'দা অফবা মনেম্বোক, ভাকপী হৈবী মনেম্বোকী লমচৎ য়েকলি।

নুপীগী থম্মোয় য়েকপদা বিনোদিনীদি েোপ তোম্না মওং অমনি। বিনোদিনীগী নুপীদি বুদ্ধি-লৌশিং য়াম্না লৈবী, জ্ঞান য়াম্না তাবী নুপী নত্তে। মাগীদি নুপীগীত ওইবা থম্মোয় মশক অহু উংনবা হোৎনবনা মপুং ওইবা মীৎয়েংনি। অহুনা, থওইনা আদর্শ ওইহন্নবা নত্রগা লমচৎ মাঙলবী নুপীগী মশক উংনবা হোৎনুগে হায়বগী অনিংবা অমা মাঙদা থম্নগা ইরকপা থেংনদে। মাগী অয়াম্বা

ৱারীমচাশিংদা নুপীদা তুঙহনা লৈজবা নুপীগীত ওইবা লমচৎ, থম্মোয় মশক, নুপীগী সংসার ( women's womanliness )—মখোয়গী তোখায় তোখায়রবা মশকশিং অহু য়াম্না ফজনা পুথোক্লুনা উংলি। নুপীগী থম্মোয়-শক্লোন কয়ানি, মচু মচুনি— থোং মেঙবা, তম্না, ঈংবা নুপীগী গুণ ওইরি; মখোয়দা অশোনবা মিংকুপ কয়া অমসু লৈ; মখোয়না নিপাদগী পামই মখোয়বু নুংশিবিবা, গুণগী মখোয়গী থম্মোয়বু মশক খঙবিবা; মখোয়গী থম্মোয়দা নুংশিবগী মতাংদা অশোনবা কয়া লৈ— য়াম্না খাঙবা কন্না নুংশিববু চেৎনা ফোন্দুনা থম্বসু ঙমই অহুগা নুংশিববু হেক্তা মীরাইবসু ঙমই; মখোয়দা লেজব, নৌজবা, ৱারৌজবা, ওইনজবগী মশকসু লৈ; থম্বন চাউই, ওইনজবসু পামই, য়াম্না পুক্লিং নৌগল্লি......। নুপীগী থম্মোয়বু ফনানা খঙবা ঙমগনি — কালেন্থাগী লৈচিন্নি! বিনোদিনীনা অসি-গুম্বা নুপীগী থম্মোয় অসিবু ৱারীমচাশিংদা উৎনবা হোৎনৈ। য়াম্না ফজনা, মায়পাকনা উৎপসু ঙমই। মাগী ইবেন ৱতী' ( নুপীগী থম্মোয়দা ফুমহনা থম্লিবা অরোনবা থম্মোযগী মশক ), 'ঐগী থাহৌ-দ্রবা হৈতুপ লালু' ( মপুরোইবা অমসুং মচা কায়নখ্রবা তম্পাক্কী থম্মোয়দা ফুমহনা লৈখ্রবা নুংশিবা অহুবু মিংকপ থোকহল্লুবদা ওই-রক্লিবা থম্মোয়গী ঈরাং ), 'য়ুমগী নুপী' ( হোৎনবা কনবী, খাঙবা কনবী নুপীগী থম্মোয় অহুগা অমরোমদনা অমুক মিংশেলগুম কায়-গনবা থোংলবা থম্মোয়-নিংঙাইগী মশক ), 'সুর' ( ঈশৈদা মশাগী থৱায় লুপখ্রবী হনুবী অনদা কলাগী ঈখৌলাংবহু পামজবা ফংদবগী অৱাবা মশক ) অমসুং 'ইমাতোন'নচিংবা কয়া কয়া।

বীরমণিগা বিনোদিনীগা খেন্নবা মশক অসি বীরমণিগী 'লম্মাংনবা' অহুগা বিনোদিনীগী 'নংগা উম্নরমদ্রবদি' হায়বা ৱারী-মচা অনী অসি চাংদুনা য়েংবা য়াই। ৱারীগী থিমদি মাম্নে— লুখ্রাবীনা অমুক ময়ু...বগী ৱায়ীনি। 'লম্মাংনবদা' বীরমণিনা

উংলি— নৌনা লুখ্রা ওইরবী, মপাগী তম্পাক মশক খঙহৌদ্রবা, চহী ৫ তা ঙাইরিবা মচা অমা লৈরিবা ইবেমহলনা মচাগী অমদি তুংগী পুন্সিগী খনবদা মাবু কোল্লিবা মনেনা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক মযুম পান্নবা থেম্বদা পুক্নিংগী অচেৎপা ফিবেপ অমগা লোয়ননা য়াখিদে। মনেনা কন্না থেমই— তুংগী খল্লু, হিংলগা লোযবে, নুংঙাইরগা লোয়বে। য়াম্না খল্লবা মতুংদা ইবেমহলনা য়াখিদে। মানা খল্লি— তুংগী পুন্সিদা হৌজিক্কী পুন্সিবু থাজবা মাঙহল্লি। মযুম পান্নবী নুপা অমনা মচা অহু হুন্দোক্লম্লগা অতোপ্পা অমদা অমুক মযুম পানবা হায়রবসি ফজবা, অচুম্বা, অফবা নত্তে হায়বসি মাগী অচেংপা ৱাখল্লি। অহুনা হয়েং তুংদা ওইরক্কদবা অৱাবা ফিবম (পোকমিংদবা মচাশিং খংনবক্কদবা, অসিনচিংবা) অহু ভাবনা শাহুনা ... ক্কী মিগ্না শং শং উংল্লি। (বীরমণিনা মিত্তা, মঙদা ইহনবগী ...ক্লিক অসি অপাম্বা মতমদা শীজিন্নে।) অহুগা অবোইবা ফিরেপ্প তম্পাক্না হায়বকই —"ঐদি হায়খ্রবত্থানি শুকচেম ঙমলোই।"

বিনোদিনীগী নংগা উন্নবমদ্রবদি (বীরবীগী থোদোক য়াম্বা হেল্লি, ৱারীশ্ব চাউই) অসিদা খবোশংবীগী খম্মোয মশক অমা উংলি। ৱারীসিদনা খবোশংবীগী হৌখিবা পুন্সিগী অধ্যায নী শিং-লকপনি নহুগ বীবমণিগীনা তুংগী পুন্সিগী অৱাবত্থ খিত্তং ওইনা থোদোক মচা অমা ওইনা নী শিংহুনা উংপনি। খবোশংবীনা হান্নগী মপুবোহবগা বায়নববগী মতুংদা চহী মঙাবোম শুরাবী মচানুপা অমা পুরকুনা মমাংলানগী ইমুংদা মৌ নহা হল্লকপা অমা ওইনা লৈ। ইকাই খঙদবা, মাযহাৱা ইম্ফালগী কুলনা চহু অমা চুপ্পা থেমই, যাদে। খবো মচাগী খল্লি, পামদবা মীদা লৈপদোবগী শকক হায়হুনা অহানবদা যাম্না কন্না যাবমদে। অহুবু খবোগী পুক্নিং হোংলকখি। মসিদা বিনোদিনীনা য়াম্না বোমান্তিক ওইবা ঈবাং পুশিল্লকই— অহানবা উন্নবগী মতাং, সাইকল তুবা; থাবল ফরবা অহিং অমদা

মতোমত ফৌ শুবা অতুগা মখোয়গীদা নুমিদাং অমা লেকপগী দৃশ্যশিং। থম্মোয় কল্লম্লবা থরোশংবীগী ৱাখন্দা অহোংবা লাকখি, ফাজিনবা ঙমখিদে— "মাগী থাজদবা ৱাহৈ অতুদা থরোম্মু খঙহৌদনা মমাই ঙাংই .... শোল্লকই— অম্সুক থিগ্রবা শক অসিদা কনি লৈহুনা ঙম্সুক্কী মতীক পাম্লিবনো?" নোংমনা থরোনা চাক থোংহুনা কুলথু পীজে। চাক চারবা মতুংদা থরো তুম্বা য়াবমদে। "থবোনা তপ্পা হৌগংগ্রে, মাগী ফিগাইরুক্তা পাম্মুনা থমজরবা ফিথুপ খুদিংগী লৈহাও লৈরেম্না, অগী মনম্না চুরবা ফিহুপ অতু লৌথোক্নুনা নুপা অহুদা তনা তপ্পা ইপোম নায়দনা কুপথবিরুরে।" ৱারীনিদা বিনোদিনীনা নুপীগী থম্মোয় ঈবাং, থিংবা ঙমদ্রবা থম্মোয় মশক, ফাজিনবা ঙমদ্রবা শোম্বকপা মিংকুপশিং অতু ফজনা উ লি। বীরমণিগীনা ফাজিনবা, লাকশিনবা ঙম্লবা নুপীগী থম্মোয়, পুরুষগী মশক উংলি। নুপীগী থম্মোয়দা য়েংবা তোথায়রবা মীংয়েং অমমম্নি।

কুঞ্জমোহন অমসুং প্রকাশনা নৈনরিবা হৌজিক্কী নুপীগী মশক, মোরেলিটিগী সমস্যাগা বীরমণিগম্ম্ মান্নদে, খেন্নবা লৈ। কুঞ্জমোহন অমসুং প্রকাশনা হৌজিক্কী লমচং মাঙথরক্লবা মশক উংননবা হায়হুনা লমচং নাইদ্রবী নুপী কয়াগী শক্লোন পুথোক্লকই। মবাম্নিনা হায়বা পামই —হৌজিক্কী মতমদা মশাগী ইজ্জৎ খঙদবী, লমচং-নাইদবী, গুক্তবী নুপী কয়াম্ম লে। মখোয়না নুপীগী মায়দা হামুক তৈশিল্লি অহুগা হায়বা পামই— মখোয় অমোংপা পক্লে। অম্মুন্না প্রকাশনা 'মচা', 'মমা', 'মনোরামা', 'ৱাকৎ', 'লমন খুম্বা', 'কবোক্লৈনচিংবা ৱারীমচাশিংদা অপাম্বনা খুত্থুম চল্লবী, অচেৎপা ফিদম অমসুং ৱাখন্না পুনবা ঙমদ্রবা নুপীশিংগী লমচং য়েক্লকই। 'মচা'দনা মচা পাম্বগী-দমক নত্তবা লমচং চৎপা, 'মমা'দনা মপুরোইবগা ভিন্নবা ডাক্তরগা লোন্না মরী লৈনবা অতুগা 'ৱাকৎ'তনা লোন্না মকম্বী থম্বা উংলি। 'কবোক্লৈ'দনা হেয়োনবী কবোক্লৈনা গুক্তবী গুইবগী ৱারী উংলি।

মচা-মৱা থাকপদা ৱারৱ্ৰ. কবোক্লৈদা নোংমা ক্বায়োনবী তম্পাক্লা হায়খি— "নংননে পৈশা পুগে হায়বগী ওইরবদি লম্বী লৈ ইচে উপায় তৌবিগে খুৎপায়শেল ৱাংলোই।" কবোক্লৈ উপায় অহু মুন্না খণ্ডই। মশা খণ্ডনা অমসুং মগানা য়াজনা তৌগম্বী ওইজখিবনি। কুঞ্জমোহনগী 'ৱানোম্বা', 'ৱাখল', 'করিনুংগী' হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিদা লমচৎ মাণ্ডথৱকপগী মশকশিং নৈনরি। মাগী 'ৱানোম্ব'দা বিমলনা মাগী থবক্তী প্রোমোসন ফংননবগীদমক্তা মাগী নুপী প্রয়লতাবু চিফ সেক্রেটরী বেনুধরগী ময়ুমদা ৱানোম্বা থাই। প্রয়লতাসু করি অমত্তা নাচৎবা তৌদনা য়াচংবদা চিফ সেক্রেটরীগী ময়ুমদা চংখি। 'কান্নবা ফংনবগীদমক্তা মশানা য়ানা মশাবু য়োম্থোকচৈ। প্রকাশ, কুঞ্জমোহন অমদি অতে অইবা কয়ানা নুপা-নুপীগী মরীদা, নুপীগী শাজৎ লমচত্তা মাণ্ডথরকপা মশক অমা উংলিবা অসি ট্রেদিশনেল ভেলু অমসুং মোরেলিটিবু হৌজিক মতমগী মশাগী কান্নবত য়েংবা, য়াম্না ম্যাটিরিয়্যালিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংনা নমহংখিবদগী ওইরকপনি হায়বসি উংলি। অহুবু (ফিবম্না, মতম্না, হিংবগী কল্লবা লাম্হেংনা মীওইবগী পুন্সিদা শোতুনা, মতুংগী থোক্লকপা কূপ্লবা মীওইবগী মবী অমসুং মতুনা থেঙ্গাইরকপদা হোংলক্লিবা ফিবমশিং অহু য়ৌশিন্না উতুনা, মখোয়বু অসিগুম্বা নুপী অমা ওইহল্লকখিবনি হায়বসি কূপশিন্না উতুনা পুথোক্লকপদি ৱানা থোক্লি। মসিগী মতাংদদি বীরমণিগী ৱাখলগী ফিরেপ ময়েক শেংই অমসুং ফজে। মহাক থায়নগী পরম্পরাবু থাজৈ, য়াই, পাম্লি। অহুবু, ফিবম্না, মতম্না, হিংবগী লাম্হেংনা মখোয়বু কন্না তুহংনবা হোংনরকই। মখোয়গী শেংলবা থম্মোয়, ফজরবা লমচৎ-শাজৎ, মীগী মমল পূম্নমকপু মুনবিনবা হোংনরি। অনীগী কল্লবা চৌংখায়নবগী লাম্হেংদা ৱানা খাণ্ডলিবী বীরমণিগী নুপীশিংনি।)

পূম্নমক অসিদগী খরা তোপ্পা লেপ্লিবনা শ্রীবীরেন্নি। মাগী

'নাম্বোকখি', 'শেগাইরবা কুরাংপান'নচিংবা ৱারীমচাশিংদা নৈনরিবা সমস্যাদি মোরেলিটিগী ৱাফম ঙাক নত্তে। মতমগী মহিং অমসুং মতমগী ৱাখলোন্না পুরকপা। মীৎযেং অমবু, হুংগী ওইবা পুক্লিংগা ফিবম উক্তুনা, বিয়্যালিষ্টিক ওইরবা অয়ুক-সুমিদাংগী পুন্সিগী মশক অসিদগী কাখৎখিহনা, কল্লবা ৱাহৈ ৱাতা, নীংবা কায়রবা অমদি শাউরবা ফিবমদা, পল্লেপফম খঙলক্তবদগী ঙাউচুনরবা মওং লৌ-রকপা হৌজিক্কী পুন্সিগী ফিবম খরা য়াম্না সিম্বোলিক অমসুং রিলিকেল ওইনা ফোংদোকপনি। মাগীদি পুন্সিগী মীয়েং অমা উৎপনা মপূং ওই। মীৎয়েং অসিদা মুপা নুপীগী মরী অসি তাই-শিন্নবা য়াদ্রবা, শন্নবা য়াদ্রবা ফিবম ওইনা ফোংদোকপনি।

শ্রীরমণিগী থোইদোক্লা পাবা নুংঙাইবা অমসুং ফোংদোকপদা-হৈশিংবা উৎপা ৱারীমচাগী মখল অমনা মাগী ইচম-চম্বা থৌদোক খরদা য়ুমফম ওইবগা ইবা, মরুওইনা ঈরাং (Atmosphere) উৎনবা হোৎনবা ৱারীমচাশিং অসিনি। মখলসিগী ৱারীশিংদি – 'য়ুমপুরীগী ঈশৈ', 'বোম! বোম!', 'সনা খুদোপ', 'মতৈ-মনাও' অসিনি। হায়-রিবা ৱারীমচাশিং অসিদা পুন্সিগী নত্রগা হিংবগী অকবা সমস্যা নৈনবা থেংনদে। য়াম্না চম্বা কবিস্থ লৈতবা থৌদোক অহুগা মহুনা অচৌবা, অকুবা সমস্যা, ক্রাইসিস অমা ওইহল্লকপা, থৌদোক অহুদা মপূং ওইনা ঈরাং উৎপা অহুগা থৌদোক অহুগী ৱারীদা চেন্নরিবা মীশিংগী নুংঙাইরবা মরী অমা উতুনা ইবগী খুংই মওংনি অপীকপা থৌদোক অমসুং অচৌবা থৌরাং অনী তাইশিন্নহুনা থম্লগা নুংঙাইনবা হোৎনবনি। 'য়ুমপুরীগী ঈশৈ'দা (অহন ওইরবী হমুবী অমনা য়ুম পুবা, শেন্নবা, মমৌ অমসুং মশু ৱারকপা, কৈথেন কানবা হোবে হোবে তৌবা, পুংদোলগী মশুমিপানা ওম্বরকপদা পাখৎচবা, ঙাই-হাক্তং লৈতনা লাং , ("মী মঙাতা লৈবা ইমুঙহু হমুবীহুগী খোঞ্জেল নত্তনা অতৈ তাদে।") অসিনচিংবা ঈরাং উৎলি। ৱারীসিদা

ধীরমণি মায়কৈ অসোমদা অহানবা চাংয়েং তৌবা অইবা অমা ওইরমসু মাগী ৱারীমচাশিং খরা অসি য়াম্না মায় পাক্লবা চাংয়েংনি হায়না লৌবা ঙমদে। মসিগী মথক্তা, 'হুইগী রচনা', 'হন্নুবা অমসুং য়োংয়াম' অসিদি ইয়ান য়ানশিন্নবা মওং ওইনসু তৌই। অসিগুম্বা মথংগী ৱারীসিদা লৌখংপা য়াবদি 'মিরাং' অমসুং 'মীথুংশঙ'নি। 'মিরাং' কৌবা তেল্লবা ৱারীমচা অসিদা মিরাংনা নুমিৎ কয়ানি কল্লা হোৎন-জহুনা তিন-কাঙ, কুরাক, চবাং ফাননবা লাং অমা শাজরে। মরায়বক ফহুনা চরাং অমা থুররে। অহুবু অরাবদি— উথক্লা তোংলম্বা চবোই অমনা পায়থরকুনা মিবাং অহু থদৎলে অহুগা চরাং অহু চেন্দুনা পুখ্রে। মিরাংগী লাইবক — অৱাবা দযা হৌজিক্নী তাইবঙমীগী দযানি, অঙম-অঙম লাক্লবনি, শেৎ-শেতুনা চানবনি। লায়রবগী অৱাবা, গতি লৈত্রবা মী না লাইবকসু কনাদা ভায়নরুগনি কবি সমরেন্দ্রগী শৈরেং মকুক অমা নীংশিংবা য়াই— "লাইরবগী ইমুংদা/লাইরবগী মনাক্তা ফমলুই লাইরবনা পীরবই চাউরবা নুংথুম অমা/নরাইবক্তা শু নুং অহুনা হায়রকই/" (লাইরবগী ৱা)। 'মীথুংশঙ'দা সিম্বালিক ওইনা তাইবঙমীগী ফিবম (human situation) অমা উৎলি। তাইবঙমীগী মপাগী ওইবা ৱাখল, নীংতম্বা, শক্তম লৈরকুহনা অসুম অসুম মীয়ামগী চংনবী অমসুং ঈৱাংগী নীংয়েংদা লাং থুখিবা অহুগা মখোয়গী গতি লৈত্রবা, দযা তারবা মী (....) ওইখিবা। ৱারীসিদা বীরমণিনা উৎলি — মীথুংশঙদা থুংলবা মী খুদি মক জগোই শানা তাই, ঈশৈ শকপা তাই। অনৌবা থুংলবা মী অহু মতৌ তমহনা জগোই শানা, ঈশৈ শকপদগী চুশিনখ্রে, হৈনখ্রে। মহাক থাদোকপা-নাম্থোকপা ঙমদ্রে —"এসু খঙদে। অহুনা ৱাই, কপই, শাওনিংই, অহুবু মীয়ামগুম্না জগোয়দি অহুম শাই, ঈশৈদি অহুম শকই।" ৱারীগী থিম অসি আইওনেস্কোগী মসিংচৎলবা ড্রামা 'ৱাইনোসরস' নীংশিংলকই।

বীরমণিগী ৱারী লীবগী টেক্নিক অমসুং ইবগী ষ্টাইল অসি য়াম্না চম্না ফজবা অমনি। মাগী ৱারী লিবগী মওংনা (narrative style) অহৌবা, ময়ায় অমসুং লোইশিনবা হায়দুনা পবীং নাইনা খোঁদোকশিং অমসুং মথং-মনাউ নাইনা লীশাংশিংনা লীগী মওং নত্তে। ৱারীদুগী তুংগী থোঁদোক অমনা মাঙদা হেক্তা থমই অদুগা লোংলোপ্লুনা থোঁদোকশিং অদু মথং মথং ওইনা মায়থুম হাংদোক-তুনা উংসি। খুংই অসি মঙোন্দা য়াম্না চূননা থোকই অদুগা য়াম্না মায়পাক্লবু শাজিন্নে। মসিনা ৱারীগী অহৌবদা কাউঙমদ্রবা থোঁদোক অমা উত্তুনা অপাবশিংদা ঈথৌলাংবা অমা পোকহল্লি। অদুনা মাগী ৱারীগী অহৌবসি য়াম্না ফজবা খুংশেম অমা ওইবি। মাগী ৱারীমচাগী অহৌবশিংদা তুংদা থোক্লকদবা ৱারীদুগী মকওইবা ৱাফমদু ফুমদুনা ফোঙদোকপা থেংনৈ খুদম ওইনা — "ঙসিদি শঙ্কর মথন্তা ঙায়রে ...।" (অবুক অমসুং নুমিদাং) মসিদা শঙ্করগী থোঁদোক মচা, শকুম অসিনা ৱারী মপুমগী ইঙ্গং তাক্লি; "ঙরাং কেথেল মচাদা পাঙথোকপা মিটিং অদুগা উকবদগী কবোক-লৈ থোনা অমা লাকপগুম তৌই।" (অবিকার), "ঙসিদি খাম্বা য়াদবমখৈ শাট্রে কুমারদু।" (মতৈ-মনাও), "মহৌশানা ভোমাল য়াহৌ ঙনগল্লি।" (লৌখোং মন্ত্রী, ভয়া কেশো), "লুহো বদু অশোই অঙাম য়াওদনা লোইশিনখ্রে।" (অতিথি); "অসিগুম্বা পুন্সি মবেন অসিদা পুন্সিনা ওইরক্নি খঙলম্লবদি পুন্সি কানা তুংগী পুন্সিবু খোরাংলুগনি।" (লম্মাংনবা) অসিনচিংবা কয়া। ৱারীমচাগী ফজবসি অহৌবা অমসুং অবোইবদা লৈ হায়বসি অচুম্বনি।

অদুগা বীরমণিনা লমচৎ য়েকপদা চরিত্রশিংগী নুংগী ওইবা মীশক (psychological subtlety) অদু উংনবা হোংনদে। করিগুম্বা থোঁদোক মচা অমনা, ৱাহৈ মতেক অমনা, ৱাঙাং-শাঙ ং

খরনা মন্নুং য়ৌশিনবা লমচৎ তাকপা ঙমই। মাগী ৱাহৈ-ৱাত্না চমই, থোংনৌই। অয়াম্বা মতমদা রোমান্টিক ওই। মসিনা মতমসিগী লৈত-লায়ব, তোল্ল-তাববগী পুন্সি উংপা মতমদা চুশিন্নবা য়াদনা, তোথায়না ৎাহুনা লৈবা লোনগী মফোঙদোকনু ওইহন্দে। ৱাহৈ খবতনা, খজিক্তনা য়াম্না ফোঙদোকপা হায়বা ৱারীমচাগী মথৱাব ওইবিবা মগুন অসি মাগী ৱারীমচাশিংদা শোয়দনমক য়াউরে। মসিনা মাগী ইবগী হৈশিংলবা গুণ ( artistic skill ) অহু ময়েক শেংনা তাক্লি।

বীরমণিগী ৱারীমচা খরগী পোলোয়দা ওন্ন-তৈননা, ওস্থোক্লা থাজদনা অৱাবা ফল তারকপা অসি ফোঙদোকপা থেংনৈ। খুদম ওইনা পনবা তাববদা—'শামু দশা কত্তবা অমস্নুং হঙোই' ( সস-পেন্দ তৌবিকরবা ইবোতোম্বীনা ৱানা হোৎনহুনা থবক হনজিন্নবা পৈশা পীজকরে। হয়েংদি ওর্দর থোক্লগনি। অহুবু ওর্দর থোক্ক-দোবিবা নিংথেমচাহু নোংমৈনা কাপ্লুনা হাৎখ্রে); 'মোখোং মন্ত্রী, ভয়া কেশো' ( তোমালনা মাগী ভায়া মন্ত্রী লাকনি, মযুমদা চাক চামিন্নবগনি হায়হুনা থোঙ্গান্দা লফুগা য়ুংলহুনা খোরাংনা ঙাইহুনা লৈ। অহুবু, মন্ত্রীহুদি গাড়ী খাম্বিরমদনা অহুম থৌখ্রে ); 'দার্জ্জ-লিংগী চা' ( মেরাজাউনা লুপাগী নোট শেগায়বা অহু চৎনবা হায়হুনা ফুটপাতদা চা যোনবা নিপা অনদগী নমথাক তৌহুনা চা মনা লৈকই। মযুম য়ৌবগা চা মনা ওইরমদ্রে, হোৱাই মকুপ ঙাক্লা ওইরম্লে! ) অসিনচিংবা কয়া। মসিগী মথক্তা, পুকচেল শেংনা থবক তৌজবা, অচুম্বা চংচবা মীনা হৌজিক্কী মতমদা দবা তাবা, অৱাবা নংবা ৱারীশিং:—'কোঞ্জেং কোকফাই', 'ৱামৈ', 'ইন্সপেক্সন রিপোর্ট'নচিংবা অসিস্থু অসিগুম্বা মথলগী ৱারীশিং অসিদা চনবা য়াই। ৱারীশিং অসিগী মকমদা বীরমণিনা মরাল লৈতনা ওন্নতৈননা অৱাবা তাবা মীওইবগী লাইবক ( tragic irony ) গী মশক অমা

উংলি। ৱারীশিং অসি পাবদা ঐখোয় নোকৃবা হোংনৈ। অদুবু, নোকপদি ঙমদে। Guy de Moupassant গী ৱারীশিংগী অরোইবদা অৱাবা, লুংঙাইতবা ৱাফম অমা য়াব্দুনা থমই হায়বগুম্না ("the sharp sting in the tail") বীরমণিগী ৱারীশিং অসিদসু ওখোক্লা নীংবা কায়রবা, তৌজমনগী মহৈ অমত্তা ফংদবা, ওন্ন-কৈ তন্না খোকপা খল ঙাক্তা ওইবা, অৱাবা সুর অমা হেক হেক ঈরোননা উংপা থেংনৈ। কপ্পা অমসুং নোকপা মচিন-মনাউনি। পুন্সিসি নোক্লিংবা ফাগি অমনি।

বীরমণি হৌজিক মতমগী চপচাবা ৱারীমচা ইবা অমনি। মহাক মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিংগী মরক্তা অচৌবা মফম অমা কল্লি। মাগী ৱারীমচাশিং অসিনা মতমসিগী মণিপুরী ৱারীমচাগী মায়কৈ অমা তাকপদা নত্তনা য়াম্না শক্তি লৈরবা ঈহৌ অমত্তু ওইরি। মাগী ৱারীমচাশিংদা মতমসিগী অৱা-এনা তারবা, শক্তি লৈদ্রবা মীওই-শিংগী পুন্সিদা য়াম্নক মন্নুং তুনজিনবা মীন্নুংশি অমগা লোয়ননা উংলক্লুগা মহাকপু লৈ-ঙায়রগী মীচঙদা ইচঙগোনা লেপ্পা ওইবা শামা ওইহল্লি।) মাগী ৱারীমচাশিং পারগা পুক্নিং নোংথোক্লকই, চপনিংলকই, পুক্নিং খায়শাউরক্লুই অতুগা পোৎফম খঙলক্কে। খঙদে, করিগীনো পুক্নিং অশুক লুংশিক্লরিবানো ঐনা নীংশিংবা খেননু—Sean O' Faolain না মতাঙ অমদা হায়খিরদুনি—

'The truth about the good short-story is poetical: it lies in a pointed vision, a sort of eclaircissement of an inward eye-flick, the fixing of an unforgettable 'thing seen.'"

# নোংমা পাচা মীতৈগা

পাচা মীতৈগী ( ১৯৭৩ ১৯৯০ ) মবমদা ঐগী ডায়্যাবি, নোট বুক কয়াদা ইশিনবা রাফম কয়া লৈ। মবমদি মাগী পুন্সিগী মরমদা কবিগুম্বা খরা ইগে হায়বসি ঐগী অনীংবনি। ইজবিবা রাবেং মতেক অসি পাচাগী সাহিত্যগী মরমদা নৈনবা রাবেং নত্তে। মানা হিংলিঙৈ তাং ৬।৬।৮৯ দা মানা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকপা মতমদা, মাগা রাবী শাবা, মাগী লাইবিকশিংগী মবমদা হংবা রাহং খবদা মানা খুম্বা অহু ঐনা শম্না ইশিনহৌবনি। মসিদা রাহংগী শতক থোক্লাইনা যাউদে। মানা খুম্বা অহুতংক শম্না শম্না ইশিনহৌ-বনি। মসিদা পাচানা ইবা হেক হৌগংলকপদগী মথং মথং ইরকপা লাইবিকশিংগী মথং-মনাউগা লোননা লাইবিকশিংদা মানা উংনিং-লিবা মক ওইবা রাফম কয়া শম্না য়াউরি। ঐনা হায় — "পচ, নঙনা লাইবিক ফোঙবদা মথং-মনাউ নাইনা ইবা লাইরিকশিং ফোঙবা নঙবদি নঙগী লাইবিগী মবমদা চমন্নবা কয়া লৈ। অহুনা শোক — তাবিক্কী মতুং ইন্না মথং মথং ইবকপা লাইরিকশিং অতো নীংশিংবা চমগদ্রা? মহুগী মবমদা খরা হায়বস্মূ। ঙসিদি ভান য়াম্না চারে" মানা খুম্লকই, "কোনে। ঐনা নীংশিং বা মথে পায়গে।" মতম অসি মানা শিগনবা চৎনা অমপোম রাংলি। মশাদি যেংবা য়াদ্রে— যাম্না শোকচিল্লে। ঐনা হায় "নঙনা ইবম্বনি নত্রগা হায-রম্বনি হায়বসি মীনা হয়েং থাজবেতই। অহুনা নশামক্কা ভাব তানা ফোঙদোকখিবনি হায়বসিগী সহি তৌবগা রারোল অমস্তু ইবস্মূ। মহুমস্তু মানা ইরম্মী। মহু মখাদা হাপলি। অহুগা মানা তুমিং অহুদা ঐখোয়দা লাকপগী ফিভম অহুস্তু ইশিন্দুনা থমহৌই। মহুস্তু মখাদা ফোঙলি। রাফম অমনা, তুমিং অহুদা ( হায়বদি তাং

৬ । ৬ । ৮৯ ) ইশিনহৌবা নত্তবা, মাগী লাইরিক্কা মরী লৈনবা ৱাফম খরা, ঐনা মমাঙঙৈদা ইশিনখিবা খরস্থু মতাঙ চানা হাপচিনবা য়াওরে। মসিনা মাগী ৱাখল, মীৎযেং মশক খঙবদা মতেঙ পাংগনি নীংজৈ। ইজরিবা খরা অসিদা অনৌবা অমত্তা থোইনা হাপচিনবা, শেমদোকপা লৈতে। হান্নগী অহু করি অমত্তা কায়দনা থমজরি। ইজরিবা খরসি পাচা মশাগী মোতনি।

## পাচা মীতৈ মশাগা ৱারী শাবা

তাং ৬। ৬। ৮৯

অঙাওবা নিপা মাল্লি। ফৈজোম শেগায়বা অমা শেংলি। ফি শেগায়বা, অমুবা অমা ইল্লি। য়াম্না মোংলি। ঐগী ইচাশিংনা হায় পাবুংগী ইমান্নবা, য়ু থকপা, অঙাউবা মানবা নিপাহু লাকলে। অযুক পুং ৭ তগী ৯ ফাউবা ৱাবী শাই। ৱারী শারিঙৈদা মনপ শিংপা ৩/৪ রক মপান থোকই। চুকপ হংই— চুকপ লৈহল্লুই। বেড়ী মপুন অমস্থু লৈহল্লুই। মাগী ফিবম য়েংবা নুংঙাইতে। অবোই-বদা ঐনা লুঃ ১০/- পীখি। মানদি লুঃ ৫/- দং পীযু হায়বনি। ইংরেজী খবর মচা অমা পায়রকই। মহু পাযহুনা থোকখি।

তাং ৬। ৬। ৮৯ ইং

## পাচা মশানা ইবা খরা

ঙসি তাং ৬। ৬। ৮৯ গী অয়ুক্তা ঐগী মকপ প্রোঃ এনঃ তোম্বী সিংহগা মাগী মযুমদা ৱারী শাবদা ঐনা মতমহুদা নীংশীংলকখিবা ৱাখল লোয়ননা ৱাফম খরা ৱারী শাবদা ফোংদোকখিবনি। থৌয়াম পুবদা নীংশীংবা শংলুদ্রবা ঈৱাখল নৌহোননা নীংসংবা ফংহল্লে। মমল নাইদ্রবা পুংজা ওইখি।

কাউরক্কনি হায়বা থাজদে।

মরুপ,
পাচা মীতৈ

তাং ৬। ৬। ৮৯

## ৱারী শাবদা ইহৌবা মথং-মনাউ

করম্বা মতমদা ইবা হৌখি ?

চোইনা ইবা হৌই, Complete form দনা "আনন্দী" ইবা হৌই। মসি ১৯৫৪-৫৫ দা ইবনি। লোইবস্নু চহী অসিদা লোই। (থিমদি ?) থিমনা-নুংশি-নুংঙম্লি। Traditional, romantic novel অমনি। (ৱারী ?) মপা-মমা খঙনৈ। মচা-মচা নুংশিনৈ। আনন্দীগা নুংশিনৈ। মীরোল্লি। মবুংনা ফুই। মমিং তাঙই। শিখি। (উংনিংলিবদি ?) নহা ওইরিঙৈগী নুংশিবনি। মতমসি ঢাকাদা লাইরিক তম্বা চৎনরিঙৈগী মতম্নি। মরক্তা শৈরেং খরস্নু ই।

মথংদা ইবদি ?

"শামোইনু"। ইতিহাসদা য়ুমফম ওইবা নোবেলনি। নিংথৌখোম্বগী মতমদনি। (থিমদি ?) থিম্না অপাম নুংশি। খুমনগা মৈতৈগা লৈনবা মরী য়াউই। হিরোইন অনীনি। অমনা লৈমা ওইখ্রে। শামোইনুনা নিংথৌখোম্বগী মচাগা নুংশিনবনি। (তংশংবা হিষ্টোরিকেল কেরেক্তরগা ?) ভাবনা শেম্বা-কেরেক্তরনি শামোইনু। মচা পোকলে। খুমন নিঙোল্লি। নিংথৌনা য়াদে। চঙহন্দে। খুমন নিঙোন লৌবা য়াদে। মতোমতা শিক্লখি। (ইবা মতমদি ?) ইবা ১৯৬০-৬১ দা ইবনি।

মথংদি ?

"থানিল"। নোবেলনি। ইং ১৯৬৩ দা ইবা লোই। মসি ইবদা চহী ৩ চঙই। (ফোঙলবসি নত্রাও ?) ফোঙলে। ইং ১৯৭৯ দা নম্বা হৌই। ইং ১৯৮২ দা ফোঙই। নম্বদা চহী ৩ চঙই। ('থানিল' গী মরমদা ৱারী শাখিবা কয়া লৈ। তাং ৩। ১। ৭৯ দা ইশিনবা মতেক অমা লৌথোক্লি-মহাক্কী নাবা হংবা চৎপদা 'থালনি'গী মরমদা ৱারী শাই। মহাক নাবা ফরমলে। ফক্তা

ফমহ্নলা লৈরম্মী। 'থানিল'গী ছাপা তৌরবা লামায় ২০০ শুবে। হংবদা মানা হায় — "থানিল" ইং ১৯৬০ দা ইবা হৌবনি, ইবা মতমদা বাজি লৈমি। ঐনা উংনিংলিবদি— নুপী অমনা মাগী নপুরোয়বা লৈনা লৈনা, মপুরোইববু হুংশি হুংশিনা অতোপ্পা নিপা অমবু হুংশিবা য়াই। নুপীগী থম্মোয় অঙকপনি। থানিলনা মপুরোইবা কুম লায়নানা নাবা অনিবু হুংশি অহুগা মচা ইবুংঙোবুসু হুংশি। মখাক্তা মচা ইবুংঙোগীদা থবক তৌই-মীনায় ওইনা। মপুরোইবনা মচাইবুংঙোগী য়ুমদা শিনিংই। মরমদি শিরবা মতুংদা মাগী নুপী থানিলনা মীনায় ওইহৌনবা। শিংথ্রে। হৌজিক থানিল মচাইবুংঙোগী য়ুমদা লৈরে। মচাইবুংঙোনা থানিল হুংশি-অহুবু চঙশিনবা ওমদে। মচাইবুংঙো য়াম্না শোনবা কেরেক্তুর অমনি। পানা অচৌউবা হায়জিনবিবা, মপান থোক্তবা মীনি ..........

মচাইবুংঙো মাখিগনি। নোংমা লাক্কনি। থানিলনা মাবু ভাবগনি। শিহুনা লৈবগনি। ..........থানিলগা মচাইবুংঙো লৌবুও। উংনা, মচাইবুংঙোনা পগোল তোংহুনা লাকপা আসি ইবা ওমদ্রহুনা থা অমা হবা লেপখি। .........তাং ১।১।৮৩ দা "থানিল"গী মতমদা ইরম্বা ১৩বা অমা ....... মপুরোইবা নাংবী থানিলনা মচাইবুংঙোবু হুংশিকই। মনি ওইথোকপা য়াই। অহুবু থানিলনা মচাইবুংঙোনু থাদোকপা পামই। মচাইবুংঙোনসু থানিলবু থাদোকপা পামই। মরমদি থানিলগী পুকচেল খঙলে। নোংমা মথন থাদোকহুনা চৎখি। .........ঐগী ইপানা লৈরিঙৈবা ইবনি। ইপানা চানাক পাথক্লগা ইখি। হুংশিরকই ইপাহু। মানা ঐনা লাইরিক ইর্গনি য়াম্না যৌগংলি। .........'থানিল'দা য়াম্না ফজবা কেরেক্তুর মচা শবা য়াউবনি। মুম্না পাউ। অমুখা কৌবা মীনাই অমা। মমন লায়না শীনবনি। ..... ৱারীদি ভাগচন্দ্রগী মতমদা থোকহনবনি। ............। তাং ২৭।৯।৮৫ দা ইশিনবদগী

লৌথোকপা মতাং— .........নহাক ঐগী 'থানিল' ফজনা পাদ্রি। নঙনা ঐগী থানিলগা বিনোদিনীগী স্নাতোম্বীগা চাংদম্নবা য়ারোই। ঐগী থানিলদি য়াম্না ফজবা কেরেক্তর অমনি। মঙোন্দা ইকাই-থিগনবা, নোঞ্জবা, শোনজবা অমা য়াউই ......।

মথংগী নোবেলদি ?

"মিংলুগা পি"। অতোপ্পা মমিং অমনা 'মীওইবগী ৱাকৎস্থ কৌই। ইবা ইং ১৯৬৭ কী মতমদনি। মতম অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মরমদি ইং ১৯৬৬-৬৭ অসিদা নোবেল মরী ই। মখোয়দি— ১। হয়াদ বেগম, ২। মিংলুগী পি, ৩। কুমগী ঈশৈ, ৪। পিগী ৱাবী। মসিগী মনুংদা ফোঙলবনা —"হয়াদ বেগম' অমসুং 'পিগী ৱাবী নি। ('পিগী ৱাবী'গী খিন কবিনো ?) থিমনা Christian Father অমগা ত্রাইবেল পৃচিংবা পাপবগী মচানুপীগী নুংশিনবগী ৱাবানি। ফাদবত্থুনা মচা পুবগা চংখি। নুপীহুনা ফাদবগী মচানি হায়বসি তাকথোক্তে। লৈবা য়াবোই হায়হুনা ফাদব অতু তাপ্তোকখি। ... ..(তাং ১৮।৯।৭৭ ইংদা ইশিনবদগী লৌথোকপা—'পিগী ৱাবী' ফোঙবা নুমিংনি। ৱাজ ষ্টেৌবগী লাইব্রিক যোনফম থুকান্দুদা ফক থাবগা হেক্ত তৌবজৎনি। ..... মী য়ামদে, ২০ মুক্তনি। এঝা কৃষ্ণমোহননা সভাপতি ওই। ওঝা সি, এচ, মণিচাব, আব, কে, বিহুর অমসুং এ র, ঙাওই। .......পাচানা সভাদা গায— ই, ১৯৬৩-৬৪ ইপা শিবা চহীনি। ঐগী লৈখা তাবা চহীনি। থম্নাংদা থা ২/৩ লৈ, ওঝা ওই। মচুদা ইবনি। ..... .. 'পিগী ৱাবী' পাবদা বাইবল পাবা দবকারনি। ঐনা Christ পু চৈ। ৱারাদি য়াম্না চম্মী — Father অমনা লৈশাবা অমা মাওহনবা, মানম্নু হায়দোক্তবা। .... নোংমা গগোনবিহারী লাকুনা ফোঙগে হায়হুনা লৌখি। 'মালেম'দা সেবিয়েল ওইনা ফোঙখি। পব্লিকেশন সবসিদি ফংহুনা 'মতমগী মঙালনা ফোঙবনি।

'মিংলুগী পি' দি ?

'মিংলুগী পি' দি য়াম্না serious ওইবা নোবেলনি। মীওইবনা উশিংশীদ্রবদি লৈফম লৈরক্তে। মীংয়েংনা materialistic ওইবরা সোসাইটি অমা উংপনি। মসিদা merdern idea খরা চঙবা হৌই। The position of man in modern soceity উৎপনি। (রাবীদি?) রারীদি লমজা সবাগী রারীনি। অকক্লবা মনিং লৈত্তেং। "ঐ" কৌই। মাগী মপা শিখ্রে, ইন্নুবী শিগ্রে। মতোমতা লৈ। য়ুম মৈ চাক্লকই। মৈনা পোকই। মাগী মশক মাঙলে। ডাক্তরনা য়েংই। ডাক্তরগী মযুমদা অহুম লৈগ্রে। য়ুম শঙনবা ওইনা লৈ। মকুপ মহাজন অমগী মযুমদা লৈ। মহাজন অসি মোতি বাবু কৌই। মহাক ময়াংনা মৈতৈ ওনবনি। মাগীদা লৈবনি। মোতিগী নুপীনা হানবিবা মৈ চাক্লবা নিপা অসি শাক্তিন্ন-বনি। লোন্না মবী লৈনৈ। মীবোল্লে। মচা পোক্কনবা হৌ নৈ। সোইনাইরবা নিপা অমগী মচা ওইগদৌবিবনি পনদা এচা হাং-তোকে খল্লি। হাংপদি ওমদে। সোইনাইবনা নিপাগিনা নুপী অসি হাংকে চঙই। হাংপা ওমদে। মতৌম পা শিজখি। মা ওইনা থানবিদ্রবা, অয়োকপা হুইগুম্বা তাইবঙমী অমগী রারীনি।

কুমগী ঈশৈগী রারীনি ?

'কুমগী ঈশৈ' অহনগী রারীনি। অহং নুপীগী রা নত্তে। কনা অমতা লৈজদ্রবা নিপা অমনা মাগী হৌখ্রবা রারী নীংশিংবনি। রোমান্টিককীদমক ইবা নত্তে। নিপা অসিগী মচনুপী অমা কুরীদা ওংখি। মাগীদা লৈরুগে হায়তুনা লাকই। লৈরে। মচা নুপী অসিগী শাগৈগী মচন থোকপা অমগা নুংশিনৈ। শেনখিদে। নুপী অহু মযুম পানহনখি। নীংবা কায়বা পূম্নমক লাকশিন্লগা চন্না লৈ। Frustration বু control তৌবগী মওং অমনি। নিপা অসিনা শিরমদাইদা মাগী পোক্ফম উনিংলকখি।

মসিগী মথংদদি করি ?

'না তাথিবা অহল অমা'। মসি ইং ১৯৬৮–৬৯ দা ইবনি। ফোঙলে। ( করিনো উংনিংলিবদি ? ) Revolutionary minded ওইবা নিপা অমনা মানা নীংলিবা অহূ পাঙথোকপ। ওমদবগী অৱাবহূনি। মী খুদিংমক নেতা ওইবা, লুচিংবা ওইবা ওমদে। Why ? নেতাদনা মরৈবাক, মজাতি নুংশিবা নত্তে। মখোয়গুম্বা মখোয়দগী হেন্না মরৈবাক নুংশিবা কয়া লৈরি। মসি পুন্নমক খঙই, পাম্মী। অহূবু থবক ওইনদি পাঙথোকপা ওমদে। মসিগী emotional thinking অহূ উংপনি। মরূপ অমগা ৱারী শাবা ওইনা ইবনি। ফোঙলে। ( তাং ৪। ১। ৮৩ ইংদা ইশিনবদগী লৌথোকপা মতেক অমা— পাচানা হৌদোক্লকই—নঙনা চহী কয়াগী মমাঙদা হংখি ঐনা "না তাথিবা অহল অমা'দা যান্না শাউরিবা করিগীনো ? নঙদি কাউরম্বা য়াই। ঐদি কাউদ্রি। ঐ যান্না নীংশিংগল্লি। ঐনা খুমখি। ঐদি শাউদে। ঐনা মণিপুরী সমাজদা মোরেলগী মশক অনা অমুন অমুন মাংথরকপা উই' মহূ উংপনি। )

মথংদি ?

('ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিংবী ফিবম নি। ইবনা ইং ১৯৭১–৭২ দা ইবা অমসুং ফোঙবা চহী অমত্তদনি। ( হায়নিংলিবদি ? ) হায়নিংলিবনা থাজবা মাঙবা। সমাজগী অংশোয়বা ময়াম উংপা। মোরেল, সোসিয়েল, ইকোনোমিক--decay তৌবা উংপনি। রোমান্টিক ওইদ্রে। সোসিয়েল নোবেলনি।

'অনৌবা পাউ অমা'। ইবা ইং ১৯৭৪ দা ইবা, ফোঙবা ১৯৭৫–৭৬ দা। ইং ১৯৭৬ দা ইয়াম্বা ( গৌরমনি ) শিবনি। শিবনা হানথ্রে। উখিদ্রে। ( হায়নিংলিবহূ করিনো ? ) পুন্সি অসি ভের্শন ওইরকই। কনা অমত্তা লৈতবা, মরূপ অমথক্তা লৈগ

নিপা অমগী ৱারীনি। Life style অসি লমজা সরা ওইরকই। মীচঙ-সঙ্গ লৈতে। মোর্ডন সোসাইটি উংপনি। লাইফ অসি অস্থুম অস্থুম নাম্ব্োকখ্রবনি। সোসাইটিদা য়াওবা ঙমদে। থোক্ল-থোক্লবা পংচত্তা চংলি। Chance, পংলেন লেনবা পুন্সি তাবকই। থাদোক্লগা চংথে। থম্মোয়দি চেল্লি, মীওইবগী অপাম্বা লৈ। মাবু মাওইনা উদে। 'অনৌবা পাউ অম'গী নিপা অহুম্মু মীনি। অহুগা মাগী পুন্সিদা কনা অমত্তা লৈরক্তবগী ৱানি। নোবেল অসি পুং ৪ দগী ৱারীনি। অনৌবা চাংয়েং অমা তৌবনি। ৱারী অসি মিংকুপ খুদিং লৈ। য়ুমদগী বাজারদা লাকপদা ৱারী পীক থন্না লৈ।

মথংদি ?

'লাঙ্গোইনাই'। ড্রামানি। ই° ১৯৭৪-৭৫ দা ইবনি। 'অনৌবা পাউ অম' ইবা লোয়বগা ইবনি। ড্রামা ইবসি থিনদা শাদে, খেন্নবা লৈ। নোবেলগা ড্রামাগা মই থেন্নৈ। এক্জাম্পল, ডাইলোগ য়াম্না য়াওই ড্রামাদা। (হায়নিংবদি ?) What is civilization ? Modern civilization থিবনি। ড্রামাসিদা ফিলোসোফির অমা য়াউই। মহাক captive ওইরে। করি অমত্তা শংডোইতে। পাউথুম পীবা ঙমদে। পাউথুম পীবা ঙমদ্রবুনা captive ওই Knowledge অসি civilization নি। Material civilization নত্তে। Human knowledge না civillzation নি। Moral, high thinking না civilization নি। মামাসি শান্নখি। অনীরক শান্নখি। ফোঙলে।

মথংদি

"লমদম অসিদা ঐবু খঙবা অমত্তংদি থোক্লকপা কৈ"। ইবা হৌবনি ইং ১৯৭৫-৭৬ দনি। ফোঙলে। ইবা লোয়বা চহীসিদা অদুম ফোঙলে। (ইং ১৯৭৫-৭৬)। [করি হায়নিংলিবনো ?] পুন্সি অসি ৱাহং কয়া হংদুনা শান্নবদা মতোমতা পাউথুম পীজবা

গাই। পুন্সি মশক তাকপা অসি— universal definition না যাদে। ইশা ইশানা পুন্সি মশক তাকচবা তাই। ইশাগী definition পীজবা তাবে। (থিমদি ? · Loneliness— নি। পুন্সি অসি melancholy ওইবা হেল্লকই। চাউথংপা হেঙ্গংলগা loneliness ওইবা হেল্লকই। (য়াবীদি ?) Art ste, painter অমগী বার্বানি। যাম্না artistic-minded ওইবা মীশক অমনি। মহাক অহল ওইশিল্লকলে। হৌখিবা পুন্সি নীংশিংই। মহাক মতম অমদা অচৌ-অশাং কয়া তিন্নবম্মী। মাগী পুন্সি লৈজবম্মী। হৌজিক মতোমতা তাবকই। মী লৈশিল্লক্রবে। মবা-মতা লৈশিল্লক্রে। য়া ডাঙলবোই হায। মাগী development লৈতে, choice লৈতে। তুমিন লৈবনা ফবে খল্লি। (মিংথোন অসিদি ?) Hopeless ওইবে হায়বনি। লৈংন্নি ই, থোক্লকপা ফৈ। নেগেটিভ পোজিটিভনি পুন্সিদি। হৌজিক পোজিটিভ লৈত্রে। অপাম্বা থাদোক্লবা মী অমগী য়াবানি। শাগংখিবা আশা নাংথায়বনি। ( তাং ২৫। ৬। ৭৭ ইংদা ইশিনগী থবদগী মতেক অমা .. ..... ওাইহাক বাবা শাবগা প্রেস মনাক্ক হোটেলদা চা থকপা থোক্লে। মাগী লোনে। 'ননদন অসিদা ঐবু খঙবা অমত্তংদি থোবকপা নে' হায়রিনগী কোপা অমা পীবকই। কোভর পান্দ্রে, বোভর পান্দবনি পীবক্লিবসি। ৫। সমরেন্দ্রনা কোভর দিজাইন তৌবনি হায়। তাদা ঐচ, গোরে ন তৌবদা মাদে হায়। নোবেন অসিগী মরমদা য়াবী শাই। ঐনা বাহং কয়া হংই। মানা হায়খিবা মথাদা ইম্বি—

চহী ৬০ শুবরা অহল অমনা মাগী Diary অমনবা অমা থেংনহুনা ফংহুনা পাবদা নীংশিংলকপনি। চহী ৬০ মুক্তী মমাঙদা থোকখিবা, মগা হুংশিনখিবা মুতী অহুগী খুন (মক্কম) অহুদা লাকপনি। মাবু মশক খঙবা কনা অমত্তা লৈবমদ্রে। উ পাগী অমা হৌবম্মী। মহুনা মমাঙতৈগী মফমনি হায়সদি খঙই। মানা

উন্ননিংলিবা মী অদুদি উন্নবা ফংদ্রে। করিগী উন্ননিংলিবনো? নিপা অসি artiste নি। Artiste কী মফমদদি পোৎ-খুদিংমক, থৌদোক খুদিংমক অর্থ লৈ। পুন্সিগী থৌদোক মচা, খুদি থিখিবা, রিকশোদা ৱাৰী শাখিবা পুন্ননক মমল লৈ। মীচমগা থেন্নে। মীচন্না পৈশা য়াম্না ফংবা, কান্নবা নুমৎ অদুবু মরুওইবা নুমিৎনি হায়না লৌই। আর্টিষ্টকীদি মদু নত্তে।

আর্টিষ্টতা অহল ওইবগী ভাব লৈতে। নহা ওইরিঙৈগী থৌদোক কয়া মহাক অহুম নং শিংই। ঈরোয়নহুনা লৈ। মানা মতম অমদা লমদন অমদা নুগী অমগা শকথডনকই, মবী লৈনখি। কাউনখ্রে। অদুবু মাগী পুন্সি থবদি লমদমহুদা লৈহৌরে। মহুগী গান্সিদো মমল লৈ। নিপা অমা ৱা করি অমত্তা ভাঙহন্দনা নোবেল অমা ইবা মাত্রা হায়বনি চাংয়েং তৌবনি। ৱাথন্দি অহুম শনহনবা। নোবেল অসিগী শকক খবা প্রো. ইবোতোম্বীনা নমহুনা পুথিহুনা NG. College গী মেগাজিন্দা তাপখি। হোটেলদা চা থক্লিঙৈদা মবুক থিন্দুনা নারে হায়ত্তনা ময়ুমনা চঙখি......।

অদুদগীদি ?

'কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু য়াওই, কংতবসু য়াওই'। (ইবা?) ইং ১৯৮১-৮৩ দা ইবনি। ইবদি লোয়রে। (ফোঙ-দ্রিবা নত্রদো?) 'পুন্সি' কৌবা জর্নেল অদুদা মচেৎ মচেৎ ফোঙত্রে! জীবন কুমারনা ইডিটর ওইবনি, ওফিস খুবাইদা লৈবনি। লোই-রমদাইফাওবা ফোঙত্রে—লোয়রে হায়না লৌবা য়াবে। (প্রিমদি?) থাজবা মাংবা-থাজকুবগী ৱাংমদা থোকপা ভাক্তনি। থাজনিংঙাই ওইদ্রে। অশেংবা লৈত্রে। থাজবা মাংবনি। Truth? থাজবগী ওন্ন-তৈনবা ভাক্তনি। (ৱারীগী মওংদি?) মানা সমাজদা য়েংই। লায়রবা মীশক অমা ওইরে। মহাক য়াম্না চন্বা পুন্সি অমা পান্মী! অৱাংবা ৱাথল খনবা তৌদনা চন্না হিংবনা ফরে থল্লি। ময়মদি

অরাংবা রাখন্দু ফংদ্রগা য়াম্না রায়। অতুনদি অচপ্পা পুন্সি অসিনা অচুম্বা ওইবে। শেল পায়বা নুংঙাইতে। অতুবু মাওইবনা life শেম্বদি ঙমদে। অপাম্বা পুন্সিতু ফংদ্রে হায়তুনা শিনিংলুরবদি ঙাওরে। কান্নদবা মীওই ওইরে। মীওইবগী পুন্সি অসিদি ঈশ্বরনা শেম্বা পুন্সিনি। পৃথিবীগী, সংসারগী নুংঙাইবা ফংদবদগী শিবা য়াদে। জ্ঞান তাববা মুনি-ঋসিশিং অসি পুন্সি অসি কান্নদ্রে হায়তুনা হেক্তা শিদোক্তে। মখোয় পুন্সি অমদি অতুম শাগোন্নে— ধ্যান তৌহুনা থাঙই অনাবনা অনাবা থাঙগদবনি— মবমদি মতু পুন্সিনি। চাণক্য শ্লোক অমদা যাওবা কাবনো-থম্বাল লৈনাংদগী তৌই অতুবু মশাদা লৈনাং পক্তে। অতুন হিংবা ওই। লাইবক লৈ। Unseen power লৈ। Knowledge গী মতুং ইন্না পুন্সি অসি শীনবা তাই। পুশা ১০০ না শীনবা হৈগদবনি, ওমগদবনি। হয়েং লুপা ক্রোর অমা পাথবগা শনবা হৈরবদি য়াম্না বাগনি। লাইফ অসি শীনবা অমা চঙ্গ। লাইফ ফেল ওইবা য়াদে। মায় পাক্নবা হোৎনগদবনি।

মথংদি নীংশি লিব্রা ?

'চন্নু', ইং ১৯৬২-৬৩ দা ইবনি। নোবেলনি। 'নোংদম'নং ইং ১৯৯৬১ দা ই। (রাবীদি ?) 'নো দম' — লাইবক থিবী মৌ লহা অমগী রাবীনি। মপূবোইবা কাযনংশ্রে। মপূবোইবগী মকুপর্বা মমুমদা লৈ। হান্নমা মচা অমা পোকই। মমুতুগীদি মচা পোক্তে। ( থানিল'গা হায়ক্কে মান্নত্রা ? ) মান্নে। নিপা অসিগী wife শিদোবে। মানা নুপী অসি মাগী নুপাদা পীনি ই। অতুবু, নুপীসে মুম থাদোক্লগা চংখি। মানা নুপা অসিবু ভুংশিদবা নত্তে। য়াম্না থল্লি। অতুবু, মচল অমা ওইনা লৈবনি। মসি মোরেনগী রাফম্নি। ('চন্নু'গী রাবীদি ? চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতম্নি। নিংথেম পীশক পৌই। Traditional, romantic novel অমনি। নিংথৌগী

মচানা হিরোনি। মমা অতোনবীনা যোকপা নুপী অমগা নুংশিন-বনি। নুপী অসিগী মপানা নিংথৌগী শজিকলোই ওই। নিংথৌগী মনাউ ইবুংঙোনা নুপী অসি পাম্নকখি। মবান্নি থুংনখি। ('শামোইনু' দনা শিখি। কবিদা খেন্নে?) মী মৌগী খেন্নবা থম্মোয় উংপনি।

মথংদি নীংশিংলিব্রা?

'ইবৈবাক ইরৈবাক'। ইবনা ইং ১৯৬৫-৬৮। ফোঙদ্রি। মসি যাম্না চাঙবা নোবেল অমনি। (খিমদি?) মসি রাজনীতিগী ৱাফম খরা যাউই। ভারতকা পাকিস্থানগা খায়দোক্রদ্রিঙৈদা অমত্তা ওইবগী। Partition তৌরবা মতুংদা নুংশিনদ্রে, হাংনৈ। হান্নগী লৈফম লৈবাকতুদি হোংবা নত্তে। অদুনা পৃথিবী (Earth) অসি ইবৈবাক্নি। মী নুংশিনগদবনি।

ড্রামানি?

ইং ১২৮৩ দা ড্রামা অমুম ই। 'নোংমদোন অভিযাদা'। মসি দিপার্টমেন্ট ওফ কলচরনা শান্নখি হাব। ঐদি যেংহৌদে। থিমন ডিপা অহল অমনা গতি লৈত্রনা জেল চঙতুনা লৈগে হোংনা মবাল লেংনদি জেল চঙবা যাদে। চঙনবা হাংনৈ। যাদ্রে মনৈথ দা মঙলাক্লতুনা শিখি। অমনা 'ইবৈবাক ইরৈ-বাক'নি। ঐগী নোবেলদগী ড্রামাটাইজ তৌদনি। কনানো পার্টি অমনা শান্নে হায়দুনা পৌখিবনি। "নঙ থঙনি"— মসিনা এল. ডি হু. না শান্নি হায়ডুনা তৌগি। মচা অমনা চহী ৩০ গী মতুংদা লমন থুগগী বাদীনি।

নঙনা পুস্তিদা অমুক নীংবা কায়বিবসি করিগীনো?

নীংবা কাব থঙনিবসি নীংবা কায়দ্রবনি। Life পু under-stand তৌবিবনি। পুস্তিবু চপ চানা understand তৌবা ঙমদ্রবদি নীংবা কায়বগনি। খংপাম পান্নগা নীংবা থুংদ্রবদি নীংবা কায়বা ওইবকই। পুস্তিদা frustration, নীংবা কায়বা, হিংনিংদবা

ক্ষয়া অসি লৈবা তাবনি। মসিবু পুন্সি কৌই। পুন্সিদি হিংনবা হোৎনবনি, হিংবা তাবা। অনাবনা নানিংদে। মী খুদিংনব পুন্সিদা standard life অমা পাম্মী। ফংদে। নীংবা কায়। অদুবু, নীংবা কায়বা অদুনা dominate তৌহনবা যাদে। কায় থডই — ক্ষায়দনবা হোৎনৌ।

ঐগী নোবেলশিংদা হোৎনৌ হায়বগী message অমা য়াউবনি মনুংদা। ঐগী 'হয়াদ বেগম'দা passion, নুংশিনবা উংলি। অদুবু, নুপীগী মশাদি শোকহন্দে। অশেংবা পুন্সি অমা ওইহল্লি। বাইবলদা হায়রা— নোংলৈ-নুংশিং অদু হাকথেংননা মায়য়োক্নগনু। যুম মচা অমদা ডাইহাক পল্লু। মবাইনা চৎচখিগনি। নোংলৈ-নুংশিত্তু মায়যোক্নরবদি অরাবা তাগনি। 'হয়াদ বেগম'দা শাদগী অফবা মী ওইখিবনি। 'লমদম অসিদা ঐবু থডবা অমত্তংদি থোয়কপা কৈ'— অসিদা আশা লৈত্রবা, হোৎনবগী দরকার লৈদ্রবা মশক উংলি। পুন্নমক অসি feel তৌরগা hopeless ওইদনা লৈনবা হোৎনবা অদুনি। 'না তাখিবা অহল অমা'— না তানা তানা তাখিবা অমা ওইনা হিংবা তাই। অনীংবা থবক অমত্তা পায়থৎপা ঙমদে। Narrator অদুনা থাক্লিবদো শাউকম থোক্‌ই। খাঙবা তাই। শাউগাদবনি, শাউদ্রবদি মীওম্বাল ওইরেদনা। অঙাউবা, mad man দি কবিস্তু feel তৌবা ঙমদে। Feel তৌবা, understand তৌবা তাই। মদু মীওইবনি।

নঙগী টেকনিক্কী মবমদা থরা হায়য়ুদনা ?

ঐগী 'অনৌবা পাউ অমা' ইবদা য়াম্না ৱাখি। 'লমদম অসিদা ঐবু থডবা অমত্তংদি থোরকপা কৈ' হায়বসি ডাইলোগ অমত্তা য়াউদনা ইবনি। ৱা ঙাঙদবা নোবেল অমনি। প্লোটস্তু থোইনা লৈতবনি। ট্রেদিশনেল ওইবা ষ্টাইলদা ইবা নোবেলদি— থানিল, শামোইনু, নোংদম, কুমগী ঈশৈ অসিনচিংবনি। 'হয়াদ বেগম'দগী

অনৌবা নোবেল হৌরে। থিম অসি য়াম্না complex ওইবা philosophy অমনি। ঈকবাল কুরেসীসি, মাগী ৱাখলসি য়াম্না modern ওইবনি। মহাক্না conflicting mind অমা উংপা হৌই।

অদুগা, 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশীং-নুংশিংকী ফীবম', 'না তাথিবা অহল অমা'দা অনৌবা টাইল অমা হোংলে। (করিদা ?) Restless ওইরকই। পোথাফম খঙদ্রে। ৱাহং হংলকই। Question।

ইবগী টেকনিক, টাইলদি ?

অয়াম্বনা flash-back technique শীজিন্নৈ। (Alcination নি। পরেং থুনিদা flash-back অমগম ওইনা উংপনি, চোইনা চোইনা নীংশিংবা ৱাখলগী মফাং মথাংবা মশক উংনি।)

লোন্দি ?

ইকোনোমিক য়াম্না ওই। Erotic ওইবা, অকাম্বা ৱাহৈ, লোন শীজিন্নদে। অকাম্বা ৱাহৈ য়াউনিংদে। সাহিত্যদি ফজবা, refine ওইবা লোন শীজিন্নগদবনি। শেংনা শেংনা naked ওইনা হায়বা পামদে। ঐখোয়গী পুন্সিদা, অযুক নুমিদাংদা অশেংবদু হাকথেংননা উরবনি, থেংনরবনি, খঙলবনি। ঈশেং শেংনা অদুম লৈরবনি। অহনা অশেংবা action, থোঁদোক অদুমক উংলুবগী দরকার ওইদে। ভাব, idea অদু উংকদবনি। Idea অদু উৎপদা action অদুসু অদুম য়াউজরবনি। ফজবা ব্যবহার, চৎথাবী লোনচৎ পামই। সাহিত্যদা মদু উৎকদবনি। সাহিত্যগী ওইবা ফজবা লোন অমা লৈগদবনি। অযুক নুমিদাং ঙাঙনরিবা লোন অদুনা য়াদে। সাহিত্যনা অকাম্বা লৌদে। অকাম্বসি ঐদি য়াম্না শাউ-খিংই। পুন্সিদগী মচঙ ওইবা, peculiar ওই। থঙ্গংকদবনি।

৭, মীনা তাবদা নুংঙাইগদবা, থৱায়মচা তাবা— তম্মিংবা ৱারী

তমগদবনি। মমল য়াউদবা চোইঙাঙ দরকার ওইদে। সাহিত্যগী লোন অসি থবরগী লোনতু নত্তে। মুংগী মচাক অমা থিবনি। হাকথেংননা র.রী শারিবা অসিগা য়াম্না খেন্নৈ। সাহি.াদি করিগুম্বা থাক, progress অমা াক্লগা ইবনি। অদুনা fine language ওইগদবনি।

নঙগী মুংশিবগী রাখলসি করিনো?

ঐহাক য়াম্না রোমান্টিক ওই। নুংশিবা ফংবসু য়াউই— ফংদবসু য়াউই। ঐগী নোবেলশিংদা romantic element য়াম্না য়াউই। নুংশিবা-love অসি pure love ওইগদবনি। Lust নত্তে। মসি সমুদ্রগা কংফালগা খেন্নবগুম্বনি। (নোঙন লাইফ ন pure love লৈব্রা?) করিগী লৈতনি। Pure love লৈ। (Pure love ফংব্রা?) ফংই। Pure love হায়সি— মা; কাউদবা, মাবু অমুম নুংশিদুনা লৈবা, মাগী মনাক্তা লৈজনিংবা; কা.বা ফদ্রবসু মাবু খনবা। Pure love ডুনব, হাই, থুনদবসু য়াই। Pure love দা করিগুম্বা মথল ওনগী দ্রাপা ideal অমদি য়াউবা ওই। মসিদা শেম শাবগী.ওশিনবগী দরকার ওইদে। নুংশিবা মতুংদদি নুংশিবা অদুগী তেক্ত-কায়দনবদি শেম শাবা চঙই।

হোজিক হৌজিক্তি করি তৌরি?

লাইরিক পারি। ফিলোসোফি পাই। অলোক লৈত্রদুনা থা ১/৩ পাকংদে। হন্দক আনোক অমা লৈরে।

লোইশিল্লকপদা তাং ৪। ১। ৮৩ ইং, নিংথৌকাবা কুমিডু ঐগী নোটবুক্তা ইশিনহনা থম্বা শরুক্কগী মতেক অমা লৌথোক্লি—

"ঙনিগী রার সি অকবা কয়া য়াউই। মাগী পুনিগী অরুবা, অশেংবা রা কয়া হায়দোকই ঙসিদি। মামা হংই— "ঐসি অমুক হিঙৎপা য়ারেইদ্রা? নঙগী suggestion পাম্মী।" ঐনা খুম্মী—

"suggestion দরকার লৈতে। মরমদি নহাক্কী পূকচেল ৱারকপা ঙমদে।। হিদাক থক্লরোই হায়রগা হেক্তা থকই।" "তোম্বী, নঙ ঐবু খঙদ্রি অতু ওইরবদি। ঐহাক য়াম্না থিংবা ঙম্বা মী অমনি।, থক্লোই হায়রগা হেক্তা থক্তবা ঙমই। ঐগী অসিদি inner crisis নি। ঐগী মী লৈতে। ঐগী সঙ্গ লৈতে। সমাজদা ঐগী মী লৈতে। নঙগা ঙসি চৎমিন্নে—কয়াম কুইনা চৎমিন্নগনি? তিন্নগনি? লোয়নগনি? ঐ ওইবগী হিংতুনা চৎপা ঙম্লিবনি। খাদবা ঙম্বা, নোকশিন্নবা ঙম্বা, খাঙবা কনবগী হিংলিবনি। নহাক ওইরবদি নহান্না শিরগনি। ঐগীসু শিন্নগে খনবা মিৎকুপ কয়া লৈখ্রে, লাকখ্রে। সমাজ অসিদি য়াম্না লুবনি। নামা শোয়বদা, খজিক্তুং শোয়বদা সমাজনা হেক্তা থোশাবিদে। খুৎ তেকপদা, খোঙ শোয়বদা, তেক াদা হেক্তা থোশাবিদবনি। ঐ ওইবগী adjust তৌবা ঙম্লিবনি ........... ।"

# মণিপুরী শৈরেংদা মরৈবাক নীংবগী রাখল

মরৈবাক, মজাতিবু নুংশিবগী রাখল ( দেশপ্রেম, দেশভক্তি, পেট্রিওটিজম ) অসি মতম খুদিংমক্তা, মফম খুদিংমক্তা পকপা, মীওইবগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা অথোইবা গুণ অমনি। মাগী পোক্ফম লমদমবু নুংশিবা, চাউখৎহন্নিংবা, অরাংবা থাক্তা পুখৎনীংবা হায়বসি মী খুদিংমক্তা শোয়দনা লৈ। অদুনা, পৃথিবীগী তাঙ্কক কয়াদা, কবি অমসুং অইবা কয়ানা মাগী মাগী পোক্ফম লমদমবু শৈথাদুনা ইবা মরৈবাক নীংবগী খুৎই, কাব্য কয়া লৈরি। থোইদোক হেন্দোক্লা অরিবা মতমদা 'খৌনাফবা' হায়বসি থোইদোকপা গুণ অমা ওইনা লৌনরম্মী। শা-লান কনবা মতমনি। লৈবাক কয়া ডয় তৌবা তাই। য়েক্নবনা লান্দারকপা কয়াদগীসু ঙাকখোকপা তাই। পুম্নমক অসি অকল-অথৌশিংগী মথা য়াম্না পোল্লি। অদুনা মরৈবাক নুংশিবা, মরৈবাক্কীদমক্তা মথরায় কংথোকপা ওন্না অথোবশিংবু থোইদোক হেন্দোকপা, পুম্নমক্কগীসু রাংবা, ধর্ম্ম পুম্নমক্কগীসু হেল্লবা মশক অমা ওইনা লৌনরকই। পৃথিবীগী ইতিহাস অসি মরৈবাক, মজাতিগীদমক্তা মথরায় বলিদান তৌখিবা নিংথৌ, সেনাপতি, লান্মী, খৌনাফবা মীচমশিংগী রাবীনা পীক থল্লি। অদুনবা মতমগী সাহিত্য শু ইতিহাসতি অকল-অথৌগী রাবীনা মপুং ওই।

২০শুবা চহীচাদা লাকখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেল অসিদা মরৈবাক নুংশিবগী রাখল চেনবা সাহিত্যগী ফজরবা খুংশেম কয়া থেংনৈ। শৈরেং, উপন্যাস, নাটকনচিংবা সাহিত্যগী মকওইরবা খুৎই-মথলশিং অসিদা কবি অমসুং অইবা কয়ানা মরৈবাক নুংশিবগী তোখায় তোখায়রবা শক্লোন, রাখল, মীৎয়েং ফোঙদোক্লুনা মরৈবাক নুংশিবগী তোপ-তোপ্পা, ইনাক খুল্লবা সাহিত্যগী মশক

অমা শাগৎলম্মী। মসিদা য়াওরি— মমা নৌবাকপু নুংশিজহনা মাগী ফজবা শক্লোন, দৃশ্য কয়া থাবা, শক-শোনবা ; থাম্মনগী মমল থাম্নবা, ফজববা সংস্কৃতিগী মমদা শেপাবা , মমা লৈবাক্কী নীংতম্ব-গীদমক্তা, মথরায কংথ্রবা অমসুং মমা লৈবাকপু শেমগৎলম্বা নিং-থৌবেন্স, অকন অখোশিংগী মথেৎনা, মদোংজেল শৈথাবা, মখোয়গী অরাংবা পনিলানবা শক-শোনবা ; ধর্ম অমসুং আধ্যাত্মিক্কী মীংয়েংগা ইবোন্দনা যেংবা মমা লৈবাক মুশিবগী অরাংবা রাখলগী মশক কয়া কয়া। মবৈবাক মুশিবগী সাহিত্য অসিদা উংলি— মণিপুরগীদা নত্তনা ভারতকী ওইবা অপাকপা মাৎযেং অমগী মশক। ভারতকীদস্তু নত্তনা, বিশ্বজগৎকী ওইবা মতুং তুনজিনবা রাখলগী ফজবা মশক কয়া।

অনৌবা মতমগী ( আধুনিক বাক ) মণিপুরী সাহিত্যদা ঙাংলিবা মবৈবাক নীংথৌগী সাহিত্যগী মশক অমসুং রাখলশিং অসি মথক্তইনা পরম্পরা অমীগী ঈচেলদগী শাগ লিরদনি। পরম্পরা অমনা থাংগী অতিবা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী পরম্পরা, অতুম অহৌবা, অমনা ভারতকী সংস্কৃতিগী পরম্পরা।

মথক্তমু হায়রে – মবৈবাক মুশিগী চাদব। অসিগী খুদিংমক্তা লৈবা রাখল অমনি। মান মানা লৈকবা পোকফম নমদম অত্তগী মহৌশাদগী চৎথরকপা সাহিত্য, ধর্ম, সংস্কৃতি অমসুং লোক সাহি-ত্যগী পরম্পরাদা মবৈবাকপু মুশিবা, মবৈবাকপু ওইবনা শাগৎচনা রাখলগী মূর্তি অমগা অতুম শাগে মনা ঈরাৎ-পূজা তৌবা অমসুং লৈশি-লৈথোনগা লেয়নবা শেথাতনা লাকই। মণিপুরগী অরিবা সাহিত্য, লোক সাহিত্যদা মবৈবাক নীংথৌগী রাখল অসি মরাণ্ডকায়না ফংই। খোইদোক হেন্দোক্তা মণিপুরবু— ( পোক্ফম লমদমবু ) লাইরেম্বীগী শক্তম নৌরিবী ইমাগী মশক্তি হায়না অশৈবশিংনা লৌনহনা লাক্লি। মসি ঐথায়গী অরিবা ধর্ম, অরিবা পরম্পরাদগী লাকপা মশক অমনি। মণিপুরগী অরিবা লাইনীংদা মালেম অসি

অতিয়া শিদবা অমসু লৈমরেন শিদবী অনীনা শেম্বনি হায়না লৌই। মালেম লৈকোয়গী অসিদা নত্তনা নোংথক নোংখা মরোল মরীমক-পুম্ব শেম্বিখি হায়না থাজনরি। মালেম লৈমবু লৈমরেনগী শক্তি অমস্তুং মঙং লৌবা লাইরেম্বীনি হায়না নীংহুনা খুকয়ে। হেংবানবা শেম্বী ঈনা লৈনরেন শিদবাগী অথুপ্পা মিংথৈবু মৈতৈ জাতিগী ইপা-ইপুশিংনা থারনদগী শক শোন্দুনা লাক্লি। অরিবা নতমগী লাই-রেম্বী নীংলকপগী শালেনবা পরম্পরা অমা লৈরকপনা লাইরেম্বীগী খোদাং অমস্তুং মতীক মগুনবু লুনা, কিনা লৌনরকই। ঈমা লৈম-রেল শিদবীবু খুকমচবগী মতেক অমা য়েংবা য়াই :—

হয়া হে খোইনোম তরেংবা। / মরোংখোং মরু পায়রীবী। / পাগী পারম শক্লিবী। / মুগী মুরম তারিবী। / নুরাই শম্লাং লয়রীবা। / লুতুং শমচি হুল্লিবা। / মপল পালেম পিনাইদবী / পাম্বৌ তাংলক পীনাইদবা / য়োইবু নদোম তোনশাংবা / ............।

মণিপুরী সাহিত্যদা লৈরিবা মরৈবাক নীংবগী অতোপ্পা পরম্প-রাগী অকনবা ঈচেল অমনা ভারতকী সংস্কৃতিগী পরম্পরানি। মপুং ওইবা মশক্তা বাংলা সাহিত্যদগী লাকপনি। মসিদা বৃটিশকী মায়োক্তা নীংতম্বা ফংনবা হৌখিবা নীংতম্বগী অতৌবা আন্দোলনদগী শাগংখিবা জাতীয়তাবাদ (নেশনেলিজম) গী য়াখলগী মশক অমস্তু ঈরোয়নখি। মণিপুরদা নোংচুপকী শিক্ষা লাকপা, বাংলা সাহিত্যগা শকথতনকবদগী ২০শুবা শতাব্দীদা লাকখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়িনানসগী খোঙফমনিদা লাকপা, অতোবা সাহিত্যগা ঈহৌসিদা মরৈবাক, মজাতিগী নুংশিবগী কল্লবা ঈচেল অমা য়াউরি। হন্দক লাক্লিবা মরৈবাক নুংশিবগী মশক অসিদা ঐখোয়না ভাবা ফংই ভারতকী সাহিত্যদা লৈরিবা মরৈবাক নীংবগী স্বর, আধ্যাত্মিক ওইবা ভারতকী জাতীয়তাবাদকী য়াখল। অতুনা, খুংমাবা অক্ত-বশিং অসিগী খুংইদা য়াম্না আদর্শ ওইরবা মীওইদগী— সনাতন

ধর্ম্মগী ৱাখল, স্বদেশ ভক্তিগী গুণ, বিশ্বপ্রেম, অকন-অথৌবু ঈবাংপা, ভারত মাতাবু থুকমজবগী ৱাখলশিং অসি মমেক শেংনা থোঙ-দোকলকই। অতুনা ইমা লৈমবেন শিদবীদা ভক্তি লৈনা থুকম-জরিবা, ইমা কংলৈ মনাপুংগীদমকতা তত্তনা পি শিন্থবিন। কবি অশাংবম মীনকেতননা ইমা ভারত মতাগীন্থ শৈথাজবকই—

জৈ মা ভারত / জৈ মা নঙ্গী জৈ, / . . . . . . . /
চংলু সেবা ধর্ম — সেবা মনি পুন্সি, / কাউহনু সেবা ধর্ম— মহৈ থান্নি পুন্সি— / ইমা নঙ্গী দীক্ষা মন্ত্রনি॥ / .. .. ... ... ... .. /
('জৈ মা নঙ্গী জৈ, অশৈবগী শৈরোই, ১৯৭৭)

অতোপ্পা 'জৈ মা জৈ' হায়বা শৈরে অমদা অমুকস্থ কবি মীনকেতননা ভারত ইমাগী মতীক মগুণ শক্লি—

জৈ মা ভারতেশ্বরি, / জৈ মা মনাপনি, / জৈ মা জৈ। / গায়ত্রী খোঙাংনথিনা পানেম নঙ্গী শিগানি, / সামগান্না নিনথিবদো পালেম নঙ্গী মালংনি। / অবদাম্নি পালেম নঙ্গী শান্তমন্ত্র অহিংসা / শীনবনি পালেম নংনা বিশ্বজগত্তা দীক্ষা / জৈ মা ভারত— ঈশ্বরি, জৈ মা পালেম অপোকপি, জৈ মা জৈ। / (অশৈবগী শৈরোই)

মশিঙ্গা মমন্নবা, যুবদা কবি সত্যেনবম নন্দায়া সিংহনস্থ ভারত ইমাবু শৈথারি—

হে পুণ্য চেন্নবী ইমা ইরেম্মা ভারত। / নঙদি লেঙদনা লেহৌদে চেংলৌ শকফম হোৎদবি / ... ... .. . ... ... / স্বার্থত্যাগকী শাংশি খুদেল মালেমথুংনা থম্দুনা / সত্য শান্তি ভক্তিমুক্তি প্রেমবু পীনখিবি। / .. .. .. ... .. ... / রাম কৃষ্ণ নানক ভরত নঙগী মচানি, দূর্গা লক্ষ্মী সরস্বতী সীতা শবরী সাবিত্রী / কুন্তী সতী গান্ধারী ইনা নঙগী নমোমনী / ভাগবত গীতা উপনিষদ বেদ শাস্ত্র বেদান্ত / কাব্য কলা সাহিত্য পালেম পুক্রি পাউবোলনি। / — ... — ... ... ... — / যুগকী ধর্ম্ম ভাকপদি ইমা নঙতনি মালেমদা। / (ইমা নঙতনি মালেমদা)

মতৌ অসুম্না, চাউবা, কমল, অঙাংহল অমসুং অঙনবা মণিপুরী সাহিত্যগী খুংমাবা কবিশিংনা অপূনবা ভারতকী সংস্কৃতিদা মীংয়েং থম্মী অমসুং মবৈবাক, মবমদমগী ফজবা মশকসু পুথোক্লবা হোৎনৈ। অহুনা, ২০শুবা শতাব্দীগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈরিবা মবৈবাক নীংবগী ৱাখল অসিদা পবম্পরা অনীগী ঈচেন্না য়ানশিন্নবগী মশক অসি ময়েক শেংনা উবা ফংই। মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা মবমচং অমা থম্বগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী মবৈবাক নীংবগী ৱাখল অসি অপূনবা ভারতকী সাহিত্যগী ৱাখলগী ঈচেলগা মান্ননা চেন্থমিন্নবগী মশক অমা উবা ফংই। মসিগী মশক কবি নীলকান্তনা মাগী 'মণিপুরী' হায়রবা শৈরেং অসিদা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লি। কবিনা ভারতকী সংস্কৃতিদি আর্য, অনার্য, দ্রাবীড়, নিষাদ কিরাটনা পুন্নবা শান্তংদ্রব মশকনি হায়বগি চেংনা থাজে। অহুনা, নহানমথে হিন্দু ওইরকবা অসি মীপাল ভাংবা, মাপোৎনা ঈপোং ওইরকবনি খল্লম্মী। অদুবু মীপাল ভাংবা ওইবমদ্র হায়না খঙজবকই। অদুনা কবিনা হায়রি—

ইতিহাসকা খাঙচত্তা ঐখোয়না / লৌজবকপসু কয়ানি মা-ঙোন্দগী ঈদবু নিংখোকখিবসু মমল লাইদে / পুন্নমকী পুন্নদা লুপথ্রবনি—, হিন্দুগী লেকা ফাকপদা শেংনগনকই / মৈতৈগী লৈনা / অদুবু মৈতৈগী লেনা অমুক শেৎপদা / থেংনবকই অমুক হিন্দুগী লৈশাং। / লুংলা তাবু য়েংলগা / লৌবি নহাক্লা মৈতৈগী শকয়েম / লুহুং তাবু য়েংলগা / ওইবি অমুক হিন্দুগী মূর্ত্তি। / ... . . ... .. / হে মণিপুর, হে ভারত / অনীমক অমতনি ঐঙোন্দা / থেন্নবা লৈতে থেন্নবগী মন্নুংদা / মান্নবা ঙাক্তনি মান্নদবগী মন্নুংদা / লৈবাং থম্বালনি / ঐঙোন্দদি। / —( তীর্থ যাত্রা, ১৯৮০ )

ক্যাম্বা মহারাজনা পানবা শতাব্দীগী ( ১৪৬৭–১৫০৭ ) বিষ্ণু পূজা তৌহুনা হিন্দু ধর্মনা খোঙদাবা হৌবদগী মণিপুরী লোন,

সাহিত্য অমসুং ৱাখল-মীৎয়েংদা ভারতকী ওইবা অপুনবা সংস্কৃতিগী ঈচেলগা অমত্তা ওইনা তীনশিনবগী অবোইবা ফমগী মশক অসি কবি নীলকান্তগী শৈরেং অসিনা অবাবা খুদম ওইবি।

অতুদি, ভারতনা লৌবিবা মবৈনাক নীংবা, মজাতি নুংশিবা—জাতীয়ভাবদগী (নেসনেলিজম) বাখল্লোন অসি কবিনো হাযবা মশক খঙবা চঙই। মসিগী শাংলবা খোঙ্গুল লিবা অমা শাবকই। য়াম্না ওল্লিরৈঙে মতমদা, ভারতকী অরিবা সাহিত্য, পুরাণ অমসুং মহাকাব্যদা পাক চাউরবা লৈবাক অসি "ভারতবর্ষ" দগী শমজিন্না "ভারত" হাযনা খঙনরকখি। মুনি, ঋষি, কবি, পণ্ডিত, লাইনীংবা কয়ানা ভারতপু অমত্তা ওইবা, অপুনবা মশক অমা ওইনা লৌই। বিষ্ণুপুরাণগী শ্লোক অমদা হায়—

উত্তরং যৎসমুদ্রস্য
হিমাদ্রেশ্চৈব দক্ষিণম
বর্ষং তদ ভারতং নামা
ভারতী যত্র সন্ততিঃ। (১১, ৩ ১)

শ্লোক অসিগী অশংবা অর্থদি— ভারত কৌরা নিংথৌগী মচা মশুশিংনা লৈ হায়দুনা মহাসাগরগী অরাংথংবা অমদি উন্না কুপ্পা চীংশাংগী খা থংবা লমদমবু ভারতবর্ষ কৌই। ভারতকী অপুনব লমদম অসি— হিমালয় চীংজাউদগী খা-থংবা মহাসাগর ফাউবনা কোল্লিবা লমদম অসিনি।

অতুবু, মথং মথং চংথরকপা ইতিহাসকী খোঙচত্তা পাক চাউরবা ভারত অসি অমত্তা ওইনা যেংবা ঙমদগী মতাং য়োরকখি। মফম কযাদা অশীকপা রাজ্য কয়া কযা শেমদুনা নিংথৌ কযা পানখি। মহৈ মহৈ লানন্থেংনখি, থংনখি অমসুং তোথায তোথায তান্নখি। অতুনা রাজনীতিগী মীৎযেংদগী ভারতনা মশাবু অপুনবা জাতি অমনি হায়না খক লৌজবা ঙমখিদে। কাযনথংদা খুঃ কুঃ

১৮৫৭ সিফাই লালহৌগী মতুংদা বৃটিশনা ভারত্তা লৈবাক শাসন মরা চেংনবা হোংনখি। মখোয়না তোথায় তারয়ধা ভারত্তা অহানবা ওইনা রাজনীতিগী অপুনবা, পোলিতিকেল য়ুনিফিকেসন অমা পুরকখি। মথং মথং ওইনা নোংচুপকী শিক্ষা অমসুং ঈথিল করা ফংবদগী নৌহৌনা মীংকপ থোক্লক্লুনা ভারত্তা রিনাসন্স ১৯শুবা শতাব্দীদা লাকখি। বৃটিশকী মায়োক্তা হৌবকখিবা নীংতম্বগী আন্দোলনগী খোঙকমদা, অনৌবা রাজনীতি অমসুং সমাজগী ওইরক্লিবা ফিবমনা তকশিল্লক্লুনা জাতীয়তাবাদকী রাখল অসি শাগৎখিবনি।

ভারত্তা লৈরিবা মীওই কাওলুপ অয়াম্বা অসি ধর্ম্মদা চেংনা থাজবা, লাই য়াম্না নীংবা, আধ্যাত্মিকী রাখল চেনজবা ওাক্কুনি। ভারতকী মরৈবাক নীংবগী রাখল অসিসু ভারতকী সংস্কৃতিগী বুন-ফমদগী শাগৎপা, ধর্ম্মগা থাদোক্নবা য়াম্রবা কুপোম্না যোমত্তুনা লৈবি। অতুনা ভারতনা লৌরিবা, শাগৎলিবা জাতীয়তাবাদকী ভাব, মরৈবাক নীংবগী রাখল অসি য়াম্না আধ্যাত্মিক ওইবা, অরাংবা থাক্কী মথক অমনি। ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং দর্শননা জগৎ অসিবু শেম্বা, য়োকপা অমসুং মাঙ্হনবা ওম্বগী স্বরূপ ওইবী, বিশ্ব জননী ইমাগী শাইওন-শক্তি অমদা চেংনা থাজে। অসিগুম্বা লাইবেম্বগী শক্তম লৌরিবী, জগৎ পোকপী ইমা অসি পরমাত্মা পরমেশ্বরগী অরোন অথুপ পুন্নমক তাপ্তুনা শেমগ্রবা, অওকপা কয়ানা তিল্লবা খুৎশেম অমনি হায়না লৌই। সাংখ্যা দর্শনগী প্রকৃতিনা শক্তি ওইতুনা অতুগা পুরুষনা শক্তিগী কায়দোংফম শক্তিমান ওইরগা মবান্নিগী সংযোক্তগী জগৎ অসি মীতমতুনা শেমখিবগী মওং অতুনি। প্রকৃতি লৈশেমগী থরায় ওইবী নুপী লাইরেম্বীনি। মহাক অসি গুণ অহুম্না লৈতেংবী, মহৌশা কৌবী প্রকৃতিগী হৈশিংলবা মগুন পুন্নমক ফোঙ-দোকপা ওম্বী, শুমহৎ শকতম্নবী লাইরেম্বীনি হায়না থাজে।

অসিগুম্বা গুণ কনা — হায়বদি অথোং-অমেঙ, য়োকপী-থাকপীবা, কননবীবা, ঙাকপীহৈবা, অথাঙ্ কনবা, পুম্নমক অসি পলেম ইমাদা শুনা লৈ হায়তুনা ইমাগী শক্তম অসি লাইরেম্বীতুমক্কি হায়না লৌন-বমই। নম তুঃ পরং দৈবতম্ = পলেম ইমাদগী হেনবা লাই অমত্তা লৈতে। বেদনা হায় - মাতৃ দেবো ভবঃ = পলেম ইমাদি লাইনি। অতুনা ভারতকী সংস্কৃতিদা মাতৃভক্তি, মাতৃবন্দনা, মাতৃ অরাধনাগী অচৌবা মফম লৈ। ঈশ্বরগী শক্তি পুম্নমক্তা ইমা হায়বা ভাব অসি হাপচিন্দুনা মথন-মথা কয়াগী ভক্তি তৌবি। পৃথি মাতা, গঙ্গা মাতা, বিদ্যা মাতা, সীতা মাতা অমসুং ভারত মাতা। অতুগা অমুক, এপোকপী পলেম্সু নাউকোননিবী, মচা কয়াবু য়োকপীবিবা, জীব যাগা মথাবাস কননিবিবী, হিংনবা চিঞ্জাক অমসুং নাসী-শিংবা, ফপাল-রাপাল ফু পানবিবিবা পোক্কফম - মদমদু অমুসা হেন্না অপোইবী ইমা, শক্তি লৈবী লাইবেম্বাগী মশক্কি হায়না লোঞ্চুনা ঈবাংনবক্কি। মসিগী রাখন্দগী অমুক লাকই— জননী জন্মভূমিচ স্বর্গাদপি গরীয়সী (পোকফম লমদমনা স্বর্গদগীসু হেন্না রাণ।) অসিগুম্বা অনাশশিল্পী শক্তম লৌবা ভারত মাতাগী ফজবা মূর্ত্তি এসিবু শৈথাডুনা ভারতকী কবি কয়ানা সাহিত্যগী ফজবা খুৎশেম কয়া শেম্লম্বা ভারতকী বিনাসন্সী মতমদা। ব্রহ্মকপা ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রগী "বন্দে মাতরম", বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথকা 'জন গণমন', মহম্মদ ইকবালগী 'সারে জাহানসে অচ্ছা হিন্দুস্তান হমারা' অসিন-চিংবা মরৈবাক নীংবগী শৈরেংশিং অসিনা লাইরেম্বীগী শক্তম লৌবিবী ভারত মাতাবু শৈথাডুনা খুকমজবা, ফজবা কল্পনা অমসুং অরাংবা রাগন চেনবা সাহিত্যগী অমর ওইরবা খুৎশেম ঙাক্তনি।

ভারতকী জাতীয়তাবাদকী রাখন্দি অরাংবা থাক্কী লাইনিং লম্বীগী মশক্কি। ভারতকী পাক চাউরবা পরম্পরাদগী শাগৎপা আধ্যাত্মিকী সাধনানি। রাংলবা রাখল অসি মরৈবাক নীংবগী

মরমদা ইরম্বা কবি, লেখক, লীলা ইবা কয়াগী কলম্না ময়েক শেংনা ফোংদোক্নি। মখোয়গী মরৈবাক নীংবগী সাহিত্য অসিদা য়াউরি— মরৈবাক্কীদমক্তা কৎথোকপা, বলিদান তৌবা, নীংতম্বগীদমক অকিবা অমসুং নীংহন্নবা লৈতনা লান্থেংনবা, লোইলম শাসনগী মখাদা লৈবগী পেন্দবা খোল্লাও, অরানবা শাজং, নীতি, লৈঙাকলোনগী মায়োক্তা লান্থেংনবা, ওং-নৈবগী তুহৎপগী মায়োক্তা অকিবা লৈতনা লেপ্পা। অতুনা সাহিত্যনা সমাজদা চংনরিবা অরানবা নীতি, চৎনবী, ফত্তবা কয়া শেনদোক্ববগী উপায় ওইনা শীজিন্নরকই। সাহিত্যনা নীংতম লানগী খুংলাই, পাদ্বৈ ওইরকই। মসিদা মৈ হৌবা থম্মোয় ঈহুল, অকনবা কল্পনাগী শক্তি, থিংঙমদ্রবা ৱাখলগী শাফু কয়া য়াউরি। শিবা কিরক্তে। লিংজেল মান্নবগী ঈথিন্না কন্না হুমলক্লুনা মীগা মীগা য়ান্না নকশিন্নবা, অমত্তা ওইনা থনবা, মহৈ-মহৈ হু শিবা হেল্লকই। অঙকপা অমসুং অনৌবা মথনগী মানবতাগী শক্তম অমা লৌরকই। মতম অসিদা, ভারতকী সাহিত্যদা মরৈবাক নীংবগী য়ম্না ৱাংলবা অমসুং ফজবা, তোপ-তোপ্পা সাহিত্যগী থুংলেম অমা থম্বিরম্মী। অসিগুম্বা ভারতকী নীংতম্বগী আন্দোলনগা ঈরোয়নবা শাগৎলকখিবা আধ্যাত্মিক ওইরবা জাতিয় ভাবদকী মতুং হুনথিনবা ৱাখনগা লোন্নবা মরৈবাক নীংবগী ৱাখল-মওংসং অসিগী প্রভাবকা অরিবা মণিপুরী পরম্পরাগী ঈচেলগা তিন্নরগা শেমখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মরৈবাক নীংবগী থুংলেম অমনি।

কবিদি কলাকারনি অমসুং কলাকার ওইবনা অশেংবা মরমংৎ ওইবা তাবনি। অতুবু কলাকার অমা ওইবগী হৌনবা ফজবগী পূজারী ওইতুনা সংসার অমসুং হিংবদা মখোয়োক্নরিবা সমস্যা কয়াবু করি অমত্তা থৌশাদনা মালংদা ফুবা শাতুনা লৈগদবা নত্তে। কবিসু মতম মতমগী ওইনা থোক্লকপা ইতিহাসকী অচৌবা থৌদোক কয়াদা, পুন্সিগী নকুওইবা থৌদোক কয়াদা চপচানা শক্তক য়াগদবনি ; য়ান্না

বুদ্ধি থৌবা অমম্বুং উগন-তাগনবা কবিশিংনা মতম চানা চোংথোক-লকুনা সমাজগী সমস্যা কয়াদা তুমিন্না, করিগুম্বদা ফোংনা মখোয়না লমজিংই, লমতাকই অমম্বুং সমাজগী মায়ওন চুম্মী।

২০শুবা শতাব্দী হৌগংলকপদা লাকখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী (নব জাগরণ) অসি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াম্না লুবা তানফম অমা ওইখি। বাংলা সাহিত্যনা শাদোং ওইরগা মহৈ-মশিং তম্বগী থবক পুন্নমক শীজিন্নখিবা অমম্বুং মসিগী অকনবা প্রভাব, লোয়নননা ইংরাজী শিক্ষা তমহুনা নোংচুপকী ৱাখল-মীৎয়েং চঙলকখিবা, রাজনীতিগী চেতনা লাকপা— পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা চাউবা, কমল, অঙাংহল, নবদ্বীপচন্দ্র, দবেন্দ্রজিৎ, ময়ুরধ্বজ, ইবাবত, মীনকেতননচিংবা কবিশিং অসিদা অনৌবা মীৎয়েং অমম্বুং ৱাখল অমা লাকখি। মখোয়না অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শাগংলম্মী। মখোয়না শাগংলম্লিবা সাহিত্যগী মশক অসিদা মরৈবাক নীংবগী ফজববা খুংশেব অমা য়াউবি। খুৎমাবা কবি পুন্নমক অসিনা মমা লৈবাক মণিপুরগী মথমদা করিগুম্বা পবেং অমতুংদা ওইরবস্মু ইরমদবা তৌদে। মখোয়না মণিপুরগী ফজবব, শক্লোন, মহৌশাগী দৃশ্য কয়া শৈথারম্মী। মথল-মথা কয়াদগী মণিপুববু য়েংদুনা মরৈবাক নীংবগী শক্লোন কয়া খুদোল তৌবম্মী।

খেদি কমলনা মরৈবাক, মজাতি নুংশিবগী অপান্নবা শৈরেং ইরমদ্রবস্মু মাগী শৈরেংদা মরৈবাক, মজাতি নুংশিবগী ৱাখল্দি য়াম্না ময়েক শেংনা তাবা থেংনৈ। মাগী 'লৈ পরেং' হায়রবা লাইবিক্তা য়াউরিবা— 'মৈতৈ চনু', 'লৈশক খংদবা লৈপাল', 'বিশ্বপ্রেম', 'মৈতৈ কোকিল', 'কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা, 'থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য' অসিনচিংবা শৈরেংশিং অসিদা, মপুং ওইনা, মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা শৈথাদুনা ইরি। অনৌবা ওইনা শেমগংলকপদা ঙাইরিবা 'মৈতৈ সাহিত্য'বু নুংশিজবা, য়োকখৎচনিংবা অমম্বুং তুং কোইনা

হিংহন্নিংবগী ৱাখলনা কবিগী মফমদা মপুং ওইনা ফাউখি। নৌনা লাকপা মণিপুরী সাহিত্যবু তরাম্না ওকচনা অমসুং মসিবু পাক চাউনা শন্দোকহন্নিংবগী ৱাখল মাগী 'মৈতৈ চনু' কৌবা শৈরেংসিদা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই—

মতম কুইনগী তুংদা / লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু / মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মনুংদা / য়েন্দাই থন্না লৈহাপ্তুনা / কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা। / ... ... .... ... / মৈতৈ তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং / থাকসনু সমক্রু ৱাংমদসু / শাংলুসনু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা / কবিগী ঙম-লোইদন্নে লৈ পরেং' না তত্রবদি। / —( লৈ পরেং )

কবিগী অতোপ্পা 'চন্দ্রনদি' কৌবা শৈরেংদা মজাতিগী সংস্কৃতি নুংশিবা, হৌখ্রবা মণিপুরগী মিংচং, ইতিহাস খঙদবদা নুংঙাইতবা অমসুং নুংনাংবা ফোঙদোকই। কবিনা শৈথাবি—

ইরৈবাক্তসু তুরেল লৈ, ঈচেল কংথ্রে থল্লিবনু / তৌহনা যে সি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজনু ;/ ..... ... . .. / পোক্লফম লমদম পাদোক তুনা, হাপ্তুনা ৎৱাই খুবাক্তা / লনতানবা চংনৈ খুদোং-থীববা মফমদা। / ইবৈপাক্কী মনুংদা, মিংচং মমল য়াম্লবা, / হুনহনা লৈবি মনুংদা, তাল্লুসি শকহেনবা। / —( লৈ পরেং )

কবি কমলদা লৈরিবা মবৈবাক নুংশিবগী ৱাখল অসি মণিপুরী লোন, সাহিত্য, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিবু রোমান্টিক অমসুং আদর্শ ওইবা মীৎয়েংদা য়াম্না নুংশিনা য়েংবা অসিনি। মহাক মণিপুরী সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতিবু তশেংনা নুংশিবা কবিনি। মসিবু থৌশা-বিদবা, মীরাইবিবদা শাউনিংবা নুংঙাইতবা পোকই। মহাক্না আদর্শ ওইরবা স্বদেশ ভক্তগী মশক অমা য়েক্লম্মী ( কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা )। য়াম্না পাকপা মীৎয়েংনা মণিপুরী সাহিত্যগ অতৈ সাহিত্যগা চাংদম্নবা য়াউরি। মণিপুরগী ফজবা দৃশ্য, লৌবুক লমহাং, মহৈ-মরোং, উ-ৱা, উচেক ৱায়া পুম্নমক কবিগী মীৎকমদগী নাহ্রোকপা

ঙমদে। মঙোন্দা য়াম্না আদর্শ ওইরবা অপাকপা মীংয়েগী মশক অমা য়াউবা থে নৈ।

কবি চাউবসু মণিপুরবু য়াম্না সুংশিজবা কবি অমনি। মাগী 'থাইনগী লৈরাং'দা য়াউরিবা 'মৈতৈ কবি', 'লোক্তাক মপান্দা', 'মৈতৈ লৈবাক' হায়রিবা শৈরেংশিং অসিদা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু সুংশিজবা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই।

মাগী 'মৈতৈ লৈবাক' হায়বা শৈরেং অসিদা ইমাগী মশক ওইরিবা মণিপুরগী ফজবা শক্তম য়েকই—

চীংনবু কোইনা পনশাবা / হাওনা কোইনা পনশাবা / হৈরাং লৈরাংনা থল্লবী / ঋতু তকপা থৌগল্লিবা / (মণিপুর সনা লৈবাকও।) / হৌখন চাউবা কবিগী। / লাইনা থাবা মফম্নি। / —(থাইনগী লৈরাং)

অসিগুম্বা 'লাইনা থাবা মফম' অসিদা কবিনা হায়জরি— "লৈবাক অসিদা পোকচবা, লৈবাক অসিদা শিজবা।" মাগী 'মৈতৈ কবি' হায়বা অসি মরৈবাক সুংশিবগী ময়েক লারবা শৈরেং অমনি। শৈরেং অসিদা কবিনা মণিপুরগী ফজবা শক্তম থারি। অসিগুম্বা 'মপুগী থৌজাল ফংলবা লমদম' অসিনা নারক্তা শাংপা লৈরাংগুম অমদি ইগ্রাইদা লোংপা মণিগুম অবেম্বদা ঙানবা উবদা থম্মোয় শোক্না তেংথি। অদুবু, কবিনা চেংনা থাজে —

লাইবরী ঈংবোন্নি / খঙদবনা হায়বনি / মৈতৈ কবি লাকখিনি। / —(থাইনগী লৈরাং)

'লোক্তাক মপান্দা' হায়বা শৈরেং অসিদসু লোক্তাকী ফজবা দৃশ্য থাবগা লোয়ননা মৈতৈগী মমল য়াম্লবা ঈপাক অমনি হায়বগী সুংঙাইজবা, হৌখল অমা ফোঙদোকই—

মৈতৈগী ঈপাক্কি মাঙদা ঙাল্লিবা, / ঐথোয়গী লোক্তাক হায়বসে।, —(থাইনগী লৈরাং)

কবি চাউবনা মণিপুরবু অপোকপী ইমাগী শক্তম ওইনা লৌখি।

মণিপুরগী ফজবদা পূক্লিং শুমহংখি। 'লাইনা থাবা' লৈবাক অমনি চায়না লৌবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্য হুংশিবা অমস্মুং চাউথং-হন্নিংবগী অশেংবা রাখল অমা ফোঙদোক্লম্মী।

অস্মুন্না খুংমাবা কবিশিংগী মরক্তা কবি অঙাংহলনস্মু মাগী 'লমন', 'মৈতৈবং', 'থাজবা', 'রাখল', 'মীনাই লুহোংবা' হায়রিবা শৈরেংশিং অসিদা মবৈবাক হুংশিবগী রাখল কয়া শেংনা ফোঙ-দোকই। মাগী মবৈবাক নীংবগী রাখন্দা কমল অমস্মুং চাউবদগী খরা খেন্নরপ ত্রৌনা নীংতম্বা পাম্বা অমস্মু' বিপ্লবকী অহানবা খোল্ল উগী স্মুব অমা তাবা ফংই। 'লমন' হায়বা শৈরেংদা মমা লৈবাক হুংশিবগী অশেংবা রাখল তাবা ফংই—

হুংশিবদগী হুংশিবা, , পাম্মুবদগী পাম্মুবা, / ইমা ! ইমা ! ইমা তনি / .. ... .... .. / ঐখোই লুনা তৌফমনি, / ইমা ইপা অনীতনি / মহোয় লমন তোল্লিবনি। / ... .... .... .... .... / ঈগী তৌফম ঈবৈপাকনি, অতৈ ইমা অরাইবনি, / পোক্লফম লমদম ইমানি। / —( হিজম অঙাংহল সিংহগী শৈরেং খরা, ২শুবা শরুক, ১৯৫০ )

মমা লৈবাকপু শৈথাবগী স্মুব নত্তবা 'মীনাই লুহোংবা' দা মী-নাইনা মীনাই পোক্লব' ম নাই লুহোংবা তৌম্লুসি' হায়তুনা মীওইবগী নিংতম্ববু নমথহুনা মীথা পোনহনবগী হুংঙাইতবা অচু প্রতিবাদ তৌবি। মসিদগু নমত্তু — 'অগঙবা অমস্মুং অহৈবা'দা বৃটিশকী শাসন মুখথংনবা অহুগ 'মৈতৈ-বং'দা— অকে অমৌ তোকতুনা লংবৈফী ( মৈতৈ-রং ) শীজিন্ননিংবগী রাফম ফোঙদোকই। কবি অঙাং-হলদা গান্ধী নীতি অমস্মুং মজাতি শুংশিবগী রাখল মমি তাবা থেংনৈ। খুংমাবা কবিশিংগী মস্তুংদা রোমান্টিক ওইরবা মঙ্লান্দগী খরা খরা নাম্মোলক্লুনা সমাজগী হোংলক্লিবা সমস্যাদা, মীথা পোনবগী হুংঙাই-তবা রাখল ফোঙদোক্লুনা খুংথারম্বদি কবি চাউবা, অহাংহল, ইরা-বততনি।

কবি চিংঙাখম মযুরধ্বজ অমসুং অবাম্বম দেবেন্দ্রজিৎ সিংহন মান্নবা মুব অমদা, মমা পোক্রফম লমদমবু লৈশি-লৈখোন্দুনা মতীক মগুণ শদম্নী। কবি মযুরধ্বজনা পোক্রফম লমদমগী পূন্নমক্তগী হেন্না ফজবা, নীংথিজবা, নুংশিজবা মফম্নি হায়না মাগী 'পোক্রফম লমদম' হায়বা শৈরেং অসিদা শৈথারি। মালেম লেকোয়নুংসিদা মতোন্দগী হেন্না নীংজবা লৈত্রবা, মতম পূন্নমক্ত নীংশিংদুনা লেবগদবা পোক্রফম লমদমগী মরমদা শৈশারি—

মালেমদা অনা মুদবা / অমত্ত চায়বা মফম্নি। / মাগী মগু অচৌবা / থাজনা ঙম্মোই কনান। / স্বর্গদগী হেনবানি / হায়নবিরনি মফম্নি। / — ( শৈরেং অনৌবা )

মতৌ অমুম্না, কবি অবাম্বম দেবেন্দ্রজিৎ সিংহনা 'ইবৈপাক' হায়বা শৈরেং অসিদসু প্রকৃতি ইমাগী নুংঙাইবা শান্নরম চুইরবা পূকচেল তপ্পনী, অকনবা মপারী কং পোকপি মণিপুর ইমাগা ফজবব। তত্তম অমা যেক্রি। ইমাগী মতৌ ক—.হুং শেংলবা লোয়নবা পূকচেল শংনা ভক্তি য়াওনি কবিগী কাউইংবা বা অমুক নীংশি সি—

ইবৈপাক ইবৈপাক উজদ্রি নওগুম্ব। / নওগুম্বা নুংশিবা পূক্নিংগী পেন্নবা। / নোংপোক্কী কোবৌ খোঙদাফম / ভারতকী শমজ লংদাইফম / প্রকৃতি ইমাগী নুংঙাইবা শান্নফম। / —( ইবৈপাক )

কবি মীনকেতনসু মবৈবাক, মজাতিগী লোন অমসুং সাহিত্যবু নুংশিবা অচৌবা কবি অমনি। মানা মণিপুরগী ফজবা শক্লোন, নীংথিবা শক্তম, মতীক-মগুণ কয়া শীংথাদুনা চন্না ফতবরা শৈরেং কয়া খুদোল তৌরি। "অশৈবগী শৈরোই" ( ১৯৭৭ ) দা যাউবিবা 'থঙচেত্রে ইমা মণিপুর নওগী নুংশি শক্তম', 'খুক্রমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং', 'নোবেল ইমা নচাগা শিন্থবকপা মিংক পি, অহুগা 'সনবিক পবেংনা যাউরিবা '...গুন্নকংদা' অসিনচিংবা অসি মথল অসিগী

শৈরেংনি। খুদম ওইনা কবিনা মণিপুরগী মরমদ, শৈথারি—

নুংশিদা ইমা কংলৈপুং, / পলেম ঐগী অপোকপি। / চীংদা য়েংউই মনুংশি, / তমদা য়েংউই মনুংশি / নতু তুবুম খুদিংদা / হাজৈনে থরায় অপোকপি। / —( লোরো ইমা নচাগী শীঙ্খরকপা মেংকী পি )

অতুগা ভারত ইমা শৈথাবা শৈরেং কয়া অমস্তু লৈরি— জৈ মা নঙ্গী জৈ, জৈ মা জৈ, ( অশৈবগী শৈরোইদা য়াউবা ), ফিরাল লাইগংপা, ফরিয়াদ ( সন রক পবেং, ১৯৮১ ) দা য়াউবা। মঙোন্দা মণিপুর অমসুং ভারত অনীমক নুংশিবগী ৱাখল লৈ। অতুবু, মমক অসিদগী খেন্নরবদি কবি মীনকেতনগী আধ্যাত্মিক অমসুং মিসটিকেল ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলকপা মথৈনাক নাংবগী ৱাখল অমসুং মীৎয়েং অসিনি। মসিদা কবি মীনকেতননা 'জগৎ পোকপী মনা, কুবিহৈবা ইমা' গী শক্তম ঐনা শাগংলি। শক্তম অসি ইমা লৈমরেল শিদবীগী মশাক্তি হায়বসি য়াম্না লায়না খঙবা ঙম্মা। ৱাকম নসি মাগী 'নঙসে নুপা ইমানি ইমা' ( অশৈবগা শৈরোই ) হায়বা শৈরেং অসিদনা ময়েক শেংনা হাক্লি। শৈরেং অসিদা, মপু মামা এলহৌতৈদা, হীরি কোন্দুনা, মপু মাগী উনগোইনুংদগী মালং নোংলম শেম্নবা মাগী তালোই ওইনা নুপাগী শক্তম লৌহুনা শেমখিবা, ইমাগী শক্তম লৌরিবী ইমা লৈমরেল শিদবীনি হায়বসি তাকই। অসিগুম্বা ইমাবু কবিনা খুরুমজরি—

নুপি, / খঙজবরা নহাকপো / নশাগী নশক, / নশাগী কো-লোয় ! / ইমানি ইমা, / ইমানি ইমা ! / .... .... .... .... .... .... ! কংলৈপুংদা তম্না কুম লুপী তোগী হকচাংদা / পলেম চায় শায়োন তৌ যুগ যুগ খুদিংদা / পারি নমোম থোম্লাং ইন কংলৈ থোঙজাল য়েনাথৈ / ডানখিবনি নুপি নঙ নমু তাইবং মীরাংকোন / ডাঞ্জরগুম নহাক্না কোয়ো ৱাংলৈ থম্নুং কোল / শজি থবা নুনিথা থৱান শাংগে

ৱৈনা ৱৈ। / —( নঙসে মুপি ইমা, লাঃ ৩২,৩৮ )

অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক ওইবা শৈরেং কয়ানি। মথোয়দি—শকই ঈশৈ পোত্থাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং, মিংখৈ' মনা কৌই ইমা অমুক 'মনা তালোয়, খঙনা খঙনা অহুবু কুইর কুইরগা মমন্বি থারবনি ঙসি পুন্সিসে খোঙা, ( অশৈবগী শৈবোইদগী ) ; তিল্লন ৱাংনা খুভম, ইমানা নঙ্গীনি, খোঞ্জেন অমা, ঈচাউনি অমা, পাঞ্জেই বীনি নঙদি, কবি জগোই, ( 'সনরিক পরেং' দগী ) হায়রিবা শৈরেংশিং অসিনি। শৈরেংশিং অসিদা ইমাগী তোখায়বা শক্তম, মতীক-মগুণ, শক্তিগী মবমদা শৈথারি। মণিপুরীগী ওইবা লোন্দা-পুদা, অরিবা সাহিত্যগী ইমেজরী কয়া শীজিন্নহনা মৈতৈগী অরিব পরম্পরাদগী লাকপা ৱাখল পরিংদা কবি মীনকেতননা আধ্যাত্মিক ওইরবা মবৈবাক নীংবগী শৈরেংগী মশক অমা মণিপুরী সাহিত্যদ খুদোল তৌরি।

কবি অঙাংহলনা নীংতম্বগী অমদি বৃটিশকী শাসনগী পেন্দব খরা ফোঙদোক্লুনা ইবগী। অহুবু, চপচানা মীওইবগী নীংতম্বগী, বৃটিশকী লোইলম শাসনগী পেন্দবগী, মীনাই ওইবগী নুংঙাইতবা, নিহংপীবগী শাউনিংবা, লৌমী-শিন্নাবু মুংশিবা ফোঙদোক্লুনা ইবম্না কবি অমদি নেতা ইরাবতনি। কবি অতৈগ মাগা খেন্নবদি — মতৌন্দা রাজনীতিগী চেতনা কম্না লৈখি। মশামক সমাজ সেবক অমসুং রাজনীতিগী অকনবা থবক তৌবা মাশক অমা ওইনা চোঙথোক্লকখি। অহানবদা মৈতৈলংগী খানি শেত্নুনা গান্ধী নীতি পামজনা ইনখি। মমৈথংদা কমুনিষ্টকী নীতিদা মথৱাহ লূপখি। বৃটিশ সনকাবগা শীংনহুনা বৃটিশকী মীনাই য়োংহন্নিংগী খোঙজিনগী থদংতুনা, নিংখা তম্নবা কম্না হোংনখিবা নেতা অমনি। মণিপুরী সাহিত্যদা ভাবতকী নীংতম্বা লানগী ৱাখল ফোঙদোক্লুন ইব, দেশ প্রেমগী ঈহৌবু মশক শেন্না উংলম্বা কবি ইরাবতনি।

কবি ইরাবতনা মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ অমসুং শৈরেং কয়া ইরম্মী। মাগী মমিং চৎলবা মরৈবাক নীংবগী শৈরেংশিংদি— (১) হোৌবো হোৌরো ভারত মচাশা, (২) হৌরো অরাবা অহিংগী অমম্বা কোক্নুনা, স্বাধিন্তাগী মুমিৎ থোরক্নে, (৩) থাঙ্গোল অহু ময়া থাংউ থৌনা, (মথক্কী ঈশ ২ অমসুং ৩ শুবা অসি হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা ইবা ঈশৈদগী মণিপুরীদা হন্দোকপনি।) (৪) চৎলো চৎসি ইচিল ইনাউশা লৌমীগী লৈবাক শেমগনুসি, (৫) চীং-তম পুম্বা লোয়না লাক্লো আইন সভা তাল্লুসি অসিনচিংনা অসিনি। খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ দা কিষান সভাদা শকখিবা ইরাবতকী ঈশৈ ঙসি ফাউবা কাউনদ্রি—

অরাবা অহিংগী অমম্বা কোক্নুনা / স্বাধিন্তাগী মুমিৎ থোরক্নে ইমা / মকপশিংগী থরায়না তত্তনা কৌবক্নে / য়াকায়বরে নঙগী থোঙজিন্দা। / হোৌবো হোৌবো হোৌবো হোৌরো লৈবাক পুম্বা / থোঙ লোন্দুনা মঙ তমহনা / তুমখিদরা তুমখুন হুন্না।

অহুগা চহী ৪৫ চুপ্না অকাউবদগী ঈরোল্লুংদা লুপ্তুনা লৈরুরবা, জন নেতা ইরাবত সিংহনা শ্রীহট্ট জেলদা লৈরিঙৈদা ইরম্বা (১৯৪২-৪৩), হন্দক্কা ফোঙলকপা, শৈরেং ৭৯ য়াউবা 'ইমাগী পূজা' (১৯৮৭) কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা, বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদকী মায়য়োক্তা লেপখিবা কবিনা মতম অহুগী মণিপুরী সমাজ অমসুং রাজনীতিগী পুন্সিব্ মপুং ওইনা উংলবসু, খুংমাবা কবিশিংগী মতৌ-শুন্না মরৈবাক থাগিবগী মশক অমদি মাগী শৈরেং থরদা য়াম্না ফজনা ফোঙদোক্লম্মী। 'ইমাগী পূজা' কৌবা শৈরেং অসিমক্তদা (লাই-রিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা) কবিনা মমা লৈবাকপু থম্মোয় শেংনা পূজা তৌজরি। মমা লৈবাকী গুণবু রাংনা থাংগৎলি— "অপোকপী কৌবদি ঈশ্বরগী দাননি", "স্বর্গগী লাইরেম্বী/থৌজালগী মূর্ত্তি"। শক্লিবা শৈশাক্কা অপোকপা পলেম কায়নরবা মচানা তেংথাজবগী মঙৎনি। অহুনা মুংশিজরবী মমা লৈবাকপু কায়নবা, লৈমিন্নবা

ফংদনদা তুম্বা হিপ্পা খণ্ডদবগী চৈনা ফাউবতু ফোংদোকই। 'কাউ-মুকো' হায়বা শৈরেংদনা মণিপুর ইমাগী মতীক চাববা মপাবী, অথোবা বীর— গবীবনিরাজগী মবমদা শৈথাবি।

অমবোমদা অমুক, শক্তি লৈবা কাওবুনা অতোনবা, অশোন-বশিংবু ওৎ-নৈনিবগী নুংঙাইতবা রাথল অসি মাগী 'মং অমা' হায়বা শৈরেং অসিদা ফোংদোকই। মমা লৈবাক কায়নববা কবিনা মাগী পোক্লফম লমদম মাতৃভূমিবু নুংশিবনা থুমহৎলবা থম্মোয়গা লোয়ননা বৃটিশকী মীথা পোন্দুনা মীনাইগুম লৈবিবা, মীওইবগী অধিকার অমসুং মশাগী স্বাধিন্তা ফংদবগী অৱাবা ওইবিবা মণিপুরগী অৱা-ফিবম অমা 'উচেকমক্তা ওইবম্মবসু' হায়বা অসিনা ফোংদোকই। কবিনা মাতৃভূমিগীদমক্তা তেংথাবি—

চহী ফানা কায়নববা, / থাবুম কয়া পাউ ফংদবা, / ঐগী নুংশিবরী মাতৃভূমি ; / ঐগী নুংশিববা দেশবাসী / কনাদনো হংগ-বদবা ? / কনাদগীনো তাগদবা ? / ... ... ... .. ( ঐনা ) উচেক-মক্তা ওইবম্মবসু / পাইহনা য়েং লমগনি অমুক্তসু / ঐগী নুংশিববা মাতৃভূমি / ঐগী নুংশিববা দেশবাসী / কনাদদো হংগদবা / কনাদ-গীনো তাগদবা / —( ইমাগী পূজা, লাঃ ৫৩ )

অদুগা যাম্না চম্বা মওংদা, কবিনা মৈতৈ লৈমবু চুম্না লৈশি-লৈথোনজহনা মচাশিংবু মী ওইহন্নবা অমসুং মীবক তানবা ঙমহন্নবা হায়জবগী মশক অমা মাগী 'মৈতৈ লৈমা' কৌবা শৈরেংদা উংলি—

মচা চানবী মৈতৈ লৈম ! / অৱা নুংঙাই, পাপ পুন্সদা / মচা-শিংবু মী ওইহনবিযু / তম্পাক্তা কোন্দুনা থম্বিবনু। / .. ... ... ... / —( ইমাগী পুজা, লাঃ ৬০ )

বৃটিশকী সাম্রাজ্যবাদকী মায়য়োক্তা লেপ্তুনা, মবৈবাকীদমক্তা খোংজোমগী লানফমদা মথৱায় থুবাক্তা হাপ্তুনা নোক্লা বলিদান তৌখিবা মৈতৈ অথোবশিংগী নুংশিরবা রারীবু পীবাংগা ঈৱোয়ননা

পাউদম্লিবা অমস্তুং অথোবশিংগী মতীক মগুণ শৈথারিবা কবি অমদি নীলবীর শাস্ত্রীনি। মাগী 'খোংজোম তীর্থ (১৯৬০) মরৈবাক নীংবগী, মজাতি নুংশিবগী ফজরবা খণ্ডকাব্য অমনি। মপুং ওইবা ৱারীনা খোংজোম লানগী ৱারীনি— মণিপুরগী নীং-খা তম্নবা হোৎনবদা মথরায় বলিদান তৌখ্রবা অথোবশিংগী থৌদোক্নি। খোংজোমবু অশেংবা তীর্থ অমা ওইনা লৌরি। মৈতৈ অথোবশিংগী মথৌনা, মরীংজেল, মখোয়গী কখোকপা কয়াবু মমল লৈনা শৈথারি।

নীলবীর— মমা লৈবাক মণিপুরবু তশেংনা নুংশিজবা কবি অমনি। 'খোংজোম তীর্থ' গী ৱাহৌদোক্তা কবিনা হায়- "ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা নোংঙাল্লমদাই শজিক্নুম তোমথিল ঙাল্লিবী ইমানি। লৈবাক অসিগী নিংথিবা ফজবা উবদা মহাক্কী মচাশিংনা সনা লৈবাক হায়না কৌনৈ। 'মণিপুর সনা লৈময়োল, চৗংনা কোয়না পনশাবা' কয়াদা থুমখ্রবা ৱাহৈশিংনো?" লাইরিক অসিদা কবিনা মণিপুরবু শৈথারি—

মৈতৈ লৈমা ইমানি / ফজবগী তুংনফম্নি, / কোলোই মাগী মণিপুর / মালেম শীন্না ফাওবনি। / ... ... ... ... ... ... ... /
—(খোংজোম তীর্থ, লাঃ ২-৩)

"খোংজোম তীর্থ" অসিদা মতাং কয়াদা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা অরা-অনাগী নুংশিরবা দৃশ্য কয়া য়াউবি। খোংজোমগী লানফমদা মৈতৈগী অথোবশিংগী অশিবা হকচাংনা তাত্নুনা লৈরিবা দৃশ্য য়েক্লকপদা থম্মোয়দা মীনুংশি পোকহল্লি। কবিনা থারি—

লৌবুক লমহাং খুদিংদা / ইপা ইপল পোংথারি, / তিংখং তুম্মৌ মরক্তা / মৈতৈ লান্মী য়াতারি।

মতৌ অসুয়া মণিপুরী শৈরেংদা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী শৈরেং কয়া মরাঙ কায়না লৈবা থেংনৈ। কবি নীলকান্তগী মতুংদা লাকপা আধুনিক কবিশিং অমস্তুং নহারোল শৈরেংবা, শৈরেংবী

কয়াগী শৈরেংদসু মমা লৈবাকপু নুংশিনা শৈথাজবদি লেপ্পা লৈত্রি। মতমগী মহিংনা অমসুং হৌজিক্কী পুন্সিনা মরৈবাকপু নুংশিবগী থম্মোয় লৈতবগুম মপান্থোংদা উই। তৌইগুম্বসুং মরৈবাক নুংশিবা হায়বা থম্মোয়গী মশক অসিদি কনানসু মুংথংপা ঙম্মোই। মবৈবাক নুংশিবা অচৌবা, অতাঙবা গুণ অমনি। মুৎপা লৈতনা লৈরগদবা পোৎশক অমনি। অহুনা মবৈবাক নুংশিবগী সাহিত্য মুৎপা ঙমদনা করিগুম্বা মওং অমদা শোয়দনা লৈগনি। মণিপুৰী সাহিত্যগী মরায়বক ফবা মরম্না ঐখোয়গী কবিশিংনা মবৈবাক নুংশিবগী য়াম্না ফজরবা, ৱাংলবা শৈরেং কয়া খুদোল তৌহুনা থম্বিরম্মী। মসিদা উবা ফংই— অপূনবা ভারতপু ইমাগী মশক লৌহুনা শৈথাবা নুংশিরবা শৈরেং কয়া অমসুং পোক্লফম লমদম মণিপুবগী মতীক-মগুণ, ফজবা কয়া লৈশি লৈথোন্দুনা ইবা শৈবেং কয়া। পুথোক্লিবা শক্লোন কয়ানি, শক্লিবা স্থুর মথল মখানি। পূন্নমক অনিনা শা-গৎলি অপূনবা মরৈবাক ন ংবগী শৈরেং সাহিত্য অমা।

# রোমাণ্টিক মণিপুরী নোভেলগী পরম্পরা

ঐখোয়গী পাম্বেইবী, অয়াংলৈমা, ঙাঙখলৈমা, থোইবী, য়াই-থিংকোন্নখোয়গী মচা-মশু ওইদুনা ত্তোবনরা করিনো। খঙদে নুংশি-নুংঙনদা ঙাউজবা, কল্পনাগী চুমথাং থনবা, থম্মোয় নৌবা-পেৎপা, মঙলানগী তাইবংদা ওইথোক্কবা লমদমদা মশা পান্দুনা কোয়পায় পাইবা য়াম্না পামজে। পেনাগী ঈশৈদা নুমিৎ কয়ানি চঙনা তাবদা চোকথবা লৈতনা নুংঙাইবা ঙমই। মরমদি মসিদা য়াউরি— রোমাণ্টিক ওইবা মহাও অমা। মৈতৈ হায়বা জাতিগী ইনাক খুল্লবা লোক সাহিত্যগী মপান নাইদ্রবা পুকৈ অমা লৈরম্লিবসি রোমাণ্টিক সমাজিনেশননদগী ওইরকপা খুৎশেম ঙাক্কনি। য়ারী-লাইরিক্কা, সাহিত্যগী খুৎশেম কয়াদা, চন্নবা পুন্সিগী থৌদোকশিংদসু রোমাণ্টিক ওইবা মগুণ, রাখল অসি থাদোক্কবা য়াদনা অমত্তা ওইনা লৈবি। রোমাণ্টিক ওইবনা মৈতৈগী পুন্সিনি। রোমাণ্টিক ওইনবা হোৎনজবনা মৈতৈগী পুন্সিগী পান্দমনি। মৈতৈদি রোমাণ্টিক ওইদ্রনদি হিংবা ঙমদে। অহুনা গনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মকওইবা মীৎয়েং অমদি রোমাণ্টিক ভেলু উৎপা অসিনা ওইরি। রোমাণ্টিক ভেলু অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী মচঙ ওইরবা রাখল্লোন, লেঙফদ্রবা শক্লোন অমা শোয়দনমক্কী য়ুমহুনা লৈ।

মণিপুরীগী অহানবা উপন্যাস, ডাঃ কমলগী "মাধবী" (১৯৩০)-দগী ঙসি ফাওবদা চৎথরক্লিবা উপন্যাসকী খোঙচৎ অসি রোমাণ্টিক ওইবা পরম্পরাগী ঈচেল অমদা অমুম চৎথরকপনি। ডাঃ কমলনা কাঞ্চিপুরগী তনৌরবী, তাইবং নুজা মাধবীবু হৈবোকচিংগী লাই-রেম্বী ওইহন্দুনা স্বার্থত্যাগকী দর্শন হাপচিল্লগা তাইবং মীদগী হেন্না চাউথ্রবা, কোনবা থুংদ্রবা মীওই অমা ওইহল্লি। 'রোমান্স' হায়না

খঙনবা মধ্যযুগকী ৱারীগী মওং অমসুং মহাও অহু উপন্যাস অসিদা মরাঙ কায়না য়াউরি। ৱারী থৌদোক অয়াম্বা মঙ-ফাগুম্বা ঙ.ক্কনি। 'মাধবী' পাবদি নুংঙাইরবা মঙ অমা মঙবগুম্বনি।

মঙগী থোঙচং অসিদা চাউবগী 'লবঙ্গলতা' না শমথরি। পুবাণগী ৱারীগুম শকখঙদবা শগোলতোংবা পাখং অমদা নুজা অমনা থম্মোয় কংখি। উংসবকী হরাই থোংবদা হাউনবা হায়রুনা ঙা থোংবা মহি য়ানশিনবগুম লতাম্নাদা সতী সীতাগী অরাংবা ৱাখল খরা হাপ্‌লি। বঙ্কিমচন্দ্রগী মগৌ তমহুনা ইবা ঐতিহাসিক উপন্যাস অসিদা, হৌখ্রবা ইতিহাসকী থৌদোক খবদা শাগত্তুনা ইবা অহুগা ঐতিহাসিক কল্প-নাদি ৱাংলবা, ইবেনবোকী ৱারী অমা ওইহন্দুনা থায়নগী খৌনা -লিংজেল, মচু শঙলবা নুংশিবা উৎনবা হোংনৱি। অঙাংহনগী 'জহেরা' দা মঙলিবা মঙনা— পাঙন নুপী জহেরাবু হিন্দু ওনহন্দুনা চন্দোল থিনজিনবিবনি। ফল তাদ্রহুনা কুঞ্জোনা জহেবাবু হাং-হনখি। নু'শিবদা ঙাউবা মঙলান অমনি। নুংশিবদগী হেনা ৱাংবা 'নীংনবা' গী মশক অমা শাগৎপনি।

শীতলজিং পক্কা রোমান্টিক-আইডিয়েলিষ্ট অমনি। ফিদম-নিংঙাই ওইরবা মীওই, ৱাখল উংপনা মাগী পান্দমনি। মাগী উপ-ন্যাসশিংবু আদর্শগী ভিটামিন বি-কমপ্লেক্স ওইহন্দুনা অপাবশিংবু পীথক্কবা হোংনবনা সাহিত্যগী পান্দমনি খনখি। তশেংবমক্তি লাই-নিংফম আশ্রম অমদা লৈরগা উপন্যাস ইবগী মহত্ত্ব ধর্ম্মগী পাউতাক, ৱাগী ইবনা হেন্না পকচবমগদবনি। রোমান্টিক ওইবা ঈচেল অসি হিজম গুানা মপাঙ্গল য়ান্না কনখংহনখি। মাগী 'লমন', 'খুদোল', 'অরোইবা পাউদম', 'ঐখোয় তাদা', রোমান্টিক ওইরবা নোভেল ঙাক্তনি। পাচাবু করম্না রোমান্টিক ওইদে হায়গনি। মাগী 'হয়াদ বেগম', 'হজ্জ', 'থানিল' অসিনচিংবা উপন্যাসশিংদা ডাঃ কমলদগী চঞ্চরকপা রোমান্টিক ওইরবা মুংশি-মুংওনগী মশক অসি অখোই-

অহেন নাইনা অহুম য়াউরি। ঈচেল অসিদা থোইবী (নুংশি ঈচেল, রাধা, চীংদা শাংপা ইণ্ডেল্লে, লমজা) অমসুং তোকপম ইবোমচা (মোংফম, মণ্ড লৈবাক) লৈরি। মসিদসু নপ্ত্রি— চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (লৈপাক্লে, থরোশংবী) শরৎচন্দ্র (মেহরু), রামসিং (জাৎ ওনবা) সোনামণি (বসুমতি), এমঃ কেঃ বিনোদিনী দেবী (বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী) অসিনচিংবা উপন্যাস ইবা ইবা কয়ানা ওসি ফাউবদা মনিপুরী উপন্যাসকী রোমান্তিক ত্রেদিশন অসি হেন্না পাকথোক চাউথোকহন্দুনা হেন্না ঈচেল কনহল্লি। ডাঃ কমলদগী হৌজিফাউবদা চৎথরক্লিবা মণিপুরী উপন্যাসকী খোঙচৎ অসিদা মথল মথা কয়াগী থীরমদা ইবা উপন্যাস কয়া য়াউরবসু বোমান্তিক ওইবা মীংয়েং, রাথল, থম্মোয়মতা অহৃদি হোংবা লৈতে। উপন্যাসতদা নত্তনা সাহিত্যগী অতৈ খুৎশেমদসু রোমান্তিক ওইবা মওং অসি শাকু কন্না চৎথরি। কবি মীনকেতননা হৌজিক্কী মতমগী খোঙফমসিদা লেপ্লবা ইমা লৈব কপু শৈথাবা খুকজেগা শৈরেং কয়া ইরি। ডা. কমলগী 'মেতৈ চনু' কৌবা শৈরেংগা কবি মীকেতনগী 'জৈ ইমা মণিপুর' গা করিদা খেন্নবগে? অসুম্না রোমান্টিক ওইরবা মশক অসি শৈরেং, ড্রামা, ৱারীমচানচিংবা অতৈ খুৎই কয়াদসু মরাঙ বায়না উবা ফংই।

মথক্তা, মণিপুরী রোমান্টিক নোভেলগী ঈচেল অমা ময়েক শেংনা চৎথরকপা থেংনৈ হায়বসি উৎথ্রে। অহু ওইরবদি মণিপুরী উপন্যাসদা লৈরিবা রোমান্টিক ওইবা মশক অসি করিনো। অহুগা মসিগী যুম্ফমনা কদায়দগীনো? মতাং অসিদা চেৎশিন ৱাহৈ অমা হায়বা চুমই। মহৃদি— রোমান্টিক হায়বা টর্ম অসি নোংচুপকী সাহিত্যদগী পুবা ওইরবসু নোংচুপকী সাহিত্যদা লৈরিব। রোমান্টিসিজমগী মশক্কা মণিপুরী সাহিত্যদা ওইরিবা ফিবমগা য়াম্না খেন্নৈ। সমাজ, সংস্কৃতি, পরম্পরা, মকম, মতম, হৌফম, শাৎফম খেন্নবা

মবন্না নোংচুপ সাহিত্যগী রোমান্টিসিজমগী মশক অদু মণিপুরী সাহিত্যদা নমফুদা পানশিন্নবা হোৎনববদি মশা চাদবা ফুবিং অম শিংশিনবিবগুম মবাং মবাং ওইনা শোযদনা থোকনি। নোংচুপক অহৈবা পণ্ডিতশিংনা ইবা, তোথায় তোথায়বা মীৎয়েং, খোঙথ কযাদা ইবা লাইবিকশিংগী দিফিনিসন মযামগ মূরা শান্নদুনা গুমাং কাংবা থাদোকতুনা ঐখোযগী ওইবিবা থিবমদা মুন্না যেংতু ঐখোযগী সাহিত্যবু মশক শেংনা তাক্নবা হোৎনবনা অতুম্বা খোঙ ওইগনি নীংই।

নোংচুপকী সাহিত্য, মক ওইনা ইংরাজী সাহিত্যগী নোভেলদ লৈবিবা রোমান্টিসিজমগী মশক অসি রোমান্টিক পোইট্রিগী পবম্ব বাদগী চঙলকখিবা মশকি। রোমান্টিক পোইট্রিগী প্রভাবতগী সার হ্রালটর স্কোটনা হৌথ্রবা ইতিহাসদা মুক্ষম ওইনা ইবা 'হিসটোরিকেল রোমান্স' কৌবা উপন্যাস মখল অমা হৌদোক্লুনা যুরোপদা পান্না চংনখি। কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী অহানবা গ্রেজুয়েট ওইখিবা বঙ্কিমচন্দ্রনা সার হ্রালটর স্কোটকী প্রভাবতগী ঐতিহাসিক উপন্যাস ইখি। অমুক বঙ্কিমচন্দ্রগী প্রভাবতগী হাওমৈ বজন কান্ত ববদোলোই (১৯ শুবা শতাব্দী), অমসুং মণিপুরদা ডাঃ কমল অমসু চাউবনা রোমান্স অমসুং ঐতিহাসিক উপন্যাসকী মওং ইনখি। মকওইনা মণিপুরী উপন্যাসনি বাংলা সাহিত্যগী যাক্ষমদগী শাগৎপনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা মকওইবা গুরুনি। ইংরাজী সাহিত্যদগী বাংলা সাহিত্যদা চঙলকখিবা উপন্যাস কলা অসি মণিপুরী সাহিত্যদা বাংলা সাহিত্যদগী অমুক খুৎথাঙ ওইনা চঙলকখিবনি। নোংচুপতগী মওং লৌবা কলা ওইদবসু বঙ্কিমচন্দ্রগী মখুত্ত হিন্দুগী ওইবা হ্রাথল, ইথিন কযা হাপচিন্দুনা ভাবতকী উপন্যাসকী শকুন লৌরে। মসিগী মথক্তা, অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শাগৎলকপগী খোঙফম অসি, পুম্নমক্কগী খেন্নবা ফিবম অমা ওইনা মরুমনা, মণিপুরগী ওইবা তোপ তোপ্পা শকুম অমা লৈজে।

১৯ শুবা শতাব্দীদা ভারততা রিনাসন্স লাকখি। মণিপুরদনা ২০ শুবা শতাব্দী হৌরকপা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যদা রিনাসন্সগী ঈহৌ লাকপা হৌখি। য়ুরোপতনা ১৫ অমসুং ১৬ শুবা শতাব্দীদা শন্দোক্লকখিবনি। রিনাসন্স অসিদা নৌহৌনা মীংকপ থোক্লকপা হায়বা মান্নবা মশক অসি য়াওবা থেংনরবসু রিনাসন্স খুদিংমক্কী মশক্তি অমুক তোঙাল্লি। য়ুরোপকী রিনাসন্সদা তাইবং মীবু মায়-খুম হাংদোক্লুনা তাইবং মীগী মঙ্গল, মতীক, ময়াম গুণ পুথোক-লকপা—'রিনাসন্স মেন' অদু মণিপুরী সাহিত্যগী রিমাসন্সদা পুথোক্লবা হোংনৈ হায়রুবদা রাখল খনবা কনানা থাজরুগনি। ভারতকী রিনাসন্সদা লোয়নরিবা আধ্যাত্মিককী মুংগী রাখল অসি য়ুরোপকী রিনাসন্সদা উবা ফংদে।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অসি ময়াম ওইবা সাহিত্যগা ইশম শম্নদনা, খংকান কান্দুনা হৌগৎলকপা ওইনা তৌখি। ইতিহাসকী থৌদোক্কী মথা পোনখিবা মরমনা চহী চনীমুক অসি অরিবা মণি-পুরী সাহিত্যবু মাংহনবা মাওংদা হায়দুনা লাকখি। তঙাইফদবা লাইশোন তিন-শোন, পণ্ডিত খরনা পাবা, নৈনবা নত্তনা মবাইবক থিরবা অরিবা মণিপুরী সাহিত্য অসি মীয়ামগী সাহিত্য ওইবা ঙমখিদে। অনৌবা শিক্ষা লাক্লুনা মণিপুরগী খুংমাবা অইবশিংনা বাংলা সাহিত্যগা শম্নরবা মতমদদা নৌনা ময়োন চোংখৎলক্লুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অসি শেমগৎখিবনি। রিনাসন্সগী খোঙফমদা লাকখিবা অইবশিংগী মরু ওইবা রাখলগী ফিরেপতি অনৌবা রাখল-মীংয়েং অমগা লোয়নননা য়েংলকপা পুন্সিগী মমল, মীনুংশি অসিনি। মীংয়েং অসিদা, ধর্মগা, তোংশিন্নদুনা উংলকপা আদর্শ য়াওরি। মমালোনবু নুংশিবা, মমালোনগী সাহিত্য নৌহৌনা শেমগৎপা, থায়নগী পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা নৌহৌনা য়াকায়হনবগী মশক য়াউরি। হায়রিবা মশক অসি ভারতকী নত্রগা নোংচুপকী রিনাসন্সদা য়াউদবা মশক শোয়দনা নৈগনি। অসিগুম্বা রিনাসন্সগী

খোঙফমগা ঈরোয়ননা শাগংলকপা মনিপুরী সাহিত্যগী রোমান্টিসি-জমগী মশকনি। অনৌবা সাহিত্যদা লৈরিবা মসিগী রোমান্টিক ওইবা মশক, মুংগী ৱাখল্লোন অসি বিনাসন্সদগী লাকপা মশকনি। ৱিনাসন্সগা রোমান্টিসিজমগা য়াম্না মরী লৈনৈ।

ৱিনাসন্সগী খোঙফমদা শাগংখ্রিবা মণিপুরী সাহিত্যগী রো-মান্টিসিমজগী মশক অসি খঙনবা হোৎনবদা মায়কৈ কয়াদগী য়েংবা য়াই। মসিদা শাগংখ্রিবা মচাক অসি মরুওইনা ৱাখল অহুমগী ঈরোংদগীনি— (১) থায়নদগী লিশাংশিংনা চংথরকপা অরিবা অমসুং লোক সাহিত্যগী পরম্পরা, (২) বাংলা সাহিত্যদগী লাকপা প্রভাব, (৩) নোংচুপকী শিক্ষা কংবদগী লাকপা প্রভাব। ৱাখল অহুমগী ঈরোং অসি তিন্নথগা মণিপুরীগী ওইবা তোপ তোপ্পা রোমান্টিসিজমগী মশক অমা শাগংলকপনি। অসিগুম্বা রোমান্টি-সিজমদা য়াউবা থেংনৈ—আদর্শ ওইবা মীৎয়েং, ৱাখল, চংনবী, ভেলু সিষ্টেমবু য়াবগা লোয়ননা লম্নাইগী ওইবা মীৎয়েং অমনা হেন্না ময়েক শেংহল্লগা, কল্পানা মনিংতম্না শান্নজবা লীলাগী শক্লোন। অয়ুক মুমিদাং পুন্সিগী ৱাংমদা লৈরিবা ফিদম্নিংঙাই ওইরবা পান্দম অমদা চংননবা মতম পুম্নমক্তা শেম শাহুনা লৈ। অহুনা মতম পুম্নমক্তা পুক্রিং তথকই। কনাগুম্বা অমনা অমুম খুৎলাম তোয়না কৌবদৌনা তৌই। মঙলানগী অভিসারগীদমক্তা থৌরাং তৌহুনা লৈবনা অয়াম্বা মতমদা পুক্রিং মথুম-মরাং হৌই। পুন্সিগী অওইবগা তত্তুনা লান-থেংনবদা পুন্সিগী অওইবনা মায়থিরবদি মহু রোমান্টিসিজমগী মায়-পাকপনি। (মঙ অমসুং তাইবংগী মরক্তা মঙলানগী ফজববু হেন্না উৎপদা খোয়দাজরবদি মহু রোমান্টিসিজমগী মশক্নি। তাইবংগী অচুম অরানগী ৱাংমদা লৈরিবা হেন্না ৱাংবা, লাইরমলেনগী ওইবা অচুম-অরানগী মশক অমদা হেন্না পুক্রিং থম্নবদি মহু রোমান্টিক ওইবা খুৎই অমনি।) অসিগুম্বা রোমান্টিক ওইবা খুৎই অসি মওং কয়াদা মণিপুরী

উপন্যাসতা মরাও কায়না থেংনৈ। মসিনি মণিপুরী রোমান্টিক নোভেল হুংগী ৱাখল্লোন।

'রোমান্টিক' হায়বা ৱাহৈ অসি য়াম্না মরৈ থাংই। ঙসি ফাউবদসু চপচানা মশক তাকপা ঙমদ্রি। এ, ও, লভজয়না হায়বা— "the word 'romantic' has come to mean so many things that by itself, it means nothing all." 'রোমান্টিক' হায়বা ৱাহৈসিনা খঙনরিবসি য়ামমনগ্রহুনা করি অমত্তবু খঙহন্দ্রে হায়বসি অচুম্বনি। রোমান্টিসিজমগী ৱাখলগী হৌরকফম য়ুম্ফম তাক্লহুনা নোংচুপকী মমিং চৎলবা পণ্ডিত অমনা হায়—"it was a kind of renaissance, a rediscovery a wholly beneficial upheaval of defunct of mind and spirit." মসি মণিপুরগী ফিভমগা হায়ফেৎ মান্নবগুম তৌই— রোমান্টিসিজম হায়বসি রিনাসন্স মখল অমনি, শিথরবা পুক্লিং অমসুং আত্মাবু পুন্নমক্তা কান্নবা পুরকপা, অচৌবা অহোংবা ঈহৌ অমনি। অমুক গেতেগী ৱাহৈ য়েংসি—"it was sickness, of the spirit and a disorganising irruption of subjectivism." মসি থম্মোয় অমসুং আত্মাগী লায়নানি, মরম্নাই ওইবা মিৎয়েংগী মওং তাদনা, খংহৌ হৌরকপা লানহৌ অমগুম্বনি। মসিগী ৱাফম অসি নোংচুপকী সাহিত্যদা য়েংবা মীৎয়েংনি। মণিপুরদা পানশিনবদা চূনদনা থোকই। মণিপুরী রোমান্টিসিজম হৌরকপগী য়ুম্ফমদা পেন্দ্রবা, শিরুম-নারুম্বা থম্মোয়গী ৱাফম অসি কয়া য়াম্না য়াউবগে হায়বহু চীংননিংঙাই ওই। অহুগা 'সবজেক্টিভিজম' গী ৱাফম অসিদা শোয়দনা য়াউফম থোকই, য়াউরি। মসিদি রোমানটিসিজমগী মথরায়গুম্বনি। অহুবু ইংরাজী সাহিত্যনচিংবা নোংচুপকী সাহিত্যদা লৈরিবা 'সবজেক্টিভিজম' গা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈব্রিবসিগা চপ মান্নবদি নত্তে। নোংচুপকীদি য়াম্না

সিরিয়স ওই। অকনবা শাফুগী লন্নাইগী ওইবা মীৎয়েংনি। অপুনবা সমাজগা লন্নাইগী মীৎয়েংগা লাপ্নেংনহনা লন্নাই ওইবা মীৎয়েংগী মশক, শক্তি অমসুং মফমবু কন্না দাবী তৌহনা তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইনা উৎলকপনি। মণিপুরী রোমান্টিসিজমদা লৈরিবা 'সবজেক্টিভিজম' গী মশক অসিদি সমাজনা য়ানরবা ভেলু সিষ্টেমদা চঙহনা অমসুং য়াহনা, মহুনা লৈরিবা মশক অহুদগী হেন্না ফজবা মশক অমা খনগৎলবা লন্নাই ওইনা উৎনবা হোৎনজবনি। মসিদি পরম্পরাবু হেন্না ঈচেল কলহনবনি, শোগৎপনি অমসুং মপুং ফাহনবনি। মরম অসিননি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা মাইকেল মধুসুদন দত্তগুম্বা অইবা থোক্লকখিদ্রিবা।

হৌজিক মতমগী মণিপুরী অইবশিং অসিবু কয়া য়াম্না মোদন ওইরবগে? মোদর্ন সেন্সিবিলিটিগী চপচাবা চৈথেং অমসুং মু ঙাই-তবা অতু যৌনা মোদন লিটরেচরগী চপচাবা মীৎয়েং-রাখল অহুবু কদায়ফাওবা যৌনা ফোঙদোকপা য়াউবরগে? ঐগী ওইনা ঙসি ফাউবা মসিগী চপচাবা পাউথুম ফংজদ্রি। মোদর্ন ওইরবা হৌজিক মতমগী আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যনি হায়রিবসি তশেংবদি মপান্দনা মোদর্নগী ফিজেৎ শেংপা, নুংদনা রোমান্টিক আইদিয়েলিষ্টকী ওইবা মশক ঙাক্তনি। ঐখোয়না ফংলিবনা অনী অসি য়ানশিন তোৎ-শিন্নবগী চমন্নবা মশক্নি। মণিপুরী অইবশিংদি য়াম্নমক রোমান্টিক আইদিয়েলিষ্ট ওইবা পুক্নিংমতা অসি শাগোন্নহনা লৈ। হৌজিক ফাউবদা রোমান্টিক সেন্সিবিলিটি অসি থাদোকপা ঙমদনা ঈবোয়-ননা চৎলি। নুমিৎকী মঙাল্না মিংশেলদা য়ৈবদা মঙাল অমুক থৈদোক্লকপদৌনা মণিপুরী উপন্যাস ইবশিংগী থম্মোয়দগী থৈদোক-লক্লিবা পুক্নিং ঈহুল, রাখল, ফিলিং অমসুং মখোয়না হিংবগা মরী লৈনবা— পুন্সি, সমাজ অমসুং অকোয়বগী ফিবমশিংদা খুমলিবা পাউথুমশিং অসি রোমান্টিক ওইবা মশক্নি। খুদম ওইনা য়েংসি— মচানিপা অহল ফংজবদা মমা মপা, মবোক, মপু-মবেলনা

হরাউজবনা কপচৈ। যষ্ঠি, নগুন থাংবদা মচাগী কুম্মৈদা কপচৈ। লংযৈদা লাইরিক তম্বা চংখিবদা ঙাইহাক কায়নবা ঙমত্রহনা কপচৈ। চিঠি থারকপদা পাবগা কপচৈ। লুহোংবদসু কপচৈ। মচা শিবদদি রাম্বনা কপচৈ। মসিবু করম্বা থম্মোইনো? মসিবু করি মমিং থোনসিগে— সেন্তিমেন্টেল রোমান্তিক, ফিলোসোফিকেল, আইদিয়েলিষ্টিক, নত্রগা কপচেৎকন। অহনা মণিপুরী উপন্যাস ইবশিং অসিগী থম্মোয় ঈরাং য়েংউরবদি কপচেৎকন ঙাক্তনি। কল্পনাবু অফা-অপুন থমদনা মরাঙ কায়না নীংথা তন্না শীজিন্নবা য়াম্না সেন্তিমেন্টেল ওইবা পুক্রিং নৌবা, পেৎপা, রোমান্তিক আইদিয়েলিষ্ট ওইবা, অচুম্বদগী নাম্থোক্লুনা হেক হেক চেনবা, মোরেল অমসুং ইথিকেল ভেলু অমনা চেৎনা পুন্দুনা থম্বা, আদর্শ ওইরবা মীংয়েং অমসুং রাথল পামজবা অসিনা মণিপুরী উপন্যাসদা লৈরিবা রোমান্টিসিজমগী মপুং ওইবা মশক্নি। মসিগী মশক অসি ডাঃ কমলদগী হোরহনা চাউবা, অঙাংহল, শীতলজিৎ, গুণ, ইবোহল, থোইবী, প্রমোদিনী, তোকপম ইবোমচা, রামসিংহ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, সোনামণি, পাচা, শরৎচন্দ্র, বিনোদিনী, এ, বীরেন, রাধেশ্যা, ব্রজেশ্বর (কাছাড়), কিয়ামউদ্দিন অসিনচিংবগী উপন্যাস অয়াম্বদা অথোই-অহেন নাইনা য়াওবা থেংনৈ।

রোমান্টিক নোভেল হায়রগা মঙ-হা, ফান্টাসি, ওইদবা ঙাক্তা উংকদবনি হায়নগী রাখললোমদা চংখিহনা অচুম্বা (রিয়্যালিটি) অসি পুমথা থাদোকপগী রাকমলোমদা চৎথরবদি মহু অরানবা ওইগনি। রোমান্টিক ওইবা হায়বা অসি রিয়্যালিষ্টিক ওইদবা হায়বা নত্তে। সাহিত্যদা কবিগুরুনা মখলগী রিয়্যালিটি য়াওদ্রবদি মহু সাহিত্য নত্তে হায়বা য়াই। মকওইনা উপন্যাসকুম্বা কলাদদি পুন্সিগী অচুম্বা মশক অসি য়াম্না নকশিন্না উংকদবনি। অঙনবা মতমগী উপন্যাস ইবা— কমল, চাউবা, অঙাংহলনচিংবদগী লান মতুংদা লাক্লিবা

উপন্যাস ইবশিংগা খেন্নরিবা অসিগী অচৌবা মরম অমস্থু রিয়্যালিটি উৎপা খেন্নবদগী ওইরকপনি।

কমল, চাউবা, অঙাংহলগী অঙনবা উপন্যাসশিং অসিদা 'রোমান্স' গী মচাক য়াম্না হেন্না য়াউবা থেংনৈ। বঙ্কিমচন্দ্রগী অঙনবা উপন্যাস খরবু 'রোমান্স' হায়না কৌনবদোনা কমলগী 'মাধবী' অমস্থুং চাউবগী 'লবঙ্গলতা' অসি 'রোমান্স' গী শক্তম লৌই হায়বা য়াই। 'রোমান্স' গা 'নোভেল' গা খেন্নবসি— 'রোমান্স' দনা চরিত্র য়েকপদগী থৌদোক থাবনা হেন্না মপুং ওইবা, মহৌশাগী নত্তবা, অঙকপা অতগা নোক্লিংবা কয়া য়ানশিন্নবা। অকন-অথৌ, এড-ভেনচর ৱারী থৌদোক্তনা হেন্না পুক্লিং চঙবা মতৌ উৎপা। নোভেলদা পুন্সিগা খরা হেন্না নকশিন্নবা অচুম্বা মশক উৎনবা হোৎনবা, লমচৎ য়েকপদা পুক্লিং থম্বা অসিনি।

অঙনবা মতমগী রোমান্টিক ওইরবা উপন্যাসশিংদা য়াওরিবা রিয়্যালিজমগী মশক অসি অচুম্বা পাউদম্বা নত্তনা কলাগী মওং অমা তানা, খন্দোক-খনজিন শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা, কলাগা চান্নহল্লগা খুংশেম অমা ওইহনবা ভম্বা অসিনি। রোমান্টিক ফেন্সিগী চাং হেন্না য়াউরবস্থু অচুম্বা মানবা খুৎয়েক অমদি য়েকপা ভম্বা অসিনি। পুন্সিবু অর্থ হন্দুনা, নাতৈচাবা ওইনা তৌবা, অচুম্বা মানদা ৱাফম অমা ওইনা পুথোক্লকপা অসিনি।

লান মতুংদা লাকপা উপন্যাসশিংনা মখল মখা কয়াগী হীরমদা য়েংদুনা পুন্সিবু কুপ্না য়েংবা হৌরকই, পুন্সিগী অচুম্বা মশক্তা নক-শিনবা হেল্লকই। মাগী উপন্যাসকী মচাকস্থু পুন্সিগী অচুম্বা মশক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা হৌজিক্কী পুন্সি অমস্থুং সমাজবু হেন্না চুন্না য়েকপা হৌরকই। খুৎই অমস্থুং কলাগী মওংদস্থু মওং তাবা, য়েংবা নুংঙ ইবা হেল্লকই। য়াম্না সেন্টিমেন্টেল, মোরেলিষ্ট ওইবা তোক্লকুনা ভেলু সিষ্টেমদা পেন্দবা, য়ানিংদবা, শাউনিংবা কয়াস্থু উৎলকই। হেঞ্জিনবা

থাদোক্লুনা ওবজেকটিব ওইনা য়েংবা মীৎয়েংনা খরা লুথনা য়েংলকই। সোসিয়েল রিয়্যালিজমগী মায়কৈদা অসুম অসুম চঙশিল্লকই। উপন্যাসনা সোসিয়েল ডোকুমেন্ট ওইরকই। অদুবু মণিপুরী উপন্যাসনা রোমান্টিক ওইবা মওং অমদি ইথা থাবা ঙমদে। অদুনা রোমান্টিক অমসুং রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মচাক খরা তোংশিন্নবা অসিনা অনৌবা, মতমসিগী উপন্যাসকী মরমচৎ ওইরি। রোমান্টিক মণিপুরী নোভেলগী মশক অসি য়ুম অনীগী মশক্নি। য়ুম অমনা ফজবা, তান্নবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা, শুক্লবা জঙ্গলগী মনুংদা লৈবা, মঙগী ফুরাগী শক্তম লৌরিবা য়ুম। মসিদা থাবল লিশিং থোকই, চুমথাং মখোঙ লৈ, খোংমজোমনুবীনা শান্নরি। অতুগা অতোপ্পা য়ুম অমনা — সমাজদা মী মরক্তা লৈবা য়ুম। য়ুম অসি চৎনবী মতুংইন্না মওং তানা শেমজিল্লি। লৈকাইগী সমাজগী লাঙবা, নীল খোংবা, ইরাং লোইনা য়ৌরকই। অচুম্বা ভাইবংলক্তা লৈবা ভাইবং য়ুম।

সাহিত্যদা অশেংবা রিয়্যালিজম উৎপা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। অশেংবা চপচাবা রিয়্যালিষ্টিক ওইরবা অইবা য়াম্না তাঙই। থোইদোক্লা ভারতকী দর্শন, সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী পরম্পরা মপান্থোংগী ওইবা রিয়্যালিষ্টিক উৎপা অসি কলাগী পান্দম ওইনা লৌরক্তে। সংসারগী মপান্থোংগী অচুম্বা অসি মায়ানি হায়না লৌই। অঙনবা মতমগী ভারতকী সাহিত্য অমসুং কলাগী খুৎশেম অসি নন-রিয়্যালিষ্টিক ওইবা ঙাক্তনি। মপান্থোংগী অচুম্বা অসিগী মনুংদা ফুমথনা লৈরিবা নুংগী অচুম্বা, লেঙদ্রবা, অমত্তা ওইবা অচুম্বা ইন্টরনেল ত্রুথ অদুবু উৎনবা হোৎনবনা কলা বিদ্যাগী পান্দম্নি। সাহিত্যগী রাখল্লোন অসিদা আধ্যাত্মিকী অচুম্বগা ঈরোয়ননা লাকপা মরম্না ভারতকী অইবশিংনা সাহিত্যদা লৌরিবা, য়েকলিবা অচুম্বগী মশক, রিয়্যালিষ্টিক ওইরবা সাহিত্য অসি পুমতোপ তোপ্পা মশক

অমনি। হৌজিক্তি অমুক্কা হেন্না চমন্নবে। মতমগী ঈচেন্দা লাক্লিবা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিনা পুবকপা অচুম্বা, অনৌবা মীংথেং অতুগা ভারতকী পরম্পরাদগী লূদা তোংদা পক্নুনা লাক্লবা অধ্যাত্মিক অচুম্বা অসিগা অনী খোঙগায়নবগী যাম্না লুববা তাঞ্জা অমদা ঐখোযন্না মঙলাক্লবি।



# অহৈবা

ড. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ খৃঃ কুঃ ১৯৪২, মার্চ ১২ (শাজিবু ৫ নি পানবা, নোংমাইজিং) দা কৈশামপাং লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপা লৈখিদ্রবা এন. ব্রজবিধু সিংহ, বাদ্যভূষণ, লৈবাক্লা খুনথঙরবা পুং য়েবা ওঝা অমা ওইরম্মী। মচেবেম্মা অহল, চনম্ম ওংবী বিমোলা দেবী (বিমোলা অচৌবী) আধুনিক ঈশৈ শকপী, মমিং চৎলবী কলাকার অমনি। জগোই ঈশৈগী ইমুংদা চাউরকই। নম্বরোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি হৌদোক্লকপা মেম্বর অমনি। খৃঃ কুঃ ১৯৬৮ দা নম্বরোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমসুং খৃঃ কুঃ ১৯৮৩-৮৪, ১৯৮৪-৮৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। চহী তরানিপান (১৯৬৭-৮৫) ইম্ফাল কলেজদা মণিপুরী সাহিত্যগী লেকচরর ওইরবা মতুংদা, খৃঃ কুঃ ৭/১/১৯৮৫ মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, মণিপুরী বিভাগতা এসোসিয়েট প্রোফেসার ওইনা থবক তৌই। মণিপুরী চেক্লোঙ কয়াদা খৃঃ কুঃ ১৯৬৮ দগী হৌনা য়ারেং হাপ্পা হৌই। সেমিনার কয়াদা চে পাই। তাং. ২১/৩/৮৮ দগী হৌনা 'পোক্নফম' দা, নোংমাই পণ্ডিত মিংথোক্তুনা 'চুম্না য়েংবা' হায়বা কলম অমা চৎথখি। মসিগী [redacted] ১৫ রোম্নদগীসু 'খোল্লাও' খবরদা 'খোংনাংথাবা' মিংথোক্তুনা লাময় অমা হাংদোক্তুনা তত্তনা ইরকখি। 'সাহিত্য' গী সম্পাদক (১৯৮৫), 'সাহিত্যগী পাউ' গী সম্পাদক (১৯৯০-৯১) ওইরম্মী। 'পরিষদকী থঙৎলবা য়ারী মচা' (১৯৭৫), 'অতোপ্পা খোঞ্জেল' (১৯৯৩) গী সম্পাদক মণ্ডলগী মেম্বরনি। হৌজিক হৌজিক নম্বরোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী সভাপতি, মণিপুর স্টেট কলা একাদমী অমসুং সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লীগী জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরি।